

SHRIDHAM NABADWIP ONGBI
a manipuri novel (washem wari)
by B M Maisnamba

অহানবা ফোঙবা : দিসেম্বর, ২০০৮

ফোঙজবী : ডা. সুচেতা এলাংবম

মখুমগী লাইয়েক : য়ুম্নাম গুণিন্দ্র সিংহ, গোল্ড মেডালিষ্ট

ফংফম থোকপা : অয়িবা মশামক

লাইরিক ফংফম : সুচেতা বুক স্টোর এন্দ পব্লিশিং হাউস
পোলোগ্রাউণ্ড মনীং, ইম্ফাল।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (বুক ষ্টোল)
পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।

রাজেস বুক ষ্টোর,
গোভর্ণর রোদ, ইম্ফাল।

মমল : লুপা ৮০/-

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স
পোলোগ্রাউণ্ড, মনীং, ইম্ফাল

শ্রীমতী শিজ লাইওংবী !

অদুগা

শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবীশিংদা !

# ১

সুবধুনী গঙ্গা !

মাঙদা লৈবে, সুবধুনী গঙ্গা ! শ্রীধাম নবদ্বীপকী মথানুংদা; চেম্থবিসুবধুনী গঙ্গা ! হে ! তীর্থ যাত্রিকশিং ! গৌবাঙ্গ সেতু মথক্তগী অৱাং পাংনা য়েংবীযু। তুবেল অনী কাবক্তা, লাপ্পক্লা লৈবিবা লৈতোং অচৌবা অসে; অন্তদ্বীপ কৌই। দ্বীপ অসিগী নাকযেৎতগী তুবেল অনী চেনশিল্লক্লুনা উন্নবিবা মফম অসি 'হবোল ঘাট' কৌই, মাযাপুব ঘাট হাযবগসু খঙনৈ। ইনক হেক নক্লা শ্রীধাম মাযাপুবগী এলাকা হৌবে।

মমাঙথংবা তুবেল অসিনা জলাঙ্গী গঙ্গানি, মনীংথংবা তুরেল অসিনা ভগীবথী গঙ্গানি। অৰুবা অমদি অনৈবা ঈচেল অনীনা অমত্তা ওইবগা খা পাংনা চেম্থৱিবা তুবেল মতেক অসিনা, সুবধুনি গঙ্গা ! গৌবলীলাগী ঈশৈদা ঙাইহাক লৈতনা শৈথাবিবা সুবধুনী গঙ্গা হাযবদো অসিনি। মিংথোল অসিগী পুৱাবী লৈ। গঙ্গাগী মশা অনী পুল্লবা তুবেল, যাম্না পাক চাওখ্রে। যেংবীযু, কযাদা নীংথিজরবা লমদমনো? তুরেল কাগুপ অনীদা, মন্দিব ! মন্দিব ! মন্দিবমক্তা ! মবক মবক্তা মুনি ঋষি কযাগী তপবন, আশ্রম অমদি নীংথিজববা ঘাট কযা লৈখ্রি। মীৎফম হোংবা যাদনা ফজবি। গঙ্গাগী খোঙচৎ ৱাবী অমসুং লম্মীৎলোন; হঙ্গৎনা অমুক যেংখৎসি। মাগী মিংথোন ৱাবীশিং, পৌবপ্পা খঞ্জিনবদা কান্নবা লৈগনি। তাবীযু যাত্রিকশিং! লমজিং লমতাক ওইজগে।

গঙ্গা চেম্থবি !

ভগীবথী গঙ্গা চেম্থবকলি। যুগ পুববী তুবেলনি। কংবা নাইদে। মাগী তোর্বানগী ৱারীসু লোইবা নাইদ্রি। আদি গঙ্গা ! হৌজিক্কী কলি গঙ্গা ! ঙসিসু অদুম শেংলি, তীর্থ স্নান তৌনরি। সাধু বৈষ্ণব কয়াসু মাগী তোর্বান কাগুপ্তা লাই নীংনবি। অরান-খুভম ফংখিবসু কয়ানি, ফংখিদবসু কোঙ্গায়নি। গঙ্গা চেম্থরি ! গঙ্গা চেম্থবকলি ! লৈখিগনি, ৱারী কয়াসু।

মালেম ওংজবী মন্দাকিনী গঙ্গাগী তোঙান তোঙানবা মমিং কয়াসু লৈরি। থৌদোক য়ারী কয়াগী মতুংইন্না নংত্রগা মফম মফমগী মতুং ইন্না থোনবনি।

গঙ্গা হিমালয় চীংনুংদগী হৌরকই। মসিনা ভুগোলগী য়াবনি। মান্স সরোবর পাংতগী চিথরকপা উন মহি অমদি চীংনুং ঈফুৎকী ঈশিং ঈচেল - মিলাইনরগা গঙ্গা ওইরকই। ঈচেল ঈরৈ য়াম্না কল্লি, ঈশিংসু য়াম্না ঈংঙি। গোমুখী (ষন মচীন মানবা, মনাতোন মখুন অনী হুৎপা চীংনুংহুৎ) লোকনুংদগী ঈচেল অনী ফাংনা চেহ্নোরকই, 'গোমুখী গঙ্গা' কৌই। তুরেল অনী অসিগী ঈরোং অনী - য়া য়া চেহ্নরকই। মসিবু কবি চাউবনা শৈথারম্মী —

"গোমুখীগী নাপোমদা
ভগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল ফংনা চেনবগুম
থম্মোই লকানুংদুদা
শিম্নরকপা লাইজনা
মিংলুগী নপোম থুমনরি।"

গোমুখী গঙ্গা, উত্তর প্রদেশ লানশিল্লকই, হৃষীকেশ য়ৌরকই, হরিদ্বারগী তম্পাক্তা চেল্লকই, 'গঙ্গোত্রি' কৌরে। মফম অসিসু গঙ্গাগী মরুনি হায়নরি। কৌবা য়াই। গোমুখী গঙ্গাগী ঈরোং অনী, মফম অসিদা পুল্লরি, শেংলবা তীর্থস্থান অমসু ওইরি। 'গঙ্গোত্রিগী গঙ্গাজল' মমিং চৎলি; অমৃতনি হায়নৈ।

গঙ্গা নুপীনি, তুরেল নুপী! গঙ্গা মাতা, গঙ্গা মাইয়া কৌনৈ। খ্বাই পুম্নমক্কী মমা ওইনা লৌনৈ। চাংচৎতা ইংজে, তপচে। শাওরকপা মতাংসু য়াওই। গঙ্গা চেহ্নরি, গঙ্গা চেহ্নবকই। এলাহবাদতা মতারোই তুরেল অনীগা ঈতিন্নৈ। গঙ্গা, যমুনা অমদি স্বরসতী তুরেল অহুমগী, ইতিনফম ঈরোংবু 'ত্রিবেনী সঙ্গম' কৌই। (নুপীগী শম মচা অহুম্না অমত্তা ওইদুনা পুনশিল্লি হায়বগী অর্থনি) মফম অসিসু মমিং চৎলবা তীর্থস্থান অমনি।

গঙ্গাগী অশেংবা হৌরকফম স্বর্গনি। মসিনা পুরাণগী য়ানী। মতম অদুগী স্বর্গ, হিমালয় মতোন্দা ওইরমগদ্রা ? নিংথৌ ভগীরথনা স্বর্গদগী 'মন্দাকিনী গঙ্গা' পুথরকই, মালেমদা চেহ্নহনখি। মসিগী ফজরবা পুৱারী লৈরি। মালেমদা চেনবা গঙ্গাবু, মপৃংদা 'ভগীরথী গঙ্গা' কৌরম্মী। কিলোমিটর ২৫০৭ শাংলবা তুরেল অসিবু মতেক মতেক্কী ওইনা, তোঙান তোঙানবা মমিং থোনখিবনি, থোনবা য়াই; থৌদোক য়ারী কয়াগা লোয়নদুনা লৈরি। জাহ্নু মুনিনা লাইনীংলিঙৈদা গঙ্গানা থেংগাইরুই। মুনিনা শাওরদুনা গঙ্গাবু ফাজিন্দুনা থমলুই। জাহ্নু মুনিগী আশ্রম মনাক্তা চেনবা মশা অদুবু 'জাহ্নবী গঙ্গা' কৌই। অদুগা, মমিংতা ঙাইহৌরবা ভগীরথী গঙ্গাদি কদায়দা চেল্লিবা ? গঙ্গা মপৃংনা কদোমদা মাঙপ্রবা ?

গঙ্গা চেহ্নরকই, অসুম চেহ্নরকলি। বিহার লৈহৌরে ....... তাম্না লৈহৌরে, খুঙ্গং কয়া, তম্পাক কয়া, উমং য়ামং। অঙকপা মতৌনি, মহৌশা লৈয়াংকী খুৎশেম ! গঙ্গা মপৃংদগী মশা অমা খণ্ডহৌদনা লানশিল্লকই; নোংচুপ বঙ্গ। গঙ্গা মপৃংনা নোংপোক বঙ্গদা

(হৌজিক্কী বাংলাদেশ) চেনশিনখ্রে। বঙ্গদেশ অনীগী তাইনফম ওইরিবা ওমখৈ — পাকুরা কৌবা মফমদা, অনী থোক্লা চিংখাইনৈ। নোংপোক বঙ্গগী পীবুকনুংদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগা রাজবাড়ী কৌবা লমখাইদা ঈতিন্নে, 'পদ্মা নদী' কৌদুনা চেষ্থখি। ব্রহ্মপুত্রদি নুপানি, তুরেল নুপা ! ভারতকী মনুংদা চেল্লিবা তুরেলশিংগী মনুংদা, মথন্তনি নুপা তুরেল ! (পুলীঙ্গ ওইরিবা)। মহাকপু ব্রহ্মগী মচানুপানি (ব্রহ্মপুত্র কৌবনি) হায়নৈ। গঙ্গা অমদি ব্রহ্মপুত্র অনীগী মিলন স্থান; অশেংবা তীর্থ অমনি। নোংচুপ বঙ্গগী হিন্দুশিংনা স্নান তৌনৈ, থৌনিফমসু ওইরি। 'পদ্ম নদী' নুপীনি। গঙ্গা ব্রহ্মপুত্রগী মচানুপীনি হায়নৈ। তুরেলগী বারীসু নুংঙাইবা য়াম্না লৈ। মন্দাকিনী গঙ্গাসু লৈশারিঙৈদা মতম খরা, মহাদেবগী জোটা মনুংদা লোৎতুনা লুমলেনবী ওইরুই হায়নৈ। জাহ্নু মুনিগী মনাক্তসু মতম খরা লমদনবী ওইরুই। জাহ্নু মুনিনা মশাগী মমিংদগী 'জাহ্নু' লৌরগা নুংশি চান্না মিংথোনখি, 'জাহ্নবী গঙ্গা !' মতৌ অসুম্না গঙ্গা ব্রহ্মপুত্র অনীসু মিলন ওইজবনি। মবানীগী মচানুপী 'পদ্ম নদী' বঙ্গসাগরদা তিনখি। মফম অদুবু 'গঙ্গা সাগর' কৌই।

পাকুরা লমখায়দগী নংহৌররোই মতাগুম্না লৈকন লৈরাই নমখায়রগা নোংচুপ বঙ্গদা চেনশিল্লকলিবা গঙ্গাগী য়েৎথংবা পান্থোম ওইবিবা তুবেল - হৌজিক্কী ওইনদি 'ভগীরথী গঙ্গা' হায়রগা, মসিতবু খণ্ডনহৌরে। মতম অমগী অপুনবা বঙ্গদেশ - নোংমা, তোঙান তোঙানবা বঙ্গদেশ অনী থোরকপা য়াই হায়বা অদু গঙ্গা মাইয়ানা হান্না খণ্ডলম্বা য়াই। অদুনা গঙ্গাগী ঈচেলসু অনী থোকলিব্রা?

হায়নবা অমসু লৈ। পৃথিবীদা ফাওখিবা মহাপুরুষ অয়াম্বা - অচৌবা অমদি শেংলবা তুরেল মপান্দা পোকই, মহামানুষী অয়াম্বসু পোকই। মতৌ অসুম্না, ভগীরথী গঙ্গাগী য়েৎথংবা পান্থোম ওইরিবা তোর্বান অসিদা মহাপুরুষ অমদি মহামানুষী কয়া শোয়দনা পোক্লরগনি হায়দুনা থাজনখি।

মরম অসিদগী ওইরম্বা য়াই; লমখাংদগী গঙ্গা মতৎঅমা লৈহৌরগা চেনশিল্লকই, য়াংনা চেনশিল্লকই, য়াম্না য়াংনা চেনশিল্লকই। কনাসু থিংবা থৎপা ওমখিদে। তাম্না লৈহৌরে, জঙ্গিপুর, লালগোলা ফাওরকলে, মুর্শিদাবাদ তামহৌরে, পাল্লাসি লাল্লকই; কন্টকনগরী (হৌজিক্কী কাতোৱা) তুংওইরম্মী। কাতোৱাদা চেনবা গঙ্গা- 'প্রেমধুনী গঙ্গা' নৎত্রগা 'প্রেমধোনী গঙ্গা' কৌরে। মসিগীসু ৱারী লৈ। প্রেমবতার শ্রীগৌরাঙ্গগী 'চৈতন্য' নাম ফংফমনি, দিক্ষা লৌফমসু।

খোইখোইনরবী ভগীরথী গঙ্গাগী ঈচেল; খণ্ডহৌদনা য়ৌরকলে— নবদ্বীপ, শ্রীধাম নবদ্বীপ ! ভগীরথী গঙ্গা ঙাইহাক লককনৈ, জিরি জিরি হেক চেষ্থখিদে, মতারোই তুরেল অমবু ঙাইগুম্মী। চুম্মী, ঙাইরিবনি। নোংপোক বঙ্গ মনুংদা চেনখিবা গঙ্গা মপুংদগী তোঙানবা মশা অমা অমুক নোংচুপ বঙ্গদা খংচেন হেক চেনশিল্লকই - জঙ্গীয়া ফাওরকই, 'জলাঙ্গী নদী' কৌই, খড়িয়া নদীসু কৌই। তৌবদি গঙ্গাগী মশা ঈরোংনি; জলাঙ্গী গঙ্গাসু কৌনৈ। লৈবাক অনী, হৌজিক্তি শম্বল খান্নখ্রবনি। অদুবু তুরেল অনীদি ওথোক্লা নুংশিনখ্রে। হরাও তুজুংনা পাইশিন্নরকই; য়াংনা য়াংনা জিরি জিরি চেনশিন্নরকই - গঙ্গানি, গঙ্গা ! অনীমক

গঙ্গাগী পান্থোমনি ! অনীনা অমত্তা ওইনা ঈতিন্নখ্রে। অসুম্না 'সুরধুনী গঙ্গা' পোকলে। মাওদা উরিবা তুরেল অনী, অমত্তা ওইনা চেন্থরি !

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা 'সুরধুনী' পোকলে ! অসুম্না ৱারী অমসু ! সুরধুনী গঙ্গানা নদীয়া জিলা হেক লাম্থোকখিবগা লোয়ননা 'হুগলি রিভর' নৎত্রগা 'হুগলি নদী' হায়রগা অমুক খঙনখ্রে। মসিসু ইতিহাস লৈ। কলিকাতা য়ৌরমদাইদা, প্রোটুগীজশিংনা (লোই চল্লিঙৈদা) 'ওগিলি' কৌবা সহর মচা অমা শেমগৎলম্মী। 'ওগিলি' হায়বা ৱাহে অসিদগী 'হুগলি' থোনখিবনি। অনৌবা মিংথোল ফংলবী তুরেল, য়াংনা চেন্থখি; গঙ্গা সাগর তম্না। বঙ্গদেশ অনীদা চেল্লিবা তুরেলশিং, গঙ্গা সাগরদা অমত্তা ওইনা অমুক উন্নজে। থোইদোক হেন্দোক্লা হুগলি তুরেলসু য়াম্না মমিং চৎলি। ঈতিনফম মচীন্দা হিথাংফম লৈরে। য়াম্না কান্নরবা ঈশিং লম্বী অমসু ওইরি।

## ২

সুরধুনী গঙ্গাদি কমদৌনা মিংথোনখি ?

থায়না থায়না মমাঙঙৈদা, ভগীরথী গঙ্গা অমদি জলাঙ্গী গঙ্গা অনীবু পুল্লপ্না ভগীরথী গঙ্গা কৌরিঙৈগী ৱানি। তুরেল অসিগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা উমং, মোংসোং য়াম্না লৈরম্মী (হৌজিকসু খরদি লৈরি)।

শূক্লা মমলবা উমং অমদা লাইনীংবী অমা মথন্তা লৈরম্মী। মহাক উহে ৱাহে চাদুনা হিংলম্মী। উমং অদুদা হৈ লৈ অমদি লফোই, থৈবোংনচিংবা কয়াসু হৌরম্মী। লাইনীংবী অদুগী চমলবা খাঙপোকশঙ মমাঙদা খোঙনাং বট পাম্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী। খোঙনাং বট মখোঙদা মাগী ধ্যান তৌফম ওইরম্মী। লাইনীংবী অসিবু সুরধুনী কৌই। মহাক উমংদা অদুম পোকই, উমংদা অদুম চাউরকই। অদুনা, মথন্তা লৈবদা করিসু অকি অখঙ লৈখিদে। মাগী মপা মমাসু পুন্না উমং অদুদা লাই নীংমিন্নরম্মী। মদুদা সুরধুনী ফংজখিবনি। মসিদা থোইনা ঙকনিংঙাই ওইদে।

বৈদিক যুগকী মহামুনি লাইনীংবশিং– লোন্নবু ওইরসু, ফোঙনবু ওইরসু, সুন্দরী মানুষী (ফজবী নুপী) কয়াগা য়ুম্বান্নে, মচা ধারা থমলম্মী। নুপা নুপী ওইনা পোকলবদি পুংবা নাইদুনা লুমদিন্নরগা লৈমিন্নদবা য়াদে। মহামুনিশিংনা ভক্তিকা নৎত্রগসু সেবিকা দাসী কয়াগা লৈমিন্নবসু য়াওই। অসিগুম্বা লাইনীং মখল অসিবু 'সহাজিয়া সাধনা' নৎত্রগা 'সহাজিয়া কল্ট' (নুপা নুপী পুন্না লৈমিন্নদুনা লাইনীংমিন্নবা কাঙলুপ, Co-habiting religious group হায়রগা খঙনৈ। শম্না হায়রবদা সন্ন্যাস নৎত্রগা তান্ত্রিক আশ্রমদসু, লোন্না য়ুম্বান্নবসি চৎনরম্মী। মসিতনা ঈশ্বর মশক খঙনবা নৎত্রগা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীনি হায়দুনা খন্নরম্মী। মতৌ অসুম্না সুরধুনীসু হৃষীকেশ কৌবা মহামুনি অমনা দেবপ্রিয়া কৌবী দাসী অমগা পান্নদুনা পোকখিবনি হায়নৈ।

সুরধুনীনা লৈশাবী ফারকপা মতমদা মমা মপা অনীমক নোঙ্গাখ্রে। মহামুনিগী মচানুপী সুরধুনীসু লাইনীংবী ওইবা তাখি। মাবু তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনি নৎত্রগা সুরধুনী দাসী হায়রগসু খঙনরম্মী। কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনা মহাক অসি শ্রীকৃষ্ণগী সখী অমনা অবতার তৌরকপনি হায়দুনসু থাজনবম্মী। মাবু সুবধুনী সখীসু কৌনরম্মী।

সুরধুনীগী লাইনীংফম ওইখিবা উমং - চহীচা কয়া উমং লমলেম ওইদুনা লৈরকই। মীওই খরতনা তাংদাংবা মফম অদু খঙনৈ। মী চংবসু কিন্নবম্মী। সুবধুনীগী ভুত থোকই হায়নবম্মী। সুবধুনী কনানো হায়বা খঙনদবসু কোঙ্গায়নি। ভগীরথী গঙ্গাগী মতেক খবদংবু সুবধুনী গঙ্গা থোনখিবগী পুৱবী - নদীয়া বাসী অযাম্বনা কাউথোক্লখ্রে। খঙদবনা অযাম্বনি।

মাগী লাইনীংফম ওইখিবা মফম অসিনা খ্বাইদগী শেংলবা তীর্থস্থান অমনি। মহাক্লা স্নান তৌবম্বা (ভগীরথী গঙ্গাগী) ঘাট অদুগী ঈশিং– হোলি ৱাটবনি, গঙ্গাজল অশেংবনি হায়নবি। গঙ্গোত্রিগী গঙ্গাজলগা চপ মান্নে হায়দুনা খন্নে। মাগী ঘাট অদুবু তোঙান, তোঙানবা মমিং খবসু থোন্নে – 'উদ্ধাব ঘাট' অমদি 'মিলন ঘাট'। কনাগা কনাগা মফম অসিদা মিলন ওইখ্রিবা নৎত্রগা কনানা কনাবু মফম অসিদা উদ্ধাব তৌখ্রিবা? লমযৌববা প্রেম কথা অমগা থ'গোন্নবি।

সুবধুনী উমংদা নৎত্রগা সুবধুনী ঘাট্টা লাইনীংলবদি অপাম নুংশি ৱাইথুংনৈ, নীংজবা কয়াসু থুংঙি, ঈশ্ববগী মঙাল ফংঙি, মচা ধাবাসু পীনৈ .... অসুম হায়না থাজৱা কযা লৈবকই। চীঙ্খাং লান্দুনা ৱাবীনবি। সুবধুনী হাযবা অসিমক সুভনামনি।

চুম্মী, যাম্মা চুমখ্রবা ৱানি। নিঙোল পোকপী কযানা, মচানুপীশিংবু সুবধুনী মিংথোন্নে। সুবধুনী দাসীসু মঙাল ফংখি।



অহিংনি !

আদি কালগী অহিং ! লাইগা মীগা শম্নরিঙৈগী ৱানি। ওইথোকপা যাদবা পূম্নমক ওইথোকলম্মী। ওইথোক্তবা লৈবমদে। মদুগী ফজববা রস নৎত্রগা তোঙানবা পাম্থে পাউবৌ অমসু হেক্তা লৈবম্মী। মীত্রং মনুংদসু ৱাবোৎ অচুম্বা লৈবম্মী। মঙফাওনবা, মঙতাকৱা পীরম্বা অসিসু চৎনবম্মী। আকাশবাণী হায়বা অসিসু আদি সাহিত্যগা থাদোক্লবা য়াদবা মচল অমা ওইরম্মী। ওইথোকপা য়াদবা ৱারীসু ফজবা কলা অমনি। চীঙ্খাং লান্দুনা লাকলবা পুৱারী নৎত্রগা পুরাণগী ৱারী কয়া লৈরি। মীরোন অমগী মথৎদা মীরোন অমা চৎথবকই। লোয়নবা পুৱারীগী মশক মওং হোংলকপসু থেংনদবা নত্তে।

সুরধুনী কৌবী নুপী অমা লৈরম্মী। মসিমদি শোয়দ্রে। মাগী মমিং, হৌজিকসু অমর ওইহৌরি। ঈশৈদা শৈথানরি। মতিক মগুণ লৈবী নুপীনি। অদুনবু ঙসি ফাওবা হিংলিবনি।

"সুরধুনী !"

অহিংগী অচিকপা থুগাইরদুনা শকউদবা খোঞ্জেল অমনা খঙহৌদনা অমুকসু কৌরগা ঙাংলকই – "সুরধুনী ! নহাক য়ুম পাল্লুনে।"

সুরধুনী তায়। মহাক লোংহিপ্লরি। মমীৎ উইশিল্লি। মমঙ ওইনসু তৌই। মহাক্কী জ্ঞান লৌশিং তংখায় অমসু লৈরি। যোগ সাধনাগী শক্তিসু লৈরবীনি। নুং-পান ফাওনা উবা ঙস্বগা লোয়ননা চিংশিনবগী লীচিংসু লৈরবীনি। মাগী নুংমীৎনা মুর্তি অমা উজে। মহাক্না অমুক্তং উজগে খন্দুনা নীংজরিবা বাঁশীধারীনি। মহাক মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা মখূৎ লোন্নরগা হঙ্গৎচৈ – "প্রভু ! য়ুম পানবা হায়বদি ?"

"মপাং নাইবা পুক্সি লেল্লু হায়বনিনে, অঙাওবী !"

"ননাইদি লাইনীংবীনি প্রভু ! ইথন্তা হিংবসিনা হেন্না নুংঙাইজে।"

"সুরধুনী ! য়ুম্বাল পুন্সি চংদ্রবদি লাইনীংবা য়াদেনে।"

"প্রভুসু .... ?"

"হোয়নে, ঐগীসু গোপী লিশীং লিশীংনি।"

"ঐদি কনাদা য়ুম পানগনি ?"

"নঙগী নশক নতৌ কবিদা ব্রাৎলি ?"

"চহী আ যৌরবী ঐবু কনানা...?"

"ঐনা হেক লৌসু ঙাইদনা।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা মখাতানা হংলকই - "নহাক নশানা য়াবব্রা, সুবধুনী?"

"প্রভু ! ননাইবু ....... ?"

"উম! ঐহাক নদীযা বিহারী ওইনা অবতার তৌরগনি।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুগী মখা শমথরদুনা হায়রকই – "ঐনা নঙবু উদ্ধার তৌরগনি। নহাক মমা ওইদ্রি, ঐনা নঙগু মমা ওইহনগনি।"

"কমদৌনা চহী মতাং অসিদা ...?"

"হে সুরধুনী ! হনুবী ফজবী!" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা লক্লুবোই করিবোই তৌরদুনা হায়রকই – "পূম্নমক ঐগী ইছানি; ঐনা ওইহননীংবা পূম্নমক ওইবা য়াদবা লৈতে। নঙদি য়াম্নসু ফজরি, অঙাওবী! চহী অদুদি খংচিং চিংশিনবীগে।"

"ঐবু হৌজিকসু ফজরিবা!" সুরধুনী মোমোননৈ। মমীৎতি পাংদে।

"ফজরি, য়াম্না ফজরি, হেন্না হেন্নসু ফজরক্লে। ঐসু নঙবু য়াম্না মীতাজে।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই – "ঐবু নপুরোইবা ওইনা নীংজৌ, নপুরোইবা ফংগনি। ঐবু নচা ওইনা নীংজৌ, নচা ফংগনি। মতৌ অসুম্না নুপা ওইবশিংনা শ্রীমতী রাধিকাবু তাল্লোয় ওইনা নীংজৌ, তাল্লোয় ফংগনি। শ্রীমতী রাধিকাবু মচা ওইনা নীংজৌ,

মচা ফংগনি। পুম্নমক ঐনা শেম্বনি, পুম্নমক ঐঙোন্দগী থোকখিবনি। পুম্নমক ঐঙোন্দা অমুক তিল্লগদবনি। নঙবু গীতা খঙলে হায়দাইনে? পুম্নমক মাঙহনবসু ঐনিদো। হে অঙাওবী, নুংশিবী! মোন কোন্দুনা তুমজৌ, মোন মনুংদগী ঐহাক থোবক্কে।"

"য়াথং অদুমক ঙাকচগে, প্রভু !"

"ঐবু প্রভু কৌনু, নঙনা চহী যাম্না হল্লি।"

"কমদৌনা ?"

"লাইগী চহীদা ঐনা হল্লবসু, মীগী চহীদদি নঙনা হান্না পোকখ্রে।"

"অদুদি, কবি হাযনা কৌজৌ হাযবনো ?"

"প্রাননাথ কৌবসু যাই।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা শমথবদুনা হাযবকই – "ইমাগী নদীযা বিহাবী কৌবসু, ইযাদা হেক যাজে।"

"অমদা মিংগৌ অনী পুনবসিবু ...?"

"ঐদিনে ওইনীংবা ওইবনি !" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা অমুকসু শন্দোক্লুনা ঙাংলকই – "যেংঙোই, সুবধুনী ! ঐগী বাঁশীনা কৌবদা মৱা মপুবোইবা লৈববী গোপী লিশীং লিশীং ইনাক্তা চেল্লক্লুনা মানা মানা ঙমজবা কৎলি, সেবা তৌবে। ঐঙোন্দগী থোকখিবা ঙাকনি, ঐঙোন্দা অমুক তিল্লবদা কবিসু দোষ লৈতে। মবম অসি লৈবনা ইমাগী নুংশিবসু, ইতুগী নুংশিবসু অনীতুনা নঙোন্দগী ফংনিংঙি। পানগী ৱানা অমনি, নুংগী ৱানা অমনি। নুংশিবগী তোঙান তোঙানবা শকলোন অদু খঙহনবা তাবনিদো। নঙসু নপুবোইবগী নুংশিবা, নচাগী নুংশিবা, অনীতুনা ফংজৌ। মমা মশক খঙদনা, মপা মশক খঙদবগুম মমাগী নুংশিবা মশক খঙদ্রবদি মতুগী নুংশিবসু মশক খঙবা ঙমফম থোক্তে। মমাবু খুকুম্বা তাই। লাই ওইনা নিংবা তাই। অদুতনা অথোইবা নুংশিবনি। মদুতনা পুন্সিবোল অমসুনি। মসিবু কৌই লাইনীং অথোইবা ! লাবে-লাথুপ অসি মী অহুমসুনা খঙহনবা যাদে, পাপনিদো। অনীগী মবক্তা লৈবিমখৈ পুন্যনি, সুবধুনী !"

সুবধুনীনা হঙ্গৎচৈ – "ননাই ভাপ তাজদ্রেদা, প্রাননাথ ! ধৰ্ম্ম তত্ত্ব অদু শেংনা শেংনা হেক্তা বাখ্যা তৌবীযুদো।"

"হাই অপঙবী ! মপাসু ঐনি, ইচাসু ঐনি হাযবনি।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা হাযবকই – "মতৌ অসুম্না মমাসু নঙনি, নচাসু নঙ ওইবোইদ্র হাযবনি। ৱাহন্থোক্লা লান্না হন্দোকলবদি পাপনি হাযবনিনে। অনীনা অমত্তা ওইদ্রবদি অহুম সুবা যাদে। অহুম সুবা অদুদগী মবিসুবা পুংবা অমা অমুক থিবা তাই; মমা ওইবা যাই, মপা ওইবা যাই। অদুনা, মমা মশক খঙগে হাযববদি নুপানা মতু থিবা তাই। নুপীসু মপা মশক খঙগে হাযববদি মৱা নাইবা তাই। নুপা ওইবশিংনা মতু হেক থিখিবগা মমাবু নুংশিবগী চাং খঙহন-হন্থখি। নুপী ওইবীশিংনসু মৱা হেক নাইখিবগা মপাবু নুংশিবা অদু মযেং খংতা তাখি। খ্বাইদগী মরুওইবিবা নুংশিবা অনী অসি খল মান্ননা থমগে হায়ববদি নুংলোন শান্নবা তাই। নুংলোন হায়বদি অরোনবা লমচৎ চৎলু হায়বা নত্তেকো।"

"মদুনা অমুক হেন্না ভাপ তাজখিদ্রে, প্রাননাথ।" সুবধুনীনা খুল্মী।

"যেংঙোই সুবধুনী ! মুনি ঋষিশিংনা নুপী হেক খুদিংমক্তা ইমা কৌরিবসে নুংলোন শান্নবিবনি, নুংশিবগী খল চপ মান্নবা থম্মবা হোৎনদুনা সাধনা তৌবিবনিদো।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা অমুক্কসু শব্দোক্তুনা হাযবকই – "মমাবু মতুগুম্না নুংশিবা ঙমলবদি মমা মচা অমদি মমৌ অহুমগী নুংশি লীচিং অদু লেঙদনা লৈগনি, খৎন-চৈনবা থোকলোই। ফবে, ঐনা নখোন্দা চাংযেংগা লোযননা খৃদমসু উৎতুনা তাকপা তাইদো, সুবধুনী!"

"খঙজবে, প্রাননাথ। লেঙশিনবীবকউ প্রেম শৈয্যাদা।"

"লাই কাঙখল হাযদোকউ।"

"হাযদোকচবে, প্রাননাথ।"

"যেংঙুকো ঐগী স্বযং রূপ !"

শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা আসে হাযবগা লোযননা সুবধুনীনা মথাদা কোল্লিবা মোন অদু খঙহৌদন লংদ'ই অনী অহুম নাম্বোবকই, হুইস হাযবা সহুম অমা পাইথোকখি। হেক থংনবা মিকুপ্তা, চহী কুনমঙাগী নীংথিজববা পাখঙ অমগী মুর্তি - ফুং হেক্তা শাফোঙলকই। সুবধুনী দাসীনা চেপলিবা লাইফমুংগী ফম্মাংদা লেপলবে। হঙ্গাম মপাল মচুগী ফৈজোম থোল্লি, ব্রাম্দেমখোইবী মচুগী লেঙযান অমা যান্থে। থাজগুম্না নীংথিজববা মাযথোংনি, ফিভম মুর্তি ফজে, নোংশা শাবার্ন্নি, মমীৎ তোংলাওনৈ।

সুবধুনী মমীৎ পাংথোকই, পুমঙক হেক্তা ঙকখ্রে। খোইকম মোমোন তৌবদুনা হাযবকই – "লেঙশিনবীবকউ প্রাননাথ।"

"সুবধুনী। নঙসে মপোক অমদা শ্রীমতী বাধিকা ওইবন্মী।"

"ঐবো, বাধিকা ? শ্রীধাম বৃন্দাবনগী শ্রীমতী বাধিকা ?"

"উম। বাধিকানি নহাক। অদুনা ইমাগুম্বী, অবোক্কুম্বী নঙবু ঐনা নমিং কৌবিনি।" স্বযং রূপ অদুনা শমথবদুনা হাযবকই – "ঐনা লৈবা মফমদা, নহাক লৈবা তাবনি। ঐনা নঙবু চহী তংখায চিংশিনবীগনি, নহাক তনৌববী মমা অমুক ওইহল্লগনি, নহাকপু ঐনা চহী ১০৮ হিংহনগনি।"

"কৃপানি, প্রাননাথ।"

"ঐবু নদীযা বিহাবী কৌনে, নদীযাগী মপুনি।" নদীযা বিহাবীগী শক্তম লৌবিবা স্বযং রূপ অদুনা মখাতানা হাযবকই – "সুবধুনী ! নঙনা নোংথক্তা শ্রীহবি কৌবদো, ঐ তায। লৈঙমখিদে। ঐহাক্লা নঙগী নফমদা তোঙানবা নদীযা বিহাবী ওইনা অবতাব তৌবগনি। মতুংদা অমুক নিমাই পন্দিত ওইনসু অবতাব তৌখিগনি, কলিগী জীববু লানবীগনি।"

"হে নদীয়া বিহাবী ! কাউজবোই নহাকপু পুন্সি চুপ্পা !"

"সুবধুনী! নহাক নহা ওইজবো, ঐনা বব পীববনি।"

চিংঙৈনা সুরধুনী নহা ওইথোরকলে। অঙকপা ফংনা ফজরবী নুপী অমা ওইখ্রে। মহাক মশাসু খঙজে, মশাদা কামগী ঈনোৎ হৌরকই। মথন্তা শোঞ্জে – "নুংঙাইজরেদকো, হে নদীয়া বিহারী !"

শ্রীনদীয়া বিহারীনা হায়রকই – "সুরধুনী ! ঐহাক মপা হান্না ওইরগনি, মথংদা মচা, নঙগী নচা .... অসুম্না মথং মথং শাযোন লীলা কয়া, তাইবং অসিদা ঐনা শান্নরিবনি। তাইবং অসিদা পা হায়বা অমগা পী হাযবা অমগা অনীতনি লৈবিবা। অবোকসু ইমানি, ইপা পোকপীনি, ইপুসু ইপানি, ইপাবু শেম্বীবা। ইপা ইমা হায়রিবা অনী অসিগী তোঙান তোঙানবা শাযোন লাংওন ঙাক্তেনি। অদুনা নুপী খুদিংদা ইমা যাওবি, নুপা খুদিংদসু ইপা যাওবি। ব্রাথুপলোন তত্ত্ব অসি খঙখোনে, সুবধুনী!"

"ইপা ইমা হায়বদি ?" সুরধুনীনা হঙ্গৎচৈ।

"হে লাইনীংবী অঙাওবী ! খঙদ্রিব্রনে হৌজিক ফাওবা ?"

শ্রীনদীযা বিহারীনা অমুক শমথবদুনা হাযবকই – "লীঙ্গ নৎত্রগা মুর্তি পুজা তৌববা মতুংদা পুন্য ফংগদবনিনে, সুবধুনী !"

"কৎচববনি ঙসিদগী, লৌবীবো লৎনবা লৈতনা।"

সুবধুনীনা মফি সাড়ী কোমগোমনৈ। চহী যামলবী হনুবী, শেংলিবী কুমাবীনি। ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা তান্ত্রিক যোগ শান্নবকই। নুপী ওইবীগী খুদম কযা তথোৎ তগৎনবি, মবিল চৎত্রি; মমাযদি খুইতকনৈ। চহী নিক্ত ঙকযাগী নুপীগুমখ্রে। হনুবী ফজবীগী খুইতক্লবা মাযথোংদসু, লৈবদি লৈবনিদো সুমহৎযাই ! শ্রীনদীযা বিহাবীসু মশাদা কামগী ঈনোৎ কাংলক্লে। মশাদা থোল্লিবা ফিজেৎ লৈতেং- লৈমাযদা থাদখ্রে। লাইফমুংদা চংশিনখ্রে। কাঙখল যেপশিনখ্রে। লম্বোইবী ফজবী সুবধুনী সখীগী অকুৎ অতোং নাইরবা ওংলৌদা নুংশি চান্না.......!

'মকুপ খবগী মতুংদা শ্রীনদীয়া বিহাবী শ্বাই মাঙখ্রে ! ককচেংদৌনা তৌবা জীব অমা ওনখ্রে .... সুবধুনীগী সুবধুনীদা চংশিনখ্রে। সুরধুনীদো ...... অনী উমশিনখ্রে। মখোঙ অনী তিংথোকখি, সাড়ী শেৎচিনখ্রে।

## ৪

সুরধুনী মীৎকপ খংথোক হেক থোকই।

লোংনা হৌগৎলি, কোয়য়েং য়েংঙি। ফমুং মনুংদা নুংশিবা লৈনম নমলকই। মহাক ঙকচানৈ। মঙগা তাইবংগা লোঙ্গোনখি। মহাক্না কাঙখল হায়দোক্তুনা কুমথরকই। মহাক ঙকপদা থেংখ্রে। ফম্মাংদা নাপু মচুগী ফৈজোম, ব্রান্দেমখোইবী মচুগী লেংয়ান তারম্মী।

"ইস ! লাইগী মঙ ! করি মঙনো ? মঙনি করম্না হায়গনি ? ঐবু মীত্রংগী ঈপাক্তা ঙাওহন্দুনা মায়াজল তৌগ্রবা ! ফৈজোম লেংয়ান খুদম থমলম্মী। শ্রীহরিদি কদায়দা ?"

সুরধুনী মপি শিল্পে। মোমোনসু তৌই। মাগী লাইনীং মপুং ফারে খঞে, মখুৎনা খোইদৌ খাদা নাব্দুনা অমুক হায়জে – "হে শ্রীহরি ! ইমাগী নদীয়া বিহারী ! লৈয়ুকো লেঙদনা ! ইমাগী পীবুকনুংদা। নহাক মপান থোরক্কনু। লাই ফারে, লাই ফারে।"

"সুরধুনী মাইয়া ! য়াথং অদুমক ঙাকচগে।" শকউদবা খোঞেল অদুনা শমথরদুনা হায়রকই – "হৌজিক্তি ঐসে নঙগী পীবুকনুংদা নচা ওইনা অমুক লৈরেদো। খঙলব্রা পুন্সিরোল অথুপ্পা?"

সুরধুনীনা খুম্মী– " হে নদীয়া বিহারী ! ইপুরোইবসু নঙনি, ইচাসু নহাকনি। খঙজরে, শ্রীহরিগী অঙকপা মহিমা ! মঙদা উঁজখিবা নঙগী নীংথিজরবা মুর্তিদো ঘাটকী উমং অসিদা মন্দির শাদুনা লাৎচগে, নুংত্তিগী সেবা চৎচগে। অরোনবা লাইনীং লম্বী অসে কনাদসু হায়দোকচরোই। হয়েং পঞ্চিরমদাইদা চীঙ্খাং লান্না লোৎলমগে। লৈনুংদা শিলা (নুঙগী) মুর্তি ফুমলমগে। সুরধুনী উমংদা, ঘাট্টা লাইনীংজরবদি অপাম নুংশি থুংনবা ওইসনু, মচা ধারা পানবসু ওইসনু, নীংজবা পুম্নবসু থুংজবা ওইসনু!"

"তথাস্তু!" শকউদবা খোঞেল অদুনা বর অসি পীবগা লোয়ননা হায়রকই – "বর অমগসু নীযুদনা হে সুরধুনী প্রিয়ে!"

"ইমাগী নদীয়া বিহারী! নহাক্তং লেংদনা, লোৎতুনা লৈবীয়ু ইমাগী পীবুকনুংদা।"

"হে মাইয়া ! নশা লুমথরকলবদি ... ?" শকউদবা খোঞেল অদুনা মখা তানা হায়রকই – " ফরে ফরে বর অমসু পীরমগে ।"

"তাকপীয়ু হে নদীয়া বিহারী !"

"নহাক্তি ঈশিং মথক্তা ফমলগা ধ্যান তৌবা ঙম্বা ওইজৌ, মদুনা অৱা অনা কোক্কনি। ঈযাইদা লৈঙোইপুঙ অমসু লৈবনি, মদুদা ঐগী ৱাঙ্গোলশঙ ওইয়ুকো।"

"য়াথং অদুমক, বর অদুমক থৌজানবীয়ু!"

মতৌ অসুম্না, সুরধুনী কৌবীদো ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজখি।

সুরধুনীনা উমং অদুগী খোঙনাং বট মখোঙদা নদীয়া বিহারীগী লৈখোম্না শাবা মুর্তি অমা লাৎলম্মী,মখূৎমক্লা শাজবনি। চম্মকারনি! লৈখোম্না শাবা মুর্তি অদো নুঙগী মুর্তি ওল্লকখি। মতমগী মতুং ইন্না সুরধুনী মশা লুমথবকই। মহাক য়াম্না ৱারকলে । ঈশিং ময়াইদা ধ্যান তৌই। লৈঙোইপুঙ মথাক্তা উনাগী খাঙপোক অমা শারদুনা লৈজখি। মাগী পীবুক নুংগী নদীয়া বিহারী, অসুম অসুম চাউখৎলকই, অসুম অসুম থাচৎ থাশিং হেল্লবসু থোরকখিদে। সুরধুনী ধ্যান তৌবা ৱারকলে। শ্রীহরি কৌরদুনা হায়জে – "হে প্রাননাথ ! ইমাগী নদীয়া বিহারী ! তাইবং খোঙদোই হুল্লকলোদা, ইমা খাঙবা ৱারে!"

"মনুংদা অসুম লৈরনি .... থোরকওই।" শকউদবা খোঞেল অদুনা মনুংদগী ঙাংলকপগুম্না সুরধুনীনা তাজে– "নঙনা অদুম লেঙদনা লৈয়ু হায়খিদাই।"

"ফরে ফরে ইমাগী নদীয়া বিহারী! নঙসু নমাগী য়াথং ঙাকউকো।" সুরধুনীনা চৈনাখোল খাঙনা খাঙনা হায়জে – "ইমাসু চাদ-থক্তনা ইমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা ঈশিং মথক্তা ধ্যান তৌরগে।"

নুংপান্দা মমা মচা শীংনখি। লৈঙোইপুঙ মথক্তা সুরধুনী যোগ তৌবা হৌখ্রে। মখুৎ অনী লোম্লনা মমীৎ চেজেৎ উৎশিনখ্রে। পীবুকনুংগী নদীয়া বিহারীসু অসুম অসুম চাউখৎলকই। সুরধুনীসু মাগী তান্ত্রিক শক্তিনা অসুম অসুম চাউথোরকই। নদীয়া বিহারীবু চহী কয়া মীরোন্দুনা লৈখি।

সুরধুনীনা চহী ১০৮ সুবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদনি। মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা গঙ্গাগী ঈথক হৌরকই, অকনবা নোং নুংশিৎ য়াওরকই। প্রলয়গী মতৌগুম্না তৌরম্মী। সুরধুনীগী খঙপোকশঙ হুমথোকখ্রে। লৈঙোই পুঙ মথক্তা ফমলিবী সুরধুনী মচি লেঙখিদে। পীবুকনুংদা লোৎলিবা নদীয়া বিহারীনা অসুম অসুম লুমথখি। সুরধুনী খঙই। লৈঙোই পুঙ কায়রকই, সুরধুনী লুপথবা হৌরকই। তুরেল কাগুপ্তা মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম্না য়েংনখি।

সুরধুনী, অসুম খজিক খজিক লুপখি, লুপথখি অসুম অসুম লুপথখি। শ্রীনদীয়া বিহাবী, মমা সুবধুনীগা লোযননা মমৈথংদা চুপ লুপখ্রে - ঈশিং ঈপোম, কোঙ্গোল পিদ্রিক পিদ্রিক ... তপ্না তপ্না মাঙখ্রে।

নদীয়া বাসীশিংনা লাওনরকখি – "সুরধুনী মাইয়াকী জয়! সুরধুনী গঙ্গাকী জয়!"

খোল্লাও অসিনা পুমনীল নীনখি। নুমিৎ অসিদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চেল্লিবা ভগীরথী গঙ্গাগী মতেক খরদংবু, হাযবদি প্রচীন মাযাপুর ঘাট্টগী হৌজিক নৌনা শারিবা গৌবাঙ্গ সেতু ফাওবা অসিবু মপুংদা, 'সুরধুনী গঙ্গা' হাযরগা খঙনখি। শ্রীনদীয়া বিহারী অমসুং সুরধুনী মমা মচা ঈশিং মনুংদা ঙা ওন্দুনা লৈখিসু হায়নৈ। পন্দিত খরগী মত মতুংইন্না সুরধুনী লুপখ্রবা মতুংদা শ্রীনদীয়া বিহারী, ঈশিং মনুংদগী শরেপ ফারবা পাখঙ অমা ওইনা ফুং লাওনা ফাওগৎলকখি হায়নৈ। ঈশিং ময়াইদা লেপ্লগা অসুম হায়না লাওরম্মী, "তাও তাও, নদীয়া বাসী পুম্নমক! ঐ নদীয়া বিহারীনি। সুরধুনী গঙ্গাগী শ্বামীসু ঐনি, শ্রীরামসু ঐনি, শীকৃষ্ণসু ঐনী। পুম্নমক ঐগী লীলানি। ঐদি শকথুপ্না মীপুম খুদিংদা লৈবনি। ঐনা ঐবু মশক খঙগে হাযববদি প্রকৃতি পুরুষ অনীগী থাদোক্লবা যাদবা মরী অদু হান্না মশক খঙ্ডু। লাইনীং লম্বী লাল্লবী, নুপা ওইববু তাথি তাওইনা খঞ্জখিবী সুরধুনী মাইয়াগী মফমদা প্রকৃতি পুরুষকী মিলন ওইদ্রবদি মঙাল ফংদে হায়বা অদু তম্বীবা লাকপনি। হৌজিক্তি মহাক মঙাল ফংখ্রে। সুরধুনী মাইয়াগী থৱায় হকচাং ভগীরথী গঙ্গাগী ঈরোলনুংদা তিনখ্রবনি। মুৎতবা ওইরসনু মাগী মমিং! যুগ অমদা ঐ অমুক লাকখিগনি। মানুষ দেবতা ওইনা পোক্লখিনি। সুরধুনী মাইয়াগী ঈপাক লান্দুনা হরিনাম প্রচার তৌরখিগনি। মতম পুম্বদা ঐবু নিংজৌ, ঐবু লাৎচৌ!"

সুরধুনী গঙ্গাগী ঈয়াইদা লেপলিবা শ্রীহরিগী স্বয়ং রূপ অদু সুরধুনী উমং তম্না চংশিনখ্রে, মশক অদুম উখিদ্রে। মিকুপ খরগী মতুংদা ভুমিকল্প (যুহার হাখি) তৌখি। নদীয়াগী লৈয়াৎ লৈওং হোংদোক হোংজিল তৌখি। সুরধুনী উমংদগী লংত্রিক হেক লংলবা মঙাল অমা, নোংথক্তা পাইখৎখি।

মতমগী মতুংইন্না সুরধুনী ঘাট, সুরধুনী তপবন- তাংদাংবা মফম খঙনখিদ্রে। শূকন্সবা উমং ওইদুনা লৈখ্রে। নদীয়া বাসীশিংনা নদীয়া বিহারীগী মুর্তি লাৎনরম্মী। অদুবু মুসলিম

লৈঙাক্কী মতমদা মুর্তি ফোঙনা লাংপা য়ারমদে, অথিংবসু লৈরম্মী। সুরধুনীনা লাংচরম্বা নদীয়া বিহারীগী মুর্তি, লৈনুংদা ফুমজিনগ্রে (যুহার হাবদা মথন্তা ফুমখিবনি।)

সুরধুনী প্রেম কথা– সাধু পন্দিত কয়াগী চীঙ্খাং লান-লান্দুনা লাকখি, শেমদোক শেমজিন, হাপতোক হাপচিন কয়াসু তৌরকই। করি হায়নি, বাল্মিকী রামায়নসু অদুমঙাই। মতুংইনবা পন্দিতশিংনা হাপ্তোক হাপচিন তৌনখি। সীতা লৈনুং চংবা য়াওদবা রামায়নসু লৈতবা নত্তে। অদু ওইদুনসু 'সীতা রামগী' গী য়াংলেন শরূ ওইরিবা ৱারী মপুংদি লেংদ্রি।মতৌ অসুম্না সুরধুনী গঙ্গা অমদি শ্রীনদীয়া বিহারী অনীগী অঙকপা প্রেম কথা নৎত্রগা 'সুরধুনী গঙ্গা পুরাণ! মসিনা মীওইবদা পীরিবা লাইনীং লম্বীগী পাউতাক পাউজেল, কান্নৱানি। লোন্নবু ওইরবসু, ফোঙনবু ওইরবসু, য়ুম্বাল পুন্সিগী অঙকপা নুংঙাইবা মহাও অদু হান্না খঙদোকখো হায়বগী পারা অমা তম্বীরিবনি। মরম অসিনা সাধু, সন্ন্যাসী অমদি সন্ন্যাসীনি খুদিংমক মচা ধারা লৈহৌরবা মতুংদা লাইনীংবা চৎনরিবনি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী খবদি ব্রহ্মচারী ওইদুনা লেনগনি খঞ্জরগা লাইনীংবসু য়াওদবদি নত্তে। ঈশ্বরগীবু ওইরবসু, মীগী থৌইনশিনবু ওইরবসু ব্রহ্মচরীশিংবু য়ুম্বাল পুন্সি হান্না মশক খঙহন্নবা হোৎনবগী থৌদোক ৱাথোক কয়াসু থোকখিবা লৈ। বিশ্বমিত্র মুনিগী মফমদা মেনকা থাজিন্দুনা লাইনীং লম্বী চুমথোকপীখি। মতৌ অসুম্না লাইনীংবা লাইনীংবীশিংনা 'সহাজিয়া কল্ট'' অসিতনা অথোইবা লাইনীং অমনি খন্নরি।

শ্রীহরিনা শ্রীনদীয়া বিহারীগী রূপ ধারন তৌরগা সুরধুনীবু লুপহনখিবা শ্রীধাম নবদ্বীপকী সুরধুনী গঙ্গা! শেংলবা তীর্থস্থান অমা ওইহৌবগা লোয়ননা প্রেম কথা অসিবু তাজবা ফংলবদি মীওইপোক্কী মহে য়াল্লবনি অমদি পুন্সিগী নুং-পান মশক খঙলবনি। অসুম্না তাকপীবম্মী সাধু বৈষ্ণবশিংনা। মখোয় অয়াম্বনা য়ুম্বাল পুন্সিগী মশক খঙখিবা ঙাকনি। ফোঙদোকপা য়াদবা কয়াগী মরুমদা, অরোৎপা অবোৎপী কয়াসু হেক্তা লৈবম্মী।

অমবু ওইরে, সুরধুনী গঙ্গা চেম্বুরি! যুগ যুগ খুদিংদা লীদুনা লাকলি অমর প্রেম কথা! যুগ যুগ খুদিংগীসু লাইনীংবা লাইনীংবী, ব্রহ্মচারী কয়ানা সুরধুনী গঙ্গা মপালদা মঙাল থিবা লাক্করি। মফম খঙখিদ্রবা সুরধুনী উমং, সুরধুনী ঘাট - নৌহৌনা থিগৎনরক্কি। নীংজবা থুংগনি হায়বগী থাজবা থম্মরি। থাজবা অসিনা তোঙানবা অমা ওইনা থমখ্রবসু তীর্থ যাত্রিক সঙ্ঘ সঙ্ঘুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা অমদি শ্রীধাম মায়াপুরদা লাকলগা সুরধুনী গঙ্গাদা কৈদৌবৈ স্নান তৌরিবা ?

তুরেল অসিগী মগুণ অমসু লৈরম্বা তাই! লৈখিসনু।



যুগ কয়াগী মতুংদনি।

নোংমা নুংথিলদনি, নুমিৎ তানিং তমাং তৌরে। শ্রীধাম নবদ্বীপকী অৱাং খুন্দোন্দা লৈরিবা প্রচীন মায়াপুরদগী নুপা অমা থোরকই। মহাক্কী মফি মরোল মোতাই সুতাইনৈ।

মকোই মরাং চোম্মী, মরু কোকই, শিখাক খাকই, চন্দন থিল্লি, মীওই মীতৌ ৱাং চাওই, মমীৎ তোংলাও লাওই। চহী নিফুগী মথক ওইগনি। মনমদা নম্বো অচৌবা অমা পোজে।

নুপা অসি, মতম কুইনা পন্দিত ব্রজমোহোন দাস মহন্তগী আখড়াদা শাইদাংদুনা লৈরম্বনি। পন্দিতকী মফমদগী তম্বা য়াবা, খঙবা য়াবা খঙব্রবা সেবকনি। মাগী গুরুনা মহাকপু পেনবীবদুনা শিরোমনি মিংথোলসু পীবিখ্রে। অদুনা মহাক গুরুকুল থাদোক্তুনা থোরকপনি। তৌবসু, পন্দিত ব্রজমোহোন নোঙ্গাখ্রে। মচানুপা কাশিনাথনা গুরুকুল চলাইহৌরে। শকখঙদবা নুপা অসিগী তোঙানবা পান্দম অমা লৈ। মাগী গুরুনা মবুক হোরবা খোঙনাং বট পাম্বী অচৌবা অমা থিয়ু হায়দুনা তাকপীরম্মী। মদুসু শূকলবা উমং অমগী ময়াইচবুক্তা হৌবা ওইগদবনি।

মহাক্লা খোঙনাং বট অসি থিনিংলকই, প্রাচীন মায়াপুরদগী খা পাংনা খোঙশাল্লকই। সুরধুনী গঙ্গা মপানগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা উমং য়াম্না লৈরম্মী, মোংসোং কযাসুনি। মহাক্লা উমংশিং অমদি মোংসোংশিং ফাওর- ফাওরগা অসুম হাইথরকই, অসুম হাইথরকই। উমং মোংসোং খুদিংমক্তা মহাক চংলম্মী, মঙক হাইব-হাইবগা থোবকই। মাগী খোঙচৎতি খক লেপখিদে। মমৈথংদা, মহাক্লা খোঙনাং বট অচৌবা হৌবা উমং অদু থেংনখি। মতম অদু নুমিৎসু পুমতা তাখ্রে। মহাক নোকফেৎ তৌই, মঙক নোমজৈ। মহাক কবিসু অকি অখঙ লৈখিদে। শূক্লা মমলবা উমং অদুদা মথক্তা চংশিনখ্রে। মহাক উথক্তা অহিং লমদনখি। মাগী গুরুনা পীরম্বা (নবসিংহ মন্ত্রনা মথৌশংলগা শাখিবা) থাঙপাক অমদি খক থাদোকখিদে। মাগী নম্বো অচৌবা অদু মনাক্তা যাল্লগা থম্মী। নম্বো মনুংদা কবি পোৎপু য়াওবিগবা ? উশা অনী কবক্তা থৌরীনা লোন্দুনা মশা তাদনবা পোলাংগী তুমফম শেম্মী। থাঙপাক অদুসু মাগী মনাক্তা যান্দুনা থম্মী, য়াম্না চেকশিন্না, তাখিদনবা মওংদা যাল্লি মহাক য়াম্না চেকশিনবা অমদি মমীৎ মনাসু য়াম্না শিংবা মীতানি। মাগী গুরুবু খুরুমজবগা হবি নাম শোন্দুনা নুংঙাইনা তুমথখি।

মাগী নম্বো অদু, খূৎচাও অমনি। মী অশিবগী হকচাংকা য়াওরমদৌ মাল্লি। য়াম্না ঈচং থৌনা লৈবা মীদি ওইবা তাই। নত্তে, মহাক ভুত ফাবা লাকলিব্রা ? ভুত থোকই হায়নরিবা উমং অদুমকনি। মবুক হোরিবা খোঙনাং বট ! ইচম হেক চন্না খোঙনাং বট নত্তে। ওম্বোক্লসু মগুণ লৈখ্রবা ৱারী অমসু লৈরিবা খোঙনাং বটনি। মবুক অসে ফুট তরুক হেল্লপ ৱাংনা হোই, মরাক্লা ফুট অনীবোম ওইগনি; মী চাংথোক চংশিন, ফাওদোক ফাওজিন তৌবা য়াই। চহী মশীং খঙদ্রবা উজাওনি। মবুক অসে কমদৌনা হোত্রোং হোত্রিবা? হোরিবা মওংসু স্ত্রি লীঙ্গ ( ▽) মাল্লপ তৌই। খোঙনাং মনুংদগী অঙকপা মুর্তি অমা পোকখিবরা নৎত্রগা মপান থোকখিব্রা? শম্না হায়রবদা খোঙনাং, অসি মীবু ওইরে, লাইবু ওইরে, মচা পোকখিবরা ? করিগুম্বা মগুণ অমদি লৈরম্বা তাই।

লৈ, মসিগী অঙকপা মহিমা অমা লৈরি। মরম অদুনা ব্রজমোহোন পন্দিতকী সেবক অসিনা থিবা লাকলিবনি। নুপা অসি ইচম হেক চন্না মীওই মানদে। উমং অসিগী লিখুন ৱারী অমদি মসিগী অঙকপা মহিমা কয়াবু মমুৎতানা খঙলবা নুপানি।

উথক্তা মহাক কৈদৌরি ? য়েন য়াহিপনি। পুংজা খুদিং মীৎকপ থোকই, মনা থাংগৎতুনা তাই। নিংসা শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা অমুক উইথখি। অমুকসু হেক মথন্তা শীংন্দুনা নুংখন্নে (ভুত লৈ হাইদাই ? থোরকউদনা। ভুত নুপী ওইরে তাল্লোয় ওইগনি। ভুত নুপা ওইরে হাৎকনি। থোরকউনে কনা কনানো?)

অহিং তংখায় হৌখ্রে। ভুত থোরকপগী সমিন ফংখিদ্রে। মহাক নাখোক্তুনা তুমথখ্রে, তুমথখ্রে। মহাক করিসু নাচুংখিদ্রে।

"হৈ নুপা ! নঙ কনানো ?"

খোঙনাং বট মখোঙদা নুপী অমা লেপলে। মহাক্না মখাতানা হংলকই — "উমং অসিদা কৈদৌবা লাকপনো?"

নুপী অসি কুচুদি মুনং তৌনা ফজে। হনুবীনি। অদুওইদুনসু মখ্বাং কোনদে, চপ তিংলি। মমায় অদো খজিকতং খুইতক্নে। মীওই মুর্তি, শাথেক শাবান ফজবি। মপোপ মতাংসু নীংথিজবি। কালিকাগী মওং মতৌদৌনা তৌই। অমুবা লৈচিল মপাক তৌনা তুংযানলোমদা অমুবা শমলাংনা খুউ মখা ফাওবা যান্থবি। লেংজুম অনীদগী হাইরথরকপা শমলাংগী চবুল অনীনা থবাক মথক্তা খুমলপম তৌনা যান্থরি। মাশাদা ফি অতৈ থোংদে। মখ্বাংদা খোঙনাং বট মনা পবেং অমা য়ান্থবি। মদুনা নুপী খুদম কাযাৎপু খুমদুনা লোৎচৈ। নুপী অদুগী অঙকপা মতৌ অমনা মবুক্কী শরুক থজিন্দগী খোইদৌ মখা ফাওবা হোত্রোং হোনা উই। মহাক অসি সুবধুনী গঙ্গা মনুংদগী ফাওগৎলক্তুনা উমং অসিদা চংলকপনি।

"খুরুমজরি হে ইমা কালিকা!" উথক্তগী নুপা অদুনা হায়রকই— "ননাই যাক পন্দিত ব্রজমোহোনদাসকী সেবক, শিয্যানি। গুরুনা উমং অসিদা লাই নীংঙু তাকপীবল্মী।"

নুপী অদুনা হাযবকই -"ফৈ ফৈ নীংথিজনা নীংঙু। নঙনা নীংজবা থুংজৌ। যেংঙু ঐগী ইবুক হোরিবসে নঙনা মেল্লুকো।"

"কমদৌনা, ইমা?"

"পন্দিত ব্রজমোহোনগী লাতমদা ঐগী ব্রারী যাওরমগনি। মুন্না থিযু. ঐহাক কালিকা নীংলম্মী, কালিকাদি নত্তে।" নুপী অদুনা শমথরদুনা হায়রকই— "শ্রীহরিনা মতম খরা খোঙনাং বট মনুংদা লোৎলম্মী। চেৎখাইরগা শ্রীনদীয়া বিহারী ওইনা থোবকখি, ঐগী পীবুকনুংদা অমুক লোৎলম্মী। ঐগী ইচা ওইনা পীবুক চেৎখাযবগা গঙ্গা মনুংদগী মপাল থোকখি। মঙাল ওইনা পাইখৎখি।

"ইমাবু কনানো ?"

"সুরধুনী ! সুরধুনী গঙ্গা!" নুপী অদুনা মখাতানা হায়রকই — "নুমিৎ খুদিং গঙ্গা স্নান তৌজৌ। নঙগী নচা ধারা পানবা ওইজৌ। শ্রীমতী রাধিকাবু নীংজৌ। ফংগনি শোয়দনা।"

"হে ইমা ! সুরধুনী মাইয়া!" নুপা অদুনা উথক্তগী প্রপ প্রপ কুমথরকই। লৈমায়দা শাংত্রোং উপলগা সুরধুনী মাইয়া খুরুমদুনা হায়রকই—"উমং অসিগী মহিমা গুরুনা

তাকপীরম্মী। নচাসু ইমাবু থিবা লাকচবনি। ইমাগী চিনকোই অদুম্মক ফংবা ওইজগে। অদো ইমা ... ?"

"লাক্কনি শোয়দনা চহী মঙা লাই নীংঙু! ঐসু পাইদুনা লৈরগেকো।"

সুরধুনী গঙ্গা প্রপ প্রপ চৎখ্রে। গঙ্গাগী ঈমায়দা অদুম চৎখি, ঈয়াইদা চুপ লুপখি। মিকুপ খরগী মতুংদা, ঈশিং মনুংদগী মঙাল অমা পাইখৎখি !

## ৬

"সুব-ধুনী ! সুব-ধুনী !"

খোইথুম্নরবা খোন্থোক অমনা ইখঙ হেক খঙহৌদনা, ঈশেদৌনা খোংলকই। ওন্থোক্লা মযেক শেংখ্রবা খোঞ্জেলনি। সুবধুনী হায়বা ৱাহে অসিমক য়াম্না থোৎ নৌই, সুবসু চেল্লি। তাবসু নুংঙাই। মখাতানা শ্বব চিংথোক চিংশিন তৌবগা অমুকসু খোংলকই, "সুর ..... ধুনী ! সুব - ধুনী!"

খোঙনাং বট মথক্তা তুমলিবা নুপা অদু মীৎকপ খঙথোক হেক থোকই, মমীৎ খঙপাং হেক পাংথোকই; কোয়যেং যেংলকই (অহিং মমৈগী মঙ অদু কযাদা মবিক চুমখ্রবা ! চুম্মীদনা মফম অসিদা সুবধুনী গঙ্গাগী ছাযা লৈবি, মাগী থৱাযসু কোইপাইনবি, তমথিববী ভুত নত্তে। অযুক অসিদা অমুক, কয়াদা নুংশিরবা খোঞ্জেলনো! কবস্থা উচেক্লবু খোংলিবা !)

"সুব-ধুনী ! সুব-ধুনী!"

নুংশিববা খোঞ্জেল, অমুকসু তাবকই। মাইনা (উচেক) অমা উনাবক্তগী পাইথোবকই, নুপা অদুগী মনাক্তা (উশা অমদা) কবিসু অকি অখঙ লৈতনা তোংলগা মাখৌ পোংনা খোঙলকই– "গঙ্গা ! গঙ্গা!"

"হোযনে হোয়নে গঙ্গা স্নান তৌবগা লাইনীংবা হৌরগে।" নুপা অদুনা মাইনা অদু য়েংনা য়েংনা হাযরকই – "নঙ ঐ মরূপ ওইসিকো। নমিংদি করি কৌই ?"

"সুব-ধুনী ! সুব-ধুনী।" মাইনা অদুনা খোঙই।

"ও ! নঙসু সুরধুনী ! ঐগী ইমিংদিনে খঙলব্রা ?"

"গঙ্গা ! গঙ্গা !" মাইনা অদুনা খোঙই।

"হোয, হোয় ঐগী ইমিং ওনখ্রবনি, য়ারেদনা ?" নুপা অদুনা মখাতনা হায়রকই, "নম্বোসে শংলম্মু, ঐ গঙ্গা স্নান তৌকখিগে।"

মতম অদু নুমিৎ মশক উফাৎত্রি। নুপা অদু উথক্তগী কুমথরকলে। মখুতা থাঙপাক পায়রদুনা চরোৎ হাবুং অমদি উশা ৱাশা খরা মশা থাদোকই, উনা-ৱানা খুন্দোক্তুনা শেংদোকই। লাপুক্লা লৈরিবা গঙ্গা তম্না চৎখিদুনা হিদেন (ঘাট) শেমলুই। লোয়ননা স্নান

তৌবা লোইখ্রে। মফি মরোল অকংবা হোংদোকই। মবুক হোরবা খোঙনাং বট অদুগী মমাঙদা ফমদুনা ধ্যান তৌবা হৌখ্রে। নীংথিজরবা শাইদাংফম অমা ফংবদা মহাক নুংঙাইজখি, অঙকপসু পোকচখি। চিঙ্গাক্কীদমক মহাক ৱানিংঙাই লৈখিদে, চেংজেল পুরকই, উহৈ ৱাহৈ কয়াসু উমং অদুদা মরাং কায়না ফংঙি- লফোই; য়ুবী, থৈবোং অসিনচিংবা।

অয়ুক নুংথিলগী মতমদা মহাক লাইনীংদুনা লৈ। তেক্কনা মচা অমদা হৱাই চেংৱাই তোংশিলগা ক্ষেচ্রি ওই করি ওইনা থোং থাক্কুনা চাই, মপৃংদি উহৈ ৱাহৈনি। নুমিদাংদা উথক্তা কাখৎতুনা তুস্মী। মতম খরা লৈরগা খোঙনাং বটকী উক্রোং অহোবা অদুনা মমাঙথোঙ ওইরগা খাঙপোকশঙ অমা শাগৎলকই, মথন্তা তৌজে। ই ফাল্লগা মথক কুপ্পি, য়ুবী মনা, কোনা মনানসু মবক মেল্লি। অসুম তেক তেক নোংমা নোংমগী খাঙপোকশঙ অদু ৱাচেৎকী ফক্লাং লোনশিন্দুনা খাগৎলকই, লৈপাক্লা ৱাই তৈশিনখি। মথন্তা মওং তানা হিংনবা হোৎনরকই।

সুরধুনী উমং তপবন মাল্লকই, হান্নদগী হেন্না ফজখ্রে। মহাক্লা নীংথিজনবা শেমগৎলকই। মথন্তগী পুন্সি যাম্লা নুংঙাইজখি। উমংদা লৈবিবা মাইনা অদুগা ৱাবী ৱাতাই শাদুনসু মতম লেঙ্গে। মহাক্লা মরোল কযা তস্মী, মমিং তাকচৈ। মমিং অদু পন্দুনা মাইনা অদুনা মাবু তুস্মা হৌদোকই। মাইনা অসি মাগী লেংবান্দসু তোংলৈ। নাইতোম তাববী মাইনা অসি অমোমনি। উচেক অদুগা মাগা য়াম্লা হেক্তা নুংশি চান্নখ্রে। নুপা অসিনা মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিঙৈদা মাইনা অসিনা মাগী কোকতোন ওইরপ তৌবা উশাদা তোংদুনা শংঙি। মহু চেনবা তিল কাং পাইরকলবদি মাইনা অসি পাইথবক্কুনা লাকই, হাৎতোকই, চাবা য়াবনা মচিঙ্গাক ওইজে। উমং অসিদা লীন খরা লৈবস্মী, অযাম্বদি চেন্নখ্রে। খাবৌ অচৌবা অমদি উমং কোনবা ওইনা লৈরি। নুপা অসিগা ঙাইহাক লৈতনা থেংনৈ। অমসু চিক্কে খনদে, অমসু হাৎকে খনদে। নোংমদি খাবৌ অসিনা খোঙনাং মবুক অহোবগী মতোন তুমলপ তৌবা উক্রোং অমদা য়েৎশিল্লগা মকু হুদোক্কুনা থমলস্মী। নুপা অদুনা লীন মকু অদু নীংথিজনা খুনজিল্লগা থমজে, অফবা খুদমনি খঞ্জে। মঙোন্দা ঈঙ্গিৎ অমা পীবিবনি হায়দুনসু নুংঙাইজখি। মাগী ৱাখল, থৱায, হকচাং হেন্না নহা ওইথোবকলে।

নোংমদগী নুমিৎ কযানি হৌখ্রে। মাগী চেংজেল লোইশিল্লকই। শেন থুমগীদি মঙোন্দা অৱাৎপা লৈতে। মহাক্লা মনমদা পোদুনা পুবকপা নম্বো অদুগী মনুংদা চন্দন উপু য়াম্লা চাউবা অমা লোৎলগা পুরকই। মনুংদা সনা লুপা, মালচাং য়াম্লা য়াওরি। লাইপোৎ তিনপোৎ, লাইরিক্কুচিংবা কয়াসু য়াওরি। মমিংতবু চন্দন উপু হায়বৈ ৱানি। উপু বাকসি নৎত্রগা চাউতকপা ট্রঙ্ক অমনি হাযবসু যাই। মাগী নম্বো মনুংদা লোৎলিবা চন্দন উপু অদু হুন্দোক্কুন্নগা মপান থোকপসু থোকনিংদে। মহাক্লা ৱাখল কয়া খনবমখৈ খল্লগা উথক্তগী চন্দন উপু লৌথরে, শেন খরা লৌথোক্লগা থমলে। চন্দন উপু অদু খোইরু ফি য়োমশিল্লগা মাগী খাঙপোকশঙ মনুংগী লৈনুংদা ফুমজিনখ্রে। মহাক অসিবু মীচেন মীরোৎ নৎত্রগা মীহাৎপরা ? অমবু ওইরবসু, উমং অসিদা মহাক লাইনীংদুনা লৈরি হায়বা কনানসু খঙনদ্রি। চহী মঙারোমদি উমংদগী মপান থোকখিরোই খনজে। গঙ্গা স্নান চৎপসু মমলিঙৈদা চৎলি, মতম চপ চানা য়াহৌই। মাইনা অদুনসু মাবু হৌদোকই। অদুনা কনানসু খঙনদবনি।

নোংমা নুংথিল অমদনি। মহাক্না মাগী খাণ্ডপোকশণ্ডগী হোজং ওইরিবা খোণ্ডনাং বট মবুক হোবা অদুগী মনুংদা ফমলগা মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিঙৈদা ষনবী অচৌবা অমা খোংলদুনা চেনশিল্লকই, চপ লেপলে। ঙাইহাক লৈরগা পাখণ্ড মচা অমসু চেনশিল্লকই। লাইনীংবা অসিনা মমীৎ নাম্মা পাংলপ তৌনা হায়ফেৎ য়েংথোকই, খুদক্তা অমুক উইশিল্লগা খণ্ডজিন্নদবা শাদুনা লৈখ্রে। ষন থিবা লাকলিবা পাখণ্ড অদু কিথি কিরুম তৌনা চংলকপনি। মহাক পুমণ্ডক হেক্তা ঙকখ্রে। মাগী ষনবীদু চেনবা তৌদনা লৈরম্বা অদুদসু অমুক্তা হেন্না ঙকখ্রে। সাধুবাবা অসিগী শক্তিনা মাগী ঙাওখ্রবী ষন অদু তেথহনখ্রে খঞ্জে। ষন থৌরী মচিন ফাগনি হায়বা কাউথোকখ্রে। মহাক্না সাধুবাবাগী মাঙ্গোলদা মখুৎনা লাইবক কংলগা কাখৎলকই, শাংত্রোং শাংনা খুরমলগা হায়রকই – "সাধুবাবা চম্মকারনি! ননাই গোপীনা খুরুমজরি। কৃপা তৌবীয়ু!"

"তথাস্তু বালক!" সাধু বাবা অদুগী মখুৎমক্না গোপীগী মকোক্তা নাম্থবীরদুনা হায়রকই – "নঙগী ষনবী অসিদি ওস্লোক্না ফজখ্রেদা, কামধেনুবু মানগে তৌই। এ! গর্ভসু পুরেনা। ঐঙোন্দা কৎপা লাকলিব্রা? ফৈ ফৈ।"

"সাধুবাবা।" পাখণ্ড অদুনা লৌথুপ লৌকোইবা তৌদনা হায়রকই – "ননাই গোপীগী ওইরবদি চিংনবা লৈতনা কৎচগে হায়ববু ...।"

সাধুবাবা অদুনা হাযরকই - "ও! নহাক ষনশেন নহা ওইরে। নমিংনা... ?"

"গোপী কৌজে।" গোপীনা খুদক্তা খুম্মী।

"ঙশাযনা খণ্ডলে। গোপীদমক কৌব্রা ?"

"গোপীদাস কৌবী খ্বাইনা।" গোপীনা মশাবু মশক তাকচবা ওইনা মখাতানা হাযরকই– "ইমা ইপা কনাসু লৈজদ্রে, ত্রিপুরা মচানি, কালিসানি। মণিপুর রাজবাড়ীদা মনশেন ষনঙাক ওইদুনা লৈজবনি।"

"নুংশদা গোপী!" সাধুবাবানা ঙাইহাক খল্লগা অমুক হায়রকই – "হৌগৎলু হৌগৎলু। ঐগী কেকু ফোঙনবা মী অমদি শোয়দনা লাক্কনি হায়বদুদি লাকএদনা।"

গোপী হৌগৎলে, মখুউ লৈতানা ফমলগা হঙ্গৎচৈ "সাধু বাবাগী মঙদা ফাওবীববা?"

"অং! অং!" সাধুবাবানা খুদোংচাবা লৌদুনা হাযবকই – "মঙদা উখিবা ষনবী অদুমকসু ইমাঙদা চপ হেক লেপ্লরে, মতুং ইল্লকপা ষনশেন নহাসু। অসিদবু লাই লৈতে করম্না হায়গনি, গোপী?"

গোপীদাসতি তশেংনা হেক্তা থাজখ্রে, ঙকখ্রে। সিদ্ধা পাল্লবা সাধুবাবা অমনি খল্লদুনা হায়রকই – "সাধু বাবা! ননাই ওইনা লৈজরগে হায়ববু...।"

"গোপী! মদুদি য়াম্না লাইবক ফবৈ ব্রানি।" সাধুবাবানা ঙাইহাক অমুক খল্লগা হায়রকই – "ঐগী অহানবা ভক্তা অমদি শোয়দনা লাক্কনি হায়দুনসু খনখি, লাকএদনা। ঐসুনে, ইতোমতনি, কনা লৈজদ্রবনি, ঐদি নঙবু ইচা ওইনবু য়োকচনিংঙি। ইথন্তা লৈবসু নুংঙাইতে, নঙ করি খল্লি?"

গোপীদাসনা মশাগী ওইবা পাউখুম পীদ্রিঙৈদা উতোন্দগী মাইনা অদুনা হৌনা হৌনা খোংলকই— "গোপী ! গোপী ! লৈ লৈ ...।"

সাধুবানা খংহায় হায়রকই —"তু তু তাউনে গোপী ! ঈশ্বরগী পাউজেল পুরবা মাইনা অমা মফম অসিদা লৈয়ে, সুরধুনী মাইয়ানা ওনবনি। মহাক্লসু লৈরো হায়রিসে তারেদনা ?"

"তাজরে, বাবাজি!" গোপীদাসনা মঙক পেরপ্লা য়েংখৎলি, মাইনা অদু উরে, হায়রকই — "হৌরেন অহিং লোন্না হেক্তা চেঞ্জরক্কে।"

"এ ! হৌনদে, হৌনদে।" সাধুবাবানা পাউমেনবা ওইনা হায়রকই — "নীংথিজনা হায়রল্লগা লাকউ। অদুগনে, গোপী ! ইপা মতম খরা লোৎখিগে, সিদ্ধা ফংফাৎত্রি, মফম অসিদা সাধুবাবা অমা লৈ হায়বসে কনাদসু হাযদোকপা য়া দ্রিকো।"

গোপীনা খুম্মী—"হায়দোকচরোই। সুরধুনী গঙ্গানা সাখি ! ননাই গোপীদি শিরবসু ব্রাশক ঙাকচগনি।"

"ফবে, চৎলো, হযেং অযুক ওইনা লাকউকো।"

"ফগনি।" গোপীনা সাধুবাবাবু অমুকসু মখোঙ শোক্লা খুরুমলগা হাযবকই— "মতম চুপ্পদা লৈজগে ননাই ওইনা। সাধুবাবাগী পরিচয়দি খবদং খঙজবা য়াগদ্রা?"

"হোযনে, হোযনে, ইপাগী মিংদি গঙ্গাদাস শিবোমনি। অসুম হায়না গুরুনা উপাধি পীবম্মী। অসি মঙাই ইপাগী পবিচয।"

গোপীনা খঙহৌদনা লাওজে — "গঙ্গাদাস শিবোমনিকী জয় !"

গঙ্গাদাসনা পাউমেঞ্জে —"হে অঙাওবা ! মী তাখিনি। মতম খরা ব্রাৎলি, হৌজিক মথি ফোঙবা য়াদ্রিনে। চৎলো চৎলো হয়েং শোয়দনা লাকউকো।"

"শোয়দনমক চেঞ্জরক্কনি, বাবাজি!"

গোপীনা ষন থৌরী পায়রদুনা উমং অদুদগী থোকপ্রে। গঙ্গাদাসনা মমীৎ পাংথোকলগা নোকফেৎ তৌনা গোপীবু য়েংহৌই।

উথক্তগী মাইনা অদুনা খোংলকই - "গঙ্গা ! গঙ্গা ! গঙ্গা-দাসো।"

## ৭

গঙ্গাদাস বাবাজি নুংঙাইজে !

মহাক ঙমখে লৈতনা নুংঙাইজে। মাগী মরূপ মাইনা সুরধুনীনা শন্দোকলিবা (মাগী) অনৌবা মিংখে— নোংমদি মীয়াম্না শোয়দনা খঙনরকখিগনি খঞ্জে। মাগী দুতি ফরবা অমসু লৈরমলে। মাগী অচানবা মনাই অমসু ফংলে হায়দুনা লৌবা য়ারে। মরল মথুম হায়রা পৈদুনা লৈরে। অসিদবু করি নুংঙাইতনি ? নুংঙাই, মহাক নুংঙাইবা হৌরকলে।

মথংগী অয়ুক্তা গোপী থুংলরে। হায়নখিবা মতুংইন্না মপু মনাই, মপা মচা ওইনা লৈমিন্নবা হৌখ্রে। গোপীসু নুংঙাইজে। মহাক্না গঙ্গাদাসকী পাংবা য়াবা মতেং পাংঙি, য়ুমলৈ কৈরৈ নুংঙাইনবা শেম শাজিল্লি, ইংখোল কোইখৎলি, ফিশূ ফিজাম্মী, কোল লিক ব্রাইরম শেংঙি, চাক ঈশিংসু থোং থাকই। সাধুবাবানা মাগী মখূৎ চাবীবা অসিদা গোপীদি হায়নিংঙাই লৈতনা পেঞ্জে। অতৈ অতৈ মফমদদি গোপীবু অতোনবনি, অমাঙবনি হায়দুনা মহাক্না শোকপা ঈশিং ফাওবা থকপীখিদে। গঙ্গাদাসতি মদু নত্তে, মওং অমনি। গৌড়িয়াদি মহাকসু যাম্না তৌই অদুবু মীগা মীগা চপ মান্নে হায়দুনা খল্লি। মাগী মচীন্দা গোপী গোপী শোন্দুনতা লৈখ্রে। মসিদা গোপীসু শিবা নাবা খঙখিদ্রে। শম্না হাযববদা মহাক য়ুমকোইবী অমদৌনা তৌখ্রে। গঙ্গাদাসনসু মাবু অসুক্কী মতিক থাজখ্রে। মখূৎতা শেন শিন্নে, অচা অথক লৈহল্লি, মফি মবোল ফজবা ফজবা লৈহল্লি। গোপীগী পুক্নি মবেক মহাও থোরকলে। হায়সু যাম্না হৈ শিংঙি; মী নপাশিনবা যাম্না হৈ। লোললি অহুম মরি খঙই, মখূৎও মশাও মহাক্না ঙাংবা শকপদা মীনা তানিংবা পোকই। মীসুম্বা হৈ হাযবসু য়াই। ওইদবা চলাক ফলাক্তি কৈদৌঙৈদসু তৌদে।

গঙ্গাদাস বাবাজিগী পুক্নিসু লৈতাবে।

মতম মাঙহনদে। মাগী শুকনা পীবম্বা পুরাণগী মতম কযা অমদি কোর্বেক মথং মথং পাশিল্লি, নৈনবা লেপ্তে। মহাকসু লোন অহুম মধি মমুৎতানা পাবা ঙাংবা অমদি ইবা ঙম্মী। অঙ্গ্রেজিদা ফোঙবা দর্শন শাস্ত্রগী লাইবিক কযাসু গোপী থাদুনা লৈহল্লি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী লাইবিক পানদুনা নৈনজে। গোপীদসু ব্রাবী কযা লীদুনা তাহল্লি। মাগী হোৎনবা কননা অঙকপনি। চহী অমুক্কী মনুংদা গীতাগী শ্লোকশিং হৌবদগী লোইবা ফাওবা চীনফা পুথোকখ্রে। অতৈ অতৈসু কর্যাশিং, মনু সংহিতা, গভগ সংহিতা, বেদ, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুবাণ, মহাভাবত, বামাযন অসিনচিংবা কযা চেনা পানা বাবী লীসা ঙমলে। গোপীবু মাগী অহানবা ভগ্তাসু, সেবকসু ওইহন্দুনা মমীৎ চইশিল্লগা লাইতাংবদৌনা হেক্তা পেদ্রোং পেদ্রোং মচান লেপ্তুনা ঙাংবা ঙম্নবা অভ্যাস তৌজে। মাবু থাজহনবা অমদি সুমহৎপা ঙম্নবা মওংদা নোংমগী ঔবাইবা তোকখিদে।

অসুম্না চহী অমা হৌদ্রে।

মহাক মীচেন মীথোৎসু ওইসনু, মীহাৎপসু ওইসনু, মশক মঙাল নাইবা মানুষ অমা ওইবা হৌবকলে। শাফোঙলগে খল্লকই। অদুগুম্বে ত্রেত য়ুগকী ডাকু বল্লকরসু মমৈথংদা বাল্মিকী ওইদুনা ফাওবকখি। মতৌ অসুম্না সুবধুনী উমংদা য়ুগ থৈরিবা গঙ্গাদাস বাবাজিসু অতোপ্পা বাল্মিকী অমা ওইবকপা যাইনা, যাদ্রনে ? মহাক মথন্তনা, মথন্তবু পন্দিত অমা ওইহনবা ঙমলে। মশানা হেক হায়জবদি য়াদে। মহাক ভগবানদৌনা তৌরে হায়বা অসি গোপী খঙলে। মাগী সাধুবাবাবু মহাক্না পন্দিত হায়দুনা কৌজনিংলে। অদুবু, মনাইনা মপুদা হেক মিংথোল পীথোকপদি হৌনদবনি। তৌবুদি ইকায় খুম্নবা উৎতুনা কৌজবদি কায়দে, পীকথন্না তৌনখিবা লৈ। গোপীনা লৌশিং অমা তৌগে খল্লি। গঙ্গাদাসনা 'সুরধুনী' হায়দুনা মিংথোঙখিবী মাইনা অদুগী মতেং লৌনিংলকই। মাগসু মাইনাসে ব্রারী শান্নবা য়ারবনি।

নোংমা সাধুবাবানা চেপলিঙেদা গোপীনা মাইনা অদু তারসনু মতাগুম্না সাধুবাবাগী খাঙপোকপগী লোমদা মখূৎ থিন্দুনা ঈঙ্গিৎ তৌরগা শোন্থাংননা কৌজে—"পন্দিত! পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি!"

মাইনা অসিদি তাবগা ওাংবনা হাল্লি, মচীন য়াংথ্রপোৎনি। মচীনসু থিন্থ্রপোৎনি। উথক্তগী পাইথরকই। গঙ্গাদাসগী হোজং থোং মনুংদা পাইশিনখ্রে। গঙ্গাদাসকী ফম্মাংদা থারিবা মোড়া অদুদা তোংলগা হৌনা হৌনা খোংলকই—"পন্দিত! পন্দিত! গঙ্গা-দাসো পন্দিত।"

গঙ্গাদাস মীৎকপ খঙথোক হেক থোকই, ফমুংদগী লোংনা ফুক হৌগৎলি, মোমোন তৌই—"সুরধুনী মাইনা! নহাক্না ঐবু পন্দিতকী উপাধি পীরবা! হাই, গোপী, নঙ তাহৌবরা?"

"তায তায় বাবাজি!" গোপীনা মপান্দগী লাওরকই—'গঙ্গাদাস পন্দিতকী জয়! পন্দিত গঙ্গাদাস শিবোমনিনা য়াইফরে!"

ইমুংদগী সুরধুনী মাইনা পাইথোবকই। নোংথক্তা পাইখ্রে। অকাশবাণী পাউজেল ওইনা হৌনা হৌনা খোংজে—"পন্দিত! পন্দিত! গঙ্গা-দাসো পন্দিত ...!"

গোপীনা হৌনা হৌনা লাওজে, মথন্তসু খুমজে—"সাধুবাবা গাঙ্গাদাস পন্দিতকী জয়! জয় জয় পন্দিত গঙ্গাদাসকী জয়! ফোঙ ফোঙ শাফোঙ!"

নুমিদাংবাইরমগী গঙ্গা মপাল- খোল্লাও অদুনা পুমনীল নীনখি। গঙ্গাদাস পন্দিত শাফোঙখ্রে। গোপীনা খুম্থক খুনখা গঙ্গা মপান্দা কোয়চেন চেন্দুনা পাউ শন্দোকখ্রে। নোংথক্তসু সুরধুনী মাইনা নদীয়া জিলা শিনবা থুংনা পাই-পাইদুনা নাম শন্দোকলি, "পন্দিত, পন্দিত গঙ্গা-দাসো! ফোঙ ফোঙ শাফোঙ! গঙ্গা-দাসো! পন্দিত গঙ্গা-দাসো।"

## ৮

গঙ্গাদাস পন্দিতকী মমিং!

তাম্না অমসুং নক্না শন্দোরকলে। মহাক শাফোঙখ্রে। মাগী চেকলা অনীগী মপান্দগী মহাকপু মথং মথং খঙনরকলে। মহাক লোৎতুনা লৈবা য়ারক্তে। হেন্দোক্না মতিক মগুণসু লৈরবনি। গৌড়িয়া মঠশিংগী মহন্তা (মকোক) ওইরিবা শ্বামী কয়াগা থেংগাইনবদা নোপত্রবনি। মাগী গুরুসু মমিং চৎলম্বা পন্দিতনি। পন্দিত ব্রজমোহোন দাসকী সেবকনি হায়বদা থোইদোক্না থাজবা অমসু লৈনখ্রে। পন্দিত অসিনা (ব্রজমোহোন) প্রাচীন মায়াপুরগী রামচন্দ্রপুর কৌবা মফমদা শ্রীগৌরচন্দ্র, নিমাই পন্দিতকী অশেংবা জন্মস্থান পুথোক্লম্মী। শ্রীধাম নবদ্বীপ কাণ্ডবুনা থাজনরি অমদি অথোইবা লাইফম অমা ওইরি। শ্রীধাম মায়াপুরগী কাণ্ডবু মরুওইনা, পন্দিত কেদরনাথ দত্তগী মতুং ইনবশিংনদি নিমাই জন্মস্থান অশেংবদি বামুন পুকুর কৌবা মফমদনি হায়দুনা বায়েৎ কয়া পুথোকখি। গৌড়িয়া মঠ কাণ্ডলুপ অনী

হৌজিকসু নিমাই জন্মস্থান মুন্নরি, য়েংনবা লোইদ্রি। মাগী মাগী থাজবগী মতুং ইন্না দর্শন তৌবসু চংনরি। অচুম চুমদগী ৱাফম লেপথোকপা নুদৌরি। অদু ওইদুনসু শ্রীধাম নবদ্বীপ কাণ্ডবুনদি পন্দিত ব্রজমোহোনগী লিখুন্না চুম্মী থগ্রে। অসিগুম্বা পন্দিত অসিগী সেবক, গঙ্গাদাস পন্দিতনা নৌহৌনা পুথোকলিবা সুরধুনী উমং অমসুং সুরধুনী ঘাট - ফুং লাওনা মথি ফোঙলকলে। চুম্মী চুমদে কনানসু মরৈ য়েংনরক্তে।

মাম্নি, মফম অসিনি সুরধুনী উমং ! উমংদগী লাপ্তক্না লৈরিবা ঘাট অসিনা, সুরধুনী ঘাট। গঙ্গাদাস পন্দিতনা য়াম্না মরিক চুম্না পুথোকখ্রে। গোপীনসু অচৌবা মতেং পাঙখ্রে। সুরধুনী মাইনানসু নোংদোল পাউজেনখ্রে। মরম অসিদগী তীর্থ যাত্রিক সম্নু সম্নু গঙ্গাদাস বাবাজিবু দর্শন তৌবসু লাক্নরে। বাবাজিগী পুন্সি ফিরাল মমায় চুমথংলকলে। মাগী শ্রীমুখনা ভাংথোবকপা পুম্নমক খ্বাই ময়াম্না চুম্মী হায়দুনা লৌনরকলে। মাগী চন্দন উপু ফুমলিবা মফম অদুদা অনৌবা লাইনীংফম ওইখ্রে, ব্যাস আসনবু কৌবা য়াই। মদুগী মখত্তা মহাক্না ফমথ্রবদি ব্যাস মুনিদৌনা পাউতাক পাউজেল পীবা ওম্মী। মতোন্দগী অন নৌশিং লৌফম ওইবম্মী। মাগী ভক্তা নোংমা নোংমগী মশীং হেন্দংলকই। গোপীনা মাগী থৃংলায়নি। 'টেম্পল বিজনেস' নৎত্রগা 'মন্দিব কাববার' তেক তেক হৌগৎলকই। ইখঙ হেক খঙহৌদনা চাউববা এলাকা অসিগী মপু মহাক্না ওইখ্রে, মমিংদা পাট্টা অশিনখ্রে। মসিসু গোপীগী মতেংদগী মহাক্না লম থোপচিনবা ওমথিবনি। গোপীগী থৃংথাঙদগী বিপিন মুখপাধ্যায কৌবা উকিল অমা ফারগা চেলহনবনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মন্দির শাগে হায়রবদি লম লৈবা নৎত্রগা নমফুদা দখল তৌশিনবা য়াই, য়াম্না লায়নসু ফংবি। শ্রীধাম নবদ্বীপ পৌবসভানা মন্দিবশিংদগী টেম্পল টেক্স হায়বা অমা চহী চহীগী ওইনা থোমগৎলি। অদুনা, লমলেমশিংবু মন্দির শানবা পীথোকপগী কান্নবা লৈ। নাকল অনীমক্কী ওইনা কান্নে হায়বা তাই। মসিসু টেম্পল বিজনেসকী মনুং চান্নি।

গঙ্গাদাস বাবাজিদি ইন্না য়াদনা লম ফংলে। মহাকপু ময়াম্না পন্দিত ওইনা শকথঙবিবগা লোয়ননা সুরধুনী উমং অমদি সুরধুনী ঘাট পুথোকপনি হায়দুনা ইকায় খুম্নবি। মাবু থাজবসু হেনগৎলকখি। অদুবু মহাক মন্দির অচৌবা শাখিদে।মাগী অয়োংপা লন থুম্না শাবদি ওম্মী। অদুবু মীয়ামগী মতেং নীবা হৌরকই। মাগী এলাকা মনুংদা মমিংতগী ওইনা ফুন্না মচা অনীখক শারগা লাই লাংপা হৌগৎলি। লাইমাঙদা প্রণামী বোক্স অনী থম্মী। নোংমা নোংমগী আয় লাকই। মহাক্কী মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণ লাৎতে, শ্রীগৌরাঙ্গসু লাৎতে। মন্দির অমদা সুরধুনী গঙ্গাগী মুর্তি লাৎলি। মন্দির অমদনা শ্রীকৃষ্ণ য়াওদবা শ্রীমতী রাধিকা লাৎলি। মহাক মশামকপু শ্রীকৃষ্ণনি খঙরিব্রা ? মাগী লাইনীং লম্বী তেঙানবা পান্দম অমনি। মাগী নীংজবা থুংবা নুমিৎতা অচৌবা মন্দির অমা শাগনি খল্লে। মাগী নীংজবদি করিনো ? মসিদি অরাইবনি। মহাক কনানো, করি লমগী মচানো ? অশেংবা মমিংনা করি কৌবা ? কনাসু খঙনদ্রি। মহাক, মন্দির করবারদি ফজনা হৈরে। অসিনি মরু ওইরিবা !

মাগী উমংগী থা-থাংদা মীথুংশঙ শাগৎলকই। গোপীগী লৈফম তেঙানবীরে। তীর্থ যাত্রিক কয়া মাগীদা থুংফম ওইরকই। মাগী ঘাট মমিং চংলে। সুরধুনী ঘাট অসি ময়ামগী

স্নান তৌফম ওইরকলে। তর্পন কৎফম অমদি চিন্তামনি লংশেকফমসু ওইরক্রে। মহাক বামোন নৎত্রবসু পুরোহিত ওইদুনা ভক্তা কয়াগী মতেং পাংলকই, পুরোক শোনবী, শ্রদ্ধা কর্ম্মনচিংবা কয়াসু পাংথোকই। মাগী এলাকা অসিনা খ্বাইদগী মী পুনফম ওইরকই। মতৌ অসুম্না অকোইবা খুন মনুংদা লৈরিবা গৌড়িয়া মঠ খরগী মন্দির করবার শিখরকখি। আখড়া খরগী মহন্তশিংনা গঙ্গাদাসকী মনাক্তা দেবদাসী অমা থাজিল্লগা মিংচৎ থিহন্নবা থৌরাংসু তৌখিদবা নত্তে।

গঙ্গাদাস বাবাজিনা করিসু থৌশাখিদে। মাগী তৌগদবা মথৌ লেপ্তুনা চৎথরকখি। মাগী মরমদা ওইদবা প্রচার কয়া শন্দোকখি। মদু শিল্লিবনা কাশিনাথ, বংশীদাস অমদি ভুবনেশ্বর ঠাকুর অসিনচিংবনি। মহাক মরাই চাইথবদি হায়রন্নু, হেন্নদুম মমিং চৎখৎলকই। মঙোন্দা নুপা নুপী কয়া গুরু ওইখি। মহাকপু তোঙান তোঙানবা মিংথোলসু পীনখি। মহাক্তি মীওই কাঙলুপ খুদিংমক্কী ওইখ্রে।

নোংমদি, মহাক্না মাগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা ধ্যান তৌরিঙৈদা মীয়াই চল্লবী মৈতৈ নুপী অমা, মহাকপু দর্শন তৌবা লাকই। মহাক্তি মমীৎ উইশিল্লি, কনানা কনানো খঙদনা মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা ভক্তশিংগী মকোক্তা মখুৎনা শোক্তুনা য়াইফ পাউজেল পীরম্মী। মৈতৈ নুপী অদুনা মহাকপু মমীৎ কুপ্তুনা য়েংলগা প্রপ প্রপ থোকখি; খুরুম্বসু তৌখিদে।

নুপী অদুনা চৎনা চৎনা খঙ্গে (চহী কয়াদগী নহাকপু থিরকপনি। হৌজিক্তি ফংলেদনা। খঙনি নঙ ! গঙ্গাদাস পন্দিতকী মমিং তাদুনা লাকপনি। নঙদি হৈনবু লোৎখ্রেদা ! ঐসে কেতুকীনি, কেতুকী তিংখৎ! নঙগী লাইনীং থুগাইগেদো। নঙগী নশক মুন্না খঙবা ঐ হিংঙিনে। শিখ্রে হায়দুনা লৈখ্রবা নঙনা মফম অসিদা ইচাও চাওনা হিংদুনা লৈরমলি। চহী কয়া চুপ্পা কেকু লোৎলিবা ! মফম অসিদনা চহী কয়া সুরবা ? গুকখ্রেদকো, হে সিনামচা !)

এঃ গঙ্গাদাস বাবাজি অসিদি, মৈতৈনিনা ! মৈতৈমচা ! মান্নি, মহাক মৈতৈনি, মৈতৈ ইনাক খুনবনি। মহাক বৈষ্ণবনি, মণিপুরী বৈষ্ণব ! মাগী অঙকপা খুম্থোক ৱারী লৈরি। মহাক মশাগী চহী কুন হেল্লকপদা ময়ুম লমদম থাদোরকখি। মফম কয়াদা লমদল্লুরে। মমা মপা মচীন মনাও কনাসু লৈখিদ্রে। মহাক কনাগীদমক হিংলিবা ? কনাবু গুাইরিবা?

মহাক্না শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লাকপা চহী তরেৎ মপূং ফারে। চহী অনী গুরু খল্লুই। মহাক হৌজিক চহী কযা সুরে ? চহী য়াংখৈগী লাংফম গুাইরিব্রা?

## ৯

কালেন থানি।

থা তরানিথোইগী চহী মরোল মরোল- মহাক হৌজিক চহী নিফুমাপল হেন্দোরকলে। শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন - মথং মথং, মহাকপু য়েং-য়েংদুনা চৎখি। চহী য়াংখৈ চংলকলে। হৌজিক অমুক কালেন থা হৌরকলে।

নোংমা অয়ুক অঙনবদনি।

সুরধুনী ঘাটকী থেন্তক তৌবা ঈশিংদনি। মশক মতৌ য়াম্না ফজরবী নুপী অমা; ঈরুগুনা, ঈরোইদুনা শান্নরম্মী। মথন্তনি, কনাসু লোয়নরকপা উদে। ঈরুজবগী নুংঙাইবসু মতমনি। ফনা কুইনা লুপ্তুনা শান্নে। তীর্থ স্নান মাল্লক্রে। থওইনা ঙাইরিজাংলা ? কনাবু !

গঙ্গাদাস বাবাজিসু সুরধুনী গঙ্গাগী সুরধুনী ঘাট্টা স্নান তৌবা কুমথরকই। মহাক হোবে হোবেনৈ। নহালখৈদি মমলিঙৈদা ঈরুজবনি। নুমিৎতুদি খরা থেংদোকখ্রে, মহাক খংপ্রেক খংই; মশা পুম্না তু খ্যাও ! মখূৎতা পায়রিবা য়ুবী খুজায় (কমণ্ডলু) লৈমায়দা তাখিবা খঙহৌদে, থরো থরো ওস্থখি। ফজবী নুপী অদুনা প্রপ প্রপ চেনখৎলকপা অদু মায়োক্লরুই। মদুদনি, খূজায় নাম্থখিবা !

নুপী অদু তগৎ তগৎ তেকলি - পেংবাদৌনা ফজে! চহী কুম্থা ঙকয়াগী মপূং মরৈ চপ চান্না ফারবীনি। গঙ্গাদাস বাবাজিগী মমাঙদা চপ হেক লেপলে, নোকমি নোকমিসু তৌই। থাগায় ফাদনা লাপনৈ। গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ কুপ্পা কাউখি।নুপী অদু লময়ৌনা ফজবগী মতিক, ঈকুজবা কারকপগী ফজবসু মপান থোকলে হায়বা য়াই। ফিঙৌগী পারবা, লৈজবী থাক্তা পাববা ঈন্নফি অঙৌবা মতেক অমনা সাড়ী ওইনা, ফনেক ওইনা; থুংবোই থংদবোই শের্থলি। ইল্লি হাযবসু য়াই। ফি য়াম্না লাইরজবা নোংচুপলোমগী নুপীদৌনা তৌরে। ফিনুং ফিগাসু থাদ্রে, চরৈ ফিজেৎ কোমগোমনৈ, হেক্তা মওং অমনি। হকচাং মনুংগী অকুৎ অতোং-ফিথক্তা ফন ফন হেক চোংথোক্লা উরে। য়াম্নসু ঙল্লিঙৈনি, মীপোং কনাসু কুম্নরক্রিবা মতমনি। অদুনা নুপী অদু কবিসু থৌশারুদে। মফি মবোল তাশিন খোমজিনবা নংহৌদ্রে। মখূৎ খুদাং অনী কারন চঞ্জে, লোৎশিন্নবা হোৎনজে। থম্বাল চাম্মনিপালগী মতৌগুম্না চাউতক ভুমতক তৌববী থয়ীন অনী অদুবুদি মরোৎচৈ, খোইদৌখাগী ফজবীদি? ফিঙৌগী মিংশেলদগী মমি ফুং হেক্তা ঙানফুংনৈ ! মওং মতৌ, ফিভম মুর্তি অদুদবু ঙাওরোইদবা কনা লৈ ? লাইসু অদুম ঙাওগনি !

তৌবুদি তীর্থস্নান তৌফমদদি অসি·ঙাকনি। কনাসু ফিরোলগী থৌশানদে। অমনা অমবু হন্না য়েংনদে, উরবসু উশিন্নদে। মাগী মাগী পান্দমদা পূক্লিং লুপনৈ; মমীৎ মনা চোইথোক্রুদে। নুপা নুপী পুল্লপ্পা হিদেন অমদা তীর্থ স্নান তৌবা অদুনা মওং অমনি। নত্তবা ব্রাখল পোকনিংঙাই লৈতে।

মিকুপ অদুগী ওইরবি ফিভম্মা তোঙানবনি। হেক্তা মায়োক্লরবনি। অমনা কুমথরকপনি, অমনা কাখৎলকপনি, অমনা অমগী লম্বী থৎনখ্রে হায়বসু য়াই- তিংঙক মায়ঙকনৈ, থৈদোক্লুনা চৎপসু ঙম্নখিদ্রে। গঙ্গাদাস বাবাজিসু 'সি সি' হায়দুনা মমীৎ উইশিনবা নংহৌদ্রে, উইশিনগে হায়দুনসু খনখিদ্রে। ফজবী পোৎতি য়েংহৈদবা লৈতে। মীৎ পেন্নবা য়েংবা হায়বা অসিসু নুংঙাইবা কৌই, ধর্ম্ম শাস্ত্রাদা হায়রিবা ব্রানি। বাবাজিসু মীনি। মহাক্তি করি খল্লিগবা ! গঙ্গাদাস বাবাজি যোগ সাধনাগী পাম্বৈনা মশা মউ তিক তিক লাওরি, ঈ থাংনা ঙৌরবা কুচুনি। মশকসু ফজে, ব্রাশক অমগা লোয়ননা খাকলিবা খদাং অমদি নাতোন্স শূমাংগী মকোই-ফজরবা মায়থোং অদুদা রাসি হাপলি, লেংপাক য়ৈরবা মাগী অমুবা

শমকাংনিং, জটা পুনবংতে, ৱাই ৱাই তারি। গঙ্গাদাস বাবাজি ৱাং চাউই, বৈদিক যুগকী মুনি অমদৌনা তৌরিবনি। মহাক্রা ধ্যান তৌরকলিবা চহী মঙা ফারবনি। মাগী চহী য়াংখে মশূং কারে। পুন্সি তংবায় চক্লবনি। করিনো মাগী তপস্যা ?

গঙ্গাদাস বাবাজিগী থৌরবা মমীৎ অনীনা, ফজরবী নুপী অদুগী দর্শন তশেং তশেংনা ফংজরে - ফজরবী নুপীগী মিথকসু, ফিনুংসু, মায়থোংসু ! মহাক লুতোন শাংনা শ্বাই লাওবি। তু ব্যাও চুংনা ইন্দ্রি ময়োল চোংবি ! মিকুপ অমত্তংগী থৌদোকনি, সং সং। ইবনা লীবনা শোংখহৌবনি।

"ইস ! সুন্দরী মানুষী !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা খঙহৌদনা হায়রকই – "সুরধুনী গঙ্গা মাইয়ারা ? শ্রীমতীরা....?"

"ঐবু সুন্দরী মানুষী হায়বা !" নুপী অদুনা ওকশিল্লকই।

"মান্নি শোয়দ্রে, শ্রীমতী রাধিকাগী শ্বয়ং রূপনি।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মপূক্লিংদা অসুম্না খল্লগা সুন্দরী মানুষী অদুদা নোঙ্গুরদুনা খুরুম-খুরুম্না হায়বকই – "পুন্যধাম অসিদা লেন্তবীরকলে.... ঐগী ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকা! খুরুমজরি হে উষারানী ফজবী। হে ইমা প্রকৃতি ! শকউদবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু ফংহনবীয়ু ননাইদা। ননাইদি শ্রীমতী রাধিকা নীংজে, লৈজবনি আদগী কুথা অসিদা। শ্বয়ং রূপ অদো লাংচগেকো .... শ্রীমতী রাধিকা ওইনা !"

সুন্দরী মানুষী (ফজবী নুপী) অদু পুমঙক হেক্তা ঙকব্রে, মথক্তা নুংখন্নে (লম্বোইবা বাবাজিশিংনা নুপী খুদিংমকপু মমাদৌনা খল্লি হায়বদো চুম্মীদনা । কয়াদা ফজব্রবা লীচংনো? ইনাক খুনবা লম্বোইবা অসিদগী খুদোংচাবা লৌবা য়ারনিসে। তীর্থ স্নান লাপসিদি... মহৈ য়ান্দৌরে। শেনসু লোয়শিল্লকলে, মায়া শান্নরগে। বাবাজিগী কুথাদা মীথুং ওইদুনা লৈরগেদো। ইমিংসু ফজবা অমা থোনবীরে - সুন্দরী মানুষী ! অতি সুন্দর ওইরবা নামনি। মাগী রাধা ভাগ্যো ঐবু শ্রীমতী রাধিকা! অনীমক হেক ওস্নেক্লা পামজে। থুই ! ঐগী অমনবা মিং ! ঐসু বেস ওল্লগে। কৈদৌরুনি হৌজিক্তি। লোইব্রে, পুমলোয় হেক লোইব্রে। ঐবু মেনকা শারু থারকপনি, অদুবু ঐদি মমা ওইনিংঙি, ইচাবু হন্দোক্তনদি খক চংলোই। কনাসু লৈব্রবা বাবাজি অসিগী মরল মথুম ঐগী ওইহৌনবা হোংনরগে।)

সুন্দরী অদুনা নুংদা অমা খল্লগা মোমোন তৌনা হায়রকই –"ফংজবা ওইয়ু বাবাজি! শ্রীমতী রাধিকাগী মরুমদা নংব্রগা মনুংদা লোংলিবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী দর্শন, ননাইদসু ফংহনবীয়ু।"

গঙ্গাদাস বাবাজি হান্নদগী হেন্না নুংঙাইব্রে। হাথু হাথু নোকফেং তৌনা হায়রকই, "ফংজৌ ইমা নত্তসু ! ফংজগে ননাইসু। নত্তে, ইমা নহাকপু কনানো ? নহালখে কদায়দা লোংগীরুই ?"

"ঐবো ? সুন্দরী মানুষী ! শ্রীমতী রাধিকাগী শ্বয়ং রূপ !"

"ননাইসু অদুম্না খল্লে।"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা অসি হায়রগা সুন্দরী মানুষী অদুগী মওং মতৌ, শাথেক শবান পুম্মমক হঙ্গৎ হন্দা (খোঙদগী তোন ফাওবা, তোন্দগী খোঙ ফাওবা) মমীৎ কুপ্তুনা য়েংজে। হেক থংনবা মিকুপ্তা 'রাধা ভাপ' নৎত্রগা 'মুনিভাপ' মাঙখিরম্মী। 'কামভাপ' পোকলকলে। মাগী তপস্যা শোয়দনা মহে য়াল্লগনি খল্লকই। পাম্বে অমনবু ওইরবসু মানুষী অদুবু মাগী দাসী ওইনা ফাজিল্লগে খল্লকই।

এ ! সাধুবাবা অসিদি মতা অমা ওইরে। সুরধুনী উমংগী অমদি সুরধুনী ঘাটকী নুংলোন নীংথিজনা খঙলবা সাধুবাবা অসিনা চহী মঙা চুপ্না লাইনীংলকলিবা অসিদি অপাম নুংশি ফংনবা (লাইনীং) ওইবেকো ! ঙকইদা হে গঙ্গাদাস ! মুনিসু করিগুম্বা মতমদা ভ্রম চৎলি হায়বদো কাউরবোই ! নুপী অসিগী পরিচয় কুপশিন্না হংলরোই খল্লব্রা? নঙবু হাৎপা লাকপী ওইরমলবদি কমদৌবা ? নঙনা লৈনুংদা লোৎলিবা চন্দন উপু অচৌবা অদো খঙবা মী য়াওরমাল্লে, চেকশিনজৌ বাবাজি ! নহাক মীচেন, মীহাৎপা অমনি হায়বসি চুমদৌরিমাল্লে। অদুক য়াম্বা লন থুম ! নঙদি কমদৌনা ফংলুই, হা বাবাজি ? নঙবু লুট চৎলুরবা ? নঙগা লুট তৌমিন্নরুবা, নঙনদি চাকথুং পীরমদবা কনা লৈহৌই, নাংশিংঙুনে বাবাজি ! মখোয়গী খুৎনেক মাল্লিকো, নঙগী সুন্দরী মানুষী, শ্রীমতী রাধিকাগী শ্বয়ং রূপ ! নত্তেনে, বাবাজি ! নঙগী নমিং অশেংবদি করি কৌই ? মণিপুরদগী মফম অসিদা লোৎপা লাকলিবদি করিগীনিনা ? নঙবু হৌজিক ফাওবা ব্রহ্মচারী ওইরিব্রা? মণিপুরদা নঙগী নুপী অঙাং লৈহৌদব্রনে ? চুম্মী, নহাক মতম কুইনদগী ব্রীয ধারন তৌরকলি হায়বগী থাজবা লৈ, মশেক মঙাল নাইরি। নমায়সু খুইদে। চহী ৩৫ মুক্কী লোঙ্গা ওইনা উরি। নশা নউ তিক তিক লাওরিবা নঙগী নফমদা চহী ১৫ খংচিং চিংশিনবা য়াখিগনি। ফজবা লৈখোন, নুপী ওইবীনা মীতানিংঙাই ওইরবা মায়থোং, ফজরি। অদুগীসু মথক্তা, নহাক্তি শেনজাও পায়বা লশ্বোইবনি। থেম্মু থেম্মু সুন্দরী মানুষী !

সুন্দরী মানুষী অদুনসু সাধুবাবাবু মমীৎ কুপ্তুনা য়েংজে, নুংখৈ (হনু পাখঙ ফজবা! খঙনিদো নঙ। ঐসু নিমাই পন্দিততৌনা নির-নিরগা চাগেদো। নঙবু ফাগে লুম্বা কুইববনি। নঙতনা স্নান তৌবা হানখি, ঙসিদি অহিংদগী ঙাইদুনা লৈরকপনি, থুরেদনা লাংদা ! হৌজিক্তি ঐহাক য়ুমদা হল্লরোই, নবদ্বীপ্তা লৈরমলেদনা ঐগী প্রাননাথ ! ঐদিনে, ইপাগুম্বা হনুবা ফজবনা হেন্না পামজে। ঐবুসু লুনা তৌবীগনি, ঐনা হায়রিখৈসু য়ানি। নামৈ চৰুনা শম্বা পাখঙদা য়ুম পান্দৌ শরুক, হনু পাখঙ অসিদা হেক্তা ওংশিল্লগে। বাবাজিদা গুরু ওইবগে। অরোৎপা ইব্রাসু, মপান্দনা মাগী ভক্তিকা সেবারী ! পুন্যধাম অসিদা লাকচবগী মহে লেম্না মাঙলোইদৌরে, নুংঙাইজরেদা।)

"বাবাজি ! ননাইসু দিক্ষা গুরু থিবা লাকচবনি।" সুন্দরী মানুষী অদুনা নুংদা অমা খল্লগা পানদা অমা ফোঙদোক্তুনা ঙাংলকই – "ত্যাগ তৌরগে খঞে। ইমা ইপা কনাসু লৈজদ্রে। ইনেশিংগী মতুং ইন্দুনা শ্রীঅনুপ্রভু দর্শন লাকচবনি।"

"হি ! অদুক নহা ওইনা ?" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা হংলকই – "করি নীংবা থুংদবা লৈ ? অদো, গুরুদি ফংলব্রা?"

**"ফংজরে, বাবাজি!" সুন্দরী মানুষী অদুনা খুশ্মী।**

**গঙ্গাদাস বাবাজিনা পাখৎলপ তৌনা হংলকই – "কনানিনা ? শ্রীঅনুপ্রভুগী ঠাকুর মাধব শর্ম্মরা?"**

"নত্তেদা, বাবাজি!" সুন্দরী মানুষী অদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই – "ননাইদি লৈশাবী শরীনি, চষী কুম্ভাগী ঙকয়ানি। লাইনীংজনিংলে, মপোক অমগীদমক। ঐসে, লাইবক থিরবী মহাভরতকী ইচে অম্বাগুম্বীনি। অদুনা পুন্যধাম অসিদা থৱায় থারগে খন্দুনা হেক্তা লাকচবনি।"

"য়াম্না ফবা তপস্যানি।" বাবাজিনা মখা কোথরদুনা হায়রকই – " অদুবু গুরু হান্না খনবা তাবনি, মক ফংনবা। অদুগনে, ঠাকুর মাধবতিকো ...।"

সুন্দরী মানুষী অদুনা মথবাক্তা কারন চল্লিবা মখূৎ অনী অদু খংথা হেক্তা থাদোকই! ফিথক্তা ফন ফন ... মহাক কবিসু থৌশাদ্রে, ঙাইহাক উৎলি। নোম্বগা বাবাজি খুরুমদুনা হায়রকই – "ফংজরে লাইমীং গুরু! নিমাই পন্দিতনা শ্বয়ং ওইনা ফাওবীবকলে, পীনবিয়ু দিক্ষাসু, কৈসু লোয়নমক।"

সাধুবাবা নুংঙাইবনা লুতোন শাৎখ্রে। মখূৎ যেৎনা সুন্দবী মানুষী অদুগী মকোক্তা নাম্বদুনা হায়রকই – "তথাস্তু ! সুন্দবী মানুষী, তথাস্তু ! হে প্রিযে ! শ্রীমতী বাধিকা হায়নসু কৌজগে, য়াইদনা ?

সুবধুনী ঘাট অসিবু লাইগী মতমদা 'উদ্ধব ঘাট' নৎত্রগা 'মিলন ঘাট' হাযদুনসু কৌনরম্মী। ঙসিদগীসু ঘাট অসিবু তুংগী মীবোননা 'মিলন ঘাট' হাযদুনা অদুম্মক খঙনহৌবসনু। নুপীদি ইমানি। নুপীদি শ্রীমতী রাধিকানি! নুংপান খায়বতনি। ইবেম্মগী শ্বয়ং দর্শন ! লেঙশিনবীবকউ ননাইগী কুথাদা। মতম চুপ্পগী লেঙদনা লৈবীররো। পুম্নমক কৎথোকচরগে ।"

সুন্দরী মানুষী অদুনা নোনখৎ নোনখৎনা মথন্তা নোকফেৎনৈ ( হৈকো, হনুবা নঙ! নুপী থেম্বা। নহাক শোযদনা অচাবা এম্নাং মথেল চাবা প্রেম পুজারী ওইবিনি। অদুবুদি য়েংসিদা, ঐসুনে অরাইবী নত্তে !)

সুন্দরী নোনখৎতুনা লেপলে, মখূৎ কারন অমদি খুবাক খুশ্বী তৌদ্রে, থওইনা উৎলি– মাগী থিকথা, ফজবীসু কৈসু, ঙাইহাক লৈরগা মবৌ লৈনা হায়রকই – "হনুবা ফজবা নঙসে নিমাই পাখঙ মাল্লকএকো... লাকচগে বিষ্ণুপ্রিয়া ওইনা, য়াইদনা?"

গঙ্গাদাস বাবাজি সুমহৎখ্রে (হি প্রিয়া) পুমসুম হেক্তা সুমহৎখ্রে। তিং লাওখি, শিনুংদসু! খুদক্তা অমুক হংলকই – "সুন্দরী মানুষী ! নমিং অশেংবদি করি কৌই, হা?"

**"শ্রীমতী রাধিকা অদুম কৌবীরোদা, মদুমক হেক ওইজনিংবনা ..।" সুন্দরী মানুষী অদুনা কোথরদুনা হায়রকই – "নুমিৎ খুদিংগী উদ্ধার ঘাট অসিদা লুপচৈ, ঙসিদি ফংজরে ঐগীসু। ননাইবু উদ্ধার তৌবীয়ু। মফম অসিদা লাইনীংদুনা স্নান তৌরবদি লেম্না মাঙদে হায়নবদু চুমলরে। বাবাজিগী সেবিকা দাসীসু ওইনা শ্রীমতী রাধিকাসু হেক্তা ওইজরগে হায়রবু...।"**

"হোয়নে, হোয়নে অদুম তৌরবদি দোষ লৈতে।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা নোংশিল্লকই, "ঐসুনে পীনহৈরবা উমং অসিদা সুন্দরী মানুষী অমত্তং ফংজনবা লাইনীংশিবনি, সুরধুনী ঘাট অসিদা থেংনহনবীয়ু হায়দুনা স্নান তৌখিবনি। নীংজ বাখলদি চপ হেক মান্নরম্মী। লাকনীংবা মতমদা হেক্তা লাকউ, ইথন্তা লৈরমগে কুথাদা। ঙসিদি ভক্তা কনাসু উন্নররোই। ফজবী নঙতবু ঙাইজরমগে।"

"ফগনি বাবাজি! লাকচগে অভিসার!"

সুন্দরী মানুষী অদুনা অসুম্না হায়রম্লগা হোবে হোবে চেনখৎপ্রে। চেন্না চেন্না নুংখৈ (ঐগী অখন্নবা খোঙচৎ! মায় পাকলেদনা! ঙসিদি লাংদা থুরেদনা। ঐনা ভুসুক লাপ্না বসন্ত নাগরদগী সুরধুনী ঘাট্টা নুমিৎ খুদিং স্নান লাকইসে নঙতগীনিনে, হে হনুবা ফজবা! অদুবুনে নঙসে সনানি, সনা! ঐগীদি লাইনা থারকপা প্রাননাথ! খঙনি, হৌরেনদি বরমালা হেক্তা হুকলগে, নুংশি লুকমায় হাংদোকলগে, লম্বোইবা মচা পোকহনগেদো...সম্পতি পুন্না ঐগী মিংদা পালহনগে, অদুগা নঙ...!)

সুন্দবী মানুষী অদুগী মমাঙদা মীয়াই চল্লবী নুপী অমা প্রপ প্রপ চংশিল্লকই – মখূৎতা চৈশূ পায়, মখ্বাং কোনবগী নত্তে, অহিংদা থোরকপনি, খূৎলায় ওইনবা পুরকপনি। মহাক ঙশায়খৈ লুমদুনা লৈরুই। মহাক্না হাথু হাথুনা হংলকই – "থেংনত্রা ঙসিদি ?"

"থেংনবতা নত্তে, ইনে!" সুন্দবী মানুষী অদুনা খুম্মী – "নমৌগী অভিসার মায় পাকলে, খূদুম চল্লে, হৌরেনসু চৎকে খল্লি, মধুর মিলন !"

"নুংঙাইরেদা, ইনেগী ফজবী! লাকও চৎসি প্রপ প্রপ, মী উখি লাকখিনি।" মনেনা মখা তানা হায়রকই – "সে সে, নফি নরোল হোংদোকউ, লোইনা মপান থোরকএ।"

"ইনে! মসিননিনে সাধুবাবা সুমখিদো।" ফজবীনা শমথদুনা হায়রকই – "গঙ্গাদাস বাবাজিনা ইমিং ফজবা অনীসু থোনবীরকলে।"

"অং অং ... করি নমিং থোনখ্রিবা ?" কেতুকি তিংখংনা হংঙি।

"ইনে, ঐসে মাগী মমিৎতা শ্রীমতী রাধিকাগী শ্বয়ং রূপ ওইনা উখ্রমাল্লে ... শ্রীমতী রাধিকাসু কৌবীরকই, সুন্দরী মানুষীসু কৌবীরকই। মহাক ফজনা ঙাওহৌরবনি।"

মনে কেতুকীনা হায়বকই – "ফবেদা। গঙ্গাদাস বাবাজিসু মীচেন ওইখিবনি, নঙসু মীচেননি ফজবী! অদুবু খঙহনবা য়াদে। হৈনা হৈনা কুম্মে শান্নগদবনি। অনৌবা নমিংসু ফংলে, অমনবা নমিংদো মুৎখ্রসনু ফজবী! ঙসিদগীদি নহাক শ্রীমতী রাধিকা ওইনা লৈহৌবোকো। ইনেসু হৌবেন নুংথিল হনখ্রগে, খোঙবুসু লৈহৌরে। ইমৌসিদি করিসু খল্লুনু। হৌজিক্তি লীনসু শিদ্রে, চৈশূসু তেকত্রে। ইমৌসু কল্লে, লমনসু খুমদৌরে। ইনে নুংঙাইরে। মাগী চন্দন উপুদো নঙগী শরুক তংখায়নিকো, তংখায় অমদি নঙগী ওইজরো। নঙগীসু অনৌবা লাইবক য়েংজহৌরো। মতুংদা অমুক ইনে লাক্কনিকো ... খঙনবা থিরম্মুকো।"

"হোয়, ইনে!" শ্রীমতী রাধিকানা নুংদানা অমা খল্লগা খুম্মী– (ঐবু লমজা ওইহনখিবা তোয়াইমা ওর্ফে গঙ্গাদাস পন্দিতকী মরূপ মথুম পুন্নমক ঐতগীনি, ঐতগীনি।

বাবাজি অসিদা ঐহাক ওংশিল্লগনি, মাগী মরল মথুম অসিনা লমজা হাউস অমা ঙীংখৎকনি মফম অসিদা, ঐনা মহাক্কী মচাসু শোয়দনা পোক্কনি, মাগী মচাবুসু লমজা ওইদুনা লমজা হাউসতা লৈহনগনি, ইচানি হায়বা খঙহল্লোয়। মসি ঐগী ব্রাশকনি ! মসি য়েংখোম ফজবীগী ফিরেপনি।)

"তস ! অদুনিদনা, ইনেগী...।" মনেনা লৈতোল চিকই। মমৌগী অমনবা মিং অদু পনগে তৌরুই। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই – " রাধিকা। ইনেগী শ্রীমতী রাধিকা, য়াইফবা ওইয়ুকো মতম পুম্বদা !"

শ্রীমতী রাধিকা খুমদ্রে, নুংখন্নে (লুইদা শ্রীমতী রাধিকা নঙগী অনৌবা খোঙথাং ! খঙদে, করিবু থোকলগবা !)

মনেনা মাঙ থাখ্রে মমৌনুপীনা মতুং ইঙখি।

# ১০

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজি ইঙাও ঙাওরে।

মাগী মন্থক্করবা হকচাং ! খংতেক হেক তেকখৎলকই, মতু মমান খিংখিং ! পুন্সি মমৈগী বসন্ত ! পংনা থোক্তবা থৌদোকনি। মহাক নুংতিগা মান্নদ্রে, মোমোন মোমোন তৌই। তিং তিং হুম হুম... মাগী থম্মোয ময়োন চোংখৎলকই – সনা মতোন চি চৌ চা ! অঙম্বা লৈবাইদগী ঘাট তম্মা প্রপ প্রপ চেন্থখ্রে। সুবধুনীগী লুম্বু লুম্বুনরবা ঈনুংদা চুপ লুপ্তুনা মশা ঈংথহনখি। য়ুবী খুজায খুনগৎলগা লৈবাইদা থমলে। ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা মমীৎ উইশিল্লি। চিংঙৈদা, মহাক্না পাখিবা, তাখিবা 'ভবতীয় ব্যক্তি কোষ' কৌবা বৈদিক পুরাণগী ব্রারী মতেক অমা খঙনীং হেক নীংশিংলকই–

(অদুঙৈ, বৈদিক যুগকী ব্রানি।

নোংমা বৈকুন্থদা মিত্র অমসুং ব্রারুন যজ্ঞ্য যাওবা লাকলম্মী। মখোয় অনীমক উর্বশ্রী (সোরাবেনগী জগোয় শাবী ফজবী) হেক উরুবদা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা ঙমখিদ্রে। মখোয়গী মশা মশাদগী মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা .... চেন্থরকখি। খরনা ঘট মনুংগী ঈশিংদা, খবনা লৈকংগী শরুক্তা তাখ্রে। অঙক অঙকপনি ! লাই মতমগী পুব্রারী। ঘট মনুংদগী বস্তু অগস্ত্য মুনি ওইনা পোকখি। কংফালদা তারিবা বস্তু অদুনা বশিষ্ঠ মুনি ওইনা পোকখি। থৌওং অসিদা য়াম্না লুরবা লাইরে লাথুপ অমা লোৎলি। লোৎচসনু ! অসন্ত্য অমসুং বশিষ্ঠ অনীমক উর্বশ্রীগী মচানি হায়বা অসিদি য়ান্নখ্রে। মিত্রব্রারুন অনীনা অপুনবা মপা ওইহনখি। ফজে ! উর্বশ্রীসু মোৎহনদে, মিত্রব্রারুন অনীসু শেংহল্লি। কয়া হৈনা লৈথোক লৈশিন শান্নখ্রিবা !)

গঙ্গাদাস বাবাজিসু মিত্রব্রারুনগী মতৌগুম্না চিংশিনবগী শক্তি (যোগ)অদু খংহেন হেজিল্লকই। ঈশিং মনুংদা করি ধ্যানবু তৌরিগবা ! বৈদিক যুগকী (থোইনসু কেবা খোংপা

হৈত্রিবী) উৱশ্রীদগীসু হেন্না নীংথিজরবী য়েংখোম ফজবীনি ! সাধুবাবাগী মীৎনুংদা খংউ হেক উরকলে — ঈশিং মনুংদা লোংহিপনৈ, চরৈ ফিজেৎ কোমগোমনৈ। মমি অদুনা সধুবাবাদা লক্লবগুম তৌরকই। নুংপান অনী, অৱায় অখুমনৈ।

("ওই ! সাধু চেংজংবা।" মমি অদুনা লক্লরকই।

"ঙাওদদি কৈনো, সুন্দরী !" গঙ্গাদাসনা খুম্মী।

"ঐবু য়াম্না সুমহৎপীরা ?"

"সুন্দরী মানুষী ! নঙদি উৱশ্রীদগীসু হেন্না সুন্দরী ওইখ্রে।"

"এঃ উৱশ্রী উহৌব্রনে ?"

"মহাক্তি মাঙ্গীনি।"

"মাঙ্গী হায়দি কৈনো, বাবাজি ?"

"কল্পনাগী ফজরবী লাইরেম্বী!"

"অদুগা ঐদি ?"

"নঙদি মীৎনা তশেংনা উরবা সত্যম শিবম সুন্দরমনি !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা হায়জৈ– "নহাক্কী ফজবা উবমক্তা ঐহাক শিরবনি, অদুনা নহাকপু উমাসি হায়নদুম কৌরগে।"

"ঐগী মিংথোল অমসু ! নুংঙাইজৈ।"

"ইমীৎনা উজরবা উমাসি নহাক্না য়াম্না হেল্লি।"

"উৱশ্রীদগীসু ঐনা হেল্লবা ?"

"হেল্লি, য়াম্না হেল্লি।"

"অদুদি সে ...।"

"ঐগীসু সে ...!")

গঙ্গাদাস বাবাজি মোন্দ্রং চুবকই। মখাংদা মমিংতা ওইনা থোল্লিবা কৌপিন- মখূৎনা সৎ হেক্তা চিংথোকখি... ( হি ! করি মতৌনো ? মতম কুইরবগী মতুংসিদা ... চহী কয়াগী তপস্যা ভঙ্গ! নত্তে, নত্তে, ঐগী লাইনীং করিনো ? সুরধুনী মপান অসিদা ঐ হিংলম্মী হাযবা করি খুদম থমলমগনি ? ঐসু মিত্রৱারুনগী মতৌগুম্না ঈশিং মনুংদগী অগস্ত্য অমদি বশিষ্ঠ পোকহনবা ঙমগদ্রা ? ওইথোক্তে, মদু ওইথোক্তবা ৱানি, ৱারোৎনি, মফম কদায়দনো অমা লোন্না হকতিন্নবমগনি ... মখোয় অহুম ! অদুদি ঐসু ...!)

ঈশিং মনুংদা মমাসু লৈরে। কয়া চংখোন্না ফজখ্রবা ! গঙ্গা মাইয়াসু মাল্লকএ; ভীষ্মগী মমা ইবেম্মা গঙ্গা দেবী ! সে, লৌরো, লৌনিংলবদি লৌরো ! নুপী মরি থিরুরে, মথং মথং খাইনখি ... চাবোক্তবীশিংদো, মৱাসু অমুক লোয়না নাইখ্রেসু হায়, ফরবনি। ঐসু ইচা নুপা অমত্তংদি লৈজনিংঙি। ঐনা নহালখৈ নীংলিবসিবু করিনো ? মঙাল ফংবা ! কদায়দৈ মঙাল ? লুখমদা চুমিথাং মচু তরেৎতৌনা কোরোক কোয়বা, য়াংকোকমুক পাক চাউবা

মঙালদো ... মদুবু ফংখিদ্রনে ? ওইদবা ব্রানি, মদুদি সুকওই ওইদ্রবা ব্রানি। ঐগী পুন্সি মঙালদি ইচানা, ইশূনা পীহৌগদবনি। মখোযনা ঐবু, ঐগী মিংচৎপু, ঐগী ব্বারীবু ঙালহনগদবনি ... চুমদব্রনে ? অদুনা ওইবনা তাই, গৌতমনা মচা বাহুল থমলমম্মিবা ! নৎত্রনে ? অদুদি, ঐসু কৈদৌবৈ মিত্রব্রাকনদৌনা মমিদা ঙাওজকনি ? মশানসু য়ারমলে, মঙাসুবী তাল্লোয ফংদৌবে। ইচা ধারা শোয়দনা লৈবগনি ... ফংলেদনা মঙাল ! নির্ভানা !)

গঙ্গাদাস বাবাজিসু স্বামী বিবেকানন্দগী মতৌদৌনা ঈশিং মনুংদা মঙালগী লম্বী মশক খঙলে। ঈশিং ঈমাযদা ফুং লাওনা ফাওগৎলকই, মথন্তা খোইকম মোমোননৈ।

মহাক স্নান তৌবা লোইখ্রে। মখাং, খোইদৌগী শকক ফাওবা ঈশিংদা লুপ্লগা নুমিৎ খুকম্মী। ঈশিং খূজোক খূজোক কৎলি, নুংখন্না শোঞ্জে (হে সুর্য্য দেব ! অমম-অঙান খাইবিবা নঙগী নশেক নঙালনা লমজিংবীযু অচুম্বা লম্বীদা। উম ! নীংশিংলকলে, দেব নঙসু কুমাবী কুন্তীদা পুত্রদান পীখিবদাই ? হৌজিকসু অচুম অবান লেপথোকপা ঙমদ্রি। মনোবিজ্ঞনিকশিংনদি কর্ণদো, মহাবথী কর্ণদো ... দুর্ব্বাসা মুনিগী মচান, কুন্তীনা মহামুনিবু অতিথি সেবা তৌবিঙৈদ পীখিবনিসু হাযনৈদো ... হাযনদ্রনে, হে দেব ! অদুগা মৈবুল নঙোন্দা তাইশিনখ্রিবা ! নাকোংদগী মী পোকপা যারবদি ... তান্ত্রি যোগ মহিবেল অসিদগীসু মী ওইবা যাইনা, যাদ্রনে ? অদুবু, ঐগী ইচাদি কদায ? মমিদা খৌশাবগবু জীব ওনবা ! ওইথোক্কেকো, বৈদিক যুগকী ব্রাংঙুলোন ! হে দেব ! ননাইদি হৌজিক কবি কবম তৌসিবা! লাকশিনবা ঙমহৌদ্রবা থম্মোযগী যাৱা, লৈযেংসু ফাইদোকখ্রে। লাক্কনি, সুন্দবী মানুষী ! তৌবদিনে, ইচা অমত্তংদি পামজে। নীজবি অমুকসু। খঙব্রা কবিগীনো ? লম্বোইবা লমশি ওইববসু, ইচানা সুবধুনী মপানসিদা চিতা মৈ চুহননিংঙি। ননাইগী ব্রাখল অসিবু লাল্লব্রনে, হে দেব ! মপাল নাইদ্রবা লন থুমদি পীনবিবে। কৈদৌগে ইচা অমত্তংদি, সুপ্নগী ইচা নুপা মচা অমত্তংদি, পীনৌদা ! খঙদে, খঙদে, ননাই কাজবে। হযেংসু অমুক উন্নসি।)

গঙ্গাদাস বাবাজিগী নুংপান উংজানৈ। মখূৎতা যুবী খূজায পাযবগা প্রপ প্রপ চেনখৎলকই। লম্বী ঈশিং খিকনা খিকনা মাগী কুথাদা হাইজিনখ্রে। অনৌবা ফিকং ফিনৌ হোংদোকখ্রে। চন্দন চৱা থিন্দুনা লাইখুকম্মী। কুশ আসন্দা খোঙগ্রাইন্দুনা মমীৎ চেজেৎ উইশিনখ্রে। কবিদি উবি, মাগী নুংমীৎতা ?

## ১১

অচুম্বা ধ্যাননি !

নহালখৈদি ইহাং হাংঙি। ঙসিদি মাগী নুংমীৎতা তশেং তশেংনা উবা ফংলে; সুন্দরী মানুষী ! শ্রীমতী বাধিকা! মাগী জগোইশাবী উমাসি !

মহাদেবগী ত্রিসবা আঁখ মমাঙদা রতিনা জগোই শাবগুম্বা গঙ্গাদাস বাবাজিগী নুংমিৎতসু, জগোই শারি, উমাসি! গঙ্গাদাস বাবাজিনা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোঞ্জে – "রাধে

বাধে ! ফজৈদকো উমাসি ! নঙদি ঐবু মঙাল পীবা লাকপীনি। নীংশিংলকইনে, লসানীগী ব্রাবী ! মহাকসু নোংমা, ... জগোই শাখিদো... শাওদনা উমাসি নঙসু ! পাঙথোকহনবা ঙম্লা যেংঙু, ঐগী ইমীৎ অনী !”

গঙ্গাদাস বাবাজি হান্নদগী হেন্না মমীৎ অনীদো চেজেৎ উইশিনখ্রে। অঙকপা ধ্যান যোগ তৌখ্রে। মাগী অহুমসুবা নুংমীৎতি কমদৌবিবা ? নুংমীৎতা ভুটান উবকই।

ভুটানগী ব্রাবী অমা লৈ।

যুম্বাল্লোনগী লমযৌনা চুমদুনতা লৈববা লাইনীং লম্বীনি। মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌবিবা গঙ্গাদাস বাবাজিনা কোযশোক কোইবাম তৌদুনা নীংশিংলকই। নীংশিংফম থোকই। মাগীসু অবোইবা ফিবেপ অমা লৌগদৌবি। থুংলবে, মঙাসুবী নাযিকাসু !

ভুটানগী হিমালয চীংখোঙদা পাখঙ অমা লৈবম্মী। মমিংনা জগৎ বাহাদুব লিম্বু কৌই। মমা মপা লৈখিদ্রবনি। মথন্তা হিংহৌই। পোৎথাঙ পুবা ওইবম্মী। মহাক্না গৌতম বুদ্ধবু লাইদৌনা নীংজে। মঙোন্দা নুপী নহা, অপাম নুংশিগী ব্রাখল সুপলৈ লৈবমদে। মশাগী চহী কুনমঙা সুবকপা মতমদা, মহাকসু অতোপ্প' গৌতম বুদ্ধ ওইনিংলকই। নোংমদি মযুম থাদোক্লগা চৎখ্রে। হিমালয চীং কাখৎখি। কনাসু খঙহৌ উহৌদ্রে হাযবদি যাদে। চীংখোঙদা যাওশেনবী লৈশাবী অমনা উহৌই। লৈশাবী অদুনা লসানী কৌই। মহাক্না লিম্বুবু মুন্না যেংজহৌই। মথন্তা তর্কাশ শোঞ্জহৌই (কদাযদৈ পাখঙনো '' চংখোনখ্রেদা। ফজোলসু লামাদৌনা শেৎলি। চীংদোন্দা কৈদৌবা কাবিবা !)

ভুটিযা পাখঙ অদুনা লসানীবু উবমদে। হিমালযগী উনলক্তা অদুম কাখৎখ্রে। মতোন যৌনা কাখিদে। লৈতেম মান্নবপ তৌবা থেল অমগী চীংমাযদা সুকুংদৌনা তৌবা মফম অমা থেংনখি। মী লৈবা যাব' যুমদৌনা তৌবা সুকুংনি হাযবসু যাই। মদু যেংনবদা মহাক যাম্না হবাউজখি। মনুংযৌনা অসুম চংশিনখ্রে। মহাক খোঙগ্রাই চন্দুনা ফমথখ্রে, মমীৎ উইশিল্লগা লাইনীংবা হৌখ্রে। মমীৎতা, লাইবক্তো গৌতম বুদ্ধ' নোংমা নীনি চাদে থক্তে। গৌতম বুদ্ধনা চবা হেল্লগা লাইনীংবসি যাবমদে। মসি লিম্বুসু নীংশিংলকই। মহাক্না অচা অথক ঈশিং খবদি পুবকই। শিদৌবকান্দা চাগে খন্দুনা লাইনীং পবৈদা লুপখ্রে।

চীংখোঙগী যাওশেনবী লসানীনা নুমিৎ খুদিংগী চীংযাংদা, চীংখোঙদা যেংজে। লিম্বু কুমথবক্তে। মহাক পাখৎচৈ। মথৌমক ওইনা ব্রাখল কযা খঞ্জে। মহাক্না পাখঙ অসিগী মবি মখোঙসু থিকবে। মাগুম্না মপী মপা লৈজদ্রবা লমজানি হাযবা খঙলবনি। মদুনা মবম ওইবদুনা লিম্বুবু মহাক্না অসুম নুংশিবকই। শিবা চৎখিবা ওইবিদবা হাযদুনসু খঞ্জে। মাগী খোঙ্গুল লীনিংলকখি।

নুমিৎ তবেৎনিগী মতুংদনি।

লিম্বুগী মনাতোন মখুন অনীদা হুৎচিন্দুনা মনম যাম্না নুংশিবা লৈনম অমা চংলকই। মহাক খঙই, হিমালয়ান বোজগী মনমনি। মহাক্না লৈনম চিংশিন চিংশিন্না নুংখন্নৈ (লৈনম অসিদি নুংশিখ্রেদা ... চীংদোনগী সুকুং অসিদা কমদৌনা ? নুংশিৎনা চেনশিল্লকপা ওইবিনি।

শেংগ্রবা মফমনি। বুদ্ধদেবগী খূদম ঈঙ্গিৎ পীবিব্রা? শোয়দনা ওইগনি। অদুদি শোঞ্জরগে ইবুংঙো মহাক্কী লাইশোন।)

লিস্নুনা অসুম খন্না খন্না মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লগা মচীন্দা মুরুম মুকম শোঞ্জে –

"বুদ্ধং শরনং গৎস্যামী

সংঘং শরনং গৎস্যামী

ধম্মং শবনং গৎস্যামী...!"

চীংনুংল্ৎ মনুংদগী নীন্দুনা থোবকপা লাইশোল ঈশৈ; ঙাইহাক্তংগী মতুংদা নেমথখ্রে। লিস্নুনা খোঙথাং মখোল অমা খঙহৌদনা তাবকই। মহাক কবিসু থৌশাকদে। চীং হামেং সঙ্গু খবা ঙাইহাক লৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌই হাযবা মহাক খঙই। সুকং মনুং চংশিল্লগা হামেং মতে মনাও লৈ হাযবসু মহাক হান্না খঙগ্রবনি। মহাক্না মমীৎ পাংথোক্তে। গৌতম বুদ্ধ চিংশিন্দুনা ধ্যান অদুম তৌবম্মী (হে বুদ্ধদেব! তোল্লবা ননাইনা খুবমজবি! ঐসু নঙগুম্না অতোপ্পা গৌতম বুদ্ধ অমা ওইনিংঙি। পিনবীযু নঙগী নতিক নঙাল! ননাইসু যুম কৈ, থাদোকলমলে, অমুক হঞ্জববোই। থবায় থাববসু চীংনুং অসিদা থাজবগে। ঐগী কনাসু লৈজদে, ইতোমতনি, ফংহনবীযু দেব! নহাক্না ফংখিবা মঙালদো।)

মহাক্কী লাইশোন, নুংদগী চীন্থাং যৌদুনা ঙাংলকই।

শমজিদা গুলাপকী লৈনম চেনবী লসানী– সুকং মনুংদা চংলকপা কুইবে। চীং হামেংগী খোঙথাং মবক্তা লোন্না লাকখিবনি। মোমোন মোমোন তৌবদুনা লিস্নুগী মমাঙদা লেপলি, মমীৎ পাংথোলকপা ঙাইবি। লিস্নুনা ঙাংথোবকপা নুংলোন মহাক তাবে। লিস্নুগী পান্দমসু মহাক খঙলে, যানিংফাৎতে। মবৌ লৈনা মোমোননৈ (অং! অং! নঙসু অতোপ্পা গৌতম বুদ্ধ ওইদৌবিবা! ভুটিযা! নঙসে ওস্থোক্না নুংশিখ্রেদা। ওস্থোক্সু চমপঙনি। হৈ অঙাওবা! নঙদি পন্দুপ অমা কাম্থোবকলেনে, হল্লুনে নযুমদা; গৌতম বুদ্ধ ওইবা যাখিবোইনে।)

লসানী অদুম লেপ্তুনা লৈজে। লিস্নুসু অসুক্কী মতিক লাইনীং পবৈ চেৎস্রে। মপূক্লিং চোযথোক্তে। মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা লিস্নু লোংনা হাইথবকই, লৈমাযদা মখোঙ অনী সৎ তিংথোকখি... লোংহৌ তৌনা লেপখৎকে হোৎনৈ, ঙমখিদ্রে। মহাক মথক্তা লোংনা হাইথখিবা নক্তে। হি! কবি মতৌনো? যুহাব হাখিব্রা? মমাঙদগী খংইন ইস্তুখিবনি। কনানা? নুমিৎ কযানি চবা হেল্লকপগী লেকথখিব্রা? চবা হেনখিদে, অদুম চাখি।

অদুগা, যুহাবসু হাখিদে। লিস্নুগী মথক্তা থোৎ-থোৎনববী হকচাং অমনা শাংনা উপথবগা লৈজবী থাদুনা কোনশিনখ্রে। লিস্নু তুজুংনৈ। মশাদা হায়ফম খঙদবা ঈহুল অমা ফাওবকই। তপ্পা তপ্পা মমীৎ পাংথোবকই, ধ্যান কাযখ্রে। মহাক খংপ্রেকনৈ। মশক মতৌ যাম্না ফজববী লৈশাবী অমনা নোকমি নোকমি তৌদুনা মহাক্কী মমীৎতা, মীৎথমদুনা যেংথবকই। লিস্নুনা লসানীবু ইস্থোক্লবা হোৎনৈ। লসানীনা লিস্নুদা তিস্ফা নপশিনবদৌনা লৈজবী থাবগা কোনশিনখ্রে। মখোয় অনী চীন-থেংনগে তৌই। মিকুপ খরদংগী যাম্না যাংশিনবা কুম্মৈনি। লৈশাবী ফজবী অদুনা লাইনীংবা পাখঙ অদুগী মচীন্দা মাগী মচীনবাল

অনীনা হেক্তা লৈজবী থারদুনা .... ফনা কুইনা চৎথখি। লিম্বু মুম্থরকই.... লৈমায়দা তিংথোকলিবা মখূৎ অনী, অদুম তাদুনা লৈরি।

লসানীনা চীনথেংলপ তৌনা হায়রকই – "হে বুদু! নিংথৌমচা সির্দ্ধাথসু মতু থিরম্মী। যুম্বাল পুম্লিগী মহাও খঙলগা লাইনীংবা চৎখিবনি। মমৈদা গৌতম বুদ্ধ ওইখিবনি। পাম্মুদ্রা নপুম্সি অদো! কৈদৌঙৈদসু মঙাল নৎত্রগা নির্ভানা ফংঙোইনে।"

লিম্বুনা মুন্না খল্লি (হি, চুম্মীনে। ওম্থোক্লা চুমখ্রবা ৱাফমনি। ঐদি ওম্থোক্লা পংঙুরেদা। সির্দ্ধাথিসু মতু মচা হুন্দোকলগা চৎখিবনি।)

লসানীনা নোৎশিল্লকই – "চুমদ্রনে, নুংশিবা ? পাউখুম পীয়ুনে।"

লিম্বু খুমদে, লসানীগী মায়থোংদা, মমীৎতা, য়েংদুনা অদুম লৈরে; ফনা কুইনা য়েংঙি। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদ্রে।

"ফবে, ঐ চৎলগে। ঐহাক অখৎপী, ওক্তবী নত্তে ! অপঙ নঙবু নির্ভানাগী অচুম্বা লম্বী তাকপীগে লাকপনি।" লসানীনা অসি হায়রগা লিম্বুগী মথক্তগী হৌগৎকে তৌই।

লিম্বুনা লৈমায়দা তারিবা মখূৎ অনী অদু খংথাং থাংগৎলগা লসানী ফজবী অদুগী মনঙ্গন্দা চেরেৎ চেরেৎ তৎপমখৈ কোনশিন- কোনশিন্না হায়রকই – "নঙ কনানো? নঙদি নশাদা ফিসু অমত্তা ....।"

"লসানী কৌই। চীংখোঙদা লৈবনি।" লসানীনা হায়রকই – "নহাক্লা চীংদোন্দা কাখিবা উহৌই। নুংতিগী ঐসু চীং কারগা নঙবু লোন্না লোন্না য়েংজৈ। নঙগী নতৌদু নোকনিংলকই। বৌধ ধর্ম্মবু লান্না চৎলিবদু য়ানিংদে। নঙবুসু অসুম নুংশিরকই, অসুম পামলকই, নমীৎ পাংথোরকপা ঙাইর্বনি। নহাক পাখঙনি হায়বসু তারে, ঐসু লৈশাবীনি। নঙদি নমীৎ সুকপাং হেক্তা পাংথোরক্তে। অদুনা ইম্থুবা তাখিবনি, বৌধ ধর্ম্মগী মঙাল পীবা লাকপনি, শাওনিংব্রা?"

জগৎ বাহাদুর লিম্বুনা নোকফেৎ তৌনা হাযরকই –"শাওদে, শাওদে। ঐহাক মীৎ পাংলে। চুম্মী চুম্মী নঙগী ৱাখল পোমিৎ।"

"ফরে চৎলগে, ঐবু থাদোকপীবো। ঐবু তৌশ্বীনি হায়দুনসু খনবীগনু। তঙাইফদনা নঙগী লাইনীং থুগাইদুনা যুহার হাহনখিবগীদমক ঙাকপীযু।"

"ঐদি তশেংনা ভুমিকা তৌরবোই খল্লুই।"

"থাদোকপীরো ঐবু, নীংথিজনা লাই নীংবীহৌবো।"

"য়ারোই, য়ারোই।" লিম্বুনা মখা তানা হায়রকই – "নহাক ঐগা লুহোংদুনা অতোপ্পা গোপা অমা ওইগেরা ?"

লসানীনা নোৎশিল্লকই – "অদুগা, নঙনা সির্দ্ধাথ ? লিম্বু ! মঙাল ফংলব্রা? নপূক্লিং লেপ্লব্রা?"

"উম!" জগৎ বাহাদুর লিম্বুনা অসি হায়রগা লসানীগী মচীনবালদা অরোইবা পাউখুম হনখ্রে। হেক্তা মওং অমনি ... !

মথংগী তাঙ্কক্তা লসানীনা মালেম লৈমগী শক্তম লৌরগে খল্লকই। লিম্বুগী মথক্তগী ওন্থখ্রে... লিম্বুনা লৈথক্তা নুমিৎকী শক্তম লাংখ্রে। নির্ভনাগী লাইনীংদা চংশিনখ্রে।

লিম্বু লসানী, অনীনা অমত্তা ওইখ্রে।

## ১২

হিমালয সুরুংগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ !

শ্রীধাম নবদ্বীপকী সুরধুনী উমংদা, গঙ্গাদাস বাবাজিনা মীৎয়েং তারি, বস চুপলি। সুন্দরী মানুষীগী ধ্যানদা মপুক্লিং লুপলিবা মাগী নুংমীৎতা, তশেং তশেংনা উজরি। হৌজিক হৌজিকমক চৎথরিবা কুম্মৈদৌনা নুংঙাইজৈ, ইনোৎ পীরকই (চুম্মীদা, চুম্মীদা ! লৈশাবী লসানী অদুনা লৌরিবা ফিরেপ, চুম্মীনে। মহাক্না হেন্না শিংঙিনে। লাইনীং লম্বী খুদিংদা য়াওরিনে... পুন্সিবোলগী অথুপ্পা লীচৎ। নিমাই পন্দিতসু নুপী অনীবু লুহোংলম্মী, অ:রোৎপা মচাসু থমলম্মী হাযরি, নরায়নী কৌবী অমদা .... মচানুপা অদুনা 'শ্রীচৈতন্য ভাগবত' লেংলম্মী হাযনবি । অদুদি, ঐগীসু ঐগী জীবন চরিত ইবক্লবা ইচানুপা অমত্তং থমলম্লবা মঙাসুবী তাল্লোয থিবসিবু য়াম্না লাল্লব্রনে ? চহীনা অথিংবা লৈতে। মতম কুইনা ব্রহ্মচাবী অমুক চৎলুরে। লীনসু মকু হুদোক্লগা নহা ওইথোকই। ঐসু ঈশানা ইশাবু চহী ৩৫মুক্তা ঙাইবি খঞ্জে। ঙসিদি পূকনিং ৱাখল, হকচাং পুমনৌ হেক্তা নৌথোকখ্রে। ঐসু অমুক হন্না নিমাই পন্দিত ওইদবা য়াদ্রে। শ্রীমতী রাধিকাগী শকলোন পুববী বিষ্ণুপ্রিয়া অমসু মখোঙ থোংনা লাকএ। সুরধুনী উমংগী, সুরধুনী ঘাটকী মহিমা ! কয়াদা চুমলরবা !

নত্তেনে, নুপীদো মহাবিলাইতি মাল্লিকো। ঙাংবা-শকপনা হৈরিবা ! অদুবুদি, ইখুৎ চল্লগা মরাইনা তেথজখিনিদা। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা জাৎ মরিগী নুপী পান্নরমলবনি। মুসলিম নিঙোল নাজিমা বেগম লৌরম্মৈ, বামোন নুপী মুহিনী হুন্দোকপীরমলে, হাওনুবী লুসি লংশেকপীবমল্লে। ইয়ুমদসু অমা লংশেকলম্মী। অদুনা ঐসে পাখণ্ড শরী ওইনা অদুম খণ্ডনখিবনিদো। দাকুগা ওইরিঙৈদো নুংঙাইবনিদা। ফাদোক অমা ফুদেক্লুনা হাৎলুই। অদদৈ মীচেন ! হৌজিক্লা গঙ্গাদাস পন্দিত ! তোয়াইমা হিংলি হায়বা কনাসু খণ্ডদ্রেদনা ! ইজাতিগী ফজরবী নুপী অমসু লাইনা থারকএ। নুপী অসিমদি নাম্থোকহনখিবা য়াদ্রে। লাকপু লাক্দ্রনে? কনাগুম্বা, কনাগুম্বীনা ঐ হিংলি খণ্ডুনা খৃৎনেক থাজিনববু ওইরিদ্রা ? হন্দক মরকসিবু ঐগী অশ্রমদা ঐবু দর্শন তৌবা কনা কনা লাকখিবা ! ওইনীংবা ওইসনু। সুন্দরী মানুষীদো মহাভারতকী অম্বাসু ওইসনু, কুন্তীসু ওইসনু, মতৌ অমদি লৈনে, সুমহৎপীনি; পুমসুম হেক্তা সুমহৎপী ! কদায়দগীসু ফাওরকইবা ! ঐনা চহী কুয়া লাইনীংবদা পেনবীরদুনা থারকলিব্রা ? এঃ শোয়দনা ওইগনি। ইবুংঙো মহাক্লা উদ-খণ্ডা লৈতবনি। মানুষী সুন্দরী অদো, অতৈ ওইরোইদা; স্বয়ং রূপনি, প্রকৃতি !

নুপীদো মপুকচেল শেংনসু উই, ওন্থোক্লসু চংখোল্লা, মতিক মগুণসু লৈম্রেদা। এঃ নখোয়গী মেনকা! কচ্চানি। চুম্মীদা, চুম্মীদা কনা লৈজরবী সুন্দরী মানুষী অদুগী শাইদাংফম পীবা চুমগনি। মদুসু অথোইবা ধর্ম্ম অমা নৎত্ত্রবনে? মাল্লিদা, অথোইবা ধর্ম্মনি। ঐনা মপাবু ওইববসু নাওকোনবীবা য়াইনা! য়াদ্রনে? মপুরোইবসু মপানিনে, মপা! ঐঙোন্দা মপা যাওরি, মঙোন্দা মমা! অদুবু ঙাইরিসে কুইরেদা। নুমিৎসু তাদৌবে। ইনাই ইশলসু লোইনা থাদোকখ্রে, তাঞ্জসিদা লাকহনিনংঙিদা।)

গঙ্গাদাস বাবাজি মালা চৎলি, মশীংদি খঙদ্রে। মচীন্দা হবিনাম শোনদ্রে। মপূক্লিং চবাংনৈ। ইখঙ হেক খঙহৌদনা মাগী খোঙগ্রাই চল্লিবা খোঙযাদা খৃজিলনা কক শিকলকই। লোযননা লৈ খৃজোক অমা মতম্পাক্তা হৈথবক্লে। সাধুবাবা খংই, শ্বাই লাওজে, তুজুংনৈ... তিং তিং হৌবকই! মাগী লাওববা অমসুং তোংতক তৌবা মমীৎ অনী খংপাং পাংথোবকই-মমীৎ কুপখিদ্রে।

শ্রীমতী বাধিকাগী রূপ অমদি সুন্দবী মানুষীগী মিংখৈ লৌদুনা লার্কালবী, যেংখোম ফজবীনা সাধুবাবা খুকমদুনা লৈ কৎলি, মখূৎ অনী জুব তৌবি, মখুউ লৈতানা (খূনীংদা ঙাকলৌ ওইবগা) লেপ-ফম্লবি। মমীৎনা নোকচৈ। কয়াদি ফজবে, ফিজেৎ লৈতেংসু। ফানেক মযেক নাইবা শেৎলি, ফিদোন চিংখৎলি, কোমগোম্মা ফুর্বিৎ লিৎতে। হকচাং মনুং উবা কেবেপ ইল্লি, মকোক খিত্তং খুম্মী। খ্বাংচেৎ লাকই। নীংথিজববী মাযথোংদা চন্দননা লৈতেংলি।

"তথাস্তু!"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা যাম্লা কোইথোক্লা অনীবক অহুমলক হনবা তৌদনা যাইফ চিনকোই পীবগা সৎ হেক্তা নোৎশিল্লকই – "সুন্দবী! কমদৌনা চংলকই? সহুম সমিন ফংখিদেনা।"

"হৌদোং অমোমনা লৈমাযদা চৎপদৌনা ...।" শ্রীমতী বাধিকানা হাযবকই- "খূনীং কংনা কংনা অভিসাব চংজবকই। ঙসিদি মীথুংসু কৈসু কনা অমত্তা উজদ্রে, কযাদি নুংঙাইজবে। তু! যেংবীযু, থোঙগী পৌবোনসু ননাইনা হেক্তা লোনশিঞ্জবে। অপ্রাজীৎত পবেং অনীসু পুজবকই, শ্রীঅনুপ্রভুগী শেংলবা নির্মলা!"

"নুংঙাইজবেদা, সুন্দবী! স্বর্গ খৃৎনা লাম্বা ফংবমুক নুংঙাইজে।" গঙ্গাদাসনা শমথদুনা হাযবকই—"কুন্দো পবেং নৎত্রবসু লৈ পবেং অমমমবু হুক্রববদি গর্ধব্বা বিবাহ শকই, ইযাদা যাজবে .... কদায কদায।"

"ঙাইখোদা, প্রভু!"

যেংখোম ফজবীনা অসুম্লা খুমলগা নুংখম্লৈ (খঙনিদো, হনুবা তাকু নঙ! নমৈ নকোক ওন্থোক্লে। অদুবুনে, প্রাননাথ! ইপাগুম্বা নঙবু ইব্রা ওইযু তমথ্রমাল্লে। নুংশি সেবাদি নীংথিজনা তৌজগেকো। পেন্দ্রগনা অমদা কোক হেক অমুক ... য়াইদনা?)

চীনগী বাঙাংনা অমা, নুংগী বানা অমা - অসুম্লা খন্না খন্না সুন্দরী মানুষী লেপলি। লৈ পরেং অঙৌবা অনী অদু সাধুবাবাগী ঙকশমদা চিংনবা লৈতনা হকচিনম্লে। গঙ্গাদাস বাবাজি

**নুংঙাইবনা মতোল লোমখ্রে। মহাক লেপখৎলকই – মঙক্তগী লৈ পরেং অমা লৌথোকই। মহাকসু চিংনবা লৈখিদ্রে। (ঙসিদং থেংনবী নুপী অদুগী চরিত্র হঙ্গৎনা থিকনবা হংলুনবগী মতম লৈখিদ্রে)। অসুক্কী মতিক থাজখ্রে। লৈপুন পরে হুকচিনখ্রে। অরোনবা লুহোংবা নৎত্রগা গর্ধব্বা বিবাহ - ইচম হেক চম্না লোইশিনখ্রে। নুংথিল কোরৌহনবসু (আদি যুগকী মশানৌ কুন্তী নীংশিং নীংশিং) বঙ্গ সাগরদা লুপখিবদৌনা তৌখ্রে। মশক উখিদ্রে।**

বব কন্যা অনী হৌগৎতুনা লেপমিন্নখ্রে।

## ১৩

মিকুপ খরগী মমাঙদসু, মতুংদসু, কুথা মনুংদা (মপানদগী) মঙাল অমা অনী খংচং চংলকখি, অমুক্তা নত্তে। নুমিৎ মঙাল্লা... অরোইবা মশেক ? নত্তে, কুথা অসিগী মমাঙ থোঙদি নোংপোক ওল্লি; নুমিৎতি নোংচুপলোমদা লৈথাখ্রবনি। অদুদি মঙাল অদো করিনো? টেক, টেক, টেক ... মখোল খবসু তাখি। কবি ওইনি ?

অবোনবা লুহোংবগী ফোটো নম্বীখ্রে। (মতম অসে অনীসুবা লাঙ্গাও মতুংদনি। বেঙ্গোলগুম্বা মফমদদি ফোটোগ্রাফিগী খোঙজেল যাংশিনখ্রে। থোইদোক্লা শ্রীধাম নবদ্বীপুসু তীর্থ যাত্রিকশিংদা লাইগী মুর্তিশিং ফোটো নমলগা যোনবগী কববাব লৈবে। কোযচং চৎপা কেমেবা মেন নেকপা ফংলে। তৌবতবু ব্লেক এন্দ ব্রাইটনি। ফত্ত-শরৌশিনবা কাঙবুগী খুৎ য়াওখিববু ওইরবসু থৌদোক অদুগীদমক মাঙজৌন্না শেম শাদুনা লৈখিব্রা ? অমবু ওইবে, থোইনা ঙকনিংঙাই ওইদে।)

গঙ্গাদাস বাবাজিদি ময়া মরি চিকানা সুমহৎখ্রবনি। কবিসু খঙখিদে। যেংখোম ফজবীদি খঙই। মহাক করিসু থৌশাবীদে, নুংখেৎনৈ (লুহোংবগী খুদম অমদি নীংশিং থৌদোক অমা থমহৌববু কৈদৌই হায়বগে ? থমজৌনা ! হে হে ! অমত্তা নত্তে, মঙা তরাদুম নমজৌনা। কেৎলে কেতুকী ! শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবীনা কৈসু নচুংবিদে। ইনে কেতুকী তিংখংগী খুৎনেক ওইবিনি। খোংবাল লাল্লুম্বা, য়েনখা পাউদাবা কনানো ? লুমখোদনা তাখোদনা ... নুংশি চিবোন ব্রারীসু। নমখোনে ফোতো অতৈসু .... য়োল্লুচো, মণিগী লৈবাক্তসু। য়েংঙু য়েংঙু লোন্না... নমজৌনে, লৈপোপ কায়দ্রিবী ঐগী থিকথা ! তু তু যেংজৌসে ... ফি থোংদনা লেপ্পীগে, বাবাজি !)

**শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবী ! নচোং থাগী লাইবেম্বী... নাকেন্থাগী উপাল ওইখ্রে, মশাদা ফি মচেৎ অমত্তা পকখিদ্রে।**

**"হি সুন্দরী ! সৈত্যম শিবম সুন্দরম !"**

**গঙ্গাদাস বাবাজিনা অসিতং হায়রগা মশাদা থোল্লিবা কৌপিন লংশেকখ্রে, নুংখন্নৈ (হে নুপী ! ফিনুংদসু অসুক ফজবা ! নঙ ওইরে, শ্রীমতী রাধিকা !)**

**("উম !) সুন্দরী মানুষীনা হায়রকই –" বাবাজি ! উরব্রা রাধিকা !**

প্রকৃতি অমসুং পুরুষ চেজেংনৈ।

নুমিদাংনি।

গঙ্গাদাস বাবাজিগী কুথা মনুং - পুমগুান ঙাক্লি। নুংশিবা লৈনম অমসুং নুংশিবা ধুপ। নহালমখৈগা মান্নদ্রে। জাতিমাই থাক্লি, মরি মগুা। নবদ্বীপ ফক্তা থাবা লম্বোইবগী শৈয্যা মথক্তা ... কৈদৌরিবা ? লাংওন লংদাইগী অনীসুবা তাঙ্কক হৌখ্রবোই! লাপুক্লা ঝুলি তুপী কৌপিন লৈমায়দা তারি - মথক্তা ফানেক অমসুং ইন্নফি ! লৈঙাংবুদি শংঙি, অশেংবা ঙাকনি, ইন্নফিদি অঙৌবনি। পুমশেং হেক্তা শেংখ্রে। পাপ নত্তে, পুন্য তানবনি। মফম অসি পুন্যভূমিনি; পুন্যধামনি। দ্বীপ মাপলগী ধাম ! হোলি প্রেসতসু লাইনুপা লাইনুপী যুম্বালন্দুনা লৈমিন্নদবা যাদে। মচা মশূগী অনৌবা মীবোন লৈত্রবদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অমদি শ্রীমতী রাধিকাগী মন্দির সেবা কনানা তৌবীহৌগনি ?

গঙ্গাদাস বাবাজিনা খঙহৌদনা হায়দোবকই – "হে কলিগী জীব পূম্নমক ! নচা নশূ লৈত্রবদি কৈদৌঙৈদসু অরান খুভম ফংলোইকো! মুখগী পাউজেল, শ্রীভগবানগী পাউতাকনি। ননাই ঐদি, ঐগী ইবুংঙো ইবেম্মগী পাখোল্লোইনি, পাঙথোকচবনি ইথৌদাং, ইঙ্গবনি উনবীনুংগী ইছারোল। ঙাকপীয়ুকো ! হে ইবুংঙো ইবেম্মা ! ইহৎ ইরেং শিলহৌনবা মক্ত চংলবা ইচা অমত্তুংদি পীনবিয়ুকো !"

"এঃ ঙসিত্তং খঙলিবোইকো, বাবাজি!" শ্রীমতী রাধিকানা হায়রকই – "অদুবু বাবাজি ! শন্দোকপীয়ু মঙাল অদো: ফংগনি নহাকসু অমব মিংখৈ, খিল্লম্মু মিংচৎকী লেঙদ্রবা উবোং !"

"মিংচৎকী উবোং ! কদাযদা ?"

"অসিদা ... !" শ্রীমতী রাধিকানা ফাগী ওইনা খুৎদোম্বী থিন্দুনা তাকই –"পূম্নমক মফম অসিদগী পোকপনি।"

"সুন্দরী মানুষী !" সাধুবাবানা চীনথেংননা কৌজে।

"তাকপীয়ু সাধুবাবা !" সুন্দরীসু চিনথেংননা খুমজে।

"ফজৈদকো, হে ইমা নঙসে।"

"কৈনোনে, ঐবু ইয়া কৌরিদুবো ?"

"নুপীদি ইমানি, সুন্দরী !"

"নতুসু ইমা ?"

"হোয়, ইচাগী মমা!"

"ফজৈকো ব্রাখলদি।"

"মসিনি লময়ৌরবা রাধাভাব !"

"হোয়নেহৈ ইচা হনুবা, তস !"

"নঙসে ব্রাঙাংদি হৈকো, শ্রীমতী !" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা শমথরদুনা হায়রকই – "ঐ অমা পোকপীয়ুকো ইমা নঙনা।"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা শ্রীমতী রাধিকাগী কুঞ্জবন অদু লুরক্লা খুরুমজে (হে জগৎকী জননী ! অমুক পোকপা অমুক হল্লকপা নঙোন্দনি। ঐ অমা পোকপীয়ুকো, হে মায়াপুবী !)

"হৈনদেদা, ইমা কৌনু।"

"নঙোন্দা ইমা য়াওরিনে, প্রিয়ে !"

"অদো, নওগীদি নত্তেদনা।"

"নুংপানগী ব্রাতনি, চপ মান্নে।"

"ননাই ভাব তাজদ্রে, শ্বামী !"

"প্রিয়ে ! অরুবা লাইনীং লম্বীনি। শ্রীনদীয়া বিহারীনা শন্দোক্লম্বনি।"

"প্রাননাথ কৌজৌবা।"

"হৌজিক্তি ইয়াদা য়াজরে।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা হায়রকই — "ইমীংতা ইচা অমত্তংদি উজনিংঙি।"

"অদুগীরা নহালখৈ শ্রীমতী রাধিকা নীংলিবা ?"

"অহোয়, ফংজরে ঙসিদি।"

"অদুদি পীবোদনা !" শ্রীমতী বাধিকানা নোকফেং তৌনা হাযবকই — "ঐদিনে ইচা অমত্তা নত্তে, অনী অহুম... মগা তারক।"

"সে লৌরোসে, প্রিযে !"

"সনাগী উরিনা উপালদা যেৎপগুম...।" শ্রীমতী বাধিকানা হাযবকই — "যেৎচরগেনে নুংশিবা বাবাজি !"

"প্রিযে ! খামেন্দা কৈরাক থাজবগে।"

"ভাইজবি, খৌবাংনা ... লেংখৎপীবে পাম্মুবা !"

"পাম্মুবী ! নুংশিদকো নহাকসে !"

বসন্ত মমৈগী খোইনীং লাবা অমসুং বসন্ত কুমজিনগী পোটনীং অমোম অখৎপী অমত্তা ওইখ্রে, থরাযসু হকচাংসু !

খঙদে, কবি খোকলগবা !

## ১৪

লোন্না অমসুং ফোঙনা !

নোংমদগী নুমিৎ কয়ানি — শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবীগী কুম্মৈ, অঙকপনি ! কনানসু মহাকপু চিংননিংঙাই ওইদ্রে। অথোইবী নৎত্রগা অখন্নবী অতিথি অমা ওইনা লৈখ্রে। মাগী তোঙানবা রাধাকুঞ্জ (কুথা শঙলেন) অমা ফংজরে। গঙ্গাদাস বাবাজিগী ঈঙ্গিৎ মতুংইন্না, গোপীনা শিনবনি।

গোপী হায়বা অসি বিষ্ণুপ্রিয়া কাণ্ডলুপকী মণিপুরীনি খঞ্জে, মশানসু। য়াম্না হৈথোই শিংথোই। বাবাজিনা মহাকপু খমথেংনা থাজে। মীথুংশঙগী হীসাব কিতাব অমদি লৈফম চাফম- অশিন অরাং পূম্নমক মহাক্না শিল্লি। মমীৎ মনা য়াম্না শিংঙি। মীতেক মীরৌসু যাম্না খঙই। অদু ওইদুনসু, মহাক্না শ্রীমতী বাধিকা ফজবীগী খোঙথাং খোঙচৎ খঙবা ঙমদ্রি।

হৈঙ্গ্রে হৈঙ্গ্রে, য়েংখোম ফজবী ! শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী শ্রীমতী বাধিকা কৌবসু যাবে। কবম্বা মতমদা বাবাজিগী কুথাদা চংশিবা, কবম্বা মতমদা থোকখিবা - কনাসু উহৌ খঙহৌদে। অযুক ঙন্তা হৌগৎলকই, মিলন ঘাট্টা চৎলি। ঈকজে, মতম যাম্না লৌদে। ফিশেং শেৎলগা লৈ পোলাং পাযবগা লৈ হেকই, বাবাজি ঙাইদুনা লৈজে। বাবাজিসু হৌজিক্তি মমলিঙৈদা স্নান চৎত্রে। মবেম্মা কাবকলগা চৎলি।

অযুক্কী মতমদা, বাবাজিনা ধ্যান তৌদুনা লৈগল্লি। কুথাগী মাঙ্গোলদা ফেংঙনা ফম্মী। মতম অদুদা শ্রীমতী বাধিকা ফজবীনা লৈ পোলাং পাযদুনা চংলকই । বাবাজিদা লৈ কৎতুনা খুকমলগা নাসোন তপ্না থৌনিজে – "হে প্রাননাথ ! ননাইবু লুখ্রাবী ওইহনবীগনু ! ইপুথোইবগী মমাঙ থানা চৎচখিগে। থৌজানবীযু বাবাজি !"

'তথাস্তু !" বাবাজিনা অসিগুম্না হায়বগা মকোক্তা নাম্থবী।

য়েংখোম ফজবীগী থৌনিবোল, বাবাজি খুকুম্বা লাকপা ভক্তশিংনা তাববসু চিংনিংঙাই লৈতে। গোপীসু অদু মঙাই। মাদি মথৌসু যাম্না চিল্লি। নোংঙানবগা শেন খোমজিনবা, অচা অথক লাংবগী থবকসু যেংশিল্লি। কৈথেল কাবা চৎলি, থেংনা হল্লকই। মহাক্না নাধুব বাবু লামিকর্না খঙ্গ্রা। মঙোন্দা চিংনবা রাখল অমত্তা লৈজদে। মপক্লিং চম্মী। হন্দক মবাক্ত মহাক্নসু খবা কোমথোকই। সাধুববাগী দাসী অমা লৈববে হাযদুনা খন্দোকচৈ। কবি হাযনি, মন্নাক্তি ইহদ ফনা খঞ্জবা মীওইনি। মঙোন্দা কোবৌ কাবম্বসু লৈতে। কাঁলসা অমা ওইনা হৌশংবা অদুনা তোঙানবানি। অপাম নুংশি, লোঙ্গা লোনথুপকা লম অসোমদদি মহাক কবিসু খোইজংদে, খঙদে হাযবসু যাই। মহাক নপুংশক অমনি। মহাক্না কবিগুম্বা গঙ্গাদাস অমদি যেংখোম ফজবী অনীগী অবোনবা খঙলবসু (কবি অমত্রা হেক) মনা মনিল নাইগদবা মীতাসু ওইদ্রে।

অসিদনি ফজবীনা খুদোংচাবা লৌবিবা। মহাক্না উশিং থওইদবদি তৌদে। যাম্না হৈনা, অংক অংকপা কুম্মৈ উৎলি। বাবাজিগী লুক হাফমদা চংলক্কুনা হুমায পাযবগা হযিং থমলে, গৌগলগী রানি, লু-নানখ্রবা মফমনি; হযিং লৈপোৎ নত্তে। বাবাজিনা লেমলম্ব প্রসাদি মহাক্না মীবক তাল্লক যেংলগা হুকচিনখি। মহাক হৌজিক্তি মপুবোইবা নীংবী চাহেনবি' অমা ওইববনি। ফজবীগী পুল্সি মবেক মহাও থোকলে। অসিগুম্না যুম্বালগী নুংঙাইববা তাঙ্কক অমা লাক্কনি খল্লুদবনি। মহাক্কী পুকচেল হোংলকলে, লমন খুম্বগী রাখল থাদোকস্রে। ঙমজবী থাক্তা বাবাজিবু সেবা তৌরক্কে। বাবাজিনা ধ্যান তৌবিঙৈদসু হকচিক লাংহনবা ওইনা হুমাইনৈ। মহাক্না তৌবিবা পানগী থৌওং - মহাকপু সাধুবাবাগী সেবিকা নৎত্রগা ভক্তিকা অথোইবীনি খন্নবকলে। অসিগুম্বা থৌওং অসি মঠ অতৈদসু অদুম উবা ফংঙি। অদুনা কনাসু চিংননিংঙাই ওইদে। তৌবসু, লাইনীংবা বাবাজিশিংনা অহল

ওইরকলবা মতমদদি ফমশেন্নবী সেবিকা অসি লৈতবসু য়ারক্তে। শিষ্যাশিংনা থৌগল তৌবদা পেল্লক্তবা মতাং য়াওই। নুপী দাসীনা তৌবনা হেক্লিল্লকই। ঙসি শিগে তৌরম্বা বাবাজি কয়া, নোংমা নীনি চোম্হনা হিংলম্বা য়াওখি। করিনা, নুপীদা থোৎ নৌজবা, ঝাহে খোনফম ফজবা কয়ানা অনাবা তেকখৎহল্লি। নর্স নুপীনা তৌবা সেবাগা নর্স নুপানা তৌবা সেবাগা খেন্নবা লৈ। করি অমুক হায়রগনি... হকতিন্নবগী মীহৌবা অপান্না লৈত্রবা সাধুবাবা অমবু তনৌরবী দাসী অমনা মনাক্তা হিপ্পুনা নুংশিনা কোঞ্জবতদা, সাধুবাবা অদু মশা তেখৎচরিবনি। মতৌ অসুম্না গঙ্গাদাস বাবাজিসু নোংমা নোংমগী নহা ওইথোরকলে।

করিগী নহা ওইদনি ! য়েংখোম ফজবগী সেবাদা করি হোরৎপা লৈরি ? মহাক্তি তৌশিন্নবসু লময়ৌনা হৈরবীনি। মরক মরক্তসু, লাইসোন ঈশে শক্তুনা মমীৎ উইশিল্লগা মঙক হাইজে। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মীরক তাল্লক য়েংলগা বাবাজিগী কুথা মনুংদা সৎ হেক্তা লীৎশিনখি। মতম অসে বাবাজিগী পোত্থাবা মতমনি, কনাসু উন্নহনদে। মীসু য়াম্না লনবা মতমনি। মহাক্তা মমাঙথোঙ হেক্তা লোনশিনখি। অভিসার লোইরগা মনীংথোঙদা সৎ থোকখি - কনাসু উহৌ লাকহৌদে। নুমিদাংসু মনীংথোঙদা সৎ চংখি - অহিং লেকই। নোংঙানদ্রিঙৈদা সৎ অমুক মনীংথোঙদা থোকখি। ওহ্মোক্লসু খুদোংচারবা মফমদা মহাক্কী লৈফম ফংজে। বাবাজি সঙ্গায়গী হেক মনীংথোঙদা ! মাগী কুথাগী মমাঙথোঙগা মায়োকনৈ— থোইনা লাপ্পদ্রে। নাক য়েৎত্তা শম্বলনি। জবাকুসুম অথোনবগী কুংলবা শম্বল, অৱাংলোমদা মাগী থোকফম লম্বী মচা অমত্তং ফাৎলি। ফাওদোক ফাওজিন, কেকু লোৎপী শান্নবগী খুদোংচাবা ফজনা ফংগ্রে। অসিদবু কনানা ফারুনি ? ঐনা মহেল্লে খঞ্জবা গোপী ! চক্র পে চক্রদা লৈগ্রে।

পাওবৌ অমদি লৈবনিকো। চেকশিঞ্জৌ সাধুবাবা, অদুগা শ্রীমতী রাধিকা ফজবী নঙসুনে নীংশিংজৌ— হুবানবগী তবানি মপুগী নোংমা !

য়েংখোম ফজবী খঙই, পাউবৌ অসি মনুং থিৎনা খঙই। কৈসু থৌশাবীদে। নহালনা তবা হেনখ্রে। মপুসু হুরানবসু পুনশিন্নখ্রে। লৈবাক মীয়াম্না ফাববসু গধর্ব্ব বিবাহ তৌখ্রে। থায়নদগী চৎথবকলবা পবম্পাবানি। সহাজিয়া সাধনাগী চৎনবীসু লৈ, অথিংবসু লৈতে। হোযদহৈ, ফজবী ! নোংমা কেকু হেক ফোঙদোকউ।

## ১৫

নোংমা নোংমগী চেৎশিন্নখ্রে।

গঙ্গাদাস বাবাজি অমসুং য়েংখোম ফজবী - হেন্না হেন্না নুংশিনখ্রে। বাবাজিসু চাল-চল্লি য়াম্না হৈখ্রে। নোংফদোক শ্রীমতী রাধিকাগা তুংথং-মাঙথ ঘাট্রা স্নান চৎমিন্নৈ, অৱায় অখুম তৌনৈ। কনাসু তাপোৎ নত্তে, উচেক ৱায়াতনি তারিবা। মখোয়গী (উচেকশিংগী) ফজবা লীচৎ লৈ- মীৱা ঙাংনদে, তোকঙা শন্দোক্তে। অদুনা ঙসিসু বাবাজি মতৈ মনাও, ঘাট্রা কুমথরকই, ফজবীনা চৎখৎখি। সাধুবাবানা লাওরকই –

"হায় ! অতো, নঙবু ঙাইখোনে।"

"মাঙ্গিকো, মতৈ মনাও।" ফজবী চপ লেপ্পী।

"হৈ, অঙাওবী ! মী তাখিনি।"

"কিব্রনে, বাবাজি ?"

বাবাজিনা হায়বকই – "কিবুদি কিদেদা। অদুদা সুন্দবী, নঙনা কোক হেক চেপ্পোকপ্লবদি, ঐদি চংশি !"

"হৌজিক ফাওবা ননাইবু থাজদ্রিবা ?"

"থাজদ্রবা থাজেদা।"

"বাবাজি ! ঙসিদি ঈশিং মনুংদা মীনখেল্লা শান্নসিদো।"

" মী পোং উত্রদি।"

"উদ্রিদ্রৈদা....।"

শ্রীমতী বাধিকা ফজবীনা অসি হায়বগা প্রপ প্রপ চেপ্পুখি। ঈশিংদা চুপ লুপখি, ঈবোইদুনা অমুক শান্নে। অমুক হেক ফাওগৎলি, অমুক হেক চুপ।

গঙ্গাদাস বাবাজি লৈবাইদা লেপ্পুনা লৈবি। ফজবীনা তৌবিখে, মহাক পেঞ্জে, ইনুংদা নুংঙাইজে। ফজবীগী মাযথোং, মাগী মীতাফমনি, মিংশেল দৌনা তৌবিবনি, যেংঙিখে পেঞ্জদে। মীযাম মমাঙদা ফোঙনা যেংবা যাদবা মতাংসু য়াওখি। হন্দক মবক্তি অমুবা আনোক উপ্পগা মাঙ্গোলদা ধ্যান তৌনা তৌনা যেংঙি। মমীৎ নুংঙাইতে, উফুল চংদনবনি হাযদুনা শন্দোকই। খ্বাই পুম্নমক থাজনৈ। ফজবীদি খঙই, মহাক্না সাধুবাবা খূদুম চনবা ঙমলে হাযদুনা চাওথোকচৈ। গঙ্গাদাস বাবাজি শিনিংদ্রি। চহী যাংখৈ হাযবা অসি কৈসু [illegible]ত্তে, [illegible] [illegible]খনা [illegible]হংবা [illegible]বি। মহাক [illegible] তী নিংথৌ ওইনিংলকই। অদুবু, ওইদ্রবসু যাখিগান। [illegible]থুপ্পা যুম্নাললোন অমা লৈ। অবিবগা অনৌবীগা, অনৌবীগা অবিবগা, চহী পুংবা চাদবা যুম্বাল -মতাচাববদি অঙকপা ফং[illegible]। নুংঙাইববা অমনি হাযনৈ। মীওই কাঙলুপ খবনা চাংযেং তৌখিবা লৈ। চহী ৪০/৪৫ গী মৌযাইনা চহী ২০/২৫ গী পাখঙগা পান্ননিং [illegible]কই। [illegible]দোংচাবা অদু [illegible]ংলপদি [illegible] [illegible] লৈবাংসু খংতেক তেকখৎনৈ। মতৌ অসুম্না [illegible]হী ৫০/৬০ গী [illegible] চহী ২৫/৩০ গী লৈশাবীদা মীতাবকই, নৌহৌনা ঙাওখৎলকই। গঙ্গাদাস বাবাজিদি কৈদৌবৈ ঙাওবোইদগে ? ঙাওবি, মহাক ঙাওবি।

"লাকওদনা বাবাজি !" ঈশিংদা ঙা অমোমগী শক্তম লৌবদুনা মোংজবিবী ফজবীনা লাওখৎলকই।

"লাকচবে, সুন্দবী !"

গঙ্গাদাস বাবাজি ঈশিংদা লুপথখি; কোইতান্নে-মতু লৈমা ! এঃ ঙা পুংবানি। য়াইনে, ঈশিং মনুংদসু। মহাভাবত হৌবকপদসু য়াওবিনে... কনানো মুনি অমগী সনা মহিবেলবু ঙা অমোম অমনা কুৎ যোৎশিনখি.... সত্যবতী পোকখি। সাধুবাবানা মসি নীংশিংলকই।

মহাকসু ঙা লাবা ওননিংলকই। ওনবদি ঙমদে, শক্তি অদু মঙোন্দা য়াওদ্রে। ঙা অমোমনা মী পোকই হায়বা অসিসু মহাক যানিংলক্লে। মহাক য়ানিংবা অমত্তংদি লৈরি - মীসু ঈশিং মনুংদা মীনখেল্লা শান্নবা য়াই।

সুবধুনী গঙ্গাগী ঈবোলনুংদা মীনা ওনবা ঙা লাবা অমোম হেক্তা যেংশিন্নে, কনানসু উপোৎ নত্তে। হনু-নহাগী পুংবা, ফুং অমুক ফাওগৎলকই। মমায অনী নকশিন্নে, ঈশিং মনুংদা মখূৎ শাংদোকনৈ। মীবক তাল্লকসু যেংখৎলকই। ক্যামলৈ পাম্বী মতোন্দা খোইনীং মতৈ মনাও চীন চুপ্নৈ- মবানীসু উজৈ ; মদুদা ঙাওজৈ। চুপ চুপ লুপখি ঈশিং মনুংদা চীনথেংনৈ। কুইবা যাদে, শ্বব তৎপা যাই। ফুং অমুক ঈথক্তা...!

নুমিৎ মশক উবকলে। তীর্থ যাত্রিব অতৈ লাকপা মতম ওইবকলে। ফজবীদি পুংলৈ খোল্লে যাম্না খঙই। খঙহৌদনা লাওবকই – "ঐ কাবেকো, বাবাজি!"

অসি হায়না হায়না হেক্তা চেনখৎখি।

"কাবো কাবো, প্রিয়ে!"

"ঐসুনে বাবাজি!" ফজবীনা ঙাইহক্তং লেপলগা অমুক লাওবম্মী- "ঈশিং মনুংগী ঙা অমোমগুম্না....।"

"হা! নঙবো ? শোযদ্রব্রা ?"

"শোযদ্রে শোযদ্রে... মক্কম থুবে।" ফজবীনা অসি হাযবমলগা প্রপ প্রপ কাখৎখ্রে, মশক উখিদ্রে।

গঙ্গাদাস বাবাজি হবাও মোমোন তৌদুনা থাজিন ফা ওবা ঈাতংলগা মখৎ জুব তৌদনা নুমিৎ খুকম্মী (হে সুয্যদেব! খঙদেদা কবি থোকলগবা! পুম্নমক নঙদি লোইনা উবানিদনো। নঙসু গঙ্গা মপানগী উকম অমদা কুন্তীবু মমা ওইহনখিদনা! ঐগীসু সুবধুনী ওমংদানদো হৌজিক্তে নঙ ঐ হীসাব বাববাব!

হে দেব! কুন্তীনা মচা কর্ণবু কোবি চফু মনুংদা লোৎলগা গঙ্গাদা তাওহনখিবা মতমদা নঙদি কৈদৌ লৈহৌই ? উহৌদব্রা? উনা খঙনা মপা নঙনা লোৎলিবা কবিগী ? ফন চোংথবগা ওকপা যাদ্রো ... চফু অদো! ঐদিনে, কনাসু কিবীদে, ঘাট্টা লেপ্লগা লাওবীগে যেংঙদো ..।)

"ওং! লাতোযাই।" খোঞ্জেল অমা তাবকই।

"কনানোনে ?" গঙ্গাদাসনা পৈবপ্না নোংথক্তা যেংখৎলকই ( হে তে! নঙ ওইবে। চৎলু আদা, পাযথ্রো লাপ্না, হযেং কোন্না লাকউনে।)

তোর্বান্দা হৌবিবা ক্যামলৈ মশা অমদা তোংলি – সুবধুনী মাইনা!

"কর্ণ- কর্ণ।" মাইনা অদুনা মযেক শেংনা খোঙলকই, ক্রং পাযথ্রে, লাপ্তক্লা অমুকসু মরোল লোন্দুনা খোংলম্মী–"আ আ তো তো পা পা কর্ণ আ আ মা পোক - পোক..!"

"হি! কবি লাইফাওনো।" গঙ্গাদাসনা মথন্তা নুংখন্নে (অতোপ্পা কর্ণ অমা! নুংঙাইদা; ইচা নুপাদি পোকতৌরিমাল্লে। অদুবু, ঐনা কৈদৌঙেদসু সুরধুনীগী ঈরোলনুংদা লংথহল্লোই।

ঐগী প্রিয়েদি মচা তবেৎপু গঙ্গাদা লংথরগা হাৎপা ওগ্নী গঙ্গাদেবী, ভীষ্মাগী মমা অদু ওইবোইদা ! ওইগদ্রনে ?)

সাধুবাবা ! অতোপ্পা কর্ণ অমা পোক্তবা ওইসনু ! ব্রাজেনে সুবধুনী গঙ্গা মাইয়া ! অদুগনে, তাতোয়াই ! সুবধুনীগী মপান অসিদা অতোপ্পা কুন্তী অমসু লাক্তবা ওইসনু ! মমানবু অদুক তমথিবা ! অদুক থম্মোয় কনবা ! অদুবুনে, নঙগী শ্রীমতী বাধিকাগী পূকচেলদি খণ্ডিদ্রিদো ! চেকশিনজৌ, হে সূর্য্যদেব, নঙসু ! হন্দক্তি যেংদুনা লৈবীগনুকো ! ঈশিংদা হেক্তা চোংথবীযু; অঙাং লোকপীযুকো !

(১৬)

গঙ্গাদাস বাবাজি নীংজিংনৈ ।

মহাক চেনখৎলকই প্রপ প্রপ। কুথা মনুংদা চেনশিল্লকই, শ্বব থবেৎনৈ। ফিকং ফিশেং হোংদোক হোংদোক্লা মখাবোম থংবা থোঙনাও হাংদোক্লগা লাওবকই – "হাই ! গোপী ! নঙবু য়াহৌদ্রিবা ? অহিং অহিং নঙসু ...।"

গোপীগী লৈফম খবা লাপ্পী, মখাবোম থংবা চিদাইদনি। সাধুবাবাগী কুথাদি তপবন অমদৌনা তৌববনি। অকোযবা অদু হৈবাং লৈবাং পাম্বীনা শম্বল খাজিনবগুম তৌপ্রবনি। অদুনবু প্রেম মিলনগী খুদোংচাব । মফম ওইখ্রিবান। খোঙনাং বট মঔগী থোওজাও লৈবি, মমাঙদনা পাকহনগী মাঙ্গোল শেমখ্রে। ভক্তশিংগী উন্নফমনি। ইমুংদদি কনাসু চংহনদে। যেংখোম ফজবীমু তাঞ্জা মেঞ্জা যেংলগা চংবনি। মাগী হুবান থোঙ্গবৃদি মনীংলোমদা লৎলি।

সাধুবাবা লৈতোন কক চকচৈ (ইতে [illegible] শোযদে শোযবে। অহিংগী হবানবদি [illegible]নিনে, [illegible] খিজলশগু [illegible] ঐ! হৈবাং লোঞ্জা চানকপা, লৈবাং লোনজিন [illegible]কপা [illegible] হেনথ্রবোত, [illegible] হীদে [illegible]মিং থা[illegible] দীবিকো। ঐনাদ নুমৎ দেবতবু [illegible]াংনদুনা লৈবস্মা। এ ! হৌ[illegible] কাব [illegible] শ্রীমতী বাধিকাবু ম[illegible] [illegible]দা থেসিব ! [illegible]শল্লকইকো, খণ্ড[illegible]হক। ইচাসু [illegible], [illegible] নভ্রে, ঐবু [illegible]য়াম্ন হ[illegible]দুনা ? পৌডা [illegible]টি [illegible]নাক্তা লাইনীংলিব, বংশীদাস [illegible]জদি ময়ুমগী নুপী কৌবগা চঠী অমদা থা অনী [illegible]নীদি লৈমিঁয়ে হাযবি। ঐগীদি অবোং [illegible]। [illegible]চৎসু [illegible]ওহনবা যাদে। খণ্ডদ্রে, তৌবিস্সি। কবিনংগী মীহৌ লাংদা থুকই। হে সাধু চেংজংবা ! হাইস ! ঐ হৌজিক্তা লৌশিং লাকই... মিকুপ অমত্তং থেংনবদা হেক্তা যাখ্রিবী নুপী অসিবু, অসিবু ... মমিং অশেংবসু খণ্ডদ্রি। মহাভাবতকী অম্বাগুম্বীনিদি হাযখি। অদুবু থাজসিবা ? হে পূক্লিং, পঙঙিদা। অপাম মীহৌনা হানখ্রে। অদো হৌজিক্তি কাবি কবম তৌসিবা ! উম ! লৈবেহৈ পাম্বে অমা গোপীদা মপা য়াহনবদি কমদৌই ?)

"শ্বামী ! ননাই লাকচবে।"

মপান্দগী শ্রীমতী বাধিকানা অসি হাযনা হাযনা চংশিল্লকই। মখুৎনা লৈ পোলাং মচা অমা পাযবকই। মহাক পুংঙৌ ফনেক শেৎলি, ফিঙৌনা মকোক খুম্মী। মফি মবোল

অসুক্কী মত্তিক চেকশিল্লি— মপু লৈপ্রবা মপোৎ মচে, কনাবুসু উহনখিদ্রে। মহাক মাঙ্গোল য়ৌরকই, ইমুং চংলকই। বাবাজিগী চন্দন উপু মচা থাংদোরকই। মাঙ্গোলদা থম্মী, লাইফক থাই, ধুপ থাউমৈ থাদুনা হৈ লৈ কৎলগা সুর্য্যদেব খুরুমজে। মরোন থোকহন্দে, নুংদা নীজবনি ( হে দেব ! সাধুবাবাগী মিংচৎসু মহাম তাহনবীগনু, ননাইসু কলঙ্কিনী মিংথোল ফংহনবীগনু। পীনবিয়ু পাম্বৈ অমা।)

গঙ্গাদাস বাবাজি নুংত্তিগী মতৌগুম্না মাঙ্গোলদা থোরকই। কুশ আসন্দা ফমগ্রে। চন্দন চব্রা থিনবা লোইরগা মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌবা হৌগ্রে। শ্রীমতী রাধিকানা মাগী নুংত্তিগী মথৌ অমা ওইনা সাধুবাবা খুরুমজে, লৈকৎলি। লোয়ননা মাগী ইষ্টদেবগী খোঙয়াদা তিকি হোৎলি। খুজিলনা শিকই, মাগী হৈনজবীনি।

সাধুবাবা হৈনদে, তুক্কচৈ (ওম্ভোক্লা ঙাওগ্রেদকো, মসি নুপীসে। ওম্ভোক্লসু শ্রদ্ধ লৈগ্রে। ওম্ভোক্লসু নুংশিগ্রে। ঐবু হৌজিক কমদৌসিবা ! ফাগী ফাগীদগী আ য়ৌশিনখ্রে ... বনবাস তৌসিরদো সীতাগুম ! কনাগা? লৈনে, লৈনে গোপী ! মীরোনবী মমা থৈদোক্লবা হায়বা অসি থায়নদগী চৎনরকই। বংশীদাস বাবাজিগী মরুপ্পী অমসু মরূম পুরগা মণিপুরদা থাদোকখ্রে হায়না তারি। ঐগীনা কদায়দা থাসিবা ? ঙকখ্রেদা, বংশীদাস বাবাজি ! নঙদিনা গঙ্গাদাস ? হোয়নেহৈ, ঐসু অঙকপা অমনিকো।)

"তথাস্তু ! ঙসিসু তথাস্তু !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা নুংদা অমা খল্লগা মচীন্দা অসুম্না হায়রগা মনাই নুপীবু মকোক্তা নম্থুবী।

"ঙসিদি ননাইসু য়াম্না নুংঙাইজে।" শ্রীমতীনা মখাতানা হঙ্গৎচৈ – "আশ্রম থাদোক্লুনা চেনবৈ ব্রাদি লৈজদ্রে, মরা তাদৌরে।"

"প্রিয়ে! ঙসিদি ব্রা অমদুম হংগেদো।"

"তাকপীয়ু, প্রাননাথ !"

"সুন্দরী মানুষী ! নঙবু করি লমদগীনো ? নমিং অশেংবনা করি কৌই ? কমদৌনা নবদ্বীপ য়ৌরকপনো ?" সাধুবাবানা ব্রাহং অহুম অসিগা লোয়ননা মবিসুবা ব্রাহং অমসু খঙনোৎ নোৎশিল্লকই – "অদুগা নহাক শেংলিবীরা ?"

"এঃ হৌজিক্তা!" ফজবীনা কৈসু থৌশাদনা অমদি য়াম্না মরৌ লৈনা খুমলকই, "শেংলম্মী, সাধুবাবা অমনা অমুক্তা হেন্না শেংহনবীগ্রে। নত্তেনে, ননাইনুপীবু ইবাল শিরগা তাম্ভোকপীগে হায়রিব্রা ?"

"নত্তে নত্তে, প্রিয়ে!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা শমথরকই, "নুংশিবদি মীৎ তাংঙি হাযবদো চুম্মীদা । ঐসু ঙাওরুরে বিশ্বমিত্র মুনিদৌনা। কৈদৌবৈসু ঙাওরোই, নুমিৎতুদা নঙনা তৌখিবা অভিনয়দো ... অদুবু হৌজিক্তি নঙগী মরি মখোঙ খরদি খঙনিংঙি। অমবু ওইরে; ঐনা নঙগীদমক লেপকনি, তঙাইফদ্রবদি শ্রীধাম নবদ্বীপ থাদোক্লুনা চৎলবসু থোইদোক্তে। ঐবু থাজৌকো, সুন্দরী !"

শ্রীমতী রাধিকা নুংঙাইজে। মোমোন মোমোন তৌনা হায়রকই —"থাজবা অদুমক থমজে। ঐসু অহানবা থেংনবদা ইশাওন্না ফজবা নহাক্লা পুংসুম হেক্তা সুমহৎখিবনা হংজখিদে পরিচয়।"

"অওইব্রনে, প্রিয়ে?"

"ওইদ্রগবু তগৎনরিবী লৈশাবী ননাইনা হেক্তা চিংনবা লৈতনা লাম্ভোকফম থোকপ্রনে, স্বামী ? সুমহৎখি তশেংনমক!"

"চুম্মীনে, চুম্মীনে, প্রিয়ে!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, "হোয়দহৈ হৌজিক্তি নঙ ঐ অমত্তা হায়বদু ওইহরবনিনা লীথোকলগে ঐগী ব্রারীসু, নঙগীসু লীথোকউকো।"

"অমত্তা হেক লোৎচরোই।" শ্রীমতী রাধিকানা হায়রকই — "তৌবত্তবু বাবাজিগী পরিচয় হান্না খরদং তাকপীয়ুদনা, খঙজনিংবসু কুইহরবনি।"

"অতো নঙসু খনবোইরে।"

"খঙ্গে।"

"নঙ ঐ ব্রাখল পূক্লিংদি মান্নেকো।"

"অদুনবু লাংদা থুমিন্নরিবনি।"

"লাং হায়দি ?"

"অমত্তা ওইখ্রে হায়জবনি।"

"হোয়নে, হোয়নে লাংনিনে লাং!"

সাধু মতৈ মনাও ঙাইহাক্তং মোমোন নোকমিন্নে।

## ১৭

"স্বামী ! তাজগে ব্রাবী লীবিরো।"

শ্রীমতী রাধিকানা অসুম্না হঙ্গৎচৈ। সাধুবাবাগী ওয থংবা নাক্কলগী মাঙওইবপনা থাবিবা ভক্তা আসন মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথখে। মপুবোইবদা মীৎয়েং থমদুনা লৈখ্রে।

গঙ্গাদাস বাবাজি তশেংনমক মগুণ লৈববা পন্দিত অমা ওইখ্রবনি। মমীৎ পাংথোক্তে। মাগী নুংমীৎতা উরিবা মাগী পুন্সি ব্রারী লীথোক্লগে হায়না লেপখ্রে। করিসু চিংনবা লৈতনা হায়রকই - "তাও প্রিযে ! পূক্লিং অনী চমথোক্লবসি।"

"তাজরি, প্রাননাথ ! মহাদেব মাল্লিকো !" শ্রীমতী রাধিকানা খুম্মী।

"ঐগী ইমিং অশেংবা তোয়াইমা কৌই, ইমানা থোঞ্জরম্বনি। ইথক্তা ইযাম্না অমা লৈরম্মী, তোলহল কৌই। অদুনা, ঐবু ইমানা য়াম্না নুংশিজনা তোয়াইমা থোনখিবনি

হায়রম্মী। ইয়াম্বদি ওন্তা লৈখিদ্রে। ঐসে সিনাম মচানি, থাংমৈবন্দ সিনাম চীংখোঙদগীনি। সিনাম রাধামাধবকী মচানুপানি। ইপানদি ঐগী ইমিংবু রাধাকান্তা থোল্লম্মী। ইপাসু রাধাদা ঙাওরম্মী। অমবু ওইরে, ইপাদগী তাহৌবা খঙহৌবা ৱারী ৱাখোঙ কয়া অদুনা ঐসু গঙ্গাদাস পন্দিত ওইবা ঙমখিবনি হায়বা য়াই। মঙাল খরা ফংজহৌই।

ঐগী ইমুং মনুং পারী পুরীগী ৱাফম খরদংসু পন্দবা য়াদে। ঐগী অপোকপা রাধামাধব, সিনাম পংকোং হায়রগা খঙনরম্মী। পংকোংকী অর্থ ঐ খঙদে। ঐ খঙজবা হায়ববু পংনা কোংলি পংকোং কৌবনিসু হায়নৈ। অমবু ওইরে, মসিসু লাইনীং মখল অমনি। ঐগী ইপা রাধামাধব পংকোং ময়ামগী লুচিংবা গুরুসু ওইরম্মী। মঙোন্দা দীক্ষা লৌবা মীওই কয়াসু য়াওখি। এঃ নুংঙাইখ্রেপোৎনি, মখোয় অদো। মরু কোকই, শিখা চাওনা চাওনা খাকই, ফিজেৎসু মওং অমনি, ফৈজোম মতেক নৎত্রগা কৌপিন দৌনা তৌবা ফিতৎ শেৎলি, অয়াম্বা মতমদা ফুরিৎ লীৎতে, লীৎলবসু ব্রজবাসী ফুরিৎ লীৎলি, নমাবলী নৎত্রগা খুদে মতেক উরৈরোম শংবা অমা লেংবান্দা য়াল্লি, উরিক নুগুন পেন্নবা থোল্লি। মখোয়দি মালা খাউ থাদোক্তে, চন্দন পাক্লা পাক্লা থিল্লি,- পুকতসু, পাম্বোমদসু, খোইদৌদসু, লাইবক্তসু, য়াংলেন্দসু সাপা পাক্লা পাক্লা থাই।

মখোয়দি শ্রীমতী রাধিকাদা ঙাওজৈ, রাধিকা নীংঙি। চুম্লা খল্লি। শ্রীকৃষ্ণ ফংগে নৎত্রগা মশক খঙগে হায়রবদি শ্রীমতী রাধিকা হান্না নীংজৌ, মঙোন্দা চংজৌ, ইবেম্মবু হান্না মশক খঙজৌ হায়বা অসি ঐগী অপোকপনা তাকপীরম্মী, প্রিয়ে!"

শ্রীমতী রাধিকানা মরক থৎতুনা ঙাংলকই – "বাবাজিসু উগী উহৈ অশেংবনি, হৌজিক্তি খঙলেদনা শ্রীমতী রাধিকা? মখা চৎথবীয়ু প্রান নাথ!"

"প্রিয়ে!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা শমথবা ওইনা হায়রকই – " মমা অমদি মতুগী শক্তম লৌরিবী শ্রীমতী রাধিকা মশক হান্না খঙদ্রবদি মমা নৎত্রগা মচাবু মশক খঙবা ঙমফম থোক্তে। অদুনা ঐগী বাবাজিনা তম্বী তাকপীরম্বা পাউতাক অমদি লাইনীং লম্বী অসিতনা অথোইবনি খঞে। ওইবসু ওইবমলে। মতুবু লাংশেক্তুনা চৎখিবা নিমাই সন্ন্যাস, পংকোৎশিংনা যাবমদে। ঐগী বাবাজিসু, মখোয় পংকোৎ কাঙবু অসিদি ময়ুম ময়ুমদা মাগী মাগী শ্রীমতীশিংগা লুমদিন্দুনা লৈবা য়ারম্মী। মাগী মাগী লুমলেনবীশিংবু শ্রীমতী রাধিকানি খঞে, প্রিয়ে, প্রিয়ে রাধে, হায়দুনা কৌজৈ।"

"অদুবুদি, গঙ্গাদাস বাবাজিসু..।" শ্রীমতী রাধিকনা মরক্তা ফেঞ্জিন্দুনা হায়রকই , "মপাবুংগী চপ হেক চারবা সেবকনি, ঐবুসু প্রিয়ে কৌবিরে, নুংঙাইজৈ য়াম্না।"

"নুংশিবী রাধে, অমুকসু কৌজরি, প্রিয়ে!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা শমথরদুনা হায়রকই – " মখা অদো অমুক তারো। মখোয় পংকোৎ মশেন উন্নবদসু 'রাধে রাধে'! হায়দুনা খুরুমনৈ। অমাঙ অশেং য়াম্না কল্লি। ঈরুজবা কারকপদা লম্বী ঈশিং খিক্লা খিক্লা ইমুং য়ৌরকই। ঐগী বাবাজিনবু খরা হেনত্রা নীংঙি, মহাক লাক্কদবা লম্বীদো ইমানা হান্না ৱাই তৈথোক্লগা থম্মী, ৱাই তৈনা তৈনা ওকচৈ হায়বসু য়াই। ইমানা বাবাজি নীংজবা অদুমক ঐগীসু ঙসিদি ফংজরেদো।"

"অওইব্রনে, বাবাজি ?" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা অমুকসু মরক খংথৎ থৎতুনা ঙাংলকই – "হয়েংদগীদি ননাইসু লম্বী ৱাই তৈজৌ হায়ব্রা ?"

"তৈবীনু কৈসু, মীমাঙ থোকপা য়াদ্রিনে, প্রিয়ে!"

"বাবাজি ! পংকোৎশিংগী ৱারী মখা অমুক চৎথবীয়ু।"

"অদুদি তারো প্রিয়ে !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা শমথরদুনা হায়রকই – " ঐগী বাবাজি রাধামাধবনা মাঙ থারদুনা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা চৎলি। লৈকাইগী উৎসব মেলা মখোয় চিৎথবা য়াদে। অয়াম্বনা চাকসু য়াম্না চাগল্লি। করি অমুক হারুগনি, তর্পন উসব মতমদদি ময়ুম ময়ুমদা চাক হাপ্লদে। মখোয়দি থওইনা উসব থিবসু চৎলি হায়বা য়াই, মৈখু ৱাংনা কারবদি মায়কৈ অদু তম্না য়ানশিল্লি, মী পোৎলোইবা থেংনরুই হায়বসু য়াওখি। মশা মউসু অয়াম্বনা ফৈ। মখোঙনা গম গম য়াম্না লাপ্না লাপ্না প্রসাদি খুনবা চৎলি, চৎতবসু য়াদে, থওইনা অরাপ্পা লমদগী বার্ত্তন কৎলৈ। নোংমদি ঐসু খাউবুনাই ওইনা মতুং ইল্লুই, তেন্দোংয়ান য়ৌরুই। মতম অদু ঐহাক পাখণ্ড ফারীবনি।ঐ ঙকই; পংকোৎ মঙা তরুক থুংলবদুদা উসব কৎলিবা য়ুম্বু অমদি মচা মনাই ময়াম অদুনা ইকায় খুম্নবগী আসন্দা লেঙশিলহল্লি। ঐসু য়াওরুই।"

"বাবাজি ! ঙাইবীখো মিকুপ অমত্তং।" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা মরক খংথৎ থৎতুনা হায়রকই – "ননাই ঐগী বাবাজি প্রাননাথতি মতম অদুদা করি ৱাখল খনবীখি ?"

"ঐবো?" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা নোকফেৎ তৌরগা হায়বকই – "শ্রীমতী বাধিকা নীংগে খনখি। চহী মতাং চারগা ইপাগী মহুৎশিন্দুনা মীয়ামগী লুচিংবা অমদি ওইনিংখি।"

"লুচিংবা হায়দি ?" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা অমুকসু নোৎশিল্লকই – "লাই নীংবৈরা নৎত্রগা তাকু লুচিংববা ?"

গঙ্গাদাস বাবাজি খৌতকই (হি ! মসি নুপীসিদি থাথা নত্তেসে) ঙাইহাক্তং চোম্বরগা হায়রকই – "নুংঙাইতেদা অতো অকোনবগীদো।"

"ঙাকপীগনি, প্রভু!" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা নোল্লুক্না হঙ্গৎচৈ – "মখা চৎথবীয়ু, বাবাজি অহলগী মীওই মীতৌসু খরদং পনবীয়ু।"

"ঐগী বাবাজি রাধামাধবকী মীওই মীতৌদি ফুল্লৈনৈ।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা অমুক শমথরদুনা হায়রকই – "মমীৎ তোংলাওনৈ, মশকসু অদুম মফজৈ, ঐবুসু বাবাজি অহল মাল্লি হায়নৈ। মকোক চাওই, মাথাসু লৈ। মখোঙ খোঙপাক, পাক চাওই। মদুদা রাম খূকম, (বলুর পানবী) তোংলগা থাংবা খোঙথাং-পৃথিমাতাগী লৱাইদা শ্বাই শ্বাই লাওরমদৌ মাল্লি। খূবাক খূৎতুম্না চাওরিবা ! মাগী চাক চাকখোম অমনা, ঐনা পাখণ্ড ফারক্লবা মতম অদুদা চরা অমা ওইবা য়াদৌ মাল্লি। মচীন খরা থিগল্লি, ঙাইহাক লৈতনা 'থোরাইমচা', 'য়ানিমচা' হায়গল্লি। হায়দোকউরগা মমীৎ উইশিন্দুনা 'রাধে রাধে' হায়রগা নাম মালা হেক্তা চৎলি।

মাগী শীংথানিংঙাই ওইববা থবক খবসু লৈবি। তোংঙৈ মবিলগী লম্বীদা তীর্থ যাত্রিক সঙ্গু সঙ্গু পুবগা শ্রীধাম বৃন্দাবন, শ্রীধাম নবদ্বীপ চৎলম্মী। মাগী সেবক পংকোৎশিংসু মতুং ইল্লম্মী। যাত্রিকশিংদগী তীর্থ শেনখায, নৎত্রগা কমিসন চাওনা-চাওনা লৌবম্মী। মহাকপু মমৈথংদা 'শ্রীধাম নবদ্বীপ লল্লোনবা' হাযদুনসু খঙনখি। ইপানা তাবম্বা লমদম অসিদা ঐসু খুন্দাদুনা লৈনিংখি। তৌবসু...।"

"তৌবসু ...চপ!" শ্রীমতী বাধিকা শাবীনা চিংনবপ তৌনা হংলকই – "বাবাজিনা মতাং চাদনা পল্লিবা কবিগীনো ? মখা অদুনি, ননাইনা তাওনিংলিবা ? বাবাজি অহল অদু যাম্না ইনাক খুল্লি হাযনা তাজে, কমদৌনা ওইখিবনো হাযবসু খবদং পনবীবম্মু ...চীংমুক ৱাংনা পৈবম্বা লন থুম তুমখ্রা ?"

গঙ্গাদাস বাবাজি চিংনবপ তৌই ( হি ! ঐগী বাধিকা অনৌবী অসিদি অসুম অসুম লুশিল্লকইদা। মসিবু কৃষ্ণদাস বাবাজিগী খুৎনেকলা? ঐগী খোঙ্গুল লীবা লাকলগা তৌশিন্নাববা সাধু কৃষ্ণদাস বাবাজি, হান্নগী মমিংনা দাকগা অমুবী ! খঙনিদনা নঙ ! নঙনদি ঐবু ঙমহল্লোয, ঐসে বত্নকাব ওইবম্মীনে, বত্নকাব ! নঙ অমা হাৎপদি ঙমু বোগবা অমা হাৎপগুম্বনিদো .. চাদৌবা চাহৌবোকো।)

মপৃক্লিংদা অসুম্না খল্লগা, গঙ্গাদাস বাবাজিগী শ্রীমুখনা হাযবকই – "প্রিযে বাধে' লন থুমদি কাওশিংনিদো ! নঙনা খঙনিংলবনিনা অমত্তা লোৎতনা লীথোকগে। ঐগী বাবাজি মবল মথুম তানশিনবা যাম্না কল্লি। নোংমগী কৈনো অমদি হেক্তা পুশিল্লকই যাম্নাসু কোবৌ কাবাম্মী হাযবা তাই। লম্বীদা তাবম্বা শেন খঙদে, সনা লুপা খঙদে, মপু মশক খঙলবসু পীথোক্কনদে। কবি হাযনি, লম্বীদা তাবম্বা . গড শেগাযবা খুন্দুনা পুবকলগা ইমাদা পীদুনা লবা ওইনৈ। অবেম্বদা পোৎ মাঙহনদে, ষষ্ঠি খুল্ল, ষষ্ঠি মপাক মপাক ফগংদা নপ্পুনা যাম্ন শাই, শীং থানৈ। তৌদুদে শহাক যাম্না .লত-লাইবনা বৌবকপান, পৈশাব্রলী সুবকই, ষনগাডী চৎলম্মি।

এঃ ঙকপোৎনি ঐখোয বাবাজি। সিনাম চীংখোঙদা লম খোং চাল্ল. লৌ শিল্লম্মী। মশামক্লা লাঙ্গোল যোৎলম ফাৎতুনা লৌবুক খোইজখি। নোংমাদ কৌবীগী চক্ষু অচৌবা অমসু লখি। ইমানা লীখিবা বাবিনি। থাযনগী অহলশিংনা কোবীচক্ষুদা লন-থুম, সনা লুপা হাপ্পচিল্লগা লৈনুংদা থুমদুনা লোৎপা অসি যাম্না চৎনবম্মী, শিবনা হানখিদুনা তাকলনদবসু বোঙ্গাযনি। মপু মশক খঙদ্রবা সনা লুপা যাওবা কোবী চক্ষু অদু বাবাজিগী ওইহৌবনি। মসি হুবানবা নত্তে, লাইনা পীবনি; মপু লৈত্রবা পোৎ খুঞ্জিনবনি। মী খবগী লাইবক্তা, অতোপ্পা মীগী মবল মথুম্না ইনাক খুল্লু হায়দুনা বিধাতনা তমলকপা অসি লৈতবা নত্তে। মসিনক ঐখোযগী বাবাজিদসু থোকখি, মী অতৈদসু থোকখিবা লৈ। থাংমৈবন্দ মাইস্নাম লৈকাইদা লৈবা কোইজম মনিতোন কৌবা নুপা অমসু (চীংমৈবোং কাবক্তা গুকং চৎখিবা) লাম্নীগী মাল গাডী অমদগী লুপা যাওবা বোড়া খাউজাও অমা খুলহৌদুনা মহাজন ওইখি। মসিসু ইমানা লীবম্বা ৱাবীনি।

মতৌ অসুম্না, ঐখোয় বাবাজিসু ইনাক খুনবা ওইরকখি। মপান্দনা লাইরবা পংকোং! শেন্দোয় চাওনা চাওনা লৌদুনা শেন পুখোরুম্মী, মাল চাং, সনা বজোপ লৌরগা হন্দোকপা ওমখিদবা কয়াসু বাবাজিনা মংহৌবা য়াওখিজাংনি।

মাগী মরল মথুম মথি ফোঙদোকখিদে, য়াম্না চেংনা লোংলম্মী। বাবাজিগী লন থুম ঐনা খরা তুমহনখ্রে, ঐসে খরা ঙাওরকই। মমৈথংদা, ঐহাক শ্রীধাম নবদ্বীপ যৌরক্লুনা গঙ্গাদাস ওইরকই। মসিনি, প্রিয়ে, ঐগী পরিচয়। নঙগীসু অমুক লীরোদনা।"

"য়াম্না নংঙাইজে, বাবাজি!" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা মরৌ লৈরগা হায়রকই, "ননাইগীসু লীজগনি। মদুগী মাঙওইননা হংজনিংবা লিখুন খরদং লৈজরি, শেংনা শেংনা তাকপীরক্কনি নীংজে।"

"হংঙুনা, নঙনা হেক হংনিংমখৈ হংঙু।" গঙ্গাদাসনা করিসু চিংনবা লৈতনা হায়বকই— "হৌজিক্তি নহাকপু য়ৌনা থাজরে, অমত্তা হেক লোংলরোই।"

"বাবাজি ! অদুক য়াম্বা লন থুম কমদৌনা তুমখি ?" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা নোংশিল্লকই— "কনা কনাদা খুদোল তৌখি ? লোইনমক তুমখ্রবনে ? সিনাম চীংখোঙগী লৌবি য়ুম্ফমদি কনাগী ওইহৌরে, কনাদা য়োম্থোকলম্মী ?"

শ্রীমতী বাধিকা শাবীগী মনীং মমাঙ থংপা ব্রাহংশিং- গঙ্গাদাস বাবাজি খুম্বা কিবে, ॱমদবসু যাবোইদৌবি। হঞ্জানে। মমীৎ খংপাং শাংথোবকই, নোকমি নোকমি তৌনা হংলকই — "প্রিযে বাধে ! নঙবু ... নঙবু অবোননাই খূৎনেকলা ?"

"চিংনবীগনু, বাবাজি!" শীমতী বাধিকা শাবীনা হাযবকই— "অমত্তা হেক নৎচদে। ননাইগী খোঙচৎনি, লাইবক্লা ননাইবসু মফম ভসিদা পবকপনি। ননাইদি মহাভাবতকী ইচে অম্বাগুম্মীনি হাযজখ্রে।"

"অদুদি নঙগী ব্রাবী অমুক লীবোদন" গঙ্গাদাস বাবাজিনা তকশিনবা ওইনা নাংশিল্লকই - "কদি অমত্তা হেক খিংনকগনু। ঐনা নংগীমক লেপলবনি, প্রিয়ে!"

"নাং বাবাগী মবক থংলবা মত্তাং অদো হান্না লীবিখোদা।" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা হায়রকই — "নুংসিগী ব্রহ্মচারীওইদুনা অসুম লেনবীবকপ্রনে ?"

"প্রিযে ! নঙনা মদুমক হংলক্কনি হায়বা হান্না খংই।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা অসি হায়রগা মমীৎ অমুক উইশিনখ্রে, অদুগা শমথবদুনা ঙাংলকই — "ফরে ফরে তারো, সিদি ভক্তা কনাসু লাক্লে।"

"তাঞ্জা অসি ঙাইজরকপনি।"

"ঐগী ইপানা ঐবু রাধাকান্তা থোল্লম্বা অসি খবমখৈদি চুম্মী।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা অমুক হন্না মশাগী মমিং তাকচরগা হায়রকই — "ঐহাক তশেংনমক রাধাকান্তনি, রাধাগী মবুংঙো নৎত্রগা রাধাগী মব্রা ; তস ! হয়রদুম হায়রগে। ঐগী নুপী অহলগী মমিং রাধিকাসনা কৌই। ওম্থোক্লা হেক চান্নরুই। লাইনা শেম্বা লৈপুলনি খল্লুই- রাধাকান্তা অমসুং রাধিকাসনা। মহাক সনা অশেংবী নত্তে ; অরুপ্পনি, তবোম্নী সনা ! মৈনম নিঙোলনি,

মৈনম্রসনা! মমিংদা সনা তোম্লীনি। মী খ্বাইনদি নরসিংহ্ সনা ওইনা খন্নে। মরম অসিদগী ঐবু 'সনা মতে' নৎত্রগা 'তঙাং রাধাকান্তা' কৌখ্রিপোৎনি। নীংশিংলুরগা নোকনিংলকই। 'তাইঙো মহাজন' হায়বা মিংথোলসু ফংখি। মসিবুদি কৌবা য়াইদা। ঐসে পংকোৎ মহাজনগী মচানি। ঐহাক ইশামক্তি মহাজন ওইদে।

ঐসে তোন্নাল্লি, অকে অমৌ পামজরকই। ইমা ইপাগী ইতোমতা ঙাইহৌরবা মচানিদো। ইমানা লোন্না লোন্না শেন থুম পীখি, অবাৎপা লৈখিদে। লাইরিক লাইসুদি খরা নাম্থোরকই। এম.এ.বি.এফ হায়দুনি, অর্থদি 'মেত্রিক এপিয়ার বট ফেল'। ইপা ইপুগী হায়নবী মতুংইন্না অহুমলক মেত্রিক থারুই। লাম্থোকপা ঙমখিদ্রে। বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞানদি অঙকপা ফংনা তানশিলহৌই। লোন অহুম মরি ইবা, পাবা, ঙাংবা ঙম্মী।

মণিপুর সমাজগী য়াওনদা ঐসু ফনা ফজনা য়াওরকই, ফিজেৎ লাকচেৎ, চাকচা য়ুথক। জুবার শান্নবা, খুনু তুনবা, লগাও থাবা হেক সুই। বাবাজি পংকোৎকা ওম্থোক্লা চান্নখিদ্রবা ঙাক্তা তৌরুই। অপোকপা অপোকপী অনীনা চৈ থাংবদা লৈফম খঙখিদে। নুপীসু ঙক্তা থিজিন্নুই। শেন থোক্লুবা থবকসু তৌদে। বাবাজিগী অরোৎপা মরল মথুম ময়াম অমা লৈ হায়বসু খঙই। পীয়ু হায়বদি সুকয়া য়াখিদে। ইমানদি নঙগী নরল পৈখে লৈ,নঙদা জ্ঞান তাউনে হায়খি। ঐসু নুপী থাকপা ঙম্নবা লনাইগী থবক অমা তৌরগে হায়দুনা লেপলে।

মতম অদুরাইদা, আসাম চেনবী হায়বা অসি য়াম্না তৌরম্মী। কনানা সিপাহি ওইখি, কনানা হেন্দিমেন ওইখি, কনানা হোটেল বোই, দুকানগী সেলসমেন ওইখি। খুন্দাফমসু লৈ। মরাইবক চুমলুরগা ইনাক খুনখি। অসামগী নুপী লৌদুনা লৈখিবসু কয়ানি। ঐসু মীরৈবাক্তা অনৌবা লাইবক য়েংনিংলকই। ইঙক্তা শিবা সনাগী যন্ত্র অচৌবা অমা কায়থোকলগা আসাম চেল্লি। গৌবাহাতি মণিপুরী বাজবাড়ীদা শাইদাংফম লৌদুনা লৈরুই। বামোন ইমুংনি। মুহিনী কোবী বামোন নিঙোল অমা থেংনরুই। মহাক লৌশিন্দুনা অমুক লৈরুই। ফোঙনা লৌরম্বনি, লুহোংফালদি ফমখিদে, কন্যা দান কৎখিবনি। মরা তাশিনবা য়াবগী খুদোংচাবা অমা ফংলে। ইকুবোক অদুনা হোৎনবীদুনা ঐহাক আসাম পুলিসতা থবক ফংলে। পুলিসে খরা তংদু লৈতারে। মুহিনীগা ঐগা চহী অমা হেন্না পান্নে, মাসু মমা ওইখিদ্রে। খাইননিংলকই। য়ুম পানবগী নুংঙাইবা পুন্সি হায়বা অসি ইমীৎতা ইচা উবা অদুনি। ইন্দ্রি পেন্নবগীদমক্তা ওইরবদি গলীগী ওক্তবী মকোনদা ফংবা য়াই। ঐসু ইথন্তনি, শাগৈগী উপাল শিহননিংখিদে। ইচা পামজখি।

খরা লৈরগা, ঐগী থবক মফম জোরাহাট্টা তারে। ঐহাক চৎলি, মুহিনী পুদে। ছুতি থোরক্লবসু গৌহাতি চৎখিদে। থবক মফমদগী মুহিনীদা খাইনবগী চিঠি থাখি। মহাক অতোপ্পা নুপাদা ময়ুম পানখ্রে হায়দুনা পাউ ফংখি। ঐহাক কোক শাবা ফরে। য়ুমদা লৈহৌবী রাধিকাসনাসু ঐগী মরূপ অমদা চেনখ্রে হায়দুনা পাউ তারকখি। ঐহাক করিসু থৌশাখিদ্রে। জোরাহাট নিঙোল অমা লৌসু ঙাই খন্দোকখি। ঐসে নুপী থেম্বসু খরা হৈজে। রোহিনী মন্ত্র শান্নে। ফংবসু ফংঙি, নাজিমা বেগম!"

"ইস ! বাবাজিদি য়াম্না ওকইনা; মুসলিম নুপীসু !" শ্রীমতী রাধিকা শর্বীনা নোকফেংনা হায়রকই – "ঐবুসু ইমা কৌরগা থেম্মীখি। অদুবু য়াম্না নুংঙাইজে। মখা চংখবীয়ু।"

"প্রিয়ে ! ঐহাক পাপী অমনি হায়বসু য়াই। অদুনা ঐহাক মকম অসিদা প্রাইশ্চিত তৌবা লাকপনি।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা হায়রকই – "হৌজিক্তি মঙ্গল কংদৌরে।"

"শোয়দনমক ফংলগনি। মখা তাবীয়ু।"

"ঐগী অহুমসুবী অঙ্গোয় নাজিমা বেগমসু মচা পোক্তে। ফনা কুইনা য়েংঙি, দোক্তরসু তাম্রে। ঐঙোন্দা নত্তে; নুপীদনি হায়খি। ঐসে খোইদৌ শাওগৎপনা লৈতাখিদে।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা অসি হায়রগা মখা তারকই – "চৈরক অদুদা নোংমদি....।"

"নোংমদি কৈদৌবা বাবাজি ?" শ্রীমতী রাধিকা শর্বীনা য়াম্না চিংনরপ তৌনা নোংশিন্নকই – "কৈদৌরে লেপলবদি ? কমদৌনা নাজিমা বেগম শিখিবগে?"

"নাজিমা শিখিদেনা।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মোমোন তৌনা হায়রকই – "নোংমদি, পুলিস লোকপ্পা মীফা অমা লৈজবী থাদুনা ফুদংলুই, মৈসু থানদে, কম্বল খুমজিন্নগা তুমলম্বনি। ঐগা তামিন্নরিবা ওফিসাব অদুনা নখোয় জাতিনি, গঙ্গা পুরম্বগী কাবনি, মচীন হংঙু, ফুদংলু তাকপীখি। নুমিংতো ঐহাক হায়ফম খঙদনা শাওনিংবা অমসু লৈরম্মী। অদুদা অফিং অফাই ওইনা তুমলিবা মীফা অদুগী মথক্তা চোংশিন্দুনা বুটনা চবেং চবেং নেংথংলুই। ইস ! হৌজিক্তা তুজংলকই ! শোকফম চাদবা মকমদা শাকু কম্না নেংথংগ্রে। মীফা অদুনা লৈজবী থাদুনা লাওবন্নগা অদুম চপ লেপখি। ঐগী ওফিসাব অদু চেনশিন্নকই। মহাক্না টোর্চ লাইট কাপ্পুনা মীফা অদুগী কম্বল চিংথোকলগা য়েংঙি। ঐসু মমায়দা য়েংলুই। ইস ! ঐহাক খংপ্রেক খংই; ঐনা মশক খংবা মী ওইবম্মী ঐহাক খুদক্তা চেনশিন্দুনা মিহুন থাহুন য়েংখি, [illegible] যাদা কোঙ্গ্রেস [illegible] মপিং [illegible] ভোংবোং ওনখৎলম্মী, মিহুন [illegible] [illegible]। ওফিসাব অদুনা ঐঙোন্দা [illegible] [illegible], অকবা মতাংনি। 'দোক্তব দোক্তব' হায়দুনা লাওকই। [illegible] [illegible] অহিং অদুদা জোরাহাট থাদোকলম্মী। [illegible] ওইবকই, থং [illegible] ওংগা [illegible] অমুক লৈবম্মী। মীফা অদুগী মরাইবক কনি ঐইশ্বরগে হায়বা [illegible]। [illegible], [illegible] হাযনা তাখি। মদুগী অন্না-অনা নুংঙাইতবা চৈনাশোল [illegible] [illegible] [illegible] মুক তাইনকই। উগ্রুলদা ইমিং ওন্ন্রি, গঙ্গাদাস [illegible] থককম্মা [illegible] লুসি। অদুম [illegible] নকশিন্নবকই। লুসি ঐগী ওইবে। মযুমদা নে তানা লৈদে। [illegible] অদদা ইযুম নীংশিংলকই। ইপা ইমাগী পাউ লৌনিংলকই। লুসি পুবগা তমলা কুমলগে শম্নকই। অমকসু কিবম্মী। ঐনা মীফা অমা হাৎখ্রে হায়বগী ফানবা যুমদা থিবা লাকলমগনি খনখি। ঐনা পুলিস চংবা মতমদা ইমিং অশেংবা, লৈফমনচিংবা শেংনা শেংনা পীবম্মী। অদুনা চীংলক্তা ফনা কুইনা লোৎতুনা লৈরে। ইম্ফালদগী খঙন-চান্নবা লাকপ্রা হায়দুনা লোন্না লোন্না ঙাইজখি। ইশাগী চহী আ যৌশিনখ্রে। লুসিসু মচা পোকখিদে। মাবু থাদোক্লমগে হায়বদি খনখিদে। তঙাইফদনা, বিদায় পীরমলগা ইম্ফালদা লাকখি।

মতম অদো বাবাজিসু লৈখিদ্রে, ইমাসু লৈখিদ্রে হায়বগী পাউ তারে। মচা ফত্তবা ঐগী পাউ তাবদা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী অনীদো নোংমদা শিমিন্নখি হায়। লৈকাই ময়াম চংদুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাওথোকখি হায়নসু তাখি। য়ুম অদু শো লোন্দুনা অদুম থমলম্মী।

নোংমা অহিং, মীরোৎ ওইনা ইয়ুমদা চংলুই। ইয়ুমদা হুরানবা চংবা হায়বদুনি। থোঙ ফক্কাইবা য়াবা নত্তে। মনীংথোঙগী ফক্লাং অশোনবা থিরগা শগুণ তৌদুনা চংলুই। মিরাং থুরম্মী, হঙোই লৈরম্মী। ফিনুংদা মৈ কাপ-কাপ্তুনা মাল চাং থিরুই। বাবাজিনা ঙাইহাক লৈতনা পারম্বা গীতা অমনবা অমা সনামহি কাচিনগী চন্দন উপু অচৌবা মথক্তা থেংনরুই। ঐনা নুংশিনা লাইবক কৎলগা হায়ফেৎ ফাক্তুনা য়েংলুই। চিঠি ওইনা তৌবা, পাখোং ওইনসু তৌবা চেতৎ অমা থেংনরুই। ঐহাক ঙকপদা হায়ফম খঙখিদে।"

"করি ইরম্বগে, বাবাজি ?" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা নোংশিল্লকই – "লনগৈগী লিখুন শোয়দনা ওইরিনি।"

"নঙদি কমদৌনা খঙলিবা, প্রিয়ে ?"

"ময়েক্লা তাবনিনে, স্বামী !"

"চুম্মী চুম্মী প্রিয়ে !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখাতানা হায়রকই – "বাবাজিনা পরেং অমা অনীদং ইরম্মী– 'রাধা ! য়ুম ইংখোল পীথোকখো, নঙ লাই নীংঙু ! নচা ধারা লৈরব্রা? ইশূ অমদি পাম্মী। লৈবনি, পায়খানাগী কাঙথক্তা। ইপাই চন্দন উপু অচৌবা লোয়নখো। নঙ প্রাইশিত তৌ। দান তৌথোকউ।" বাবাজিগী অরোইবা য়াথং কোক্তা থোংলদুনা ঐহাক নবদ্বীপ য়ৌরকই, গুরু খল্লুই, মরূ ফংলে। চহী মঙা লাই নীংঙি। সুরধুনী উমংদা লাই নীংলবদি, নীংজবা থুংঙি হায়বদো চুমলরে। ফংলেদনা, শ্রীমতী রাধিকাসু অদুগা মঙালসু ! পুরকই লন থুম, দান তৌরমগনি।"

## ১৮

"লানদে, লানদে, নহাক লান্দে বাবাজি !" শ্রীমতী রাধিকা শাবী মমীৎতা ইরা চেল্লকই, মখোল নীকলপ্না হঙ্গৎচৈ – "পুন্সি হায়বসিদি পোলোই ফজবা অদুনি।"

"পুম্নমক নঙোন্দা লৈরে, প্রিয়ে !" গঙ্গাদাসনা মমীৎ পাংথোক্লগা য়েংলকই, "আইপা ! রাধে নঙদি নমীৎতসু পিরাং চেল্লব্রা? পাপী ঐগী বারী তারগা মীনুংশি পোকলিব্রা? ঐ পাপীনি, রাধে !"

"নুংঙাইবগী পিরাংনি বাবাজি !" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা হায়রকই – "পাপীসু দেবতা ওইখিবা লৈ। নহাক্তি ঐগীসু দেবতানি। ফারে, ননাইগী বারী অমুক লীজরগে।"

"লীয়ু, লীয়ু ! ইমীৎ উইশিল্লগে।" গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ উইশিনপ্রে।

"ঐসু মীহাৎপী অমনি !"

শ্রীমতী রাধিকা শাবী য়েংখোম ফজবীনা য়াম্না ঈচংখৌনা অমদি করিসু চিনবা নৈত্তনা হায়রকই — "ঐসু মীচেন অমনি। মসিনা ঐগী য়াহৈদোকনি।"

"নঙসু মীহাৎপী!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মমীৎ খংলাং পাংখোক্লগা অঙকপা পোক্তুনা হংলকই—"নঙদি কমদৌনা, কনা হাৎলুরিবা ?"

"অমবু ওইরবসু, ইতে ইনাও মাগ্নরেদনা।" শ্রীমতী রাধিকানা কামী অখোকপা ওইনা হায়রকই — "ঐগীসু অথিকম মীহাৎনি!

"নঙ ঐসে লাইনা শেমলকপা নৈপুল অরেনে।" গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ অমুক উইশিন্দুনা মালা চৎনা চৎনা হায়রকই — "মীহাৎপগী মীহাৎপীগী, মীচেনগী মীচেনগী, চৎথরকউ, নঙগী য়ারী।"

"ফগনি, বাবাজি!" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা মখা শমখরদুনা ওংলকই — "ননাইগী ইমিং অশেংবা ফজবী কৌই। সাধুবাবানা সুন্দরী মানুবী খোনবীবা অদু য়াই, য়ুম্নক্না য়েংখোম। লৈফম্না য়াংখৈ থাংজম লৈকাই। চহী য়াম্না নৌরিভেন ইমা ইপা অনীমক কায়নম্রে। ঐগী কনাসু লৈজদ্রে হায়বা য়াই। ইচে অমা লৈরম্মী, ইচেগা ঐগসু নাওয়োন খরা খেত্রে। ইচেদো গুপ্তানা লাইরবা হেন্দিমেন অমদা ময়ুম পানখি। ঐগী মাস্মা থাংজম থাস্তবাবা, হেরামোত অমদি ইনে কেতুকীনা ঐবু মচা শক্না য়োকপীরকই। কেতুকী হায়দি ইপাগী মচেনি। ঐসে শক ফজবদা ইমিং চৎলকই। য়েংখোম ফজবী ঐবু অন্নরম্না নুপা অসি য়ামপ্পপোৎনি। ইনেনা ঐগী কুঠী য়েংলুরগা নোংমা, ফপী ওই, করি ওইনা ঐগী লুহোংফম লৈতে; নয়ুমসু লৈবাক লাম্না পানদৌরিকো হায়খি। গুসিদি চুমলেদে বাবাজি! অনচাবদৈ বাবাজি থেংনজে। ঐসুনে ইপাগুম্না বাবাজিবু অহানবা উবমত্তদা গুওজখি। বাবাজিগী নুপী থেমলোনগী মন্ত্র অদুনা ওইরমাম্রে। ইনেগী মতুং ইন্দুনা লাকচবনি। মদুদি হন্নসু পঙ্গম্রে। অসি মঙাই ঐগী পরিচয়।"

"ফজবী! নহাক মীহাৎপী অমনি হায়খিবদাই ?" গঙ্গাদাসনা মমীৎতি পাংখোকপা তৌদনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই — "লীখোকউনে য়ারী অদুসু।"

"ঐবু পুলিসতা শিন্নবীগেরা ?"

"নঙ ঐ লাম্না মান্নরে। অদুম লোৎমিন্নরসি। মখা চৎখৌ।"

"সুমদৌবনি সাধুবাবা!" য়েংখোম ফজবীনা মখা অনা হায়রকই — "ঐহাক ফাকরে, চেল্লুরে অদুবু ঐহাক শেংলিবীনি হায়বা কনানসু থাজবীখিদে। ঐগা নুংশিনজবা নুপা অমা লৈরম্মী। ঐনা মঙোন্দা অশেংবা য়ারী লীদুনা পুক্লিং শেংদোকচখি। অদুবু মহাক্না ঐবু থাদোকলম্মী, মহাক্না অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখি। ঐসে মহাখী ভীষ্মনা ফাকরবী অম্বাগুম্বনি হায়জম্রে। ভীষ্মনা অম্বাবু মাগী নুংশিনজবা শিক্ষুরাজগী মনাক্তা চংহনখি। শিল্লু নরেসনা অম্বাবু শেংলিবীনি হায়বা থাজখিদে। লৌশিনবীখিদে। অম্বানা ভীষ্মু হাৎকনি য়াশকখি। ঐসু তোঙানবা অম্বা অমনিনে, সাধুবাবা!

বারুণী চীংখোঙদা লৈবা তাকু মৃত্যুনজয় কৌবা অমনা ঐবু ফবীখি। নুপী ফাদুনা, চিংদুনা লৌবা হায়বা অসি অকল অখৌনি হায়নরম্মী। ইতিহাসতা কয়াসু থেংনখি। মতম

অমদা, য়াম্নসু চৎনরম্মী। অশিববু জয় তৌরবনি হায়দুনা মমিং ওইজখিবা মৃতুনজয়না নুপী কয়া মাঙহনখ্রে হায়বা ঐসু খঙই। মহাক মশানসু শিরোই নাইরোইদৌবা মহারথী ওইনা খঞ্জবা জাৎনি। মশানা য়াদবা নুপীবু মমা মপা, মচীন মৌপ্বাগী মমাঙদগী মখূৎদাং পায়দুনা চিংখিবদু য়েংদুনা লৈনহৌই। মাবু নোংপোক মায়কৈদা অসুক্কী মতিক কিন্নরম্মী। মাগা ঐগা হান্না শকখঙনখি। লীকোন শান্নফমদা থেংনখ্রবনি। ঐবু য়াম্না থেমলম্মী। ঐনা য়াখিদে। নোংমসু, মমাযদা তিল শিৎচিনখি। ঐবু চিংদৌগী তৌরম্মী, য়ুমগী থোঙ্গাল ময়াদনি। থাংশাবা মামাগী মখূৎনা শাজবা লৌরি থাংজৌ পায়দুনা চেম্থোরকপদগী মহাক চেনখি। মখূদোম্বীদি শীংলম্মী। ঐহাক কবিসু থৌশারুদে। বারুণী চীংখোঙগী মহারথী, ব্রাংখৈ থাংজম লৈকাইদা অমুক হন্না লাক্লরোই খন্দুনা লৈথোকখি। লাকপসু লাকখিদ্রে।"

"ফজবী! নঙসু থৌনাদি লৈদনা। চাওথোকচৈ নঙগীদমক।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মোমোন তৌনা হায়রকই – "অশিববু জয় তৌরবা নুপা অদুনা নঙবু কমদৌনা ফাখি?"

"তাবীয়ু ব্রারী লীজখিগে।" যেংখোম ফজবীনা মখা চৎথবকই – "ঐগা নুংশিনবম্বা নুপা অদুগী মমিং বীবজিৎ কৌই। মহাক্না কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদগীনি, মনীং মমাঙনি হায়বসু য়াই। কুম অমা, মাগী মতুং ইন্দুনা বারুণী কাবা চৎলি। য়াম্না নুংঙাইনা চৎমিন্নখি, মীনোক মীৎয়েং ব্রাবী ব্রাতাই, শাবী শানৌনিদো। অব্রা-অনা, লৈত-লাইর চংবা মতম নত্তে। অব্রাচীং লাম্থোরকলগা ইবানী ঙাইহাক পোত্থদুনা লৈখি। মীসু খরা লনবা মতাংনি। করিসু কিনিংঙাই ওইদে। মাঙদসু শঙ্গু শঙ্গু চৎখিবদা ঙাইরি, তুংদসু লাপ্তক্লা মবি মবি লাক্লরি। তাল্লক অদুদা মখূৎতা মৈরা পাযবা নুপা অমা ইমাঙদা চপ লেপলৈ। ব্রাং চাওই, মীওই মীতৌ মওং অমনি।

ঐহাক লব্রাই শাৎখি! মৃতুনজয়! অশিবা জয় তৌরবা মৃতুনজয়নি! বীরজিৎ ইবানী ফুক ফুক হৌগৎলি। বীরজিৎনসু মৃতুনজয় মশক খঙই। বীরজিৎ ঐগী নায়কনি। মতাং অদুদা, মহাক করি তৌবা তারিবা! নুপী পুরকপা নুপাদি কৈদৌনা থৌনা ফৈ হায়নরিবনি। ঐনা চাওথোকচখি। বীরজিৎনা নুপা থৌদাং উৎতুনা ঐবু কনবীগনি খনখি। ঐগী নায়ক য়াওরি হায়দুনা মৃতুনজয়বু করিসু কিরুদে। মশা তাবা তাবরবা, মশক্লা লমযৌনা ফজরবা বীরজিৎনা মৃতুনজয়বু নমথুরগা ফুদৎপা ঙমগদ্রনে হায়দুনা খল্লকই। লীলা ফালাগী নায়কনা তোঙানবনি, ঈচং থৌনা পংলৈদা লৈহনবা য়াই; মথম্ভনা মী মরি ফুদৎহনবা য়াই। অদুবু পুক্সিগী অশেংবা ব্রারীদদি খল-নায়ক্লা, নায়কপু হাৎখিবা য়াওই। অদু ওইদুনসু বীরজিৎনা মতিং থৌনা উৎখিদবদি নত্তে।

"লম্বী থাদোকউ, মৃতুনজয়!" বীরজিৎনা অসি হায়রগা ঐগী খূৎদাং পায়রগা প্রপ প্রপ চৎখৎলি।

"ইমায়দা তিল শিৎখিবদো...।" মৃতুনজয় ঙংলদুনা হায়রকই – "কাউদ্রিনে, ফজবী! ঐনা নঙবু নমদুনবু ওইরবসু পুক্সিগী লোয়নবী ওইগনি ব্রাশকখি। লাকও চৎলসি, বীরজিৎকী মখূৎ থাদোকলম্মু।"

"খুনুনা মথোংদা কনবা উৎলিব্রা ?" বীরজিৎনা চপ লেপ্লগা মমায় লৈথোক্লুনা ফিভম শেমলগা লৈখি– "নতিক লৈরগা ফজবী মুল্লু।"

"ও ! নুপী পুরকপা নুপাদি থৌনা ফৈ হায়দুনিনে।" মৃতুনজয়না অসি হায়রগা মখুৎতা পায়রিবা মৈনম অদুনা বীরজিৎকী মফি মরোলদা জুরু হেক্তা চুশিল্লকখি, খুদক্তা ব্রং হেক্তা চাকখি। ওন্থোক্লা থুগ্রে, মৈতোন সৎলগা তেরেশিং চাইশিল্লকই। বীরজিৎ হন্দোকপা নংহৌদে। মফি মরোল মৈনা ব্রাইখ্রে। মনীং মমাঙদগী মী খরা চেনশিল্লকই। ঐখোয়বু কনবীবা লাকলে খল্লুই। মৃতুনজয় মশক খঙবশিং হন্দোক্লখি। মতম অদুব্রাইদদি গুন্দা হায়বসি অসুক্কী মতিক কিন্নরম্মী। রাজনি, রাজা ! বীরজিৎনা ঐগী ইখূৎ থাদোক্তুনা মফি মরোল লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী। চিংঙৈদা, মৃতুনজয়না ঐগী খূৎদাং তাপ ফারগা চিংলে। মহাদেবনা থব্রায় য়াওদ্রবী সতিগী হকচাং লেংথোংনদুনা পুবগুম... ঐবুসু মৃতুনজয়না মরেংবান্দা থোনগৎতুনা পুরে। ঐনা ফিদ্রিং ফিদ্রিং চোংদুনা বীরজিৎ কৌই, চীংকারোইশিংগী মতেংসু নীজখি। ইতুংদা কনাসু তান্নরকখিদ্রে...। মৈ ব্রাইহৌরবা বীরজিৎপুদি মীয়াম্না চেনশিল্লক্তুনা ঈশিং চাইশিলহৌই... মদুতংদি উরম্মী।"

"ফজবী ! নঙগী ব্রারী অসিসু ফজরিনে, প্রিয়ে!" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা হায়রকই – "চৎথরকউ থৌনা ফবী নঙগী ব্রারী মখাদো।"

"মশা মউসু ফংখ্রবা নুপানি, মৃতুনজয় !" য়েংখোম ফজবীনা ঙাইহাক্তং লেপলগা শমথদুনা হায়রকই –"ঐনা লাওজে, মহাক্লা ঐবু পুরগা চেল্লি, ইতুংদা কনাসু তান্নবক্রে। মোংসোং মরক্তা লৈবা লৌতাংশঙ অমদা ঐবু পুশিল্লি। মফম অদু মাগী লোংফম ওইরমাল্লে। মহাকসি পুলিসনসু কোইথি থিরিবা মীনি। তোঙান তোঙান ব্রথোক কয়া চেন্নরবা মীশকনি। কা অদুদা মৈনম অমা লৈমায়দা য়ুংদুনা থাল্লম্মী। ঐবু চৰুগী ফমুং মথক্তা দোম থাদে। ঐহাক পাখৎতে, ফুক হৌগৎলগা লেপ্পী। মাবু মোইথেম তৌরগে খনখি, চেল্লুবসু ইতিক নত্তে। ঐহাক লাংদা থুরে।"

"ফরে, তাজয় !" ঐনা নোকফেৎ তৌরগা হায়খি–"ঐবু বীরজিৎনসু লৌবীররোই, ঐ ব্রা অমা হায়গে য়াগদ্রা?"

"য়াইনা, ঐহাক্লা নুপী কয়া নমজা নমথেকখ্রে। অদুবু নঙবুদি পুন্সিগী লোয়নবী ওইরগে খনখি।" মৃতুনজয়না শমথদুনা হায়রকই –"হায়য়ু, নঙগী অপাম্বা করিনো?"

"নহাক ঐবু শোয়দনা লুহোংবীগনিকো ?" ঐনা হংঙি।

"সত্যনা সাখী !" মৃতুনজয়না খুম্মী।

"লুহোংদ্রিফাওবদি ইশা শোকপীগনু।" ঐনা মখা তানা হঙ্গৎচৈ – "ঐবু থাজবীয়ু ঐ চেল্লোই, চেল্লবসু নঙনা নোংশানি, ঐদি পাংজদবী শাজি অমোমনিদো।"

"য়াই, নঙ চেনদি চেল্লোয়কো ?" মৃতুনজয়না হংলকই।

"চীংগোই বারুণী মহাদেবনা সাখী !" ঐনা মখাতানা নোংশিল্লি – "ঐবু পুল্লগা থমগে হায়বসু য়াই।"

"পুল্লোই পুল্লোই, অসুক নুংশিবী নঙবু কৈদৌবৈ পুনদোইবা।"

"ফরে, ঐ চেন্দনবা থোঙ অদু পৌরোল থাজিল্লু। চেনগে হায়বদি নত্তেকো, ইখোঙ নাম্মাদা থৌরিনা পুল্লুদনা। নায়ক অমা ওইনা মাগী নায়িকা কনবা ঙমখিদবা বীরজিৎতা

লৈদৌ শরুক, নঙগুম্না থৌনা ফরবা নুপা অমগী তাল্লোয় ওইবনা হেন্না ফদৌ মাল্লি।" ঐনা অমুক নৌখদুনা কেশিল্লি — "চুম্নদ্রবনে তাজয় ?"

"নহাক মোইহৌম তৌবদি নত্তেকো ?" মহাক্না অমুক হংলকই।

"মহয়রবী নঙগী নখুংতগী ঐনা কমদৌনা নাম্থোকুনা চেনবা গুমগনি ? নঙসু খল্লুনে, অহিংনি, চিংলকনি।" ঐনা নোকফেং তৌনা অমুকসু কেশিল্লি— "অমুকসু হায়রিবসিনি, নঙনা নোংশানি, ঐনা শক্তিনি।"

"ফজবী ! ঐনা নঙবু শোয়দনা লুহোংগনি। ঐবু থাজৌ।" মৃতুনজয়না ইনাক নকশিন্না লেপলম্না হায়রকই — "গুসিমক হৌজিকমক নঙবু তাল্লোয়শিংদা চনবা তাই।"

"ফরে, ফরে ঐবু অদুক য়েীনা থাজদ্রবদি...।"ঐনা ইল্লিবা ফি অদু লৈমায়দা সং থাবগা থায়ীন অনী উংলি- পীরোদনা নঙগীসু, লৌরোদনা ঐগীসু, ইবানীতনি; হৌজিকপু ইকায়রিব্রা ? নচলগী ফিরেসে নখুংমক্না...।"

"ঐদি কৈসু ইকায়বীদেনা।" মৃতুনজয়না অসি হায়রগা মশাদা থোংলিবা মফি মরোল মখং মখং লৌথোকখ্রে। ঐবু কোনশিল্লকই। ঐগী ইনে কেতুকী তিংখংনা তম্বী-তাকপীখিবা শরিং শরা, অমদি নুপীনা নুপাদগী নাম্থোক্লবা পাম্বে অদো নীংশিংলকই। ঐহাক্না ই খোকপম্বে ইবয়াং ক্রক ক্রক চিকশিল্লি, ইফনেক লৈমায়দা থাদখি, হোপ হোপ লাওরবা পেটিকোট মনুংদগী খুঁনা লৈজবী থাদুনা মাপী ..... য়ৈখংখি। অমুক্তা নত্তে, অহুম মরিরক। খুংনসু অমুক লৈজবী থাদুনা চিংথংখি। মহাক্তি মায়ানা সুমহৎপ্রবনি। ঐবু কোল্লগা মাম্বথোংদ ভাওরিগুনি। মিকুপ খরদংগী মনুংদনি। মহাক্না ঐবু কোনবা খংথা থাদোকখি, লৈমাইদা লোংনা হায়থখি, লাওরকই — "হো ইমা ! শিরে, শিরে...।"

ঐনা খুদোংচবা মাঙহনখিদে, খোঙপাক্না লৈজবী থাদুনা অহুম মরিরক নেৎশিনখি। ঐহাক জ্ঞান মাঙদে, মাঙবসু য়াবা নত্তে। ফনেক অমদি ইন্নফি খুনখৎলি। মহাক্না হিপলিবা, চৈনাখোল খাংলিবা চন্ন অদু মৈনমনা মৈ চুরম্মী, ঐহাক ইমুং অদুদগী চেম্থোরকখি, চেম্থোরকখি, নবুক লমহাং ফাও-ফাওদুনা লাকখি। মসিনি, মীহাৎপী, মীচেন ঐগী ব্রারী। ফত্রবা তিংখং অমা হন্দোকপসিবু লাল্লব্রনে, সাধুবাবা ?"

শ্রীমতী রাধিকা শাবী য়েংখোম ফজবী হিক হিক কপলকই।

" অতি সুন্দর !" গঙ্গাদাস বাবাজীনা মমীৎ পাংথোকলগা হায়রকই — "থৌনা লৈবী নঙবু ঐনা পুন্সি মমৈদ ফংজবসে লাইবক ফবনি। নহাক লানদে। লৈগুম্না থোৎলবী দুর্গাসু করিগুম্না মত্তংদদি ভৈরবী রূপ পুখোক্তুনা হিংচাবা হাৎখি। নহাক দেবীনি, দেবী অথোইবী! নহাক মীহাৎপী নত্তে। মৃতুনজয় মখল্ল মৈনা চাক্তুনা শিজহৌবনি।"

ফজবীনা হায়রকই —"হোয় অদুবুদি চুম্মী। মতম খরদি লোৎপা তাখি। বীরজিৎনদি ঐসু মৈনা চাক্তুনা শিত্রে খনখিমাল্লে। ঐহাক লোৎতুনা লৈখি, লোৎফমনা খুরাই লাইরিকয়েংখম লৈকাইদা। ইখুরা অমা লৈ। ঐবু অসুক্কী মতিক চেকশিন্না লোৎপীখি। ইন্দোল থাদুনা ইনে কেতুকী কৌরই। ইনে কেতুকীনা বীরজিৎ পুরক্তুনা উন্নে। বীরজিৎনা

ঐবু লৌশিনবগী ৱাফম লৈখিদ্রে। মঙোন্দা ঐহাক হিংলি খঙহনবীগনু হায়বা অসিমতংদি মেঙ্খি। মহাক য়াখি। তৌবসু ঐবু কনবা ঙমখিদবা নুপা অদুদা লৈদৌ শরুক, পুন্সিগী য়ুম পান্নরোই খনখি। কাইনথংদা, ইনে কেতুকীনা ঐবু লোন্না শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা পুবিরকপনি। ঐসু মপোক অমগীদমক মহাভারতকী অম্বাদৌনা লাইনীংলগে খঙ্খিবনি। অদুবু ....।"

"অদুবু কৈদৌরবা, প্রিয়ে ?" গঙ্গাদাস বাবাজিনা হংলকই — "মতাং চাদনা পল্লব্রা?"

"ইনেগী য়াথং অমা পাংথোকপা তাখি।" শ্রীমতী রাধিকানা হায়রকই — "ঐসু লমন অমা খুম্বা ঙমদ্রবসু লমন অমদি শিংদোক্কে হায়দুনা সুরধুনী গঙ্গা পন্দুনা ৱাশকখি।"

"প্রিয়ে, নঙগী ৱাফম অদু কোচি খংথাং থাংলকএ।" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা হায়রকই —"ঐসু ইচে কেতুকী খঙইনে। নঙবু ননে কেতুকীগী খুৎনেকলা ?"

"হোয়, অদুম্না খনবসু য়াই।" শ্রীমতী রাধিকানা ঙাইহাক খল্লগা মখা শমথরদুনা হায়রকই — "ঐগী ৱারীসু তাবীরে, সাধুবাবাগী ৱারীসু তাজরে। মীচেন অনী, মীহাৎপা মীহাৎপী অনী, হৌজিক্তি নুংশি ৱাইথুংনরে, অঙকপা থৌদোকনি। ৱারোৎ অমদি সাধুবাবানা ফোঙদোপীয়ুকো।"

"ঐ ভাপ তাদ্রে, প্রিয়ে!" সাধুবাবানা মমীৎ লংখৎলদুনা হংলকই — "ৱাবোৎ হায়বদি করিনিনা হা ফজবী ?"

"সাধুবাবানা দারুগা ওইরিঙৈদা ...।" শ্রীমতী রাধিকানা ঙাইহাক অমুক লাংতক্লুহল্লগা হায়রকই — "অমম্বা অহিংদা নৈথৎতুনা হাৎখিবা মীফা অদু কনানো ?"

"হি ! নঙবু নঙবু ...।" গঙ্গাদাস ববাজিনা হান্নদগী হেন্না ঙক্লুনা হংলকই— "ইতাউ কহ্নাইগী কনানো ?"

## ১৯

শ্রীমতী রাধিকা নোকথোরকলে, হায়রকই — "অমবু ওইরবসু, হৌজিক্তি ইপাগী নুংশিবসু, ইৱাগী নুংশিবসু অনীমক পুন্না ফংলে। লমনসু খুমলে, লমনসু শিংলে !"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা অমুকসু হেন্না ঙক্লুনা হায়রকই — "নঙবু ইতাউ কহ্নাইগী মচানুপী? বিষ্ণু বিষ্ণু ! ঙসিমক ঐহাক গঙ্গাদা লুপ্পুনা শিখিবা তাই। ঐ পাপীনি ! ঐ পাপীনি ! প্রাইশিত তৌবা তাই।"

সাধুবাবা ফুক হৌগৎলি, প্রপ প্রপ থোকখি।

"ইতাউ কহ্নাই, নুংশিদা !"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা গঙ্গা তাবা লম্বীদা চৎনা চৎনা চোইরোম্নে (ইতাউ ! ঐনা তৌরিবসিবু মঙলা তাইবঙলা ? নচানুপীনা লৌরিবা ফিরেপ অসি চুমলিব্রা, লাল্লিব্রা ? তৌবুদি ইচানুপী হেক পোকচবসু নত্তেকো ! থায়নগী মৈতৈ

নিংথৌশিংনা লৈবাক ঙাকলোনগীবু ওইরবসু, ঙাইশেন পাকথোক চাউথোক্লববু ওইরবসু, মরূপ শান্নখিবা নিংথৌদা মচানুপী কৎনখিকো,কৎনখিদ্রনে? অব্রা নিংথৌ তোংদোইদসু নিংথৌ পামহৈবনা মচানুপী পীশিনখি, ত্রিপুরাদসু, তেখাওদসু কয়ানি। অদুদি ঐসু লানদেনা। ইতাউ ! নচানুপীনদি লমনসু খুমলে, লমনসু শিংলে হায়হৌরি। চুম্মীদা, মাগী ফিরেপ। নচানুপীনা ঐবু হাৎলে, নঙদি কৈদৌঙেদসু হিংলকলরোই। ওস্তোক্লসু ঈচং থৌগ্রবী নচানুপীসে, ঐনা কৈদৌ থাদোকচরুনি। নচানুপীনা খুমলিবা লমন, শিংলিবা লমন...ঐবু হেক মনীং মমাঙ থৎলিদকো ! ঐবু শিসি কদায়, হিংসি কদায়? নুংশিদকো ইতাউ কহ্নাই, প্রানবন্ধু ! হৌজিক্লা ঐসে নঙগী কনানো?)

কহ্নাই অমসুং তোয়াইমা (রাধাকান্ত) অঙাং ওইরিঙেদগী চুহি মরূপ ওইনা হৌমিন কামিন্নরকই। স্কুল পুন্না লাইরিক তম্মিন্নরকই। ইতাউ, বন্ধু কৌনৈ। পুখম অমত্তদা পুন্না চাক চামিন্নরকই। কোয়রে কোয়মিন্নে, ঙাওরে ঙাওমিন্নে। তৌবতবু কহ্নাইদি ইমুংগী লৈত-লাইর পুম্বা খঙই। ঙস্তানা ফোর আসাম রাইফলসতা ড্রাইভর ওইনা থবক চংখি। খবা লৈরগা তোকখি। আমীগী নিলাম লাওবদগী চৌভলেট অমা ফংহৌই। মখূৎ মশাসু য়াম্না হৈ। মালগাড়ী অমা ওস্তোক্তুনা চীং মানদা উচিংবা, মাল থাবা চৎতুনা শেন তাল্লম্মী। মশানসু ড্রাইভর ওইরম্মী। মণিপুরদগী মপান্দা উবাক থাবা চৎলম্মী। থায়নঙেদগী হৌরদুনা আসামগী জোরাহাট অসি মৈতৈশিংগী উ থাফম ওইরম্মী। উবাক মরক্তা গঞ্জা লোৎলগা পুই হায়বা থেংনা খঙনরকখিবনি।

কহ্নাই অমসুং তোয়াইমা মতম খরা লাপথোক্লখি। নুপী থিবসু কহ্নাইনা হানখি। মাগী নুপীগী মমিং ইবেথোই কৌই। ঙাস্তানা মচানুপী অহল সুমতি ফংজখি। মদু ফাওবদি তোয়াইমসু খঙহৌই। মচানুপী অতোপ্পী অমসু মচে সুমতিগা চহী খরা কান্ননা পোকখি হায়বা অসি তোয়াই খঙখিদ্রে। খঙফমসু থোক্তে। শিনফম তোঙাল্লবা মরূপ অনী, অদুম উন্নখিদ্রবনি। তোয়াইনাসু জোরাহাটা লৈরিঙেদা মাগী মরূপ কহ্নাইসু উ থাবদা গঞ্জা থাবা য়াওরমগনি হায়বা খল্লুদে। তোয়াইদি নুপী নহাদা মমীৎ খরা ঙাওজরবসু, হুরান চীস্থি,আইননা য়াদবা পোৎ য়োস্থোক য়োনশিন তৌবা অসি কয়া য়াদে। মীফা অতৈসু শিনিংচিৎতা ফুখিবা ঙাকনি। নুমিৎ অদুসু নাইট দিয়ুতিগী হোবে হোবে লাকপগা গঞ্জা পুবা অমা ফারকই হায়বা হেক তাবগা শাওনিংমনখিদুনা নেৎথৎ নৈথৎপদগী শোয়খিবনি।

তোয়াইমা য়াম্না নীংঙমখিদে। মাগী অপোকপগী অরোইবা য়াথং, ঙাকপা ওইনা মাগী সিনাম চীংখোঙগী ইংখোল অদু লোন্না য়োস্থোকখি। অশিৎমন অদু গোপী থাদুনা সুমতিদা লোইনা খূৎশিন্নখি। ইবেথোই লৈখিদ্রে হায়বসু মহাক খঙখি। সুমতিদা ঙাকপীনবা চিঠি ইখি, মাগী লৈফমদি পনখিদে। সুমতিনা মনে কেতুকীদা লোন্না খ্বারী তৌখি। শেন অদু মচীন মনাও তংখায় তংখায় য়েন্নবীখি। ফজবীগী শরুক্তি, মাগী মমা মপা শক্লা নাওকোনবীরকখিবা মনে অমসুং মাম্মাদা লোইনা পীথোকখি। কেতুকীনা তোয়াইমা (রাধাকান্তা) হিংলি হায়বা খঙখি, কনাদসু হায়দোকখিদে। অদুম ওইনমক, অমুক্তংদি উন্ননিংখি। তান-চারুবদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা উরুবনি। মদুদা মহাক্লা য়ুশিল্লম্বা তিংখংদি

মমৌনুপী ফজবীনি। মনেগী থৌরাং ফজবী য়াখি। মহাক্না অহানবদদি তোয়াইমা ওর্কে গঙ্গাদাস হাৎকে খনখিবনি। মাগী মপাবুং হুরান পোৎয়োনবনি খঙখি। তোয়াইনা ময়ুম ইংখোল য়োম্হোক্তুনা মচেগী খুৎথাংদা পীরকখিবা শেনফম - লমন অমা তোনশিল্লে খনখি। মাগী ৱাখল হোংখি। লমনসু খুমলগে (গঙ্গাদাসতা ওংশিল্লগে) লমনসু শিংদোক্লগে হায়বা ফিরেপ লৌখিবনি। মাগী খোঙথাং, মশানা চুম্মী খঞ্জে। হৌজিক্তি মহাকসু নুংশিবা অনীমক নুপা অমত্তদগী ফংলে। মসিদা মহাক্তি পেঞ্জরবনি। অদুনা ঙসিদি, মতাং চারে খন্দুনা পো কাংথোকখিবনি। গঙ্গাদাসতদি করি চৈথেং অমা ফংখ্রবা !

শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবীদি য়াম্না লুনা খনদ্রে। মহাক্ন পুন্সিবু য়াম্না কোমথোক্ল লৌখ্রবনি। মাঙ্গোলদা ফমদুনা অদুম লৈ। মমীৎতা পিরাং ঈহৌরি। লাপ্তুক চৎলিবা গঙ্গাদাস বাবাজিবু মুন্না য়েংজৈ; চেম্হোক্তুনা খাম্মুগে খনদে। ঙাইহাক লৈরগা কুম্মৈ অমা তৌগে খল্লি। অদুবু মহাক ফমথদুনা লৈবা য়াবক্তে। মাঙ্গোলদগী কুমথরগা তপ্না তপ্না থোরকই।

গঙ্গাদাস বাবাজি হেন্না খোঙথাং কনখৎখি। মহাক্না মপূক্লিংদা ৱারৌজৈ (শ্রীমতী রাধিকা অনৌবী অসিনা ঐবু নুংশিসু হায, পুন্সিগী থাদোকচরোইসু হায়। অদুগা, ঐবু খাম্বসু থোরক্তে। হুম ! মহাক শোযদনা ইতুং ইন্নবকলমগনি, ইকায়দুনা কৌরক্তবা ওইরিনি। ঐবু অমুক্তং য়েংথোকসিরা ? য়েংলরোইদা, নুংশি চাংযেং তৌরগা য়েংলগে, সুরধুনীগী ঈবোলনুংদা চোংথদুনদি য়েংলগে।)

গঙ্গাদাস বাবাজি হান্নদগী হেন্না খোঙথাং লাওতক লাওতক থাংগৎখ্রে, তুং হন্না য়েংলক্তে। অদুম চৎখ্রে।

## ২০

"নতু ইচা কাং কো !"

শ্রীমতী রাধিকা ফজবীনা শোম্থাংননা লাওরকই। গঙ্গাদাস বাবাজি তাই, তাশিন্নদবা শাদুনা হেন্নবু খোঙথাং কনখৎখ্রে। ফজবীনা অদুম য়েংদুনা লৈ; মখা তানসু লাওদ্রে। মপূক্লিংদা মোমোননৈ (খাম্বীরেদনা, য়াদ্রগা তোকচৌনা। কেৎলে কেতুকী! হৌজিক্তি ইখুৎ চল্লে। ঐদি শিবসু যাবে, শিবদি শিখিরোই।)

শ্রীমতীনা অসুম্নদি খল্লি অদুবু পাখৎলকই। অমুক্না লাওগে তৌই, ময়া কাথোরকই, খংপন হেক পল্লি। মহাক মোমোন তৌই, নোংথক্তা য়েংখৎলি, নুমিৎ মঙাল মখুৎ খল্লগা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংঙি।

মহাক পুমঙক ঙকই !

"নতু ইচা কাং কোক !"

নোংথক্তগী অকাশবাণীরা ? নত্তে, গঙ্গাদাস বাবাজিগী মরূপ মাইনা অদুনা হন্না হন্না মরোল লোন্দুনা খোংলকই – "তা তোয়াই ! নতু ইচা কাং কোক ! নতু ইচা কাং কোক !"

মাইনা অসিনা অমুক্তংবু তাপ্লবদি মতৌ অমদুনা হেক্তা মরোল খোক্লা ঙাংবা, খোংবা ঙম্মী। ঙাইহাক অদুদা পুমনীল নীনম্লে। ফজবীসু মাইনা অসি মশক উপ্লবনি। মাগসু খঙনরবনি। সুরধুনী উমং অমদি সুরধুনী ঘাট্টগী পংহেন হেন্দোক্তে; মাগী শাইদাংফম ওইদুনা অদুম লৈ। মীগী মওং মতৌ, পুক্লিং বা ফাওবা খঙবা ঙমলবা উচেকনি। অহিংদসু মরোল লোন্দুনা সাধুবাবা হৌদোকখিবা লৈ। মপু নীংশ্লবীনি। হুরান-চীঙ্খি ফাওবা শংঙি হায়বা য়াই।

মাইনা অসিনা মরোল লোন্দুনা খোংলকপা অদুদা শ্রীমতী রাধিকা হরাও তুজুংনা নুংঙাইজে। সাধুবাবানা কৈদৌঙৈদসু গঙ্গাদা ঈরুপ্তুনা শিররোই হায়বা খঙই। ঈরোইবা হৈবা মীনা ঈশিংদা শিরগে হায়দুনা চোংথবদা, খক শিরোই। মসিসু ফজবী খঙই। অঙাওবা ঈথক ঈপোম্না চেম্থ্রগা ঈথক্তা থোংখোঙদা লৈশিন্দুনা শিবা অদুনা তোঙানবনি। অদুম শিখিবা য়াওই। ঈরোইবা নীংথিনা হৈরবা মী অদুদি শ্বর তৎলমদাইদা শোয়দনা ফুং ফাওগৎলক্কনি। মসিমসু ফজবী খঙই। মহাক্না সাধুবাবাগী মতৌদুম য়েংনিংলকই, তবি তবি ইন্নরকলে।

গঙ্গাদাস বাবাজি ঈকায় খাংদগী তুংহন্না য়েংথোরক্লে। ঘাট্টা কুমথম্লে, ঈশিং য়ৌম্লে। ফাগীদগী চান্নমক্কী ওইনা লুপখিদৌরিব্রা ? খুদম অমদি থমলমগে খনমাম্লে। মমীৎ উইশিনম্লে, মখুৎতগী মালা খাউ অদু লৈরাই তম্না লংখৎলকই, ফজবীনা তাপ ওকই, লক্লরকই - "সত্য ! লুপ্তা লুপ্ত ! ঐসু নমাঙ থাদুনা শিদোকপিগে।"

"হা !" সাধুবাবানা মমীৎ খংপাং পাংথোক্লগা মনীং ওস্থোরক্লুনা য়েংলকই। ফজবী উরে, শকফম হঙিল্লগা হায়রকই – "প্রিয়ে রাধে, ঐবু খাম্মনুদা ! ঐ মায়থীরে। ঐহাক প্রাইশিত তৌনিংঙি।"

"প্রাইশিত তৌবা লোইখ্রেদা, বাবাজি!"

"কমদৌনা ?"

"ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপাল নাইদ্রবা লন থুম পীবিখ্রে ঐবুদি ফরে, লাইরবী ইচেদো হৌজিক নুংঙাইজখ্রে। বাবাজিগী দর্শন তৌনিংঙি হায়খিবনি।"

"নচে সুমতিনা ইপাবু ঙাকপীখ্রবা ?"

"গঙ্গা লল্লোনবা ইপাগী মরাঙনিদা।"

"নঙদি ইপাবু ঙাকপীরব্রা ?"

"হৌজিক্তা অমুক হংলিবা ?" শ্রীমতী রাধিকা ফজবীনা হায়রকই – "যুমনাইফম খঙদ্রবী ঐবু উদ্বর ঘাট্টা, উদ্ধার তৌবীখ্রে। ঐসে হৌজিক্তি কমল কাপতৌনা থুরবনে, থুরবা, মরূম থুরবা ! তাম্থোকপীগে হায়রসু ননীংনি। কদায়দনো অমা ঈরুম কোকচরুগে। আশ্রমগী অমদি শ্বামীগী মিংচৎতি খিহনজরোই....।"

"ইপাই ইবেম্মা .... ইহে!" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা লৈতোল চিকলপ তৌনা হায়রকই – "প্রিয়ে দাসী ! নহাক্লসু ঙাকপীরবনিনা ঐহাক শিররোই। অহল থংদা, মচানুপীগী

মমান্নবী লৌশিনবসু পীক থন্না লৈখ্রে। ঐ অমুক শিঙ্গবদি নহাক লমজা শারা তাহৌরনি। নঙবু অনীমক্কী নুংশিবা পীবসু পীগ্রবনিনা নহাকপু কৈদৌঙৈদসু থাদোকলরোই। ঐসু পোখাফম ফংলে। যাত্রিকসু লাকপা য়াম্না হেনগৎলে। মফম অসিদা নমা নচা নুংঙাইনা হিংজহৌনবা অচৌবা মীথুংশঙ অমা শাবীরমগে খল্লি, অদুবুনে মরক মরক্তা ...।"

"মরক মরক্তা কৈদৌবা বাবাজি ?"

"পীবুকনুংগী জীব অদুনা তাইবং হেক ফাওরকপদা করি থোক্লগবা.... হেক খল্লুবদা শ্বাই শ্বাই লাওইদো।"

"চিংনবীকনু সাধুবাবা, ননাই ফনবা শিঞ্জগে।" শ্রীমতী রাধিকা শাবী য়েংখোম ফজবীনা পাউমৈঞ্জে – "সাধুবাবা তুমিন্না অদুম লৈবীয়ু।"

"হোয়দহৈ !" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা ফজবীগী মতৌ য়েংগে খন্দুনা হায়রকই, "তঙাইফদ্রগা নচাদো সুরধুনী গঙ্গাদা হেক লংথখিসি ... হা করি হায়গে ?"

শ্রীমতী রাধিকানা য়াম্না ঈচংথৌনা খুম্মী – "শ্রীমতী রাধিকা মিংথোল ফংলবী য়েংখোম ফজবীনা কৈদৌঙৈদসু অতোপ্পা কুন্তী অমুক ওইজরোই। ইশানা যাজদুনা নুংশিনা লৌজখিবা সাধুবাবাগী তাংলবা সনা হৈরদ্রনি। কৈদৌবৈ মাঙহঞ্জরুনি।"

"তথাস্তু ! তথাস্তু !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মপুক্লিং পেঞ্জনা হায়রকই – "হে প্রিয়ে ! মতম পুম্বদা অথোইবী মমা অমা ওইয়ুকো !"

"য়াথং অদুম্মক ঙাকপা ঙমজগে।" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা মখাতানা খংহায় হায়রকই – "ননাই চৎচরে, তীর্থ যাত্রিকশিংসু মরী মরী লাক্লবা উরে।"

শ্রীমতী রাধিকা কাখৎখ্রে। গঙ্গাদাস বাবাজিনা অনীসুবা স্নানগী ওইনা নুমিৎ খুকম্মী, ঈশিং কৎলি – "হে দেব ! ননাইনা তৌজরিবা প্রাইশিত অসিবু চুমদব্রনে ? নতিক নঙাল হাপ্পীয়ুকো।"

বাবাজিগী মাইনা অদু নেমতক পাইথরকই, লৈমায়দা তোংলগা মরোল লোনদুনা হৌনা হৌনা খোংলকই – "নতু ইচা কাং কোক !"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা ঈশিং চায়খৎলি – "পেম্মা ! চৎলুনে নঙবু, মী তাখিনি। "

## ২১

মাইনা অদু খোংনা খোংনা পাইখ্রে – "নতু ইচা কাং কোক !"

গঙ্গাদাস বাবাজি নুংখন্নে (মাইসিবু তুংতাক খ্রারা ? ঐবু ইতু ইচা কাং কোকতনকো। পূক্লিংসে নীংকোক নীংকোকইদা, হে রাধে !)

মহাক ঈশিংদগী কাখৎলকএ। য়ুবী খুজায়সু য়াওরক্লে। ঙশায় ঈশিং চায়খিবা লম্বী অদুগী পরিং চুম্না চংশিনখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তনি।

নুংতিগী মতৌগুম্না শ্রীমতী রাধিকা ফজবীনা সাধুবাবাগী মমাঙদা কুম্থরদুনা চরন্দা লৈ কৎলি – "হে প্রাননাথ! পুন্সি নুংশাংনা হিংবীয়ুকো। ননাইদি লুখ্রাবী ওইনা হিংজনিংদে, মতম কুইনা সেবা ফংহনবীয়ুকো।"

"তথাস্তু! নীংজবা অদুমক শ্রীহরিনা থুংহনবীসনু!" সাধুবাবানা ফজবীগী মকোক্তা নুংশিজনা নাম্থবীরদুনা বর পীজে –"ঐ শিখ্রবসু নঙদি তংদু লৈতানা লৈহৌবা ওইসনু!"

মঙাও থিজবী ফজবীনি। খুরুম্বা হেক লোইরগা সাধুবাবাগী খোঙয়াদা তিকি হোৎলি, খুজিলনা শিকই।

"হৈ অঙাওবী!"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা মমীৎ নাম্মা পাংথোকলগা হায়রকই – "গোপীসু ঙসিদি ঙস্তা থোরকলে, যাত্রিক খরসু চংলকএ, ঐহাক মীৎ উইশিল্লগে, নঙসু অদুম লৈয়ুকো।"

"ফগনি, মতৌ মান্নবা লৈজগে।" শ্রীমতী রাধিকানা হায়রকই – "চিংনবা কোক্রবা কুম্মৈসু উৎপা চুম্মীনে, প্রাননাথ! চুমদব্রনে ? লোৎপীয়ু ননাইবুসু, লোৎচগে শ্বামীবুসু।"

শ্রীমতী রাধিকানা অসি হায়রগা হৌগৎখ্রে। বাবাজি খুরুম্বা লাকপশিংবু তরাম্না ওকপা ওইনা মাঙ্গোলগী দারী কাফমদা লেপ্তুনা লৈখ্রে।

মহাকপু হেক উবদা অহল ওইরবী যাত্রিক নুপী অমনা হায়রকই – "পাম্মুইদা! অসুক নহা ওইনা!"

শ্রীমতী রাধিকানা মখূৎ লোন্নরদুনা ময়াম্বু ওকপা ওইনা হায়বকই – "ইমা ইন্দোল, তাদা মাম্মা লেঙখৎপীরকউ।"

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গ সোনার মন্দিরদা অমদি মণিপুব রাজবাড়ীগী শ্রীঅনুপ্রভু খুরুম্বা লাকপা যাত্রিকশিংনা গঙ্গাদাস বাবাজি দর্শন তৌবসু লাকনৈ। সুরধুনী ঘাট্তসু স্নান তৌনৈ। ঙসিসু মণিপুরদগী লাকপা তীর্থ যাত্রিক কয়া থুংলবি। মখোয় ময়াম মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা বাবাজি খুরুম্মী, হৈ লৈ দখিনা কৎলৈ। বাবাজিগী নাক য়েৎতা, মমাঙদা থারিবা ভক্তা আসনদা চংশিন্দুনা ফম্নখ্রে। ধ্যান তৌরিবা সাধুবাবাগী নয়ন পাংথোকরকপা ঙাইরি।

যাত্রিক নুপা অমনা শ্রীমতী রাধিকা য়েংনা য়েংনা হাযবকই – "বৈষ্ণবীবু ইমা কৌগদ্র করি হায়না কৌজৌগে ?"

শ্রীমতী রাধিকানা সাধুবাবাগী মমাঙদা কৎলরিবা পোৎলমশিং লোইশিন-তাশিনবা ওইনা খুমলকই - "কৌনিং কৌনিংবা হেক্তা কৌবীয়ু। হোয়, নহাবুদি ওইজরি। অদুবু নুপীদি পুম্নমক্কী মমানি হায়দুনা সাধু বাবানসু তাকপীখি। ননাই দাসীবু খ্বাইনা রাধামা কৌবী।"

"হোয় হোয় ঐখোয়সু অদুম্না কৌজগে।" অতোপ্পা নুপী অমনা পাংশিল্লকই।

"য়াম্না নুংঙাইজে।" শ্রীমতী রাধিকানা নোল্লুকপা মতৌ উৎতুনা হায়রকই – "চহীবুদি ননাই দাসীদগী হনবীরমগনি। অদুবু লাইনীংফমদদি অঙাংসু অহলসু ইমা ইমা কৌনৈ।

বাবাজিনসু ননাইবু ইমা রাধিকা কৌবী। মরক মরক্তসু প্রিয়ে দাসীসু হেক কৌবী। মনাই ওইনা লৈজবনি, ব্রহ্মচারী বাবাগী।"

মমীৎ উইশিল্লিবা সাধুবাবা মপূক্লিংদা নোকই অমসুং মাগী দাসীবু থাগৎচৈ (হৈখ্রেদকো, হে রাধে! কয়াদা চংখোনখ্রবী নুপীনো ? অসিদবু ঐনা নঙগীদমক শিবা কিখিদ্রো ? কিরোই ! শিরসু শিদোক্কে, ইমা ফজবী নঙগীদমক। থাদোকওই, নঙবু সুকথা হেক থাদোকওই।)

"ইমা রাধিকা!" অহানবগী নুপী অদুনা অমুক নোৎশিন্দুনা হংলকই – "অসুক নহা ওইনা বেস ওনবীরিবদি করি নীংবা থুংদবা লৈবগে ?"

"ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী লাইনীং লম্বীদা পূক্লিং হকচাং লুপশিন্দুনা হিংবা অসিমুক নুংঙাইবা অতৈ লৈরমদ্রে।" শ্রীমতী রাধিকানা মখা শমথরদুনা হায়রকই - "তৌবসু ননাই দাসীগী কনাসু লৈজদ্রে, ইপুরোইবসু হাৎপীখ্রে, কুইদ্রি। লুরিবদি মহাক্কী অরোইবা নীংশিং খুদম ওইনা সনা হৈরু অমসু থম্বীরমলে; মসিতংদি হিংহঞ্জনিংঙি; অদুনা বাবাজিগী আশ্রমদা সরণ লৌজবনি, বাবাজিদসু গুরু ওইজে। তোল্লবী ননাই ঐসে সীতাগুম্বীনি, বাবাজিনা ঐগীদি বাল্মিকি মুনিগী মশক লৌদুনা ইচা য়োকপীনি হায়বীরি। কনানা খঙবা ঐসু ফাইবোক ওইনা লব-কুশ পোকপসু য়ারিজাৎনি।"

শ্রীমতী রাধিকাগী খোইহিনা য়োমশিল্লবা ৱাঙাং ৱাহৈ গোপীসু লেপ্তুনা তারম্মী। মহাকসু নুংঙাইতে। তশেংবনি হায়দুনা খম থেংনা থাজখ্রে। মাগী ৱাঙাংদা অশোয়বা অমা লৈখ্রে। মসিসু মহাক খঙই। মাগী তোঙানবা কিশিরোন অমা লৈরমগনি। মশাবু লুখ্রাবী অমনি হায়দুনা শকতাকখ্রে। গোপী অমদি খ্বাইগী চিংনবদি ঙাকথোকখ্রে। মমৈথংদা সাধুবাবানা মাগী মচা নত্তে হায়দুনা চেক্লোকখিবা য়ানবগী লম্বীসু ফাৎখ্রে। মসিদা মাগী করি তোংজবা লৈরিগবা ? মদুদি য়েংখোম ফজবীতনা খঙলিগনি। কনানসু খঙবা ঙমলরোই। মহাক্না য়াম্না লাইথোক্লা লৌরি, মশাবু করিসু ওইনা খল্লক্রে। তৌইগুম্বসুং, মনুংদদি মহাক্না করিনা খোইচাক ওইরগা খোই থাকলিগবা ! য়েংবা তাই।

"ও নুংঙাইতেদা, ইমা রাধে!" যাত্রিক নুপী অদুনা শোঞ্জে।

শ্রীমতী রাধিকানা ঙাংলিবা ৱাঙাং পুম্নমক, কচ্চাধ্যান তৌরিবা সাধুবাবাগী নাকোংদা হুৎতুনা চংলকই। মহাক ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজে (শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবী ! নঙসিদি মহানি, মহা মানুষী ! ঐবু কয়া হৈনা লোৎপীদুনা কনখ্রবা ! ঐগী লন থুম, আশ্রমগী সম্পতি পুম্নমক নঙোন্দা নমিং পানবীরমলগনি, গোপীদি খঙহনবা য়াদ্রি, মাগীসু শরুক থুংবীরমগনি, হয়েংমক বিপিন মুখ্যায়পধায় কৌরগা শিন্নরগে, ঐগী প্রাইশিত মপূং ফাহল্লগে। ইতাউগী লমনসু শিংলগে, মৱা অমগী মথৌসু তৌবা চুম্মীনা। ঐসে মপাসুনি, মৱাসু, তস ! হায়দুম হায়গে। অসুক চংখোনবী নুপী য়াওখিদ্রি! ঐগী তাল্লোয় অমনবী মরিদো অখুংবী ঙাক্তনি। হুং ! শকশিংদো। হিংবু হিংলিদ্রা হৌজিক ফাওবা! মৱাসু লোইনা নাইখ্রে হায়, নাখৈ পুমশেং হেক শেংলে। হৌজিক্তি তরু তরুরবী, তশেং তশেংলবী ইচাগুম্বী, তাল্লোয় লুমলেনবী অমা ফংলে, নুংঙাইরে, ঐসু নুংঙাইরে।)

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ পাংথোরকলে। ময়াম্মা অমুকসু লুরুক্লা খুরুম্মী। মহাক য়াম্মা চিং-লেম্মী। মখূৎ য়েৎ থাঙ্গৎতুনা ময়াম্মু য়াইফ পাউজেল পীবা ওইনা হায়রকই, "তথাস্তু! তথাস্তু! মৈতৈ লৈবাক্তগী ইবুংঙো ইবেম্মা দর্শন তৌবা লাকপা পুম্মমক য়াইফবা ওইয়ু! অসি মঙাই গঙ্গাদাস ঐনা পীজবা ঙম্বা হায়ববু। অতৈদি থোইদোকপা লৈজদে।"

তীর্থ যাত্রিক খূৎপু অদুগী লুচিংবা ওইরিবা ইবোথে কৌবা অহল অমনা ময়ামগী মহুৎ শিল্লদুনা খুম্মী—"ননাই ঐখোয় লাকচরিবসু বাবাজিগী অশির্ব্বাদ অদুতং নীজবা লাকচবনি। মৈতৈ লৈবাক্তা পোকপা বাবাজিনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মঙাল নাইনা লৈবিবা অসিদা ননাই ঐখোয়সু চাওথোকচৈ।"

"পুম্মমক ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী কৃপানি।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা ময়াম্মু পেলহনবা ওইনা মখা তারকই – "সুরধুনী গঙ্গা মাইয়াগী ঈরোলনুংদা মঙাল অমা ফংজখি। ইমা ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকানা স্বয়ং ওইনা ফাওবীরকখি। মমাঙগী ঘাট্র অসিদা স্নানা তৌবিয়ু, শেংলবা মফমনি, লায়না লাইথুং পাপ পুম্বা কোক্কনি, গঙ্গা মাইয়াদা হে লৈ, দখিনা চাওনা চাওনা কৎপদা পাম্মুবীরুনু। কৎথোকপগী মতিক থুনা থুনা হেক্তা পীরক্কনি। ইমানা মচা গঙ্গাদাসপুসু নীংজবা থুংহনবীখি।"

"বাবাজি!" ইবোথেনা ময়ামগী মহুৎশিল্লদুনা অমুকসু হায়রকই – "য়াম্মা নুংঙাইজরে। ননাই ঐখোয় অমুক য়ৌজগ্রগে। সুরধুনী ঘাট্রসু স্না তৌজরুগনি, অতৈ অতৈ লাইফমসু দর্শন তৌজরুখিগে।"

"চৎলো চৎলো ইচাশা!" সাধুবাবানা অমুকসু বব পীবদুনা হায়রকই – "তথাস্তু! মতম পুম্মমক্তা কাউগনু প্রকৃতি পুরুষ! মঙাল ফংনবা অথোইবা লম্বীদা অনী অদু মশক খঙবতনা ওইগনি। মধুর মিলন মশক খঙদ্রবদি ফংদবনিকো শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অমদি শ্রীমতী রাধিকা! তোয়না তোয়নসু লাকপীয়ু।"

"চুম্মী চুম্মী সাধুবাবা!" ইবোথেনা খুম্মী – "ননাইদি তোয়নসু লাকচৈ, তীর্থ যাত্রিক লল্লোনবদি নচচদে, লমজিং লমতাক ওইজবনি।"

"ফৈ ফৈ, খঙদববু নীংথিজনা লমজিংবীগদবনি।" সাধুবাবানা হায়রকই।

"জয় জয় খুরুমজরি বাবাজি!"

তীর্থ যাত্রিকশিংঅদুনা বাবাজিবু খুরমলম্লগা মরী মরী থোকখ্রে।

## ২২

"ননাইসু লৈজহৌরে।" শ্রীমতী রাধিকানা ময়ামদা খূৎলোন্নদুনা নোল্লুকপা উৎলি।

ময়াম্মসু মখূৎ লোন্নদুনা য়াইফ পাউমেন পীরম্মী—"য়াইফবা ওইবীয়ু, রাধামা! মথংগী চহীদসু অমুক উন্নসি।"

"ঙাইজরমগে খৌরাংনা।" শ্রীমতী রাধিকানা অসুম্মা হায়রগা লেপ্পুনা লৈহৌই।

গোপী লেপলি।

মাঙ্গোল মচি অমদা গোপী লেপলি। ঙসিদি মহাক পুমণ্ডক হেক্তা ঙকল্লে। মাগী সাধুবাবা হান্নগা সুকমান মান্নদ্রে হায়দুনা খঞ্জে। নহালমখৈদি মথন্তা চাক থোংজরগা লুক হারম্মী। হৌজিক্না শ্রীমতী রাধিকানা মাগী কুথাদগী প্রসাদি পুথোরক্লগা কৎলি। মসিদা গোপীনা থোইনা লুশিন্না খল্লুদে। মহাক্না ঙকলিবদি তোঙানবনি- সাধুবাবা অসি সুরধুনীগী ঈরোলনুংদা নুমিৎ খুদিংগী স্নান তৌবদগী মঙাল অমা ফংলে হায়দুনা খঞ্জে। মহাকসু নুংতিগী মমলিঙৈদা সুরধুনী স্নান তৌরগে খল্লকই।

## ২৩

গোপীনা শ্রীমতী রাধিকাবু অহানবা উন্নবা নুমিৎতগী রাধামা হায়দুনা কৌজরকই। সাধুবাবানা মশক তাক্তুনা কৌহনখিবা নত্তে। য়েংখোম ফজবীনা মশাবু রাধিকা কৌই, রাধামা কৌ হায়দুনা কৌহনখিবনি; চহীদি গোপীনা হনগনি। মহাক করিসু খনখিদে। মহাক্তি অমগীসু অমগীসু দাসনি। লৌথুপ লৌকোইসু লৈতে। মীব্রা ঙাংনবসু শংদে, মথৌ চিল্লি। পংচিংদা চিংনবা অসিসু মঙোন্দা লৈজদে। য়েংখোম ফজবীনা মাগী বাবাজিদা গুরু ওইরগা লাইনীংবা লাকচবনি হাযদুনা অদুম খন্দোকখি। মাগী অনৌবী মমা অমা ফংজবনি হায়দুনসু নুংঙাইজখি। ঙসিদি, মাগী রাধামাগী অব্রাবা ব্রারী তারুবদা থোইদোক্লা ঙকচানে, নুংঙাইতবসু পোকচে (ইমা বাধিকাগী মপুবোইববু হাৎপীস্ত্রিবা কাঙবু ! নখোয়দদি তুম্না শিয়ুকো ! অসুক নহা ওইজরিবী বাধামাবু লুখ্রাবী ওইহনবকো। ওম্থোকইদা ! তাইবং ফাওদ্রিবা ঈ মতুম অমসু ! কমদৌনা হিংদৌরিবা ! ফৈ, ঐনা ঙমলিমখৈ ইমা রাধাগী মতেং পাংগনি। ঐদি পুক্সিগী য়ুম কৈ পানদৌসু লৈত্রবনি। ইমা রাধাগী মচাদো ঐগীসু ইনাও ইচল শক্তুনা হেক য়োকসু ঙাই।)

"রাধামা।" গোপীনা য়াম্না নুংশিনা কৌরগা হায়রকই- "ঙসিদি নচাসু ইমাগী অব্রাবা ব্রারী তাবগা য়াম্না নুংঙাইজদে। নচা গোপী লৈজরিকো, নচামকনি খনবীয়ু। করিনো অমত্তং হেক ব্রাৎপদা তাকপীয়ু।"

"নুংশিদা ইমাগী গোপী!" শ্রীমতী রাধিকানা মোমোন তৌনা হায়রকই – "ইমাসু সাধুবাবা ফংজবগা লোয়ননা ইচা নঙবুসু ফংজবগী ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজে। সীতানা মচা হনুমান ফংগুম্মী। হৌজিক্তি ঐহাক শোয়দনা হিংলগনি খঞ্জে।"

গঙ্গাদাস বাবাজি নে তানা শ্বর হোন্দোকচে (ঙসিদি য়াইফরবা নুমিৎনি। ফল পুমতা হেক তারে, ওম্থোক্লা পোরম পোমিৎ খঙইদকো, হে, প্রিয়ে ! য়েংখোম ফজবী ! অদুবুনে হৈনা হৈনা মধুর মিলন চৎথবা তাই, শলাক শাহনবা য়াবা নত্তেদো।)

"বাবাজি।" গোপীনা মখূৎ জুর তৌরদুনা হায়রকই– "ননাই কৈথেল চৎচরুগে।"

"চৎলো চৎলো।" বাবাজিনা হায়রকই — "নমা রাধিকাগী অবা ৱারী তাবদা ইপাসু নুংঙাইতে। নমাবু লুনা তৌবিয়ু। অচা অথক খরসু অনৌ অপেন খল্ল - খল্লগা লৈবীরকউ।"

"ফগনি, বাবাজি!" গোপীনা খুম্মী।

"অদুগনে, গোপী!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই — "ঐনা করিগুম্বা মনুং মতম চাদনা থুপথ্রবসু নঙনা নমা রাধিকাবু অমদি ননাওরা, নচললা অদুবুসু নীংথিজনা নাওকোনবীয়ুকো।"

গোপীনা খুম্মী—"পুন্সিগী ননাই ওইনা য়াথং পুম্বা ঙাকচগে।"

"অদুগনে গোপী!" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মতাং চারিঙৈদা নোংশিলহৌরগে মতাগুম্না হায়রকই — "নমা রাধিকাবু ইচানুপী ওইনসু, দাসী ওইনসু চংজফম পীথ্রবনিদো, হৌজিক্তি অতোপ্পা নৎত্রেদো।"

"অহোয়, বাবাজি!" গোপীনা খুম্মী।

"অদুনা গোপী!" সাধুবাবানা মখা তানা ফেঞ্জিল্লকই — "ইশূদো নুপা ওইরসু, নুপী ওইরসু... ঐগী চিতাদা মৈ চুহল্লকউকো।"

"শোয়দনমক পাংথোকচগনি।" গোপীনা মখা তানা হঙ্গৎচৈ — "অদুবু বাবাজি! চহী কুইনা হিংবীখোদা! য়াম্না নৌরিদা, শিখিরোই।"

"হোয়, হোয় হিংখিগে খল্লি, হিংখিনি হায়নসু থাজে। হৌজিক্তি মঙাল ফংলে।" সাধুবাবানা শমথরকই — "অদুবু গোপী! পুন্সি হায়বা অসি তম্বা ঙমদেদো, খরদি নঙোন্দা শিন্নরম্বা চুন্না খল্লিনে।"

"ননাই গোপী লৈজরি, চিংনবা পুম্বা থাদোকপীয়ু।"

"ফরে ফরে চৎলো গোপী!" সাধুবাবানা ৱাফম অমা খংনীং নীংশিংলক্তুনা হায়রকই, "অদুগনে গোপী! বিপিন মুখ্যপধ্যায়দো থেংনরবদি ঐনা উন্ননিংঙি খরা হায়রম্মু।"

"উকিল সাহেব উন্নগদবগী মরমদি করিগীনো, বাবাজি?"

"এঃ সুমদৌবনি, ঐগী উইল অমা ইনীংঙি।" গঙ্গাদাস বাবাজিনা শন্দোক্তুনা হায়রকই— "ঐগী লৈজরিবা সম্পৎতি পুম্নমক অসি মফম চানা, মপু অশেংবদা শিন্নরম্বা চুন্না খল্লে। নঙগীসু খল্লি ইপানা।"

"মদুদি য়াম্না ফবা ৱানি, বাবাজি!" গোপীনা ইচম চম্না খুম্মী।

মপু অশেংবা হায়বা কোৎচি অসি, গোপীদি করিসু খনখিদে। সাধুবাবাগী মরীমতা মণিপুরদা লৈরি হায়না মহাক্না খন্দোকচৈ। অদুনা মরম ওইরদুনা হঙ্গৎচৈ — "ননাইবুসু মফম চানা শিন্নবীরম্মু।"

"নঙসু ইচানিনে, গোপী! চৎলো চৎলো।"

শ্রীমতী রাধিকা য়েংখোম ফজবী মুন্না তাই। মপু মনাইগী অৱায়-অখুম মহাক নুংঙাইজে (হৌজিক্তি য়েংখোম ফজবীগী খূদোন্দা মপু মনাই উংলেদনা। ইচা অমত্তবু নত্তে, ঙম্মীখৈ পোকখিগে। খরা লৈরগা, ইনে কেতুকীসু মাম্মসু কৌশিনবীরগে।)

"মতম কুইনা হিংবীখো বাবাজি!" গোপীনা অসি হায়বমলগা প্রপ প্রপ চৎখ্রে। সাধু মতে মনাও লোন্না মমীৎ খৎনৈ। নুমিৎ অদুসু নুংঙাইনা হৌখ্রে।

## ২৪

নোংমসু, নুপা অমা থুংলে।

পন্দিত গঙ্গাদাস শিবোমনিগী আশ্রমদা, নুপা অমা থুংলে। মথন্তা লাকই; চহী কুপ্পামুক সুববা মীওইনি। মতম অদুদা, বাবাজিদি মমীৎ উইশিল্লদুনা ধ্যান তৌবি। নুপা অদুনা বাবাজিগী মমীৎ পাংথোবকপা ঙাইবদুনা নাক্কল অমদা ফমলম্মী। লৈকোলদা লৈ হেকলিবী শ্রীমতী বাধিকানা নুপা অদুবু উবে, চংশিল্লক্কুনা লেপলে। নুপা অদুনা ফুক হৌগৎলগা শ্রীমতী বাধিকাদা হান্না খুকম্মী।

"খুকমজবি দেবীমা!" নুপা অদুনা অসুম্না হাযবগা শ্রীমতী বাধিকাগী মখোঙ শোক্লপ তৌবদুনা নোম্থৈজে।

"যাইফবা ওইযু, ইবুংঙো! হৌগৎলু হৌগৎলু।" শ্রীমতী বাধিকানা হাযবকই, "বাবাজিসু নযন পাংথোবক্লগনি, ঙাইহক্তং ঙাইযু। ইচাদি ধর্ম্ম তত্ত্বসু যাম্না খঙনা উই।"

"কর্বিসু খঙজদেদা, দেবীমা!" নুপা অদুনা খুম্মী।

"নঙনা খঙদে হাযববসু ইমানদি খঙই হাযনা লৌজে।" শ্রীমতী বাধিকানা শমথবদুনা হাযবকই – "শ্রীকৃষ্ণবু মশক খঙগে হাযববদি শ্রীমতী বাধিকা হান্না খঙগদবনি। মতৌ অসুম্না মপা মশক খঙগে হাযববর্দি মমাবু হান্না খুকমগদবনি হাযনবসু লৈদো। ইবুংঙোনা ইমাবু হান্না খুকমালেবা অদু অচম্বা মওংনি, হৌজিক্ত ইমানা বাবাজিবু হৌদোকলগে।"

"দেবীমা বাবাজিগী '" নুপা অদু লকক তৌই।

"বাবাজিগী দাসীনি।" শ্রীমতী বাধিকানা যাম্না হৈশিংনা খুম্মী– "ভক্তিকা অথোইবীনি, ইমিংনা শ্রীমতী বাধিকা কৌজে হাযবনিদা।"

"নুংঙাইজে, দেবীমাবু হেংনজবা।"

"ঐবু মাপি অদুম কৌদা, ঐহাক দেবীমা ওইদ্রি, ওইনবা লাইনীংলিবনি।"

মমীৎ উইশিল্লগা ধ্যান তৌবিবা বাবাজিনা ঙাংনর্বিবা পুম্নমক তাই, মপুক্লিংদা হেদৌ কানা খঞ্জে (হৈদকো, ঐগী বাধেসে! মাগী মপান্দগী আশ্রম অসি নোংমা নোংমগী চাউখৎলকলে। নুমিৎ খুদিংগী তীর্থ যাত্রিক কযা কয়া। ঙসি ঙন্তানা থুংলবে অমা, মহাক্না হুমদৎপা হৌখ্রে। অসিদবু ঐনা শ্রীমতী বাধিকাবু পুন্সিগী থাদোকপৈ ব্রাদি লৈত্রেহে। শিবসু শিমিন্নবগে। ঐবু মীৎ পাংথোক্লসিবা, ব্রাখল চোইজাইনবে। হুম! ঙাইহাক ধ্যান তৌখিগে, লাইনীং পবৈ মুনফাৎত্রি।)

শ্রীমতী বাধিকানা বাবাজিগী খোংগ্রাই চন্দুনা থমলিবা চবন অনী অদুদা লৈ খুজোক অহুম কৎলদুনা খুকম্মী। মাগী হৌনবী ওইনা (নাবোদ্দা) বাবাজিগী খোঙয়াদা তিকি

হোৎলি। মচীনদা শোঞ্জে —"খুরুমজরি বাবাজি ! ঙসিদি খরা ঙন্না নোংমীৎ ফাকপীরো, ইবুংঙো অমা ঙাইবা কুইরে।"

"তথাস্তু ! তথাস্তু !" বাবাজিনা শ্রীমতী রাধিকা শাবীগী মকোক্তা নাম্থু-নাম্থুরদুনা হায়রকই — "পুন্নিয়ুকো রাধে রাধে !"

শ্রীমতী রাধিকা হাইদোকখ্রে, বাবাজিগী য়েৎলোম থংবা নাক্কলদা থৈদোক্তুনা ফমখ্রে। ওয়রোম থংবা নাক্কলদা নুপা অদু ফমলি।

গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ পাংথোরকলে, তপ্না তপ্না। নুপা অদুনা প্রপ প্রপ হোৎচিল্লক্তুনা (উপথরগা তিংথোক্তুনা) বাবাজিদা নোল্লুকপা উৎচৈ — "বাবাজি ! ননাইনা খুরুমজরি।"

"তথাস্তু ! তথাস্তু !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা নুপা অদুগী মকোক্তা নাম্থু-নাম্থুবদুনা হায়রকই — "হৌগৎলো হৌগৎলো, ইবুংঙো !"

নুপা অদু হৌগৎখ্রে, বাবাজিগী ওয়থংবা নাক্কলদা থাবিবা ভক্ত- আসনদা চংশিন্দুনা ফমখ্রে। মখূৎ লোন্নরপ তৌরদুনা বাবাজি মুখগী যাব্রা ঙাইদুনা লৈখ্রে; পাক হেক ব্রা ঙাংবদি ঙমজদ্রে। মতৌ অদু শ্রীমতী রাধিকানা উজ্রে।

"বাবাজি! ইবুংঙো অসিনা কবিগুম্বা খবা হঙ্গৎচনিংবা মাল্লি, কুইরবনি ঙাইজরিবা।" শ্রীমতী রাধিকানা ঙাংলকই — "সনা লৈবাক্তগী লাকপনি, নীংথিজনা লমজিং লমতাকপীবসি।"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা হংলকই — " ইবুংঙোদি কৈদৌবা লাকপনো ?"

"সুরধুনী গঙ্গাদা সংস্কারগী উৎ কৎচবা লাকপনি।" নুপা অদুনা মখা তারদুনা হঙ্গৎচৈ, "শ্রীঅনুপ্রভুগীদা উৎসব মচা অমত্তংসু কৎচগে খঞ্জরি। অদুদা বাবাজি, ননাইনা খঙজনিংবা ব্রাফম খরদং লৈজে, কনানসু নীংথিজনা তাকপীরক্তে; টেম্পল গাইদ অমখকনা বাবাজি উন্নরু, বাবাজিতনা খঙগনি তাকপীরক্তুনা লাকচবনি।"

"ফৈ ফৈ, ইপানা খঙবমখৈদি তাকসু ঙাই, মীয়ামগী সেবা তৌনবা ইপা লৈবিবনি।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা মখা শমথরদুনা নোৎশিল্লকই — " অদো, ইবুংঙো কনাগী উৎনো ?"

"বাবাজিগী।" নুপা অদুনা তেন্তক খুম্মী।

"বাবাজি হায়দি কনানো ?"

"ননাইগী অপোকপনি।" নুপা অদুনা মখা শন্দোক্তুনা হায়রকই — "বেস ওনখ্রে, শ্রীগৌরাঙ্গদাস কৌখ্রে, মমিং পঞ্জনিংদ্রে।"

"ইবুংঙোগী বাবাজিনা মাগী বেস ওনবগী মমিং শ্রীগৌরাঙ্গদাস কৌই হায়বদি খঙখিব্রা?" গঙ্গাদাস পন্দিতনা নোৎশিল্লকই — "হিংলিঙৈদা ওনবীবরা, শিরগা ওনখিব্রা?"

"শিরগা বেস ওন্দুনা মমিং থোনখিবনি।" নুপা অদুনা তশেং তশেংনা হায়রকই, "ননাই ঐদি কয়া য়াজদবনি, ময়াম্না শোরাংতা শেন চংদনবনি হায়দুনা হেক্তা নমফুদা ওনবীখিবনি। পুরোক শোনবা, কিরা থাংবা হায়বদো থবক চাওথোক্লবনি হায়দুনা শমজিনবা য়ারিখৈ শমজিনখ্রে।"

পন্দিত গঙ্গাদাস মুন্না তারগা নোকফেং তৌনা তৌনা হায়রকই – "ইবুংঙো ! নুংঙাইদা ইচাগী অশেংবা ঋরীসে। দোষ করিসু লৈতে, বাবাজি অদুনা হিংলিঙৈদা অশেংবা মিংদি করি কৌরম্মী ?

"বিধু কৌরম্মী, য়ুম্নাক্রা ঋাংখৈমমুম, লৈফম্না ঋাংখৈ য়োংলান লৈরক, ইম্ফাল মণিপুর।" নুপা অদুনা মপাগী পরিচয় পীরদুনা শমথরকই – "বাবাজিনা শিগদৌবা মতম খরা ঋাৎলিঙৈদা মাগী সংস্কারগী উৎ অদু সুরধুনী গঙ্গাদা থাদবীয়ু হায়রম্মী।"

"ফৈ ফৈ মচা অমনা মপাগীদমক তৌফম থোকপনি।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই – "ইপানা নঙবু নীংথিজনা জ্ঞান তাহনগনি, ইপাদি মরম চুম্না চুম্না থবক তৌই, মীত্রং যাদু তৌদে; শেনগীদমক্তা যাত্রিকশিংবু লান্না লমজিং লমতাকপসু তৌদে।"

"ননাইসু বাবাজিগী মিং তাজে মণিপুরদা, অদুনা লাকচরিবনি। পাংজদ্রবা ননাইগী অমম্বা কোকহনবীয়ু।"

"ইবুংঙো ! লম্বোইবা, বেস ওনবা হায়বা অসিদি শিরগা কৈদৌঙৈদসু তৌরোইদবনি, ইবুংঙোগী বাবাজিগী থৱায়দো লানঙমদনা পাইরগা লৈরমখিগনি, নখোয়না মওং চুম্না সোবাৎ শোনখিদ্রে।" পন্দিত গঙ্গাদাসনা মখা তানা হায়রকই- "নহাক নুংশা থিরুনু, ইপানা নপাবুংগী থৱায় মিরেল কৌথরগা নৌনা অমুক মফম অসিদা শোরাৎ শোনবা তাই, শেন চংলোই, ইপা নুংঙাইতে, খঙজদবা কয়াদা মাইবা অমদি ঐগ্যাশিংনা নমথাক তৌবীবসে, ইপাদি শাওনিংঙি। অসিগুম্বা অরানবা কয়া চুমথোক্লমগে হায়দুনা ইপানা মফম অসিদা চীংজাওগুম্না খিন্দুনা লৈরিবনি।"

"তাকপীয়ু বাবাজি ! শেন চংবগীদি চংজসনু।" নুপা অদুনা শমথরদুনা হায়রকই, "ইপাবু লাইরমলেন্দা তিলহলনিংঙি।"

"ইবুংঙোখোয়বু লমজিং লমতাকলিবা মাইবা অমদি বামোনশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গাদাসকী মমিংদা হৈ, লৈ, চিরা উৎসব কৎতুনা শোরাৎ শোনব্রে, নপাবুংগী মমিংদদি কৎখিদ্রে, মহাক্কী মমিং শ্রীগৌরাঙ্গাদাস কৌই হায়বা খঙদনা শিত্রবনিদো…।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা শমথরকই – "অদুনা ইবুংঙো ! নপাবুংগী থৱায়দো তিনফম খঙদনা লৈবা তাবনি। কৎখিবা পোৎলমশিং য়ৌফম থোকপ্রনে ? য়ৌখিদ্রেনে, লমখাংদা অদুম তাদুনা লৈরেনে। গৌরাঙ্গাদাসনসু লৌখিদ্রে। লৌখ্রবসু নপাবুংদি য়ৌখিদ্রে হায়বনিকো।"

"চুমখ্রেদা বাবাজি !" নুপা অদু লৌশিং খংলাক লাকুনা হায়রকই – "বাবাজিদি সিদ্ধা ফংলবনি হায়নবদো ওম্বোক্লা চুমখ্রেদা, ননাই ঐহাক লৌশিং খংলাক হেক লাকই। হয়েংখৈ কনাসু শিরগা বেস ওনবসি তৌহনজরোই।"

"তাখো ইবুংঙো !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা হায়রকই – "মীওইবগী য়ুম্বাল পুন্সিদা লৈদুনা মায়া থাদোকপা ঙমদ্রিবা মীওইশিংনা কৈদৌঙৈদসু লম্বোইদুনা বেস নাম ওনবা য়াদে। বেস ওনগে হায়রবদি সন্ন্যাস লৌরগা ময়ুম থাদোক্তুনা চংপা তাই, ভিক্ষা নীরগা হিংলম্বা তাই, ময়ুম মকৈ কাউথোকপা তাই, লন থুমগী মিহৌবসু থাদোক্কদবনি। মদু

ওমদ্রবদি লম্বোইদুনা শিরগা নাম ওনবা হায়বদো মহা পাপনি। তঙাইফদনা মচা মশূগী মনাক্তা লৈরিবশিংনা বেস ওল্লগা শিনিংলবদি, হিংলিঙৈদা শিগদবা ব্রাংলিঙৈদা মাগী বেস নাম অদু নুমিৎ খুদিং নীংশিংদুনা মাগী হান্নাগী মিং অদু কাউনবা হোৎনগদবনি। মদুতদা লানবা ওমগদবনি। য়েংঙোই, ইবুংঙো, ঐগ্যাশিং অয়াম্বদি হিংলিঙৈদসু, শিবগসু, পংনা বেস ওন্দবনি, মখোযদি ব্রাথুপলোন অসি মুন্না খঙবনিনে।"

নুপা অদুনা মবক থৎতুনা হায়বকই – "চুম্মী চুম্মী বাবাজি ! ঐখোয় পাবুংগী স্বামীজি ওইখিবা ঐগ্যা ইবোবীসু লম্বোইখিদে। মহাক্না যাবমদে হায়খি, মচাশিংনা।"

"তো তো ! ইবুংঙো।" পন্দিত গঙ্গাদাসনা শমথদুনা হায়বকই – "শোরাৎতা শেন চংদনবনি নৎত্রগা কিবা থাংদুনা পিন্দ কৎতনবনি হায়দুনা চহী ১৫গী পাখঙ অমবু শিববা মতুংদা বেস ওনবসু তৌবিবোইদবনি। মাগী থব্রায অদুনা, থাজবগী মতুংইন্না অমুক মপোক অমদা পোকপা তাববদি, অঙাওবা ৎইনা শোযদনা পোকসক্কনি। হৌজিক অঙাওবা মশীং অমদি তাকু তবাং তৌবা মী কযা কযা পোকল্লিবসে পোরাৎ চুন্না শোনখিদবনা পোকপনি। মসি ইপানা পুথোকচবা ব্রাংঙুবোননি। লাংওন, শাযোন হাযবসি ধর্ম্ম খুদিংদা যাওবিবনি।"

"চুমগনি শোযদনা, বাবাজি!" নুপা অদুনা মখা তানা হঙ্গৎচৈ – "ঐখোয পাবুংগী থব্রাযসু কোযপাই পাইদুনা লৈবম্বা তাই। ব্রাংখৈমযুম বিধুগী মমিংদা চিবা উৎসব কৎখিদ্রে হাযবা হৌজিক্তা খঙজবে। শ্রীগৌবাঙ্গাদাসকী মমিংদা কৎখ্রে হাযবদো যাজনিংঙি। হৌজিক কৈদৌবা তাই, বাবাজি ?"

"অতৈ লাযবি ইবুংঙো।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা ঙাইহাক খল্লগা হাযবকই- "সুবধুনী গঙ্গাদা অহল লমনগী চিন্তামনি নৎত্রগা সংস্কাবগী উৎ হৈথবগী মবমদি নহাক মুন্না খঙলব্রা?"

"ননাইনা বাবাজিদা হংজনিংলিবা ব্রাফমদি মদুনি।" নুপা অদুনা মখাতানা হাযবকই- "লম্বীদা মাধব শর্ম্মা কৌবা অমা থেংনজে; হংজকই, দখিনাগী বা হান্না হাযবকই। অদৈদি বাবাজি থিজবকপনি।"

"চুম্মী ইবুংঙো! মবম খঙদনা থবক তৌবোইদবনি।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা শমথবকই, "মবম মুন্না খঙলবদি নবৈপাক্তা লৈবিবা, চেল্লিবা পাৎ তুবেল অমদা কৎলবসু যাই। গৌড়িযা সম্প্রাদাযদা নোঙ্গাখিবা অহল লমনশিংনা পামজবগী মতুং ইন্না, সুবধুনী গঙ্গাদা নৎত্রগা ভগীবথী গঙ্গাদা উৎ থাদবীযু হাযদুনা হেক্তমক হাযবম্মী। মখোয খবদি মসিগী নুংলোন খঙদবসু য়াওত্রবনি। কনানসু হংলদে। হেক্তা লংথবল্লগা মচৎখি। ইপানা আশ্রম অসিদগী কয়া উখ্রবনি। ঙসি ইবুংঙো লাকপসি অহানবনি। অহল লমন্না হায়বম্মী হাযদুনা হেক্তসু ভাব মেন তাদনা তৌরোইদবনি।"

"মরম অদো খঙজনিংঙি বাবাজি!" নুপা অদুন হঙ্গৎচৈ – "ব্রাংখৈমযুম বিধুগী মমিংদা নৌনা অমুক শোরাৎ শোল্লগা মরম খঙনা নিয়ম চুন্না সংস্কারগী উৎ অসি কৎচনিংঙি, গঙ্গা মাতাগী ইবোলনুংদা।"

***"উম ! ইপানা শোয়দনা লীগনি ভগীরথী গঙ্গা কথা।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা অসি হায়রগা মমীৎ চেজেৎ উইশিনখ্রে। মুরুম মুরুম শোল্লি— "হে গঙ্গা ! চেন্থবীরকউ।"***

**গঙ্গাদাস পন্দিত তুম্মিন্না লৈখ্রে, ধ্যান তৌখ্রে।**

## ২৫

"অতৈ লায়রি।"

শ্রীমতী রাধিকাদাসীনা নুপা অদুদা মরক থৎপা ওইনা হংলকই— "ইবুংঙোগী নামদি কবি কৌই ? ঙশায়খৈ শকতাকত্রি।"

নুপা অদুনা খুম্মী — "পাখংবা কৌজে, মাজি! ৱাংখৈময়ুম পাখংবা ! হৌজিকসু পাখং ওইরি, তালোই তু-ইন তমজদ্রি।"

"পাখংবা !" শ্রীমতী বাধিকানা ঙকলপ তৌনা হায়রকই — "ইপা মশক খঙলব্রা?"

"অহোয়, ইমানা মশক মমিং মুন্না তাকপীরে।" পাখংবনা শমথরকই — "ইমানসু পাবুংনা পামজবম্বা অদু পাংথোকউ হায়দুনা লাকচরিবনি।"

"ইবুংঙোদি গৌবধর্ম্ম চৎপবা ? মীতৈ মরূপলা ?"

"অনীমক চৎলি মতাং মতাংগী।" ৱাংখৈময়ুম পাখংবনা মখা তাবদুনা তশেং তশেংনা হায়রকই— "মণিপুবদদি অনী অনী লোযনা লৈরি অদুনা নচাসু অনীমক্তা য়াওজে, সনামহি লাৎলি, পাখংবা খুরুম্মী, লৈমবেল ইরাৎলি, ইমোইনু ইরাৎ; লক্ষ্মী পুজা অদুম য়েৎশিন্নে। কাংসু য়াওজে, মহাপ্রভুসু খুরুম্মী, ইসু সুরে।"

"হোয়নে, হোয়নে, ইমাসু খঙই।" শ্রীমতী রাধিকা শাবীনা কোথরদুনা হায়রকই, "পাম্থোইবী অমসুং দুর্গা অনী; অমুক হেক অনী থোকই; অমতনি অমুক হেক হায়দায়দো।"

"মাজি ! চৈরাওবসু অহুম্মু সুরেদা।"

"নোংমা পানবদা অমা, চরক পুজাদা অমা।" শ্রীমতী রাধিকানা হংলকই— "অমদি কারম্বনিনা, পাখংবা ?

"ৱাকচিং চৈরাওবা হায়বা অমসু লৈরেনে।"

"য়াইদা, য়াইদা মথেল লুকোই অহুমলক চাবা কায়দে।"

**চৈরক অদুদা, তীর্থ যাত্রিক সঙ্গু অমসু থুংলরে। গঙ্গাদাস বাবাজিবু খুরুমলগা ইকোই কোয়না ফমলরে। হৈ, লৈ, শেন কৎনৈ। তুম্মিন তুম্মিন্না লৈনখ্রে।**

**শ্রীমতী রাধিকানা ময়াম্বু তরাম্না ওকলদুনা মখুৎ লোন্নে — "তীর্থ যাত্রিক পুম্নমকপু ননাই শ্রীমতী রাধিকাদাসীনা খুরুমজরি, তরাম্নসু ওকচরি। ঙসিদি য়াম্না য়াইফরবা নুমিৎনি।**

নহাক্ষমখে বাবাজিনা অমুক্তসু লীখিদ্রিবা ভগীরথী গঙ্গা কথা লীগদৌরি। খ্বাই ময়ামসু তাবীরসি, কণ্ডজিনবদা য়াম্না কান্নরক্কনি।"

খ্বাই ময়াম অদুনা খুম্মী– "তাজগে তাজগে, বৈষ্ণবী!"

গঙ্গাদাস পন্দিতগী আখড়াদা তিল্লিবা তীর্থ যাত্রিকশিংনা মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিবা বাবাজিদা মীৎয়েং থমদুনা লৈনম্রে।

"প্রিয়ে, রাধিকাদাসী!"

গঙ্গাদাস পন্দিতনা ইখঙ হেক খঙহৌদনা হায়রকই – "ঙসিদি মান্দাকিনী গঙ্গা চেঙ্গরকউ হায়বা য়াদ্রে। নঙসু সিদ্ধা পাল্লবী লাইনীংবীনি, নহাক্কী নচীনদগী ওইনা লীরো; ভগীরথী গঙ্গা কথা । তাহল্লু তীর্থ যাত্রিকশিংদা।"

"য়াথং অদুমক !" শ্রীমতী রাধিকা দাসীনা খুম্মী।

## ২৬

"হে তীর্থযাত্রিকশিং!"

শ্রীমতী রাধিকা দাসীনা হঙ্গৎচরি। য়েংবীয়ু, মাঙদা চেল্লিবা তুরেল অসে, গঙ্গানি; সুরধুনী গঙ্গা ! ভগীরথী গঙ্গাগী মশা অমনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চেল্লিবা গঙ্গাগী মতেক খরদংবু সুরধুনী গঙ্গা কৌই। মদুগী প্রেমকথানা তোঙানবনি। বাবাজিনা কয়ারক হন্না লীবিশ্রে। হৌজিক্লা গঙ্গা মপুম ওইরিবা ভগীরথী গঙ্গাগী ৱারী লীজগে।

শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী পাদদগী (মখোঙদগী) পোকখি হায়রিবা মন্দাকিনী গঙ্গা ! মতৌ করম্না মালেমদা নোংগুমলকখিবা ! মসিগী ফজরবা, য়াম্না ফজরবা ৱারী অমা লৈরি। গঙ্গাগী মমিং য়াম্না লৈশ্রে, লম লমগী, মতেক মতেক্কী, মমিং কয়াসু লৈশ্রে। কান্নরবা পাউতাক ৱারী কয়াসু লৈরি। তীর্থস্নান লাকপগী পূক্নিং লৌশিং অমসু ওইগনি। ৱারী অদো মমুৎতানা খঙদ্রবদি সংস্কারগী লেমখাক হায়বদি অহল লমনগী, নচা নশূগী, চিন্তামনি অমদি পোৎলোইবগী উৎ অদু গঙ্গাদা হৈথরক্নু। লাইবক্কী চিন্তামনিসু গঙ্গা মপান্দা লৈরোন চল্লুগনু। খোঙহামফম ওইশিনবনি। অদুনা, তাবীয়ু ৱারী লীজগে।

অদি কালগী যুগতনি।

অযোধ্যাদা সাগর কৌবা মতিক মগুণ লৈরবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মাগী মচানুপা লিশীং হুম্ফু পোকখি। রাণী কয়ানা পোকখিবনো হায়বদি ননাই দাসীসু খঙজদ্রে। রাণী অমনবু ওইরবসু, মচা লীশিং হুম্ফু পোকলম্বা য়াই। থায়নদি মুনি ঋষিশিংনা বরদান তৌরগা ও মরুম কোকপদৌনা মী মচাসু পোক্লরম্মী হায়নৈ। সাগর নিংথৌসু মুনি ঋষি অমগী বর ফংদুনা মচা ময়াম অদো ফংজখিবা ওইরম্বা য়াই। য়াদ্রনে,যাত্রিকশিং ?"

"য়াই য়াই; পোকপা য়াই।" বারী তারিবা ভক্তা পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা খুশী অমসুং হায়রকই – "মখা চৎথবীয়ু, মাজি!"

"ওইনীংবা ওইসনু!" শ্রীমতী রাধিকানা অসুম্না অমুক হাহৌরগা মখা শমথরদুনা হায়রকই – "সাগর নিংথৌগী মচানুপাশিং অদো য়াম্না থুনা পাখণ্ড ফারকলে। লানগী মহৈ মশিংদা লম্না লৈতনা হৈশ্রে। মতম অদুদা সাগর নিংথৌনা জম্বুদ্বীপ্তা হায়বদি ভারতবর্ষদা লৈরিবা নিংথৌ পুম্নমক অদু মাগী মখা থাদুনা লৈহননিংখি। মহাক মশামক রাজচক্রবর্তী হায়বদি পুম্নমক্কী মকোক থোংবা নিংথৌরেল অমনি হায়দুনা লাওথোনিংলম্মী। মদুসু পাক হেক্তা য়াবদি নত্তেদো,নিয়ম কানুন লৈরম্মী। পুম্নমক্না লাম্হেংনবা তাই। মাগী মচানুপা ময়ামগী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল শেমগৎলে, অঙম অথৌশিংগসু তান্নজে। মমৈথংদা 'অশ্বমেধ যজ্ঞ' হায়বদি শগোল যজ্ঞ তৌরগা লান লাওথোকপগী খোঙচৎ অমা পাঙথোকখি।

অশ্বমেধ যজ্ঞগী লানলোং অসি মওং অমনি। শাগোল থারিবা নিংথৌগী শকতাক ছত্র (ফিরাল) অমা থেৎলি, শাগোল মমায়দা লাম্হেংলোন ইবা পত্র (চিঠি) অমসু থেৎলি। শাগোল অদু মনীং তম্না চৎহল্লি, চেনখ্রবসু মতুং ইনবা লাম্মীশিংনা কোয়তান্নে, কোয়ইন্নে। শাগোল থারকলিবা নিংথৌগী মখা পোন্নিংদবা লৈবাকশিংগী নিংথৌশিংনা শাগোল অদু ফাজিন্দুনা থমগনি, মতুং ইল্লকপা লাম্মীশিংগা লাম্হেংনগনি। মায়থীরগা মখা পোনবা ওইগনি। লানতৌবা কিজবা নিংথৌশিংনা শগোল অদু ফাজিন্দুনা পুরকলগা শিন্নরগনি, মখা পোন্না লৈজগে হায়দুনা মকোক নোল্লগনি।

নিংথৌ সাগরগী পজেং ফিরাল থেৎলবা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল অদু লৈবাক অমগী মথংদা লৈবাক অমা লাল্লকই। কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনা মতিক মগুণ লৈরবা সাগর নিংথৌগী মচাশিংগা লাম্হেংনখিদ্রে। লৈবাক কয়াগী নিংথৌ কয়ানা সাগরগী মখা থাবা নিংথৌ ওইনা লৈজগে হায়দুনা য়ারকলে।

মমৈথংদা শগোল অদু মফম খণ্ডহৌদনা মাঙথোকখ্রে। সাগর মচাশিংনা ঙাইহাক পোত্থারিভৈদা মায়কৈ শলায় খণ্ডনা চেনখিবনি, তান্নবা ফংখিদ্রে। তৌবদি ইন্দ্রজালনি। উঙমদ্রবা শক্তি অমনা চিংদুনা নৎত্রগা হুমদুনা পুখিবদৌনা তৌখি। সোরারেনগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবনা সাগর নিংথৌনা মাগী মফম মুনখিদ্রা হায়দুনা কিরকলম্মী। মহাক্না শগোল অদুবু য়াম্না লাপ্না পুথোকখ্রে। সাগরগী মচাশিংবু মায়থীবা পীবা ঙমদবা মহামুনি অমগী আশ্রমদা পুনশিন্দুনা থমলুরে।

সাগরগী মচা লাম্মীশিংনা কোইথি থিবা হৌরকলে। মখোয় ঙকচানখি। কনাগুম্বা সঙ্কর্ষনগী হায়বদি চিংশিনবগী মতৌ, শক্তি লৈরবা হিংচাবা নৎত্রগা মুনি অমনা ফাখিবনি, লোৎখিবনি হায়দুনা খন্নরে। মখোয়না থিবা হৌনবা থিরে। উমং ৱামং, লৈকুৎ লৈরাই চংদবা য়াওদ্রে। সাগরগী মচানুপা ময়াম অদো চোকথরে। শূকলবা চীংনুংগী লোকচপ লোকয়া, অমদা পোত্থাদুনা লৈশ্রে। নাপল চাওরবা সাগরগী মচাশিং অদো মৈহৌনা

শাওনিংলকই। শাগোল ফাজিন্দুনা থমলম্বা নিংথৌ খণ্ডদে, লাই খণ্ডদে, হেক থেংনবদা হাৎলগে হায়দুনা লেপখ্রে। নীংহন্নবা লৈতনা শগোল অদু থিজখি।

নোংমা নীনি হৌখ্রে।

সাগরগী মচাশিংনা চাউরবা সুরুং নৎত্রগা লৈনুংহুৎ অমা থেংনখি। মনুং য়ৌনা কুমথনবা লম্বী অমা উরকই। লোইরোই, লোইরোই, সালামি নাইবা লম্বীনি। শাগোলগী খোঙ্গুল উরকই। মিকুপ খরগী হেক মতুংদা শগোল খোংবা তারকই। সাগরগী মচাশিং অদু মায়থোং মকা লামলকই; পন্থবা তৌদনা সুরুং লম্বীদা চেনশিনখ্রে। অসুক্কী মতিক লুশিন্না লৈখ্রবা লৈনুং লম্বীনি, করি হায়নি, পাতালগী লমনি হায়বসু য়াই, হায়বসু হায়নৈ পাতালনি। লাওরবা সুরুং লম্বী অসুম অসুম খুজিল্লকই, মমশিল্লকই, অসুম অসুম। থৌনা লৈরবা নিংথৌমচাশিং অদো অকি অখণ্ড লৈখিদে। চংশিল্লকই, চংশিল্লকই, মৈবাচিংলগা মৈরা চুরদুনা মনুংদা অসুম অসুম মখোয় লিশীং হুম্ফুদি মনুং য়ৌশিনখ্রে। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমত্তংদি -থায়নগী মুনি খরগী রচনাদদি সাগরগী মচাশিংনা পাকচাউরবা অমদি য়াম্না লুরবা কোমজাও অমা তৌথোক্কুনা পাতাল চংঙি হায়রি। কোমজাও অদুনা মমৈথংদা সমুদ্র ওইখিসু হায়নৈ। হৌজিক্কী গঙ্গা তুরেলগী তাফম ওইরিবা 'গঙ্গা সগর' অসি ওইগনিসু হায়নৈ। মদু খরা ওইথোকফাৎতে। শগোল লোৎফমদি মফম অদুদনি হায়নৈ। মদু ফাওবদি চুমলম্বা য়াই, চুমহল্লসি।

লৈনুং লম্বীদা মাঙজিল থাবিবা সাগরগী মচানুপা অহল অদুনা চপ লেপলগা খঙলাও লাউরকই – "ইনাওশা ! লৈরে লৈরে ঐখোয়গী শগোল।"

লৈনুংগী কাচিন অদুদা মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লদুনা মুনি অমা, খোঙ্গাই চন্দুনা, মখূবাক অনীনা খূউ মতোন্দা লোংথোক্লা তিংথোক্লগা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। মাগী মতুংদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল অদো তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরম্ম। মুনি অদো অসুক্কী মতিক লাইনীং পরৈ চেৎলম্মী। মাগী পাতালগী সুরুং লম্বীদা শগোল অমা চেনশিল্লকখি নৎত্রগা ইন্দ্রদেবগী ইন্দ্রজালনা থমলম্মী হায়বা খঙখিদে। মুনি অদু লাইনীংদুনা অদুম লৈরম্মী; মী চংলকই হায়বা ফাওবা খঙখিদে।

"হৈ ! শগোল হুরানবা পাংদবা !" সাগর নিংথৌগী মচানুপা য়াইমা অদুনা খঙহৌদনা চৈরকই – "করিগী শগোল লোৎলিবনো ? ঐখোয় সাগর নিংথৌগী মচানুপা লিশীং হুম্ফুনি। খূৎলায় পায়গেরা, নকোক নোনগেরা, অপাম্বা অমা খঞ্জৌ।"

সাগরগী মচানুপা অহলনা মনাওবু থেমজিনবা ওইনা হায়রকই – "ঙাইখোদা ইনাউশিং। মুনি ঋষিদা অদুম্না চৈ থাংবা হৌনদে ইংনা তপ্পা ৰাহং পাউহংখিসি।"

মুনি অদুগী মমিং কপিল কৌই। য়াম্না ইংবা, তপ্পা মুনিনি, য়াম্নসু শক্তি লৈরবনি। খঙহৌদনা শাউরক্লবদি মৈনি, মৈগী মশক পুবনি। মহাক্কী নুংমীৎতা শ্রীবিষ্ণুগী চরনবু অরাপ্পদগী চিংশিন্নবা হোৎনদুনা নীংজে। শক্তি অদুনা কনমনখিদুনা শগোল অদু চিংশিনখিবনি হায়বসু য়াওই, হায়বদি লমলানখিবা।

**সাগরগী মচাশিং অদো য়ৌ য়ৌ লাংখৎলকই। ময়াম্বা অহলনা খাম্বা য়াখিদ্রে। লীরুং তেঙ্গা থোংবসু য়াওই। তথি তথিবা ৱাহৈনা মুনিবু চৈ থাংবা হৌরকলে।**

**"হে মুনি চেংজংবা, অয়ম্বা !" সাগরগী মচানুপা ইতোন তোনবা অদুনা খঙলাও লাওরকই – "নতিকসু লৈতবা নঙনা সাগর নিংথৌগী শগোল ফাবা! নকোক নোনগেরা লান তৌসিরা, অপাম্বা খল্লু। খাঙঙু খাঙঙু শগোল হুরানবা, মৈগী তৈনজে অসিনা থৱায় লৌরগে।"**

কপিল মুনিগী নুংমীতা শগোল অমা লৈরে হায়বা উরে। ইন্দ্রজালনি হায়বসু খঙবা ঙমলে। মাগী লাইনীং পরৈ কায়রে। মহাক খাঙদুনা লৈবা ঙমলক্লে। মমীৎ খংপাং হেক পাংথোকই, ঙংলদুনা চৈবা ওইনা শাপ তৌরকই – "হে লমচৎ নাইদবা সাগরগী মচাশিং! মহাপাপীশিং ! ভস্মা ! নাপল চাওরবা সাগরগী মচাশিং পুম্নমক ! খুদক অসিদা উৎকী মপৈ ওইনা তুম্মোকো ! ভস্মা !"

পাতালদা শক লোৎতুনা লাইনীংথ্রবা কপিল মুনিগী মমিং– সাগরগী মচাশিংনা তাখ্রবনি। অসুম থোকউ হাযদুনা মখোয়না মশক খঙলুদ্রে। ৱাহং পাউহংবসু তৌখিদে। সাগবগী মচানুপা অহল অদুনা মযামগী মহুৎ শিল্লদুনা হঙ্গৎচৈ – "হে মুনিদেব ! ঙাকপী...।"

মহাক্কী ৱাহৈ মখা তাবা নংখিদ্রে। মিকুপ অদুদা কপিল মুনিগী মমীৎ অনীদগী মৈরি থোবক্তুনা নিংথৌমচাশিং চাকথেকপা হৌবকলে, চেম্লোকপসু ঙমখিদ্রে, চেম্লোকখিবা কাঙবুসু লাম-লামদুনা চাকথেকখ্রে। অসুক্কী মতিক কনখ্রবা মৈগী তেজনি, মৈগী তেনজৈনি হায়বসু যাই, লিশীং, লিশীং পাংথোকই, লেপ্পা নাইদনা মথং মথং চাকথেকখ্রে। প্রোক প্রোক প্রেক প্রেক অমুকতোইবা মহা ওইখি। ননাইনা হায়জবা নত্তে, চীনথাং লান্দুনা গায়নরকই। কপিল মুনিগী মমাঙদা চউববা উৎকী চীং ওইনা পৈদুনা লৈখ্রে। অকিবগী মশক ওইবনা কপিল মুনিগী শাওনি।

থৌদোক অদু উাথবা মীচম লাম্লীশিং কিদুনা চেনখ্রে। নিংথৌ সাগরগী মফমদা থৌদোক অদু মারেক চুম্না তমখ্রে। নিংথৌ মথঙায় থাবদুনা ৱাম্বুখি। মচানুপা লিশীং হুম্ফুগী লানঙমত্রবা থৱায়শিংনা কোইপাইনদুনা লৈখ্রে।"

শ্রীমতী বাধিকা দ.সীনা মতাং অসিদা চপ লেপখি।

## (২৭)

**"মথংদি মাজি ?"**

**পাখংবনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই – " সাগরগী নাপল চাওরবা মচাশিংগী লানঙমত্রবা থৱায়শিং করম্না অরান খুভম ফংখিবগে, নচাদা মরিক চুম্না তাকপীয়ুদো।"**

"তাকপীয়ু, অকপীয়ু। ননাই ঐখোয়সু য়াম্না পুক্নিং চংনা তাজরি; ওম্বোক্নসু নুংঙাইজে; মীৎতা শং শং হেক উজে। ভাবোক মরক অদুদগী মীয়াই চল্লবী নুপী অমনা পংশিল্লদুনা তকশিল্লকই – "মখা চৎথবীখো, মাজি!"

"হে তীর্থ যাত্রিকশিং !"

মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লদুনা ধ্যান তৌরিবা পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিনা অসুম্না শৈহৌরগা মখা শমথরদুনা ব্বারী মখা লীথরকই – "তাবীয়ু ব্বারী লীজগে। নিংথৌ সাগরগী নাপল কারবা মচাশিংদো উৎ ওন্দুনা অদুম লৈখিসনু। মখা অদুদি কান্নরবা লমজিং লম তাক ব্বানি। ফজরবা নোংকারোনগী পথাপ য়াওরি। নখোয়না স্নান তৌবা লাকলিবা গঙ্গাগী ব্বারী হিন্দুশিংগী থাদোক্লবা য়াদবা লাইনীংলোন হায়গদ্রা, পুন্সিরোল হায়গদ্রা কৌনিংবা কৌবীয়ু। পৃথিবীদা লৈরিবা শেংলবা তুরেল মঙাগী মনুংদা গঙ্গাসু অমনিদো। খঙব্রা, কমদৌনা গঙ্গা কুমথরকখি। নিংথৌ সাগরগী মচাশিংগী খুৎশিগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনরি। অদুনা তাবীয়ু, ভাগরথী গঙ্গা পুরাণ ! মপৃংফানা তারবা মতুংদা নখোয়না পুরকলিবা অহল লমনগী উৎপু ওইরে, শরুবু ওইরে, গঙ্গাগী ঈরোলনুংদা মফম চানা তর্পন কৎলুকো, মদু নৎত্রবদি মহৈ ফংলোয়কো। অদুনা মখাদো অমুক মুন্না তাবীয়ু।

নিংথৌ সাগরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ ! লোইশিনবা য়াদ্রে। মচা পুম্নমক উৎ ওইনা তুমখিবগী পাউ তাবদা মহাক ব্বাস্থখি। মশূনুপা অহল অনশূমননা খুদক্তা চেন্দুনা কপিল মুনিগী মখোঙদা তুজরগা হায়জখি – "হে মুনিদেব ! ননাই অনশূমন কৌবনা খুরুমজরি। ননাই য়াক সাগর নিংথৌগী মশূনি। ইপা ইতোনশিংবু হিংগৎহনবীয়ু, মখোয়বু ঙাকপীয়ু। শগোল অদুসু হনবীয়ু, যজ্ঞা লোইশিঙ্গরুগে।"

"হি ! মসিমদি নোল্লুকইদা।" কপিল মুনিনা অসুম্না খল্লগা হায়রকই – "রাজকুমার ! নখোয়গী শগোলদি পুজখ্রো। মচোংপাক নাইদ্রবা নঙগী নপা নতোনদি হৌজিক হিংগৎপসু, লানবীসু য়াখিরোই, মখোয়গী থব্বায় পাইদুনা লৈখিসনু।"

"মুনিদেব !" অনশূমননা অমুকসু নোল্লুক্না হঙ্গৎচে – "ননাইগী ইপা ইতোনশিংগী নিরাকার ওইরিবা থব্বায়শিং অদু স্বর্গ কাখিনবা পাম্বৈ অমদি তাকপীয়ু।"

কপিলনা ঙাইহাক মমীৎ উইশিল্লগা নুংমীৎতা য়াম্না শান্না য়েংলুরগা হায়রকই, "রাজকুমার ! হৌজিমক্তি মদু য়াখিরোই, মতম য়াম্না চংখিগনি। কপিল মুনিনা মী ফত্তবা, থকসি খাসি খঙদবা কয়াবু খুদক্তা চৈরাক পীদুনা মাঙহনবদি ঙম্মী,হিংগৎহনবদি ইতিক নত্তে। জগৎ পিতা ব্রহ্ম নীংজৌ। মাগী কমণ্ডলু মনুংদা ফাজিন্দুনা থমলিবী 'মন্দাকিনী গঙ্গা'বু মালেমদা, পাতালদা চেন্থহল্লু। গঙ্গা দেবীগী শেংলবা লাইজনা উৎ মপৈ অসি হেক চেন্থখিবগা লোয়ন-লোয়ননা নঙগী নপা নতোনশিংগী থব্বায়না স্বর্গ কাবা ওইসনু ! অনৌবা মপোক অমদা পোকপা ওইসনু। চৎলো শগোল পুজখ্রো, পাউ অসে নাপল চাওরবা নপুদা তমজরু।"

"ফগনি মুনিদেব ! পাউসু তমজরুগে। ননাইনা মন্দাকিনী গঙ্গা পুথনবা লাইবক য়েংজরুগে।" অনশূমন্না অসুম হায়রগা মুনিদেবগী মখোঙ শোক্না অমুকসু খুরুমজে।

কপিল মুনি মমীৎ পাংথোরকই; মোমোন তৌনা মখূৎ য়েৎনা অনশূমনগী মকোক্তা নাম্বুরদুনা হায়রকই – "তথাস্তু ! রাজকুমার ! চৎলো চৎলো।"

"রাজকুমার অনশূমননা শগোল পুদুনা অযোধ্যা নগর পাংলকলে। মহাক উংজানখি, লম্বী চৎনা চৎনা খল্লি । মতৌ করম্না স্বর্গদগী মন্দাকিনী গঙ্গা পুথগনি ?"

মহাক প ঁখুম ফংখিদে। চিন্তা পোৎলুম পুরদুনা হল্লকলে। মপু নিংথৌ সাগবদা ৱারম পুম্নমক হঙ্গৎচৈ। তঙাইফদনা অশ্বমেধ যজ্ঞ লোইশিনগ্রে; মপুং ফজনা ফারবা অমদি ওইখিদ্রে। সাগরনা মশূনুপাদা নিংথৌ খুতম শিন্নবম্লগা বনদা লাইনীংবা চৎখ্রে।

অনশূমননা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। মহাক্না কবিসু তৌবা ঙমখিদ্রে। মচানুপা দিলিপ্তা সিংহাসন শিন্নবমলগা মতাকসু নোঙ্গাখ্রে। দিলিপসু নিংথৌ ওইদুনা ফনা কুইনা পাল্লম্মী। মহাক্সু ব্রহ্ম নীংদুনা হোৎনজে পেলহনবা ঙমদনা নোঙ্গাখ্রে। দিলিপ নিংথৌগী মচানুপা ভগীরথনা নিংথৌ খুতম শিন্দুনা পালহৌরে।

ভগীবথ অসি যাম্না মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌনি। নীংথিজনা লৈঙাকই। অদু ওইদুনসু মতম পুম্বদা চিন্তা পোৎলুম পুবম্মী। মথৌ মঙম শানখিদে। কপিল মুনিগী শাপ অদু কোকহনগে হাযদুনা খনবা হৌরকই; তবাইবদি নত্তে।

ওন্থোক্না শাংখ্রবা ৱাবীনি, মীবোন কয়াগী খোঙচৎনি।"

## ২৮

"হে তীর্থ যাত্রিকশিং !"

শ্রীমতী রাধিকা দাসীনা মবক থৎতুনা হায়রকই – "ননাইনা অমুক মখাদো থৌগল তৌজগে, ববাজি আমাম তৌখিসনু। মন্দাকিনী গঙ্গা পোকপগী অঙকপা শায়োন ৱাবী, অদুসু যাম্না মরুনিদো।"

পাখংবনা মরক থৎলদুনা মযামগী মহুৎ শিল্লগা খংহায় হাযরকই – "মাজি, মন্দাকিনী গঙ্গা পোকপগী ৱারী অদুসু মরিক চুম্না লীবিয়ু, মীৎ নকোং ওইজগে, নচা ঐখোযদি করিসু খঙজদ্রি, অহল লমনশিংনা তাকপীরম্বা য়াৱা অদুতা ইঞ্জদুনা লাকপনি।"

ভক্তা অহল অমনা অমুক পাংশিল্লকই – "বৈষ্ণবী ! ননাই ঐখোয়সু অহলদি ওইরে হায়ববু মন্দাকিনী গঙ্গা পোকপগী ৱারীদি তাজদ্রি, পরিং কায়দনা চৎথবীয়ু।"

"তাবীয়ুদো তীর্থ যাত্রিক পুম্নমক !"

শ্রীমতী রাধিকা দাসীনা অসুম্না ৱাহৌরগা মখা শমথরদুনা ৱারী লীবা হৌরকই, "পন্দিতজিগী শ্রীমুখনা লীবিখিবা ৱারী অদুতং পাউদমজগে, ননাই দাসীসু খঙজবা নত্তে।

শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী সভাদনি।

সনা তাংবল্দা লক্ষ্মী নরায়ন অনীনা ঙাম্থোইহিরি। সোরারেনগী লাইয়াম সুনা তিনগ্রে। ইকোয় কোয়না সভাগী লৈতেং ওইহিরি। নুমিৎ অদুদা, মহাদেব অমসুং নারদ মুনি- শ্রীবিষ্ণুগী মমাঙদা ফমলি, মবুংঙোগী য়াথং ঙাইহিরি। গুরু শিষ্য্যা অনী ঈশৈ ফংনগদৌরি।

শ্রীবিষ্ণুনা হায়রকই – "মহেশ্বরনা হান্না ঈশৈ হৌবিরো।"

মহেশ্বরনা খুস্মী – "প্রভু ! য়াথং অদুমক।"

জগৎপিতা ব্রহ্মনা শোঞ্জে –"ঙসিগী ঈশৈ ফাংনবা অসি নুংঙাইদৌরিবা কুমহৈনি। কনানবু থোইরগবা, য়েংবা তাইদো।"

শ্রীবিষ্ণুনা মোমোন নোক্লা ঙাংলকই – "ব্রহ্মদেব ! গুরুনা হেনব্রা, শিষ্যানা হেনব্রা য়েংসিদো ঙসিদি।"

লাইয়াম্না লাওশিল্লকই – "হৌবিরো হৌবিরো, ভোলানাথ !"

মহাদেবনা শ্রীবিষ্ণু অমদি শ্রীব্রহ্ম অনীমকপু অমদি লাইয়াম পুম্নমক্তা ভক্তি কৎতুনা খুরুমলে। মহাক্লা হৈজবা খঙজবা বাগ কয়া মথং মথং শৈবান্দুনা ঈশৈ শকপা হৌরকই। মমীৎ উইশিল্লপ তৌরগা হিকথ-হিকথরদুনা মখূৎ মশা য়াওনা তান মেন কায়বা তৌদনা ঈশৈ শকই। মতম অদুগী শৈশক মখল অদু ধ্রুপদ কৌই হায় ! মহাদেবগী ঈশৈ তারিবা লাইয়াম পূম্নমক তুস্মিন তুস্মিন চেক মোক লাওখিদ্রে। অঙকপা অমদি অকিবা ফংলবা ঈশৈগী রাগনি- অখাক অরাও, নোংনুংশিৎ, মৈহৌনা শারবা নুংশা অসিনচিংবা কয়া থোরকই; রাগ য়াস্মী, মমিং মথাদি ননাই দাসীনা চীনফা পুজহৌদ্রে; ভৈরবী রাগদগী মালখোস রাগদা লোইশিল্লি হায়না তাজখি। ঈশৈ অদু শ্রীবিষ্ণুদা শৈথারগা শকপনি।

তান মেন, রাগা কায়খিদ্রবা ঈশৈ অদুগী মতিক ময়াইদা ঈশৈ তারিবা শ্রীবিষ্ণুগী মশা পুম্বা মথং মথং শৌদোক্তুনা মপংগী শরুক মাঙখ্রে, মহি পুমচেন চেম্থরক্তুনা ঈশিং মপাক ওইনা সভা ময়াদা লৈখ্রে। লাইয়াম পুম্নমক ইঙক হেক ঙক্লখিবোইরে। ঈশিং মপাক অদুদা মীৎযেং থমদুনা লৈনখ্রে, মথবাক য়ৈদুনা শোন্নরকই– "হি ! করি মতৌনো, শ্রীবিষ্ণুভগবানবু মহেশ্বরগী ঈশৈ রাগনা শূমহৎখিদুনা মহি চেনখ্রে, ঈশিং ওনখ্রে; কমদৌনা অমুক, কমদৌনা অমুক ...।"

লাইয়ামগী ব্রাঙাং, মহাদেব তারে; ঈশৈ শকপা লেপখ্রে, মমীৎ খংপাং পাংথোক্লগা নারদ মুনি তমনা য়েংলদুনা হায়রকই – "হে নারদ মুনি ! শ্রীবিষ্ণুগী অংশ পুম্নমক লিক্লাই মহি ওনখ্রে, নহাক অমুক হকচাং মপূংদো শাগৎলুদনা।"

"ফগনি, গুরুদেব !" নারদ মুনিনা অসুম্না হায়রগা তোঙানবা রাগ অমদা শৈবান্দুনা ঈশৈ শকপা হৌরকলে।

নারদ মুনি অসি মহাদেবনা ঈশৈ তম্বীখিবনি। হৈবা য়াবমখৈ হৈরবনি। মহাদেবনসু ফজনা তাকপী তম্বীখ্রবনি। মমৈথংদা শিষ্যাশিংনা মাবু তম্বীরকপা ওঝাবু শীংনবা, অমদি থানরক্তবা অসি লাইগী মতমদগী লৈরকলবা ওইরমাল্লে। নারদ মুনি নাপল কারকই। মাগী গুরু ওইরিবা মহাদেবদগী মহাক মশানা হেল্লে হায়দুনা খঞ্জরকই। নোংমা ঈশৈ ফাংনসি

হায়দুনা শিষ্যানা গুরুদা শীংনরুই। মহাদেবনা নোকফেৎ তৌরগা মঙক নোমলদুনা অয়াবা পীখি। মরম অসিদগী ব্রহ্ম বিষ্ণু অনীনা গুরু-শিষ্যা অনীবু বৈকুণ্ঠ সভাদা কৌখৎতুনা ঈশৈ ফাংনবা নৎত্রগা শীংনবগী থৌরম অদু শিনখিবনি।

নারদ মুনিদি থোইদোক্লা তানপুরা খোংবসু য়াম হৈ হায়নে। যন্ত্র অসি খোংল, খোংলদুনা ঈশৈ শকই। তান-মেন কাইদ্রবা মাগী ঈশৈ অদুনা মমাঙদা লৈরিবা লিক্লাই মহি মাল্লবা ঈশিং মপাক অদু খজিক খজিক তাশিন-খোমজিন্দুনা মপং ওল্লকলে। নারদা মুনি লেপ্লা লৈতনা ঈশৈ শকই, ঙংঙি, হিকথ-হিকথরদুনা তানপুরা খৎপোইরে। ঈশিং মপং অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী মুর্তি অদু মথং মথং শাগৎলকলে।

অঙকপনি ! শৈহেক শৈদা চুম্না শকলবা ঈশৈ রাগগী মহিমা! নোং চুহনবা ঙম্মী, নুঙ শৌদোকহনবা ঙম্মী, অমুক মপং ওইহনবসু ঙমদবা লৈতে হায়দো। অসুম্না শ্রীবিষ্ণুগী মাঙলুরবা হকচাং মপূং ফানা শাগৎপা লোয়রে। ইখঙ হেক খঙহৌদনা নারদ মুনিগী তানপুরা মরি অমা খংতৎ হেক তৎখ্রে, রাগ কায়খ্রে। মতম অদুদদি তানপুরা মরী অসি শগোল শামৈনা তিংঙিসু হায়দো, খরা শোল্লম্বা তাই।

লাইয়াম পুম্নমক্না খূবাক খুরদুনা লাওনরকই – "গুরু শিষ্যা অনী হৈবা মান্নরে, অমনসু হেনদ্রে,অমনসু নোপ্তে।"

নাপলনা মাংওইনরবা নারদ মুনি জয়ধন্নি অদু তারদুনা মমীৎ খংপাং পাংথোরকই; মবুংঙোগী চরন্দগী য়েংনা য়েংনা থকলোমদা মীৎয়েং থমলুরগা অমুক হন্থরক্লুনা চরনদা য়েংজে।মহাক্কী মশা পুম্বা তু খ্যাও ! হেক চুংখি, নারদ মুনিদো- "হি ! করি মতৌনো অসিদি, ওইশিনবা ঙমহৌদ্রবা মহি খরা ....।"

লাইয়াম্না শ্রীবিষ্ণুগী মুর্তি মপূং ফারে হায়দুনা খূবাক খূরদুনা জয়ধন্নি লাওখ্রবনি। অদুবু শ্রীবিষ্ণুগী ওয়থংবা খোঙবী অমসুং খোঙয়াই কারক্তা মপং ওনবা ঙমখিদ্রবা ঈশিং খরা চেন্থরকলে, শ্রীবিষ্ণুদি মাগী আসন্দা লেঙশিনখ্রে। ঈচেল নাইরপ তৌরবা ঈশিং অদু নারদ মুনিনা উরে। মহাক ঙকচানৈ, মরু লুকথখ্রে। মহাক্কী নাপল য়ৈথেকখ্রে হায়বা খঙজরে। তানপুরা মরিসু তৎথোকখ্রে, নৌহৌনা রাগ শাগৎলগা ঈশৈ শকলুবসু য়ারবোই। শ্রীবিষ্ণুসু মফম অদু থাদোকখ্রে।

সনাগী তাংবলদা ফমলিবা শ্রীবিষ্ণুনা নারদগী মতৌ উরদুনা মোমোন তৌরগা হায়রকই – "হে মুনিবর ! কৈদৌঙৈদসু গুরুবু শীংনরুগনু। উবেদনা,ঐগী খোঙলক্তগী ওইশিনবা ঙমহৌদ্রবা মহিরেল অসে, তৎখ্রে নঙগী তানপুরাসু।"

নারদ মুনিনা খূৎলোন্নদুনা হঙৎচৈ – "হে বিষ্ণু ভগবান ! ননাইবু ঙাকপীয়ু।"

"অমবু শুইরে।" শ্রীবিষ্ণু ভগবাননা মোমোন মোমোন তৌনা হায়রকই – "ঙসি গুরু শিষ্যা অনী শৈফাংনবদগী লেমহৌরিবা ঐগী হকচাংগী মহি অসে, লেম্না মাঙহনবা য়াদ্রে, শেংলবী তুরেল নুপী অমা ওইনা, চেন্থখ্রসনু ! বিষ্ণু ইশামক্কী মহিরেলদগী ওইখ্রিবা তুরেল অসিগী মমিং 'মন্দাকিনী গঙ্গা' হায়দুনা থোল্লগে। তুরেল অসিদবু লুপচরবদি বিষ্ণু

ঈশামক্কী দর্শন ফংবগা চপ মান্নবা ওইরসনু, লায়না, লাইথুং, পাপ কোকলসনু অমদি লানঙমদ্রবা থব্রায় পুম্বসু অরান-খুভম ফংবা ওইরসনু! হে মন্দাকিনী! নঙদি ঈশিং ওইনসু চেনবা ওইয়ু, ফজরবী নুপী অমগী শায়োন তৌদুনা প্রেম লীলাসু শান্নজকরো.... চৎলো! চৎলো চেন্থখ্রো।"

শ্রীবিষ্ণুগী অঙকপা মহিমা অদুদা লাইয়ামসু অঙকপা ফংনা ঙকখ্রে। শ্রীবিষ্ণুগী বব অমদি য়াথং ফংলবা ঈশিং ঈচেল অদু তাশিল্লকই, ফজরবী নুপীগী খোঙপাক অনী মমি সামি ওইনা উবকই। লাইযাম পুম্নমক হেন্না ঙকুনা যেংনরকই। জগৎ পিতা, তুংলমচৎ উঙম্বনা, ফুক হৌগৎলগা চেন্থোরকলে। মাগী কমণ্ডলু অদু চেপথরগা ঈশিং ঈচেল অদু মরিক অমত্তা লেমহন্দনা চিশিনখ্রে অদুগা হায়বকই — "প্রভু! মন্দাকিনী গঙ্গা চেন্থবা য়াদ্রি; যুগ কয়া লৈখিবা তাই। মালেমদা থৌদোক অমা থোক্লককখিগনি; মতম অদুদা কুম্না তাবনি।"

ব্রহ্মাগী কমণ্ডলু মনুংদা লৈবিবা মন্দাকিনী গঙ্গাগী মঙ্গিবেল— খূদক্তা নুপী অপিশক অমগী পফাল শক্তম ওল্লকই।

"হে জগৎপিতা!" কমণ্ডলু মনুংদগী মন্দাকিনী গঙ্গানা লাওরকই — "ননাইবু থাদোকপীয়ু, ইনীং তম্না তুরেল ওইনা চেলহনবীয়ু।"

"হে গঙ্গে, মন্দাকিনী!" ব্রহ্মানা মমীৎ উইশিন্দুনা তুংলমচৎপু য়েংলুরগা হায়বকই, "যুগ থৈদুনা লৈখো, হৌজিক মপান থোকপা য়াদ্রি। নঙদি স্বর্গদা চেনবসু য়াবোই, স্বর্গদা নঙগী ঈতিনফম ওইনবা সমুদ্রা লৈতে। নোংমা নঙবু লৌবা লাকখিগনি।"

"হে দেব!" মন্দাকিনী গঙ্গানা খঙনিংনা হঙ্গৎচে — "ননাইবু কনানা লৌরগদৌবিবা?"

"দেবী! তুংগী ব্রাবু মাঙজৌননা খঙনিংলুগনু।" ব্রহ্মানা মখা তানা হায়বকই, "তুংগী অরা অনা-নুংঙাই যাইফবা কযাবু হান্না খঙদোকলবদি হিংবগী নুংঙাইবা, অরাবা হায়বদো মশক খঙলবোই। তুংলমচৎপু মীওইবগী মফমদদি মীৎতাংবা ওইনা থম্বতনা য়াইফগনি। অদুনা গঙ্গা, ঙাইবা তম্মু, খাঙবা কল্লু।"

"ফগনি দেব!" কমণ্ডলু মনুংদা মন্দাকিনী গঙ্গা তুম্মিন্না লৈখ্রে।

নুমিৎ অদুগী লাই সভা লোইশিনখ্রে। শ্রীবিষ্ণুনা মোমোন নোকখি, মমীৎ চেজেৎ উইশিনখ্রে।"

শ্রীমতী বাধিকাসু মতাং চানা মচীন লেপখি।

## ২৯

"ঐখোয়সে ওন্থোক্লা পংনা লৈরুইদা।"

ভগীরথী গঙ্গা পুরাণ তারিবী ভক্তা নুপী, চাওবীয়াইমা কৌবী অমনা অসুম্না শোঙ্গরগা হায়রকই — "কয়াদা নুংশিখ্রবা, ঙকখ্রবা ব্রারীনো! নহালখৈ ব্রারী ব্রাখোঙদি অমত্তসু হেক খঙদনা চুপ চুপ পংলুপ্তা লুপলুইদো।"

চাওথোই কৌবা অহল অমনা অমুক হায়রকই — "বৈষ্ণবী ! ওম্ন্থোক্লা নুংঙাইজগ্রে, ৱারী লীবসু মরিক চুমগ্রে। মীৎতা শং শং হেক উজে শ্রীবৈকুণ্ঠ ! মখা চৎথবীয়ু ! মন্দাকিনী গঙ্গা পুথবীরকউ।"

শ্রীমতি রাধিকা দাসীনা মোমোন তৌনা হায়রকই —"এঃ কদায়দে ৱানোদা, গঙ্গাদি ননাই পুথবা ইতিক নচ্চদে, ভগীরথ মহারাজনা পুথরক্কদবনি, অদুসুনে মতম কুইনা চংখ্রপোৎনি। মখা অসিদি পন্দিতজি গঙ্গাদাস শিরোমনিদগী তাবীবসি। বাবাজিদি গঙ্গাগী মনাইনি গঙ্গাদাস মিংলেল ফংখ্রবনি।"

মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরিবা গঙ্গাদাস পন্দিতনা নুংখন্নে (শ্রীমতী রাধিকা অসিদি ওম্ন্থোক্লা মরু চংলকলে। ঐনা মঙেন্দা লীখিবদি মচং খরদংনি। অদুগা মাদি, ওম্ন্থোক্লা মবিক চুম্না লীবা হৈগ্রে। ঐনা মনুং মতম চাদনা শিখ্রবসু আশ্রম অসি মহাক্লা ফজনা চলাইজহৌবা ঙমলগনি। ফরবনি, মাবু ঐগী দাসী ওইনা ফংজবা ! লীগেদহে মন্দাকিনী গঙ্গাগী প্রেম কাথা।)

"স্বামীজি !" শ্রীমতি রাধিকা শাবীনা গঙ্গাদাস বাবাজিদা নোল্লুক্লা কৌজরগা হঙ্গৎচৈ — "ভগীরথী গঙ্গা পুরাণগী লাতম মখা অদো শ্রীমুখদগী তাহনবীয়ু।"

"হে প্রিয়ে রাধে! অদুগা লেঙশিনবীরিবা পুম্নমক !" পন্দিত গঙ্গাদাসনা অসুম্না ৱাহৌরগা (নুংমীৎতা ধ্যান তৌনা তৌনা) মখা শমথরদুনা ৱারী লীবা হৌরকই —

"চহী কয়া হৌগ্রে। যুগ অমা হেনখ্রবনি।

কপিল মুনিগী তমথীরবা শাপ - নিংথৌ সাগরগী মীরোন চীস্থাং লান্দুনা মথং মথং চৎথরকখি। সাগবগী মশূ অমদি শূথাংশিংনা হোৎনবদি লেপখিদে। কাইনথংদা, দিলিপ নিংথৌগী মচানুপা ভগীরথকী পালি লাকলে। মহাক্লা কোনুংগী মহারাণীশিং, মচাশিং থাদোক্লগা চৎখিরম্মী। শাগৈগী শাপ ৱারী অদুদি মচাশিংদা লীদুনা তাহলম্মী। মতম খরগী ওইনা মাগী থাজববা ফমনাইবশিংদা অমদি মচাশিংদা লৈঙাক চুকলি শিন্নরমলে। মহাকপু মনাই মশলশিংনা থিন্দোকখি। মখোয়না লাইনীংফমদা ঙাক শেন্দুনা লৈজগে হায়খি। নিংথৌনা য়াখিদ্রে। মথন্তা চৎখি। মহাক্তি খ্বাইগা মান্নদে, ইতোপ তোপ্পী, নোল্লুকই, নাপল কাদে। মহাক্কী লম্বীদা থেংনবা মুনি ঋষি কয়াগী আশ্রমদা চং চংদুনা লমদনখি। মন্দাকিনী গঙ্গাগী ৱারী ৱাখোঙ, ব্রহ্মাবু পেলহন্নবা লাইনীংলোন কয়া তমজখি। মুনিশিংনা মঙোন্দা বর পীখি। মুনিশিংসু হিংলিঙৈদা শ্রীবিষ্ণুগী মশাদগী পোকখিবী মন্দাকিনী গঙ্গাদো অমুক্তং উজনিংঙ্গি অমদি স্নান তৌজনিংখি। ভগীরথ মশাদসু থাজবা অমা পোকচখি। মাগী খোঙচৎ লেপখিদে।

মমৈথংদা, মহাক্লা উনগী চীংদোল হিমালয়দা থুংখি। মফম অদুদা মখোঙ নাম্মনা লেপ্তুনা, মখূৎ ৱাংনা থাংগৎতুনা লোন্নরগা ব্রহ্মা নীংবা হৌরকলে। মহাক্লা অইং অশা খাঙখি মশাদা ফি মতৎ অমদগী হেন্না শেৎখিদে। অরাম খৌরাংবা কয়া খাঙখি। মাগী নুংমীৎতা শ্রীব্রহ্মাবু চিংশিনখি, চিংশিনখি, মচীন্দসু মিংখৈ শোনখি। নুংশা য়াম্না শারবা

মতমদা, মৈজাও থাদুনা হান্নগুম লেপ্তুনা ধ্যান তৌই, ব্রহ্মা চিংশিল্লি, নাম শোঞখি। লোইননা মন্দাকিনী গাঙ্গাবুসু নীংজখি।

মমৈদা জগৎ পিতা ব্রহ্মা খাওবা ওমলক্লে । ভগীরথকী মমাওদা লৈচিলগী দর্শন পীরদুনা হায়রকই – "ভগীরথ ! নমীৎ পাংথোকউ, ইপা পেল্লে, নখোঙ নাম্মা থাদরো অদুগা চুম্মা লেপ্পু।"

"হে ব্রহ্মদেব ! ইমা মন্দাকিনী গঙ্গা পীরগনি হায়দুনা হান্না ৱাশকপীখো।" ভগীরথনা মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা হঙ্গৎচৈ – " অদুগা ইমা মন্দাসু মালেমদা নোংগুমলগনি হায়দুনা হান্না ৱাশকপীখো, মদু হেক নৎত্রিমখৈদি শিরসু শিনা ইমীৎ পাংজখিরোই, ময়ুর আসন তৌজখিগনি।"

"ইপানা, ৱাশকলি ভগীরথ ।" জগৎ পিতা ব্রহ্মানা মখা তানা হায়রকই – "পুজখ্রো, নমা মন্দাকিনী গঙ্গা। মহাকসু মলেমদা ওংজনীংবা কুইরবনি, নঙবু ঙাইরকপনি।"

"ইমাগী ভগীরথ !" ব্রহ্মাগী কমণ্ডলু মনুংদা মহি ওইনা ওইরবসু থৱায় পাল্লবী নুপী হেক্তসু ওনবগী থর ফংব্রবী মন্দাকিনী গঙ্গানা মচাবু নুংশিনা কৌরগা হায়রকই – "ইমাসু হৌজিক্তি নোংগুম্বগী যুগ য়ৌরকলে, কুমথরকলগে। অদুদা, লুরবা ৱাফম অমদি লৈরিদো।"

"চিংনবা লৈতনা তাকপীয়ু নচাদা।" ভগীরথনা হঙ্গৎচৈ।

"ইমাদি হৌজিক যুগ পুরবীনি, শ্রীবিষ্ণুগী বরদানসু ফংলবীনি।" মন্দাকিনী গঙ্গানা হায়রকই– "লোইনাইদ্রবা,শাফু কল্লবা ঈথক ঈরৈগী শক্তম লৌরদুনা স্বর্গদগী পাইথরক্কদবনি। ইমাগী ইশা ইরেং শাহুমনা মালেম ইমাগী মতম্পাক্তা হেক তাবা মতমদা ভুমিকল্পা তৌগনি, মী কয়াসু শিবা য়াইদো। থেংখাঙ য়ৈনা চোংথরবদি খরা শাফগনিদো।"

"ইমাগী অপাম্বাদো নচাদা তাকপীয়ু।" ভগীরথনা অমুক হঙ্গৎচৈ।

"সুম্মদৌসি ভগীরথ !" মন্দাকিনী গঙ্গানা অমুক হায়রকই – "ইমাগী ইথক ইরৈ, শাফুবু খরদং ওইরবসু ফাথবা ঙমগদবদি মহেশ্বরতনি, ঐসে মাগী ঈশৈ মহিনসু ওইখিবনিদো, ভোলানাথকী জোটাদা খোঙনেৎফম ওইরবদি খরা শাফগনি। নহাক্না মহেশ্বর মহাদেবদা হঙ্গৎচরু। হেক য়ারকপ্পদা ইমাবু কৌরকউ, ফন হেক্তা চোংথরক্কে।"

ব্রহ্মাদেবনা মরক থৎতুনা অমুক হায়রকই – "চৎলু ভগীরথ, নমা মন্দাকিনী গঙ্গানা হায়রিবসি পাঙথোকউচো। মহাদেববু নীংজরুখো, হেক য়ারকপগা কমণ্ডলু চেপথরক্কে।"

নিংথৌ ভগীরথ নীংহন্নখিদে। কৈলাস চীংখোঙ পাংথ্রে। চীংখোঙদগী নোল্লুক্না য়েংখৎতুনা মখুৎ লোন্নরগা কৈলাসপতি মহাদেব খুরুমদুনা হঙ্গৎচরুই – "হে কৈলাস পতি ! ননাই ভগীরতনা খুরুমজরি। ইমা মন্দাকিনী গঙ্গা মালেমদা পুথজরগে, প্রভুগী জোটাদা ইমানা খোংনেৎফম ওইজগে হায়দুনা হঙ্গৎচরকই, ননাইনসু ইমাগী পাউথাঙ পুদুনা হঙ্গৎচরি। য়াবীয়ুদো হে দেব !"

মহাদেব হায়বা লাই অসিসু থোইখ্রপোৎনি। তাবদি তাই; খুদ্বী লাকপীবা জাৎ নত্তে; শাথিখ্রপোৎনি। ভগীরথনা হন্না হন্না হায়জে। তাবীদে।

ভগীরথ খঙই, মহাদেবগী অপাম্বা ! মহাকপুসু নীংঙু হায়বনি। ভগীরথ চীংখোঙদা মখোঙ নাম্মা লেপ্পুনা মহাদেব নীংবা হৌজখি, মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা মহাদেববু নুংমীৎতা চিংশিন্দুনা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোঔ—"হে কৈলাস পতি মহাদেব ! ননাই ভগীরতনা নীংজবসি থুংহনবীয়ু ! ইমা মন্দাকিনী গঙ্গাগী অপাম্বা অদু থুংহনবীয়ু।"

নোংমদগী নুমিৎ কয়ানি ভগীরথনা মহাদেব নীংদুনা লৈজখি। অরিবা পুরাণদদি চহী তরা মহাদেব নীংখি হায়রি। লাইগী চহীদি মীগী চহীগা মান্নদে। মিকুপ অমনা নোংমা শাবা মতাংসু য়াওইদো। খরা তেনশিনজরগে।"

গঙ্গাদাস পন্দিতনা মতাং অসিদা চপ লেপখি।



"মতুং অসিদি প্রেম মিলন !"

পুংলৈ খেল্লে খঙলবী শ্রীমতী বাধিকানা মরক শিহনবা তৌদনা ভগীরথী গঙ্গা পুরাণগী চীনফম পুরগা লাতম অদু মমীৎতা উবদৌনা জর জর হেক্তা চৎথরকই—

"নিংথৌ ভগীরথকী লাইনীং মহৈ যানখ্রে। কৈলাস পতিনা পেনবীখ্রে। মমীৎ লাওনা পাংথোক্লগা চীংদোনদগী লুমলবা খোঙ্থাংগা লোয়ননা লাওথরকই—"ভগীরথ ! ইপাসু পেল্লে, নমা গঙ্গা কৌথরো, তৌবতদি নহাক লাপ্পা লৈরুচো, ইপাগী জোটাদগী ঈরিক অমত্তসু চোংথোকহন্দনবা শিনগে, ইপাসু লৈজবী থাদুনা ইশা অসে চাওথোক্লগে অদুগা গঙ্গা ফরগে। তপ্পা তপ্পা অমুক থাদবক্কে, নহাক ঙাইদুনা লৈয়ুকো।"

"য়াথং অদুমক দেব !" ভগীবথনা অসুম হায়বগা নোংদোলদা ওনখৎতুনা নোল্লুক্লা হঙ্গৎচৈ—"হে জগৎ পিতা ব্রহ্মদেব ! কৈলাস পতি মহাদেবনসু ইমা মন্দাকিনীগী ব্রাফম অদু যাবীরে, হৈথবীবকলো, চেপথবীবকলো কমণ্ডলু ! অদুগা ইমা গঙ্গাসু ! লেঙথবীরকলো।"

মন্দাকিনী গঙ্গানা নোংথক্কগী আকাশবাণী লাওথরকই—"ইমাগী ভগীরথ ! নহাক লাপ্পা চৎথোকল গা লৈয়ু, অথাপ্ত দগী য়েংলকউ, ইমাগী ইশা ইবেং ! ইমাদি ফিভৌ শেৎপীনি লাইজ ঈশিং মরক্তা শায়োন লাংওন তৌরগে নগুর্তদি অহানবা ওইনা দর্শন ফংজহৌ।"

"লেঙথবীরকলো, হে ইমা !" ভগীবথনা হঙ্গৎচৈ।

মিকুপ খরগী মতুংদা লৈচিল পোমাই হাংদোবকই। শ্রীব্রহ্মনা কমণ্ডলু চেপথরগা লাইজ ঈশিং হৈথরকই। মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমা ওল্লকই। ভগীরথনা খুরুমজে। হেক থংনবা মিকুপ্তা ফজরবী নুপী অদু ঙৌরুনবা, শংলৈনবা ঈশিং মপৈ অমা ওনখ্রে, ঙংল-খোংলদুনা লৈচিলক্কগী য়াম্না ব্রাংলবা মফমদগী পাইথরকই, পাইথরকলে। অকিবা ফংলবা ঈরাওখোলনি।

মহাদেবসু ইরাওখোল তাই, ফমলম্বদগী লেপখৎলকই। লৈজবী থাদুনা মশা মউ চাওথোকখ্রে। ভগীরথ তম্না য়েংলদুনা লাওথরকই – "ভগীরথ ! নমা গঙ্গা পাইথরকলে, নহাক লাপ্পা চৎথোকখ্রো।"

"ফগনি প্রভু !" নিংথৌ ভগীরথনা মোইবুং খোংল-খোংলদুনা লাপ্পা, য়াম্না লাপ্পা চৎথোকখ্রে। অদুগা গঙ্গা অমসুং মহাদেবগী স্রনীগী কুম্মৈ য়েংদুনা লৈজখি।

মন্দাকিনী গঙ্গাগী শাফু কলবা ঈশিং শায়োন, মহাদেবগী জোটা মনুংদা লোইনা চংখ্রে। ঈশিং মরিক অমত্তংসু চোয়থোকখিদ্রে। মফম অদু পুমচিক চিকখ্রে। ভগীরথসু মীৎত্রংগুন্নবা মতৌ অদুদা ঙকচানখি। মহাক নোকফেৎসু তৌজখি। মচি উরম অমদা ঙাইহাক্তং পোথাখিগে খন্দ্না ঙাথরগা উইথখি, নুংশা শ্বর য়োন্দোকচখি।

ওখ্লোকইদা !

মহাদেবনা মন্দাকিনী গঙ্গাবু থাদোরক্তে। মাগী জোটা অদুনা ক্রক ক্রক হেক ফাজিন্দুনা থমখ্রে। লাইসু মঙাও থিখ্রপেৎনি। নুপীদা ঙাওই ! মহাক্না মন্দাকিনীবু থাদোকনিংখিদ্রে। তাল্লোয়শিংদা চন্নিংলকলে। কমদৌসিগে খল্লকই। মহাক দুর্গাগা লাপ্পখিবসু কুইরবনি। মহাক্কী নুংমীৎতা গঙ্গাগী ফজবা উবে। গঙ্গা অসি মাগী ঈশৈ মহিনা ওইখিবীনি। অদুনা বিষ্ণুগী তোঙানবা শাযোন অমা ওইরবসু অনৌবা নুপীগী মপোক্তা পোকলবী তুরেলনি, নুপী অথোইবীসু ওইখ্রবীনি। মহাদেবনা লেম্না থাদোকনিংখিদে। নুমিৎ খরনিদি মাগী জোটা মনুংদা লোৎশিন্দুনা থমলবসু মাগী যোগগী শক্তিনা শায়োন লাংওন শান্নরগে খল্লকই। মাগী মমীৎ উইশিন্দুনা ফমথখে। মাগী অহুমসুবা মমীৎ পাংথোকলগা লাপ্পা য়েংথরকই। মায়াজাল থারদুনা ভগীরথপু সুমথদুনা তুমহনখ্রে। মাগী মমীৎ অহুমশুবা উইশিনখ্রে, মমীৎ অনী পাংথোকই।

জোটা মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা মন্দাকিনী গঙ্গানা হঙ্গৎচৈ – "প্রভু ! ননাই গঙ্গাবু থাদোকপীরো, ইচা ভগীরথকী মতুংইন্না চেন্থজখ্রগে।"

"নচাদি ইশি শিনা তুমখ্রে, ৱারমাল্লে, নোংমা নিনী তুমজখিসনু।" মহাদেবনা গঙ্গাবু থেম্বা ওইনা হায়রকই –"দুর্গাসু মপাম চৎখি, কুইরেহৈ প্রিয়ে ... অদুনা সুরুং মনুংদা ঙাইহাক নুংশি ৱারী চিংগোইনদুনা লমদল্লুসি।"

"তঞ্জেদা, দেব !" জোটা মনুংদগী গঙ্গানা ওইনরদুনা খুমলকই – "ঐদি শেংলবীনি, ঐবু মোৎশিনবীগনু।"

"হৈ অপঙবী ! প্রকৃতি পুরুষ মিলন ওইদ্রবদি পবিত্র হায়বদো লৈতবনিনে।"

গঙ্গানা হায়রকই – "হোয়, অদুবুদি চুমখ্রবা ৱানি দেব ! দেব-দেবী ঐখোয়দি প্রকৃতি পুরুষ নত্তেদনা।"

"হায়, ছোনোবী! লাইসু য়ুম্বান্নেনে।" মহাদেব ফুক হৌগৎখ্রে। মাগী সুরুং মনুংদা চংশিনখ্রে।

গঙ্গানা খুমলকই – "হোয়, হোয় লমন শিংজরমগে তঙাইফদনা। মতম কুইনদি লমদনবী ওইজনিংদে; ইচে দুর্গা লাকলবদি চংশি শিরেদো ! শম ফোইরগন্নি।"

নুমিৎ কযানিগী মতুংদা, ভগীবথ মীৎকপ থোকলে। মহাক্না কৈলাস তম্না যেংলকই। মহাক শ্বাই লাওই (হি ! মহেশ্বৰসু উদ্রে, মন্দাকিনী গঙ্গাসু চেন্থবক্লেনা) ভগীবথ চীংখোঙ তম্না লাকলে, নোল্লুক্না অদুম্নদি ওইবগা খোল যাকলপ্না লাওবকই — "হে কৈলাস পতি ! চেংলৌ শক্তমসু উজদ্রে, ইমা গঙ্গানা কদোমদা !"

সুকুংদা প্রেম লীলা শান্নবিবা মহাদেব তাবে, মন্দাকিনী গঙ্গাসু খংপ্রেক হেক খংই। মাগী মাগী হান্নগী রূপ লৌদুনা লৈখ্রে। মহাদেব চীংদোনগী উনথক্তা ফাওগৎলকই। মখূল অহোবা মেন্দুনা ফমলবে। ভগীবথপু যেংলদুনা হাযবকই — " ইপাসু তুমলুবেদনা, নঙসু তুমলুব্রা ভগীবথ ?"

"দেব ! ইমা গঙ্গাদি ?" ভগীবথনা নোল্লুক্না হঙ্গৎচৈ।

"লৈদা লৈদা, যাম্না চের্কশিন্না লোৎলিদা, নুংশা থিব্নু। নহাক মোইবুং খোংঙু, নমা থাদবকলগে তপ্না তপ্না, অদৈদি খংযাং যাংলক্কনি, নঙনা তান্নবা ঙমলবোই। মহাদেবনা অসুম হাযবগা মমীৎ উইশিনখ্রে।"

ভগীবথনা হাযবকই —"হে দেব ! যুগ যুগ খুদিংদা অমব ওইদুনা লৈহৌনবা মিংলেন অমা ননাহনা থোনজমগে। গঙ্গাবু লোৎতুনা থমখি খঙনবা 'গঙ্গাধব' হাযদুনা কৌজবমগে।"

"ইপা পেল্লে, নঙগী নপান্দগী ইপাসু নীংজবা থুংলে। লুপচবা ফংলে মন্দাকিনী গঙ্গা অশেংবনা। ঐখোন্দগা হেন্না শেংবা লৈত্রবনি, জোটা মনুংদসু দেবী গঙ্গানা মহুম পোন্দোন শাদুনা লৈজাব নুংঙাইনা।" মহাদেবনা অসি হাযবগা মখা খবা অমুক শমথবকই, "মন্দাকিনী গঙ্গা ! জোটা কোমথোকলবনি পাইথবকলো দেবা !"

"চো !" মন্দাকিনীনা শোন্থাংননা ওইনবদুনা হাযখৈ — "হৌজিক্তি ঐসে মন্দাকিনী গঙ্গা ওইদ্রবনি। অহিং কযা লমদনলুববী ঐবু মন্দাকিনী ওইবিব্রা?"

"হৌজিক্না হেন্না শেংলবনিনে প্রিযে !" মহাদেবনা হাযবকই — "দেব পুম্নমক্তগী মহা ওইববা মহাদেব ঐগী লুমলেনবী ওইজবা ফংবদি পুমশেং হেক্তা শেংলবীনি। ঙসিদগীদি নচা ভগীবথকী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রো, নঙবু "ভগীবথী গঙ্গা" হাযদুনা যুগ যুগ খুদিংগী খঙহৌবসনু। চৎলো চৎলো ফন হেক্তা চোংথখ্রো।"

চীংদোন্দা মহাদেব অমসুং মন্দাকিনী গঙ্গা অনীগী চিবোন ৱাবি - চীংখাদা লেপ্লবা ভগীবথনা কবিসু তাখিদে। দেবা- দেবী অনীগী মধুব মিলন ৱাথুপনে। 'মন্দাকিনী' মিংলেন মাঙখ্রবী গঙ্গা হেন্না শেংলবীনি। যুম্বানলোনগী ইৱাই ইনীল ফংদ্রবী নুপীদি, শেংলবসু সতী চিংদে। গঙ্গা সতীনি ! সতীগী শকলোন, লাইজ ঈশিংগী শক্তম লৌবদুনা মহাদেবগী জোটা মনুংদগী চীংখোঙ চীংখা তমলদুনা কাপথবা হৌবকলে। যাম্নাসু কনবা শাফু নত্তে,যাম্নাসু শোনবা নত্তে। লোইনাইদ্রবা ঈশিংগী পেবে অমা ফিঙৌ ফিদুপ্না পাইথবকপগুম্না জিবি জিবি চেন্থবকই, পাইথবকই। চীংখোঙদা ঙাইহাক লমদনবা ওইনা লাইজ ইকোম অচৌবা অমা ইতৌদুনা তুংলগা লৈখ্রে, ঈশিং অকবা অদু পুমনৈ নৈখ্রে, কোঙ্গোল ঈথক কযানি।

চীংদোল্দগী মহাদেবনা ভগীরথ তম্না য়েংথরদুনা হায়রকই – "ইপাগী ভগীরথ ! ঐগী ইশায়কোন্দা মন্দাকিনী গঙ্গানা লাইজ ঈশিং ওন্দুনা ইতৌরমলিবা ইকোম অসিবু যুগ যুগ খুদিংদা 'মান্স-সবোবর' হায়দুনা খঙহৌরসনু। মদুগী অর্থদি পূক্লিংগী অপাম্বা, নীংজবা থুংফম ওইখিবা পুথ্রি হাযবনি। মফম অসিসু অথোইবা তীর্থ স্নান ওইহৌরসনু। অদুগা ঙসিদগীদি স্বর্গগী মন্দাকিনী গঙ্গা অসে নঙগী নমিংনা মাঙ থংলগা "ভগীবথী গঙ্গা" হাযদুনা খঙহৌরসনু। নহাক্না পুথরকই হাযবা কাউদবা ওইসনু। নঙগী নপান্দগী স্বর্গগী শেংলবী গঙ্গানা ঐগী লৱায লেম্ফুদা হৈথবকপদা পূক্লিং হকচাং তুজংনা নুংঙাইখ্রে, সিদ্ধ পানখ্রে। ইপা পেল্লে, নমা গঙ্গা পুথখ্রো, মোইবুং খোংদুনা মাঙ থারো। নঙগী শাগে নাতৈগী অহল লমন পুম্নমক্না ভগীবথী গঙ্গানা শোকপগা চংনা স্বর্গ কাবা ওইবসনু ! হয়েং কলিগী যুক্তাসু ভগীবথী গঙ্গা পুবাণবু তাজবা ফংলবা, মসিগী তত্ত্ববু খঙনা মমা মপাগী উৎ অমদি চিন্তামনিবু গঙ্গাদা হেক থাদবগা থৱাযশিংদো অবান- খুভম ফংবা ওইবসনু ! নহাক্না শন্দোকলম্মুকো নোংকাবোন অসে।"

নিংথৌ ভগীবথনা নোল্লুক্না মহাদেব খুকুম্মী- "ফগনি দেব ! নযাথং পুম্নমক শন্দোকচবমগে। ননাই চৎচবে প্রভু!"

"চৎলো চৎলো ইপাগী ভগীবথ!" মহাদেবনা লাওথবকই- "চেনখৎলু, নমা অঙাওবী অসে চেন্থবা হৌখ্রে, নঙ মাঙ থাওনে। গোমুখী লোকনুংদা পুথখো, অদৈদি নঙনা থোকপা তৌজকবো।"

"ফগনি দেব !" ভগীবথনা অসি হাযবমলগা চেনখৎলকই, চেনখৎলকই, গঙ্গাগী মাঙ থাখ্রে। মোইবুং খোংল-খোংলদুনা চৎখ্রে।

অসুম্না গঙ্গা চেন্থবকই, মথং মথং তান্না লৈহৌবে। খুঙ্গং কযা, উমং কযা, দেশ কযা। লমখাংদা গঙ্গানা জাহ্নু মুনি থেংগাইকই। মুনিনা নুমিৎ কযানি গঙ্গাবু অমুক ফাকই। মুনিসু গঙ্গাগী নুংশি থৌজাল ফংজখি। মিংথোল অমা পীবকই "জাহ্নবী গঙ্গা!" মুনিগী মনাক্তসু জমদনবী ওইকই। কাইনথংদা, গঙ্গাগী ইচেল কপিল মুনিগী সুকদা চংখি। অবোইবদা, গঙ্গা সাগবদা তিনখি। সাগব নিংথৌগী মচাশিংগী উৎ মথৈ, গঙ্গানা চেপ্থখিদুনা গঙ্গা সাগবদা তিনখি। লানঙমদ্রবা থৱাইশিংদো চংনা স্বর্গ কাজবা ফংখিবনি। মসিনি ভগীবথী গঙ্গা মহিমা !"

শ্রীমতী বাধিকা দাসীনা মতাং অসিদা চপ লেপখি।

## ৩১

"অদুনা, ইবুংঙো পাখংবা!"

পন্দিত গঙ্গাদাসনা ৱাঙাং ফিজিল শমজিনবা ওইনা হায়রকই – "খ্বাই পুম্নমকসু তাবীয়ু ! আদি কালগী নোংকারোন অসি লৈবনা অমদি মসিবু মমুৎতানা খঙলবা

সাধু-বৈষ্ণব অমদি মীচম মীওই কয়াসু গঙ্গা স্নান তৌনরিবনি। গঙ্গাদা তর্পন কৎনরিবনি, মপা মপু মমা মন্দোনগী উৎ কৎলিবনি।"

"বাবাজি, হৌজিক্তি নচাসু ফজনা লৌশিং জ্ঞান ফংজরে।" পাখংবনা নোল্লুক্লা হঙ্গৎচৈ – "ঐগী অপোকপা ব্রাংখৈময়ুম বিধুগী শোরাৎ নিয়ম চুম্না শোঙ্ঙনিংঙি।"

"ইপানা শোনগনি, চৎসি গঙ্গা মপান্দা।" গঙ্গাদাস পন্দিতনা অসি হায়রগা ফুক হৌগৎলকই। মাঙ্গোলদগী কুমথখ্রে।

ইবেচাওবীনা মরক থৎতুনা হায়রকই – "বাবাজি অদুগা রাধিকাদাসী অনীগী মপান্দগী ননাই ঐখোয়সু মীৎ নাকোং ওইজরে। নহালখৈদি করি অমত্তা হেক খঙদনা অহল লমনগী উৎ, চিন্তামনি লংথরুই।"

চাওতোন্না অমুক হঙ্গৎচৈ – "বাবাজি ! ভগীরথী গঙ্গাগী মতেক খরবু হায়বদি নবদ্বীপ্তা চেল্লিবা শরুক খরবু সুরধুনী গঙ্গা কৌবিবসিনা মবম করিদগীনো ?"

"মদুগীসু পুরাণ লৈনে।" পন্দিত গঙ্গা দাসনা হায়রকই – "শ্রীমতী রাধিকা দাসীদগী তাহৌরে। ইপাদি কঙাওনববা ইচা পাখংবা আসিগী লৈখিদ্রবা মপাবুংগী অশেংবা মমিংদা পিন্দ কৎতুনা অচুম্বা ইবাৎ থৌনি তৌবীরুখিগে। গৌরাঙ্গ দাসকী মমিংদা কৎলবদি ব্রাংখৈময়ুম বিধুগী থব্রায়দি লানবা ঙমলরোই। ময়ামসু মসি খঙজিনবীয়ু।"

গঙ্গাদাস পন্দিতনা মাঙথরদুনা পাখংবনা তুংইল্লগা গঙ্গা মপান্দা তম্না খোঙশানখ্রে। শ্রীমতী রাধিকানা সুরধুনী গঙ্গা পুরাণগী লাতম (মথক্তা য়াওখিবা ব্রারী অদু) লীদুনা লৈহৌরে। ময়াম্না পুক্লিং খোইজংনা তাহৌই।

পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিগী আখড়াদা নুমিৎ খুদিংগী খন্ন-নৈনবগী মীফম ফম্মী। তীর্থ যাত্রিক কযানা হংলবা পুন্নমক সাধু মতৈ মনাওনা পেলহন্নবা হোৎনৈ।মবম অসিনা মফম অসি মী তিনবা হেঙ্গৎলকই, নোংমা নোংমগী। গঙ্গাদাসসু নমফুদগী অফাওবা পন্দিত ওইরকখি। মহাক পুমশেং শেংখ্রবনি। মহাপুরুষ ওইরকখি।

নুমিৎ অদুগী কাথা সভা নীংথিজনা লোইশিনখি।

## ৩২

ছুতি লৈতে !

নুমিৎ থাগী খোঙচৎ, ছুতি লৈতে ! ইঙা ইঙেল থব্রান লাংবল.... মথং মথং হৌখ্রে। য়াংখ্রপোৎনি, হন্না য়েংবীরমদে। য়ৈথোক য়ৈশিন য়াদে। মরক মরক্তা নুমিৎ অমদা থাবান অনী পানশিনবা য়াওই; হেন্না য়াংশিল্লি। নুমিৎ ৩৬৫ সুদবা চহীসু য়াওখ্রিপোৎনি। চৈরাওবৈ নুমিৎ সুই সুদে য়েৎনৈ। মমা ওইবীনা মচাবু মপৃংদা থাবুম তরা নাওপুরবসু নুমিৎ সুদবা য়াওই। নুমীৎ ২৮০ মুক্তনি, য়ৌদ্রসু য়াই !

ফাইবেল থা পানখৎলকলে।

অহিং নোংযাই চবুক্তনি। নোংকুপ খবা খিকই। অফবা মঙ্গল খুদমগী লৈ চাইবা হাযদুবা ? পানখৎলকপা থা মুৎখিবা কুইবে। মস্মী, শুক্লা মস্মী। মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা তাবকই – "হুঙাঁ! হুঙাঁ! হুঙাঁ!"

"হুঙাঁ! হুঙাঁ! হুঙাঁ!"

মিকুপ খবা চোন্থবগা অমুকসু তাবকই। গঙ্গাদাস বাবাজি লোংনা হিপলম্বদগী ফূক হৌগৎলি; খংপ্রেক হেক খংই। নিংদোল চোংঙি তিং তিং! মাগী কুথা মনুংগী লমযাইদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈবে। মহাক চংলুবা যাদে, চাবোকশঙদা সংসাবগী মাযা থাদোকখ্রবা সাধুনি, নুংলোনগী মাযা অদুনা তোঙানবা ব্রানি। অদুঙৈ মহাভাবতকী আদ খণ্ডগী মতাং অমদা, ব্যাস মুনিনা অম্বিকা অমদি অম্বালিকা অনীদা লোন্না হৈক শীখ্রিদুনি। কনাসু কবি অমত্তা হেক মকা লান্নখিদে। উনা, খঙ[illegible] মশক লোংনৈ। অদুদি শ্রী[illegible]াম নবদ্বীপ্পা গঙ্গাদাস বাবাজিনা [illegible]ৎখ্রিবা অবেনন যুগ্গাল অ[illegible]দু হেক্তা অমোং[illegible]নি হাযবা য[illegible], যা[illegible]নে [illegible] চুমখ্রবা ফিবেপ অমসুং খোগুথাংনি। অদুন্নদি ওইবগা পুংলৈ খোল্লে খঙনা চৎপা তাই।

মহাক যাম্না লাংতকনৈ। ঙাইঙমদে। পাউ তানিংলকই। নুপাবা নুপীবা খ[illegible]নংলকই। নুপা পোক্লনি হাযবা মহাক থাজে। মহাক্না উনবী পূক্লিং মনী নুমদিংবা মতমদা ম[illegible] নুপা অমত্তং ফংজনবা থৌনিখি। মাগী মনীংথোঙ (শ্রীমতী বাধিকাগী [illegible] [illegible]) [illegible] মহাক লেপ্লবে, মনাকোং থাংগৎ তনা তাই। [illegible]ঙ হাংদোক্লুনা চেম্থোক[illegible]নিং[illegible], চম্থোকপসু হেক যাদে। শ্রীমতী বাধিকা কুথাগী মাঙ্গোলদা গোপী লেপলি, [illegible] ঙাক্তৌ [illegible]সি হাযন্দি গঙ্গাদাস খঙই। গোপি কৌবগা হংনিবা খল্লি (হৈ গোপী! [illegible] [illegible] [illegible]পীবা! [illegible]ঙ্গবু নেনে, কালিসা! হেক শাওনিংবদো! পাউ পীবকউনে। ঐদি মিন্থন তিং তিং [illegible]লেমম খংদ্রেনে; নঙদি কবিসু নীংঙাইদনা কৈদৌবিবা ... মনুং চংলগা পাউ লৌবকউনে।)

অঙাং উন্নবিবী শ্রীমতী বধিকা শাবীগী মনাক্তা [illegible]ধাম ন[illegible]দ্বীপকি [illegible]মং চৎলবা কবিবাজ চন্দ্রবাবু অমদি মাগী লোযনবী চন্দ্রিকা লৈবি। মখোয় [illegible] [illegible] [illegible]কশিন্না, শোযদ ঙামদনবা হোৎনদুনা যেংখোম ফজবী মমীৎ মমায পা[illegible] ([illegible] [illegible]উনবে)। অদুবু মহাক মমীৎ পাংদ্রি, ব্রাস্থবি, মচাগী মশক উজদ্রি।

"হাই গোপী!" চন্দ্রিকানা গোপী কৌবদুনা [illegible]পা[illegible] চে[illegible] [illegible]বক খঙলাও অমক লাওবকই – "অমত্তা নত্তেনে, অনী সুবেনে।"

গোপীনা হাথু হাথু হংঙি – "হা! অনী সুবে হাযবা ? চন্দ্রিমা! নুপাবা নুপীবা?"

চন্দ্রিমানা হাযবকই – "পুংবানিনে, খুনু পুংবা! অসুম্বসি পংনা থোক্তবনি। অফবা খূদম নত্তে, গোপী।"

"পুংবা হাযদি কবিনো চন্দ্রিমা?" গোপীনা হংঙি।

"পঙঙিদা নঙসিদি। নঙবু ত্রিপুবী মানুষ নৎত্রো? অদুগা অদুক পঙবা!" চন্দ্রিকানা নোংশিল্লকই – "হৈ! অমদি নঙগীবা ?"

"বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! চন্দ্রিমা !" গোপীনা( চন্দ্রিকাবু চন্দ্রিমা কৌজে) খুম্মী।

চন্দ্রিকানা হাযবকই- "ইমানা ফাগী তৌবনিদা। নুপা অমগা নুপী অমগা। অসিগুম্বা মখলগী ফাইবোক পোকপসি...।"

"কৈদৌই, চন্দ্রিমা ?" গোপীনা পাখৎলপ হংজে।

চন্দ্রিকানা থযাইন্না হাযবকই - "কৈসু তৌদেদা। হৌবেন দোক্তবদা হংঙু, ঐদি মনুং থিৎনদি খঙদে। তৌবতবু পুংবা অসি লাপথোক্লা থম্বা ফৈ; চিংননিংঙাই খবসু লৈ।"

গঙ্গাদাসা বাবাজিনা ৱাবী ৱাতায অসি মুন্না তাই। মহাক নুংঙাইবনসু লুতোন শাৎলি। অহানবদা শ্বাই লাওকই। চন্দ্রিকানা গোপীদা তৌখিবা ফাগী - মঙোন্দা তিং পাল্লি। মথন্তা অমুক চিংলজে। মসিবু ওইবা যাবিদ্রা ? অমনা, আ ইম্ফালদগী ...অমনা শ্রীধাম নবদ্বীপুগী? লাইনীংলোন্দা মনুং মপান খমথেংনা খঙখ্রবা সাধুবাবা- হোৎবৎপা মতাংসু যাওবি। চাবোকলোন অমদি মীবোন পথাপ কাংলোনগী কুপশিনবা বিজ্ঞান থোইনা খঙদে। মক অমদি মাগী নত্তে, ফজবীনা লোন্না পুরকপানি হাযদুনা খল্লকই। মসিসু কবিগুম্বদা থোকখিবা যাওবিদ্রা ? থোক্কে। অদুবু সাধুবাবাদি হেন্না হেন্না চিংনবকলে ( হৈ গোপী ! নুপীনা হানব্রা নুপানা হানব্রা হংঙুনে ? অহানবা অদু ঐগী নত্তেনে। অকোনবগী অদুদি ঐগীনি,ইশানা যাবি। ঐগীনি, মীগীনি হাযদি কমদৌনা খঙনি। ঐ মানবা অদুনা ইচা ! মাংদবা অদুদি ? লংশেকখিবদি যাদে, যোকপীসিবা ? হুম কনাদনো অমদা যোকহনখিবা তাই। তোজিঙো ভাপ লাকই। যেংখোম ফজবীনা নোংমদা সৎ হেক্তা যাখিদ্রো .... মাগী চাবোন্নবা খংদনবা ওইবেকো! তৌগুমখ্রেদা ! অমদি মৃতুনজযগী মচা ওইনিনে, হযেং মমৈদা ঐবু হাৎলনিকো! অমবু ওইবে, ফজবীনা লুপ্রাবী শাদুনা ঐবু ফজনা কনবীখি মঙালসু যংহনদি। তুমলমদাইদা লৈবাক ... মথোন গেংলে। চীন নমদুনা লৈখিবা তাই। তৌবতবু নুপীনা হানবা ... নুপানা হানবং ... ... ঙনিংঙি। কৌগেদো, চন্দ্রিকা )

'হো ... চান্দ্রকা! সাধুবাবানা ... কৌকই। খুদক্তা মথন্তা মচীন মেনশিংজে (মাঙঙে মাঙঙে। কৌকবা যাদ্র হৈ, গোপী নঙবু অমুক্তদি হংঙুদা ! নঙবু যাম্না মীৎশিং নাশিংদাহনে, হে বুদু হংঙুনে।)

গোপীসু ঙবাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না যাচংবা মতমদগী কোইচেন চেন্দুনা কবিরাজ মতে মনাও কৌজকই। নুংশা থিজে। নুপীনা অঙাং উন্নবা মমাগী লাংফমনি। মাগী মমাসু মহাক্কী মশক উহৌদনা নোঙাখি। অদুনা মেন তাদ্রিখে চাক চাখিবোই খন্দুনা মপান্দা শংলির্বান। হৌজিক্তি মহাক্কী শ্বব হন্তুবে। নুংঙাইববা পাঙ অসি সাধুবাবাদা তমজানিংঙি। মহাক্না সাধুবাবা তুমলমগনি খল্লি। চুম্মী, চুমতিংবা পুকচেলগী ৱাখলনি।

গোপীনা তফিং তফিংনা হংলকই – "চন্দ্রিমা ! নুপানা অহল্লা নুপীনা অহল্লা?"

চন্দ্রিকানা হাযবকই – "মিকুপ খবা কান্নবগী ৱার্তানি। ফাইবোক পোকপদদি অহল, মনাও থোইনদি হাযনদে। অদুবু মিকুপ খবদং হানবনা অহলনি হাযনৈ।"

ফল্লাংদা নাথেৎনবিবা গঙ্গাদাস বাবাজি খোইদৌ শাওগৎলি। মচীন থিনিংলকই (হৈ হিংচাবী ! অদুবুদি ঐসু খঙইনে। কনানা হানগে হাযবদুনি খঙনিংলিবা ! ঐগী নত্তবদো নঙ পুজখোনে। হংঙুনে, গোপী অমুকসু ! নঙসু সৎ সৎ হংবা যাদ্রো ?)

"নুপানা হানদ্রনে, চন্দ্রিমা ?" গোপীগী ব্বাহংনি।

মসিসু সাধুবাবা তাই, সুগৎলি (ছুং ! ব্বাহংদো ওন্নরে গোপী ! নুপা কোনগনি। ঐদি নুপা পোক্লবা থৌনিরগা হুনখিবা হৈরেনিনে। খুম্মুনে, প্রপ প্রপ চন্দ্রিকা নঙসু।)

"নুপীনা হান্না পোকই, গোপী !" চন্দ্রিকানা ঙাইহাক লকক তৌরগা, খুম্মী।

গঙ্গাদাস হরাওবনা লুতোন শাৎলি, মযা কাথোক্তুনা লাওগে তৌকই, মচীন মেনশিঞ্জে, মখুৎবাক্লা (ইস ! নুংঙাইদা ! ঐনা হাযদ্রা ? কোন্না পোকপা নুপাদো, ইচানি। নুপীদো পুজখ্রো, চন্দ্রিকা নঙ।)

"চন্দ্রিমা ! বাবাজিদা পাউ পীগেদো।" গোপীনা চন্দ্রিকাদগী যাথং লৌবা ওইনা হাযবকই – "মশূ অনী ফংলে তাবদা নুংঙাইজগনি।"

চন্দ্রিকানা হাযরকই – "পীযু পীযু, ঐসু পাউখুম অমা তানিংঙি। বাবাজিসু কৌদুনা য়েংঙু অমুক্তং।"

"বাবাজি!" গোপীনা বাবাজি কুথাগী মনীংথোঙদা চংশিল্লক্তুনা লেপ্লগা অমুকসু কৌরদুনা হায়বকই – "হো বাবাজি ! বাধামা মমীৎ মমায পাংলে। অঙাং অনীনি, নুপা অমা নুপী অমা ! চন্দ্রিমানা অসিগুম্বা চাবোকসে খুনু পুংবা কৌইসু হাযনে। অফবা খুদম নত্তেসু হায, পংনসু থোক্তে হাযনে... তাবিবিব্রা বাবাজি ?"

বাবাজি তাই। খুম্বা যাদে। থোঙযা পাউদাবী হাযবসু খঙহনবা যাদে। মাগী শৈয্যাদা চংশিন্দুনা তুমশিননৈ। নাখোকই - খোবো খোবো।

মীতেক মীবৌ খঙলবী চন্দ্রিকানা খঙহৌদনা নাখোকপা মখোল তাই। মঙক নোম্মী। (ঐদি লোইনা খঙইনে সাধু চেংজংবা ! লোন্না ফোটো নমখিবদো ঐনিনে, ঐ ! অদুবু কনাদসু হাযদোকপীবোই। নঙবু মীংচৎ থিহনগে হাযদুনসু খঞ্জদে। ঐদি মহৌশাগী ফজবা থি থিদুনা ফোটো কাপ্পা যাম্না পামজখি। কবিরাজ সাহেবকী কেমেবা লৈ। ঐনা অযাম্বা মতমদা শিজিন্নৈ। নুমিৎতুসু সুবধুনী ঘাট্টা ফোটো কাপ্পা লাকখিবনি। নুপী অমা চংখিবা উবদগী চিংনদুনা লোন্না চংলকখিবনি। ঐনা লুমলগা ফজনা ফোটো নম্বীখিবনিদো, বাবাজি! কলিকাতাদা চামলুবগা পোবকএ। ঐগী নুপাদসু খঙহনদনা লোৎপীবি। ঐনা হায়জবা অমদি যাবীযুকো ... নৎত্রবদিকো।) চন্দ্রিকানা চীনবালথোংদা হাযবকই – "গোপী ! বাবাজি চেপখ্রমাল্লে। হযেং অয়ুক অঙনবদা পাউ পীবোদা।"

"হৌজিকমক হেক পীনিংবনি, নচাদি।" গোপীনা খুম্মী।

"ফরে, ফরে ইমা পীরগে।" চন্দ্রিকানা অসুম্না হায়বগা 'অহম' হায়দুনা খৌদেম্মী অদুগা ঙাংলকই - "বাবাজি ! লাইবক ফৈদা ! নশূ অনী ফংজবে। ঐদিনে অসুক কুইবসে ইচা অমত্তা মীৎতা উজদ্রি। নচানুপা কবিরাজসু নুপী অমা থিযু যাদে, মচাদি পাম্মী, শোম্নরিবসে ঐঙোন্দনি। ফাইবোক পোকপসি মমা ব্বাবনি। নশূনুপী অহল অসে ইচা ওইনা মৈনিং কুঞ্জকরগে, য়াইদনা ? অসিগুম্বা খুনু পুংবা পোকপা অসিদি মচীন মৌপ্পা লৈমিন্নহন্দবসু ফবনি। মনোবিজ্ঞানিকশিংগী লোন্দা "ত্বিইন কমপ্লেক্স" হায়বা অমা লৈবনিকো। মসি থোকহনগুমসি। হুদুনা পুবদি নত্তে, মপু তাকচরমলেকো।"

সাধুবাবা তাই; নুংঙাইসু নুংঙাই, শ্বাইসু লাওই (ইস! লাইসি লৈকো! মপুসু পল্লিনে, চন্দ্রিকাসিবু সমিন ফংখিজাৎলা! অমবু ওইরে ফরবনি। নুপী অসিদি ইচাসু ওইররোই, ইম্ফাল মরুনি। নুপীদি ঐ কয়া পামদে। মীগী মতু ওইনবা পোকপনি। ইহে! ব্রাখল অদু লাল্লি। ঐসু মীগী মচানুপীদা ইতু ওইরুইকো! ফরে, ইচা পিবাদি লন অথোইবনি, মাগী মপান্না ঐসু র্স্বগ কাদৌরিবনি। চিতা মৈ চুবসু নুপানা! পুজল্লো, পুজল্লো, ঐ খঙশিন্নররোই। নঙদা থুনা চৎখ্রোনে চন্দ্রিকা!)

সাধুবাবা হেন্না হেন্না নাখোককই।



"গোপী! ইমাগী গোপী!"

চন্দ্রিকানা গোপীবু নুংশিনা অমসুং কল্লক পেন্না কৌরগা হায়বকই – "নঙসু তাউনে, সাধুবাবানা হৌনা হৌনা নাখোকইসে য়ারে হায়রিবনি।"

গোপীদি কয়া যানিংদ্রি, হায়রকই – "বাধামানা থিরকলদি কমদৌবা? বাবাজি য়াবে হাযসিবু কমদৌনা খঙবিরিবনো, চন্দ্রমা?"

"খঙই! ইমা খঙই।" চন্দ্রিকানা হাযবকই – "ঐসে কবিবাজগী নুপীনি, চাবোকপগী বিদাসু তম্মুবরনি। তশেংনা তুমখ্রবা মীনা নাখোকপসু খঙই, তুমশিন্নবা মীনা নাখোকপসু ইমা খঙই। বাবাজিনা নাখোকপগী মখোল অসে খংলেপ অমুক লেপখ্রিবসে যাবে হাযবিবনিনে।"

সাধুবাবা বা ঙাংনিংলকে, মচীন লেশিংগে; নাখোকপা অদু খঙসেপ লেপরে (মসি নুপীশিংসু এহানিনে! খিৎতা পুখ্রোনে। নংগী ত্রিইন কমপ্লেক্স অদু ত্তলা ঐ খঙদে। ইচা নত্তেনে, নুপীনে. গোপী! পীথোকখ্রেনে।)

ত্রিইন কমপ্লেক্স হায়বা অসি শা উচেক্তা লৈবগুম্না মীওইবদসু লৈরিবনি। ফাইবোক ওইনা পোকমিন্নবা মচীন মনাও হাযবা অসিমক্তবু যাম্না নুংশিনৈ; অমনা অমবু উদবদা লৈঙমদে; থাদোক্লবা ঙমনদে। কবিগুপ্বদা, তাযোন্নবা থৌদোক থেংকলকপা য়াওই। নুপী মচীন মনাও নুপা অমত্তগী তাল্লোয় ওইমিন্নদুনা লৈমিন্নবা য়াওই নৎত্রগা নুপী অনীদো পুংবা ওইদুনা পুল্লি চুপ্পা লৈমিন্নবা য়াওখি। মতৌ অসুম্না ফাইবোক পোকমিন্নবা নুপা মচীন মনাওসু নুপী অমত্তদা অপুনবা তাল্লোয় ওইমিন্নবগী অপাম্বা লৈরকপা য়াই নৎত্রগা পুংবা! নুপা অমগা নুপী অমগা ফাইবোক পোকমিন্নবা অসিনা হেন্না মিপাইনিংঙাই ওইরকই। খুনুসু মপী মপা অমতনা লাবা অমোম পুংবা ওইনা পোকই; অনী অদু অমুক যুম্বান্নে। মতৌ অসুম্না খুনু পুংবাগী মওংদা পোকমিন্নবা ফাইবোক পুংবাদো ত্রিইন কমপ্লেক্স অসি থোকনিংঙাইনি, থোকখিবসু লৈ। অয়াম্বনা খায়দোক্লা লৈহন্নে।

গোপী লুখম খোৎলি – "খঙদ্রেদা চন্দ্রিমা! তৌবুদি বাবাজিসু নাখোকপা লেপত্রে, য়াবমাল্লে। অদো বাধামাদি ?"

সাধুবাবা শ্বাই লাওই (আইপা ! পঙঙিদা ঐসে ! ইচীন মেল্লুবে। অমুক নাখোকএ, হুবানবা নকোক্তা নাপী পকই হায়দো তাবনি। হোযদহৈ, নাখোকলবোই।)

"তাউ, তাউ... তাদ্রে সাধুবাবাগী নাখোকপা! চেপ্পা তুমলবিনি।" চন্দ্রিকানা নোকফেৎ তৌবগা হাযবকই – "গোপী নঙদা তুম্মিন লৈযু। নঙগী বাধামা ব্রাম্ভবি, জ্ঞান তাহৌদ্রি। মাদি অনী সুই খঙদবনি। নঙ বাবানা হীদাক কাপ্পুনা যেংহৌবি।"

গোপীনা পাখৎনা হঙ্গৎচৈ – "অদো, চন্দ্রিমা ! বাধামানা খঙলকলবদি অমুক থিনবীবকউকো। মমা ব্রাগনি হাযববনিনা মতম খবা যোকপীকবো।"

"হো হো অদুম যাওদনা।" চন্দ্রিকানা হবাওবা উৎতুনা হাযবকই – "যেংঙোই গোপী ! কবিসু চিংনকনু। নঙ পাবুং ইবানী মণিপুব থোকখ্রনি। ইনেম ইকুনা কৌবকলে। যুম ইংখোল সম্পৎতিগী মপুসু নঙ পাবুং মতোমতনি। হযেংমক চৎশ্রগে।"

"খঙদে, খঙদে, চন্দ্রিমানা ফৈ হাযবদো তৌবীবো, ঐদি মনাইনি।"

"ইমা নবদ্বীপ থাদোকলনি, মনা মনিল কবিসু নাইবোই।"

কবিবাজ চন্দ্রবাবু অমসুং চন্দ্রিকা অনীগী নুংশিং বাবী অমা লৈ। শ্রীধাম নবদ্বীপ অসি কবিবাজ (লাযেংবা মাইবা) তম্বগী মমিং চৎপা মফমনি। চন্দ্রবাবু কবিবাজ তম্বা লাকপনি। চন্দ্রিকাখোযগী ইমুং মনুংদি মণিপুব বাজবাডী মনাক্তা হান্নদগী খুম্দাদুনা লৈববা কাঙবুনি। চন্দ্রিকা অসি কোললিক যোনবা গৌবমোহোনগী মচানুপীনি। চন্দ্রবাবু গৌবমোহোনগী মযুমদা ভাবা লৌদুনা লৈবকই। মসিদা চন্দ্রিকা অমসুং চন্দ্রবাবু নুংশিনখিবনি। অহল লমন খঙনা লুহোংঙি। চন্দ্রবাবু যাওং ইন্দুনা লৈবকই। কাইনথংদা, মশেন নুপাশিংগা নুংঙাইনখিদে। তোঙানবা ভাবা যুম লৌদুনা লাযেংশঙসু হাংলগা লৈবকই। মহাক মণিপুব চৎনিংবা কুইববনি। অদুবু খুঞ্জাশিংনা থামদুনা মতম কুইনা লৈবকপনি। মতমগী মতুং ইন্না শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা দোত্তব লৈবকলে। অদুবু চন্দ্রবাবুগী মযেং তাবা লৈতে। মমা মপানসু মথন্তা পোকচবা মচাবু কৌথোকপা কুইবে। মচলনুপী অমবুদি লৈ, বাঙ্গালী ওংঙি। নিঙোল মব্রা ওইবিবা বাঙ্গালী অদুসু যাওং ইন্দুনা লৈবি। মমীৎতা মশ উজদ্রবী অহল অনীনা চন্দ্রবাবুগী নুপী অতোপ্পী অমা থিনবসু হোৎনবি। মসি চন্দ্রিকা খঙই। অদুনা শ্রীমতী বাধিকাগী মচানুপী পুবগা চৎনিংলকই। মাগী হেক পোকচবী মচা নুপীনি হাযবদু উৎনিংঙি। মতম খবদি কলিকাতাদা লমদনগেসু খল্লি। কবিগুম্বা চন্দ্রবাবুনা নুপী অতোপ্পী থিশ্রবসু সাধুবাবাগী মচানুপী অসিমদি মহাক্কী মচা ওইজগে হাযদুনা খনখ্রে। মহাক্লা নহালখৈ ফজবীগী মশা মউ যেংবী, ফাইবোকনি হাযবা খঙই। হাযদোকখিদে। অমদি মহাক্কী ওইগে খল্লকই। তশেংনা হেক ফজবীদা হাযকববদি য়াবোই হাযবসু খঙই। ফাইবোক পোকপী মমাশিংনা অনী যোকপা ব্রাই খঙলবসু মচা অমত্তবু পীথোকনিংদে। মসিসু চন্দ্রিকা খঙই। অদুনা অঙাং অমদি হুদুনবু ওইববসু পুবগে লেপখ্রবনি। ঙশাযনা মচি অমদা থৈদোক্তুনা থমখ্রবনি। মপুবোইবদা পাউ অমত্তংদি পীবমগে খন্দুনা ইমুং চংলকলে।

"চন্দ্র !" চন্দ্রিকানা মপুরোইববু মচি অমদা কৌথোকলগা হায়রকই — "গোপীসু, সাধুবাবাসু য়ারবনি। অঙাং অমদি পুরসি, ইচা ওইনা মৈনীং কুল্লুরগে।"

"চন্দ্রিকা! হয়েং তুংদা ৱারু নুংজু থোকঅদি ?"

"থোক্তনবা শিঞ্জগে।" চন্দ্রিকানা মখা তানা নোৎশিল্লকই — "ইচাসু পোল্লুরোইদবী ঐনা ইচা অমা য়োকচবসিবু য়াদ্রনে ?"

"য়াইনে, তোল্লবী মমা অসিনা ৱাহৌগদবা অদু খল্লগবুদি নঙগী ৱাফম অদো য়াম্না মীনুংশিংগী ৱানিনে। অদুদা...।" চন্দ্রবাবুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই — "কনাগী মচানোসু খঙদনা ইচা হেক ওইনা য়োকপা অসিবু।"

"এঃ মী পীকথন্না অর্নাথি আশ্রমদগী অঙাং লৈরগা য়োকনৈনা ...।" চন্দ্রিকানা শমথবদুনা হায়রকই —"ওইনীংবা মপাগী মচা ওইসনু। পুন্যধামদা মঙাল ফাওবকপা অঙাংদি অচম্বা অঙাং ওইরোই। অদুবু অঙাং অসিগী মরী মখোঙ ঐ খঙই, মঙাল নাইবা মপাগী মচানি; ঐ কো৷া ৱারী তৌগে। ঐ পুরেকো ! মীনা অঙাং হুরানবীনি হায়গে হায়হৌরো। ঐ চৎলমলগে। শ্রীমতী রাধিকা য়েংশিন্নবা আয়া অমা থাবীবক্নে।"

"ফরে, ফরে, নঙনা মরী মখোঙ খঙলবদি য়ারে।"

মমা ওইজনিংবগী ঙাওবৰী চন্দ্রিকানি। মপুরোইবগী ঈঙ্গিৎ ফংবদা হেন্না নুংঙাইখ্রে। মমাদগী নাথৈদুনা থমলিবা নুপী মচা অদো ফিনুংদা লোৎলগা ইমুংদগী মপান থোকখ্রে। চন্দ্রবাবুদি শ্রীমতী রাধিকা জ্ঞান তারকপা ঙাইদুনা লৈহৌরে।

"চন্দ্রিমা... !" গোপীনা কৌজে। মখা তাবদি ঙমদ্রে।

"হৈ গোপী। নঙ তুম্মিন্না লৈয়ুকো।" চন্দ্রিকানা পাউমেনবা ওইনা হায়রকই, "নঙগী নচীন্দগী সমিন খিত্তং কাংলবা .... চন্দ্রিকা ঐবু ফত্তে হায়জনু। ফাইবোক্তি মচা লৈজদবদা দান তৌরগা মহৈ চাওই হায়নরিবনি। মসিবু অথোইবা পুত্রদান কৌনৈনে।"

"দানদি নত্তেদনা, চন্দ্রিমা!" গোপীনা য়ানিংদবা উৎতুনা শমথরকই — " লোৎনা পুখিবনি হায়রোইদ্রা?"

চন্দ্রিকানা হায়রকই — "হুরানবা কৌদেনে অসিদি। মপু তাকলম্মীনা, নঙোন্দসু, বাবাজিদসু। হয়েং অয়ুক বাবাজিদা নঙনা লোন্না ৱারী তৌজৌ, মদুদা য়াদ্রগা হেক্তা হনবীরক্নে।"

সাধুবাবা সুকতুম তুমদে। করম্নসু তুম্বা য়ারুগনি। মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা মিকুপনি। নুপী মরি খাইনথ্রবা মতংদা মঙাসুবী নুপীনা মচা অনী পোকপদা, নুপা অমদি মাগী শোয়দ্রে খঞ্জবগী হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজে। নুপী অসিদি মচা নত্তে হায়দুনা অদুম খনখ্রে। চন্দ্রিকানদি ঙাইহাক লৈতনা 'মপু' পল্লি। মসিদা মহাক্না চিংনরিবদি চন্দ্রিকানা মাগী অরোনবা লোনচৎ খঙখ্রে হায়দুনা খঞ্জে। মমা ৱাদনবা অমা পীথোকখিবা কায়দ্রে হায়দুনসু খল্লে (গোপী ! মনা মনিল নাইদ্রিঙৈদা খিৎ পীথোকপ্রোনে নঙবো৷ নুপীদি নোংমা চৎখিগদবনিদো। ইচানুপা অমা লৈরগা য়ারেনে।)

"খঙদ্রেদা চন্দ্রিমা !" গোপী লুখম খোৎলি।

চন্দ্রিকানা হায়রকই – "য়েংঙো গোপী ! নঙসু শ্রীকৃষ্ণ হেক পোকপগা গোকুলদা থৈবগী ৱারী তারেদনা।"

"অহোয় তাজখ্রে।" গোপীনা খুম্মী।

"মমৈ মকোক ওম্বোক্লবগী ৱাতনি। নুমিৎ অদুদা যশোদারানীনা নুপী অমা পোকই হায়বা মশা খঙখিদে। শ্রীকৃষ্ণনা মহুৎ শিনখিবনি।" চন্দ্রিকানা শমথরকই – "ঐনা পুরিবী অসিনা যোগ মায়ানি, শ্রীকৃষ্ণনদি মমাগী মনাক্তা লৈহৌরবনি... নুপীদি মায়ানিনে, মায়া ! অমবু ওইরে পুরে পুরে।"

চন্দ্রিকা পম্থরমদ্রে। নোংকুপ মরক্তা বাসুদেবগী শক্তম লৌরদুনা ফিনুংদা মচানুপী শকলবী অঙাং অদু লোৎলগা প্রপ প্রপ চেম্বোকখ্রে।

মপুন্সিগী ওইদবা ঙাংদবা গোপী লুখুম খোৎলদুনা শোঞ্জে – "রাধামাগী মফমদা ঐবু ওইদবা ঙাংবা তারব্রা? মহাক্লা খঙবীরমদ্রবদি ফৈদো। করিগুম্বা হেক খঙলমলবদি কমদৌবা? হোয়দহে; শিখ্রে হেক্তা খুমলগে।"

চন্দ্রিকানা অঙাং পুরগা থোরক্লিঙৈদা সাধুবাবাদি মমাঙথোংদা তুম্মিন্না থোরকলগা হোজংদা চন্দ্রিকা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

"এঃ বাবাজি!"

চন্দ্রিকানা খংপ্রেক খংবোই করিবোই চপ লেপ্লুনা কৌরগা হায়রকই – "ইচাসে মুনদোইরা ?"

গঙ্গাদাস বাবাজিনা হায়রকই– "চন্দ্রিকা ! পুখ্রো য়ারে। মশক অদু অমুক্তংদি য়েংহৌগেদনা।"

চন্দ্রিকানা নৌথরদুনা হায়রকই – "মমা মানদৌরি, মশক ফজনি। বাবাজি ! নচানুপীসে মমিং অমদি থোনবীয়ুদনা।"

"ঐগী ইচা !" গঙ্গাদাস বাবাজিনা পাখৎপোই করিবোই তৌরদুনা মখা তারকই, "করি ৱানোনে, চন্দ্রিকা !"

"ঙাকপীগনি ! নশূ নুপীসে য়েংঙোসে।"

"মৈসু য়াওদনা করম্না উগনি ?"

"মতাং চানা নোং মমীৎ অমুক্তংদি ফাকপীরকউদা। লাইগী মতমদদি ফাকতাইনে।" চন্দ্রিকনা অসি হায়রগা ফিনুংদগী অঙাং মমায় উৎলি।

নোং মমীৎ ফাকপীরক্লে। গঙ্গাদাসনা লুকথরগা য়েংঙি, অমম্না ওইরবসু থৌরবা মমীৎ অদুনা মশক হায়ফেৎ উজে। মীচাবু ওইরসু, মচাবু ওইরসু, পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংবু নুংশিদবা য়াওব্রা? সাধুবাবাসু মীনুংশি পোকই, নোকফেৎনৈ।

"কয়া নুংশিরবা !" গঙ্গাদাসনা অসুম হায়রগা হরিনাম কান্নীখি (চৎলোকো ইবেম্মা! য়োকচবী নমাগী মনাক্তা পুক্নি নুংশাংনা নুংঙাইনা পাল্লুকো!)

"বাবাজি মমিং অমত্তংদি থোনবীয়ুবা, নশূসে।"

"মমিংবো ...।"গঙ্গাদাস বাবাজিনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই -"সুরধুনী হেক কৌরে! সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা পোকখি খঙনবা । শ্রীমতী রাধিকা নীংজবদগী ফংজখিবনি অদুনা মমিং অমসু থোনবা য়াইনে।"

"মদুসু থোনবীয়ু, হয়েং অপাম্বা অমা খঙ্গরুগে ।"

"শ্রীমতী কুমারিকা হেক কৌরো।"

"মদুনদুম হেন্না ফজেনে, বাবাজি!"

চন্দ্রিকানা মচানুপীদো ফিনুংদা চেজেৎ কোনশিল্লগা কৌজে – "ইমাগী ইবেম্মা, শ্রীমতী কুমারিকা ! সুরধুনী গঙ্গাগী মতৌগুম্না শেংলবী নঙগী অশেংবা নপাবুংদি কনানো খঙলব্রা ? ইমাদি খঙইদো।"

"চন্দ্রিকা ! নুপীমচা অদুগী মপাদু কনানো ? নঙবো খঙলাকপ্রনে ?" গঙ্গাদাস বাবাজিনা মখা তানা নোৎশিল্লকই – "নঙবু তশেংনমক খঙব্রনে ?"

চন্দিকানা হায়রকই – "খঙই ! শ্রীমতী রাধিকাদি শেংলবী নুপীনি। বাবাজি ! তোঙান তোঙানবা মপা অনীগী নুংশি হৈরুনা তোঙান - তোঙানবা মচা অনী ফাইবোক পোকপা হৌনদে। বাবাজিনা খল্লিবা ব্রাখলদো লাল্লি। শ্রীমতী কুমারিকাসু সাধু বাবাগী শেংলবা হৈরুনী ! সুরধুনী গঙ্গা মাইয়াগী অবতারনি খঙ্গে, নচানা।"

"নঙদি কমদৌনা খঙলিবা, চন্দ্রিকা ?"

"মঙদা ফাওখিবদি নচ্চদে। নচানা গধর্ব্ব বিবাহা উজহৌই। অদুবু চীন নমজগে। সাধুবাবা অমদি শেংলবী রাধিকাগী শেংলবী ইচানুপী অমা পীনবিরে।"

"তথাস্তু ! তথাস্তু! " গঙ্গাদাস বাবাজিনা চন্দ্রিকাগী মকোক্তা নম্থরদুনা হায়রকই, "ইশানা য়ানা পুত্রদান তৌখ্রবনিনা নচা শক্লা য়োকচরুরো ! নঙনা নমীৎতা নচা উনিংবগী ঙাওজবগুম্না ঐসু ইচা অমত্তং ফংনবা চহী মঙা লাইনীংখিনি। মঙাল ফংলে, ঐদি শিরবসু য়ারে অদুবু শিখিরোই ।"

"হৌজিক্তি অনীদুম ফংলে।" চন্দ্রিকানা মখা শমথদুনা হায়রকই – "হিংবীখো হিংবীখো.... নচানুপীনা লৈশাবী ফাদ্রিফাওবা হিংবীরমখো, নোংমা খুরম্বা লাকচগে। চৎলে চৎলে, বাবাজি!"

"ইপাই ইবেম্মা সুরধুনী !" সাধুবাবানা খোম্থাং হিক্লা হায়হৌই – "শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী নমা ইবেম্মগী মনাক্তা নহাকসু নোংমদি হল্লকউকো (ওম্থোকইদা ! চন্দ্রিকা অসিনা লৌনম তৌদুনা ঐবু চিংনহল্লগা ইচাবু হেক পুখিদা। প্রিয়ে রাধেনা হংলকলবদি ঐনা করি পাউখুম পীগনি। ইস ! মুনিসু ভ্রম ! ঐসে পংঙিদা। ইচাবু ইচা নত্তে খল্লুইদা।)"

"লাকচৈদা, চন্দ্রিকা !"

গঙ্গাদাস পন্দিতনা অসুম্না অমুকসু তকসি শোন্দুনা চন্দ্রিকাবু য়েংদুনা লেপহৌই। মথন্তা অমুক নুংখন্নে (অমবু ওইরে, কুমারী য়েংখোম ফজবীগী পুন্সি- ঐনা উদ্ধার তৌবীরে। মহাভারতকী অম্বাদৌনা মহাক মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিবদি শিদ্রেদনা । ঐনা শাইদাংফম পীদুনা মপুন্সি কনবীরে। ৰানাইখণ্ডবী হায়বা অদুদি ওইখ্রে। চুমদব্রনে ঐগী ফিরেপ? চুম্মী, য়াম্না চুম্মী। অসুক চংখোনবী নুপীবু মাণ্ডহনবা হৌনব্রদো ? হৌজিক্তি মহাক শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী হায়বা মিংথোলসু ফংহল্লে। মান্নি, মহাক নবদ্বীপ ওংবীনি, ঐঙোন্দা ওংবা নত্তে, ঐহাক মাগী মৰা মপুরোইবনি হায়দুনা ফোঙদোকপা য়াদ্রি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা খুন্দাদুনা লৈহৌরসনু মাগী চারোন শৃবোন। ঐসু মাগী মপান্দগী মপা অমা হাযবা অদু ওইজবা ফংলে। মহাকসু মচা অনীগী মমা ওইজবা ফংলে। ঐসু, মাসু, পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি; লাইনীং মপূং ফারে। যুম্বাল পুন্সি মশক খণ্ডদ্রবদি ঈশ্বব মশক খণ্ডদে হাযবদো চুম্মীদা; চুমদ্রনে ? হৌজিক্তি ঐহাকসু মাযা থাদোক্লগা চৎখিবসু ঙমলগনি; ইহুৎ ইবেং শিলহৌনবা তলা পামেল থারমলে। নত্তে; ঐহাক লম্বোইবা চেংজংবা ! পুন্য তানবা লাকপনি, পুন্যধাম অসিদা ! পুন্য ফংলে, পাপসু তৌবে। পাপ পুন্য অনীমক মশক খণ্ডদ্রবদি পুন্সি কৌদে। ঐ গৌতম নত্তে; পীকলিবা ইচাবু হুন্দোক্লগা চৎখিবোই, ঐ নিমাই পন্দিতসু নত্তে; বিষ্ণুপ্রিয়াবু লংশেকলম্লগা বৃন্দবন্দা চৎখিবোই। হে, নদীযা বিহাবী ! পুম্নমক নহাক্কী লীলানি। থংজনবদি নচ্চদেকো ! লাল্লব্রনে, ননাইগী ৰাখল ফিরেপ ? লান্দে, লান্দে প্রকৃতি পুরুষ অনীনা অমত্তা ওইরগা অনৌবা প্রকৃতি পুরুষ অমুক শেলমদ্রবদি সংসার অসিবু লৈখিদ্রনে ? লৈরোই, লৈরোই, নুংশিবতনা সংসাবৰু পুল্লিবনি। নুংশিবা যেঙ্খোকপা তাই, মখল মথেল; মদুতনা অথোইবা লাইনীং ধর্ম্মনি।)

পন্দিত গঙ্গাদাস মমায় লৈথোরকলে, প্রপ প্রপ চংশিল্লকই; চপ অমুক লেপ্লী (শ্রীমতী রাধিকা অদুবু কমদৌরিগবা ? মমানা অঙাং উন্নবা হায়বা অসি তম্না ঙমদবা লাংফমনি। মহাক জ্ঞান তাহৌদ্রিসু হায়রম্মী, চন্দ্রিকানা। ঐবু কমদৌসিবা ? মনাক্তা চংশিন্দুনা ঐগী অনৌবা মপোক ওইরবা ইচাদো মশক অমুক্তংদি য়েংজনিংখ্রেদা। সুবধুনী মাইয়াদা পাউ পীরুবা তাই; পুম্নমক মহাক্কী মহিমানি !)

গঙ্গাদাস পন্দিত, প্রপ প্রপ অমুক খোঙশাল্লকলে। সুরধুনী ঘাট্টা কুমথরকলে; ঈশিংদা লাইবক কৎলি– "হে সুরধুনী গঙ্গা মাইয়া ! খুনু পুংবা মচীন মৌপ্পা অনীবু অমুক উন্নহনবীয়ুকো। ইপাই ইবেম্মা সুরধুনী ! ইপাবু ৰারৌগনু। নহাক অমুক হল্লকউকো সুরধুনী গঙ্গা মপান অসিদা।"

সুরধুনী গঙ্গানা পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিগী পাউমেন তাই, পাউখুম পীরমদে। তপ্লা তপ্লা, লীরি লীরি চেম্থখি।

সুরধুনী গঙ্গা চেম্থরি !

—

# অয়িবগী ৱারোল

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চেল্লিবা 'সুরধুনী গঙ্গা' মপান্দা লোকেসন অমসুং সেট্টিংওইরগা, ৱাশেম ৱারী (নোভেল) কয়া ইথোক্নে হায়দুনা নীংলকপা কুইরে। **'শ্রীধাম নবদ্বীপ সেরিজ' নৎত্রগা 'শ্রীমতী ত্রিলোজি'** থোনসিরা খল্লি। য়ুম্ফম ৱারী কয়াসু লৈরে। মেন প্লোট্টগী মশা লোংথোরকপা সব-প্লোট কয়াসু লৈরবনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ অসিমক থোইদোক হেন্দোক্লা মৈতৈশিংগীসু য়াম্না মরু ওইবা তীর্থস্থান অমনি। মফম অসিদা, মণিপুরী মৈতৈ কয়া খুন্দাদুনা লৈখি; হৌজিকসু লৈরি। ফজরবা, নুংঙাইরবা ৱারী কয়াসু তাজখি। 'নবদ্বীপ লল্লোনবা' (তীর্থ যাত্রিক খূৎপুগী লুচিংবা, গাইদ) কয়াগী তোঙান তোঙানবা ৱারীসু তাপ্লবনি। অতৈসু কয়ানি। ঐগী পারী পুরীগসু নকশিন্নবা ৱারী অমা লৈ।

সুরধুনী গাঙ্গাদা স্নান তৌরবদি পুমশেং হেক্তা শেংঙি হায়দুনসু খন্নে। চুম্মী, য়াম্না চুম্মী। অমোৎপা পুন্সি কয়াসু রিফাইন তৌথোকপা য়াই। মহাতাকু কয়ানা সাধু, সন্ন্যাসী ওন্দুনা অরান-খুভম ফংখিবসু য়াওই। সমাধি মন্দির নৎত্রগা শ্রীঘর চনবা নুঙপাক্তা, মমিং মথা হক্তুনা থমলম্মী। লনশোৎপী কয়াসু নবদ্বীপ্তা লোৎতুনা লৈখি। লাইশঙ মন্দিরগী ফক্লাংদা, লৈমায়দা নেম প্লেট কয়া থেৎলম্মী, দেবদাসীগী মিংথোল ফংখিবসু কয়ানি। হিংলিঙৈদা (বেস ওনদ্রিঙৈদা) মশক মমিং খঙহৌবা মীওই কয়াগী নেম প্লেটসু থেংনরুই।

মতৌ অসুম্না, মৈতৈ নুপী কয়া অমসু, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংখি। খুন্দাদুনা লৈখিবসু 'ওংবা' হায়নৈ, ময়ুম পানখিবসু 'ওংবা' হায়রগা খঙনৈ। লাইনীংবী ওইনা ওংখিবসু য়াওই। শ্রীমতী শিজ লাইওংবীসু, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহাকসু শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী অমনি। মাগী পুন্সিগী নবদ্বীপ চেপ্টর ! ফজরবা খোরিক (সাহিত্যক) অমা য়াওরি। মহাক্লা নিরূপণ তৌদুনা লাৎচরম্বা শ্রীশ্রী অনুপ্রভু ! মীরোন কয়াদগী লৈরকলি। মহাক্কী কৎথোকপা, থাদোকপা তমজনিংঙাইহনি। মাগী ফিদমদা ঙাওজখিবী মৈতৈ নুপী কয়াসু লৈখি, লৈরম্মী; হৌজিকসু লৈরি। থেংনরুই মিং কয়া; ৱারী কয়া। নুপী কয়া অমনা লাইনীংলুরগে খন্দুনা লাকচবসু কোঙ্গায়নি। লোৎপা লাকপসু কয়ানি। মমৈদদি করি ওইখি?

**শ্রীমতী শিজ লাইওংবীগী পুন্সি ! থিগৎনিংঙাই য়াম্না লৈরি। মহাকপু কৃষ্ণনগরগী মহারাজ গীরিশ্চন্দ্র রাই বাহাদুরদা অমুক .....? ৱাহং অসিগী পাউখুম, তরাইনা খুম্বা য়াদ্রি। চিংননিংঙাই ওইরবা লিখুন খরদি লৈরিবনি। কৃষ্ণনগরগী ঘাট অমসুং রাজা ঘাট-ঘাট অনী ময়োকনৈ। সুরধুনী গঙ্গা মপানগী ৱাংমা ৱাংমা তারিবা খুল অনী-ঙাইহাক লৈতনা হি লাম্হোক লানশিন তৌনরম্মী, ঈ-পাউ পুম্নমক ফাওনরম্মী।**

শ্রীঅনুপ্রভু ফোঙনা লাৎপগী মতাংদা, মহারাজ গীরিশ্চন্দ্রগা নীংঙাই শংদানরম্মী। মমৈথংদা, মহারাজ গীরিশ্চন্দ্র পুমতে তেথখি। মনুংদা রাজনীতি অমা লৈরি। বিঘা মাপলগী খাজনা থিদবা লম অমা গীরিশ্চন্দ্র রাই বহাদুরনা শ্রীঅনুপ্রভুগী মমিংদা কৎলম্মী। শ্রীঅনুপ্রভু অসি শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী মুর্তি অমনি, মমিং তোঙানবতনি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুবু লাই ওইনা লাৎপা অসি মহারাজ গীরিশ্চন্দ্রনা য়ারমদে, অথিংবা থমলম্মী। শ্রীঅনুপ্রভুদি ফোঙনা লাৎপা য়াহনখি। মহারাজ গীরিশ্চন্দ্রবু শিজনা সুমহৎখিব্রা নৎত্রগা শিজগী ময়াম্বুং চৌরজিৎনা গীরিশ্চন্দ্ররাইবু লোই-চনখিব্রা ? নুংগী ৱানা অমনি, পানগী কিশিনা অমনি।

ইতিহাসকী ৱাফম, ওইনীংবা ওইসনু ! ঐখোয়গী ওইনা চাউথোকচনিংঙাই অমদি লৈরি। শ্রীমতী শিজ লাইওংবীনা, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মণিপুরী মৈতৈশিংগী চাউরবা ফিদা অমা কন্দুনা থম্বীরম্মী। 'মণিপুর রাজবাড়ী', 'মণিপুর রোড', 'মণিপুর মোর' অমদি 'মণিপুর ঘাট' অসিনচিংবা কয়াগী মফম, মমিং লৈহৌরি। মসি পুম্নমক শ্রীমতী শিজ লাইওংবীগী মপান্দগীনি হায়বা য়াই। মাগী পুন্সিগী নবদ্বীপ চেপ্টর– মদুদা বেজ তৌরগা উপন্যাস অমা ইথোক্লবা মচাকসু ফংলে। 'লম্বোইবী য়ুমফম' নৎত্রগা 'লম্বোইবী মোংফম' কোইথি থিরুই। মাগী ৱারী, ইবদি ইররোই। অদুম ওইনমক, শিজ লাইওংবীগী মফমদা নোল্লক্লা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ঈবেম্মৌ অসিগী পুন্সি ৱারীনা ইথিল কয়াসু পীখিবা লৈ। খুরুমজরি ঈবেম্মৌ ! অদুবু লাইরিক অসি ৱাশেম ৱারীনি। হিংলিবা নৎত্রগা শিন্নবা মীওই কয়াগী পুন্সিদগী শিন্দোকপা নত্তে। চান্নরুবা মান্নরুবা য়াওববসু, খঙহৌদনা মান্নরুবনি হায়দুনা খন্দোকপীয়ু।

সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা ঐ ইশামক, নুমিৎ কয়ানি খুম্থক খুনখা কোইরুই। 'ষ্টোরী হন্টিং' চৎলুই, 'স্পোট রাইটিং' তৌরুই। সাধুবাবা কয়াদগী ৱারী কয়াসু তারুই। দাসী কয়াসু উন্নরুই। দাসী অহুমখক্লা লাইরিক মখুমদা মখোয়গী ফোটো হাপ্লীয়ু হায়বগী অয়াবসু পীরকখি। ইথা হেক থাজদনা থেংনরুই, তোঙানবা তোঙানবা ৱারী কয়া অমসু। ফজরবা খোরিক (সাহিত্যক) য়াওরম্মী। ওইথোকপা য়াদবা ফজবা অমদি নুংঙাইরবা মচল ৱারীসু কলা অমনি ! থায়নগী লাই ৱারী কয়া, হৌজিকসু হিংলি থাজনরি, মরুওইনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তদি থাজৱারী কয়াসু পৈদুনা লৈরি। ৱারীশিং অসি নোভেলদা য়াওশিনবা য়ারোইদ্রা হায়বগী চাংয়েং অমসু তৌনিংলকই। মরম অদুনা, লাম্থোকচরি - **'শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী !'**

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবা পুম্নমকপুসু থাগৎচরি !

দিসেম্বর ৬, ২০০৮
ইম্ফাল নোংপোক







মণিপুরী সাহিত্যদা মীয়াম্না বী. এম. মাইস্নাম্বা হায়বগা হেন্না খঙনববা মাইস্নাম ব্রজমনি, খ্: কুম ১৯৪৬ কী দিসেম্বর তাং ৬ ইবাই নুমিৎতা, ইম্ফাল তুরেল মপানগী লোক্লাউবুংদা পোকই। হৌজিক্তা ব্রাংখৈ যোংলান লৈবক্তা লৈবি। অপোকপকগী মমিংনা মাইস্নাম ওঝা তোম্বী অমসুং অপোকপীনা কাবাম নিঙোল উমাবতী কৌই। মচীল মনাও ময়ামগী য়াইমনি। মহৈগী থাক বি.কমনি। মণিপুর স্পিন্নিং মিলস কোর্পোরেসনগী একাউন্ট ওফিসার ওইনা থবক্তগী পোথারে। লাইপুরম নিঙোল মেমচা দেবীগা যুম্বান্নদুনা মচানুপা অনী লৈরে।

শ্রী মাইস্নাম্বা, অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী তোঙান তোঙানবা লম কযাদা থরায য়াওজবকই। ড্রামা ইদুনা ড্রামা য়াওবকই, ভিদিও ফিল্ম অমদি ওদিও কেসেট কয়া পুথোকখি। **'মতম'** অমদি **'ইরৈপাক'** চেফোঙগী জোইন্ট ইদিটর অমদি ইদিটর ওইরম্মী। হৌজিকসু মবক মবক্তা ব্রাবেং কয়া ইদুনা পাউচেশিংদা ফোঙগি। মহাক অকাশবাণী ইম্ফালগী শৈরেংবা অমসু ওইবি। ওল মণিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এন্দ কলচরেল এসোসিয়েসন, (এম্পরাকা) ইম্ফালগী অচংবা মেম্বর ওইদুনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌবকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী (লাইফ মেম্বরসু ওইনা) জেনরেল সেক্রেটরী (২০০১-২০০৩) ওইদুনা থৌ পুরম্মী। 'সেনিয়ার সিটিজন ফোর সোসাইটি' অমসুং 'অপুনবা মতম ঈশৈ কাঙলুপ' (অম্মিক) কী লাইফ মেম্বরসু ওইবি।

অযিবা অসিগী হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ১৪ (নোভেল ১১, ঈশৈ শৈরেং ৩) ফোঙখ্রে। হৌজিকসু লেপ্পা লৈতনা ইথরি। মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্না তৌজখিবা খুদোলবু শকখঙবীবা ওইনা মনা মথুম কয়াসু পীবিখ্রে :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ডোক্তর কমল নীংশিং মনা | (ইমাসি নুবাবী) | ২০০৬ |
| ২। | মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ | (ইমাসি নুবাবী) | ২০০৬ |
| ৩। | য়েন্দ্রেম্বম সুবলতা সাহিত্য পুরুস্কার | (ইমাসি নুবাবী) | ২০০৭ |
| ৪। | নেসনেল সাহিত্য অকাদেমি এৱার্দ | (ইমাসি নুবাবী) | ২০০৭ |
| ৫। | যামিনী সুন্দর গুহা গোল্ড মেডল | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৭ |
| ৬। | দিনেশ্বরী সাহিত্য মনা | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৭ |
| ৭। | অকোইজম চাওতোন রাজকুমরী মুক্তাম্মা সাহিত্য মনা | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৮ |

## অয়িবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | অতিথি অমগী অহিং | (নোভেল) | ১৯৭৮ |
| ২) | ইপাম খাম্বী মৈহৌবে | (শৈরেং) | ১৯৭৯ |
| ৩) | সোবাবেনগী মচানুপী | (নোভেল) | ১৯৮০ |
| ৪) | লৈকাংলাগী অচাকপা মৈবী | (শৈরেং) | ১৯৮১ |
| ৫) | অহিংগী নুপী | (নোভেল) | ১৯৮৯ |
| ৬) | কংলা দারবী | (নোভেল) | ১৯৯১ |
| ৭) | ইম্ফাল তুরেল মপানগী রাজকুমারী | (নোভেল) | ১৯৯৫ |
| ৮) | মসিনা ঐগী অরোইবা ঈশৈনি | (ঈশৈ শৈরেং) | ২০০২ |
| ৯) | ইমাসি নুবাবী | (নোভেল) | ২০০৪ |
| ১০) | নিংথেমনুবী ঃ পোনগী উচোক | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১১) | নিংথেমনুবী ঃ অহিংগী লাইরাব | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১২) | নিংথেমনুবী ঃ কোনুং মীহাৎ | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১৩) | শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী | (নোভেল) | ২০০৮ |
| ১৪) | শ্রীমতী কুমারিকা | (নোভেল) | ২০০৮ |